# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

মনিপুরী অনুবাদ

— ( 0 ) —

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

মনিপুরী অনুবাদ ( অহানবা শরুক )

—(0)—

ইথোকচবা

১। শ্রীগুরুময়ুম অযুংনা শর্ম্মা

২। শ্রীএ, লালকৃষ্ণাই দেব শর্ম্মা
জ্যোতিষী।

কোংজবা :— লাইরিক ইবা।

অহানবা থুংনম :— তাং ৫।১১।১৯৮৪ ইং

কোপী মশীং :— (১০০০) লীশিং অমা।



লাইরিক ফাংফম :—

১। "শর্ম্মা বুক এজেন্সী" পাওনা বাজার।

২। "'ও' কে ষ্টোর্স" মথা দোকান ইম্ফাল।

৩। "লাইরিক ইবা মশাগী য়ুম" উরীপোক অচম্বেম লৈকাই।

মমল :—লুপা (২৫) কুনমঙা।

নমথম :— "ডি, এম, প্রেস" মণিপুর পিপলস ওফিস মনাক,
মপাল কাংজৈবুং।

## “ৱাহৌদোক”

শ্রীমদ্ভাগবত মুল, অন্বয়, মনিপুরী অনুবাদ অসি মনিপুরীগী ওইনা স্বর্গতি ওইরবা পণ্ডিতরাজ ৺অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন গবেষণা শিরোমনি, মনিপুরগীতা নত্তনা ভারত পুম্বগী পণ্ডিত ওইবীরম্বা ঐ-খোয়গী ইবুধৌনা, প্রথমস্কন্ধঃ দগী দশমস্কন্ধঃ ফাওবা পুথোকপিরমলে। ৱাংহৌরিবা একাদশ অমদি দ্বাদশ স্কন্ধঃ অনিসিদং হাপচিন্দুনা সম্পূর্ণ ওইহন্নবগী ৱনাগুম্বা পণ্ডিত অমত্তনা পুথোকপিরক্তবদগী, করিস্মু খং-জদ্রবা ঐহাক্না শ্রীমদ্ভাগবত গ্রন্থবু সম্পূর্ণ অমুক্তং ওইহনবা হায়বসি, ইশাগী রাশক অমগুম লৌজহুনা অমুক্তং ওমজগদ্রা নিংজরকপা মতম কুইজরকলে। মশিমক্তি শেম্বাংনা সমুদ্র শিংকে খৌরাংবগুম্বনি, অদু-মকপু শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী, সাং ব্রহ্মপুর নহাবমদা লৈবা ঐগী ইবাই শ্রীগুরুময়ুম অমুসনা শর্ম্মাগী পুকনিংদা শ্রীগোবিন্দনা, ঐগী সহায়তা-গীদমক্তা ইনশিনবিহুনা ঐখোই অনি চংহুনা ইজাত্তিগী ওইনা লৈহৌনবগীদমক ওসিদি অরাংপা অসি মেনশিঙ্গহুনা মিংনা উত্তরে। মসিনা পাব্বীরিবশিংদা খিত্তং কাম্নবত্থু শ্রীগোবিন্দনা কৃপা পীনবীশনু।

লাকলিবা তাং ৫।১১।৮৪ ইং হিয়াঙ্গেগী ত্তরানিথোইনি পানবা ( দ্বাদশী হরিউত্থান ) নিংথোকাবগী অয়ুকতা মনিপুরেশ্বর শ্রীশ্রীগোবিন্দদা বচ্চরগা ব্রহ্মরত্নশিংদা অমুক দান তৌজগে নিংজরিবা আশাসি শ্রীগোবিন্দনা কৃপা পীনবীশনু।

হায়রিবা শ্রীমদ্ভাগবত একদশ স্কন্ধঃ অমদি দ্বাদশস্কন্ধঃ অনিসি স্বর্গতি ওইরবা ঐগী ওঝা ইবুঙো অরিবম “ব্রজবিহারী শর্ম্মা কাব্য ব্যাকরণ, স্মৃতিতীর্থনা মতম কয়াগী মমাংদগী অশোয় অঙাম য়েংবি-রবনি। মশিগী মমাংদা ইজখিবা ঐগী লাইরিক “তাইবং লোনচং” গরুড় পুরানচিংবা লাইরিক কয়াস্থু ঐগী ওঝা ইবুঙোনা অশোয় অঙাম পুম্নমক য়েংবিরগা ফোংজখিবা ভাক্তনি। মদুগী প্রমান ওইনা ওঝানা ইবিরকপা প্রমাণ পত্র অদু থাগৎ ৱাংহ ওইনা হাপচখিবনি,

অছুবু হুনক্তি ঐখোইগী লাইরক থীবনা তাং ৩০ । ৭ । ৮৪ ইং থবালগী নিনি পানবা নিংথৌকাবা মুখিত্তা কৃরিস্ন ইভো তৌদনা থংহৌদনা ওঝা ইবুঙোনা স্বর্গতি ওইখিবনা, ওঝাগী কৰিগুম্বা প্রামানিক ওইবা হস্তলিপি অমত্তা ফংজহৌদ্রে। মশিমক ঐখোইগী লাইরক থীবনি অছুবু শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কচ্চবা অসিমক্তনা দোষ পুম্নমক কোকপিহুনা শ্রীমদ্ভাগবত গ্রন্থবু সম্পূর্ণ ওইহনবিশনু।

লাইরিক ইবা।

---

# "য়াহৈ অমত্তং"

লাইরিক অসি কোংজবদা অরাবা শরুক য়াবিখিবা শ্রীলাইশ্রাম ইন্দ্রজিৎ সিংহ প্রো: ইট এণ্ড ফোটোগ্রাফিক, ষ্টোর্সনা শেল থুমগী মত্তেং পিরবীবা, অমদি লাইরিক অসি নম্বীহুনা শ্রীগোবিন্দদা কচ্চবা ওমহল্লিবা অমদি অরাবা কয়া থাংবিহুনা ইঙাতিগী পোংশক অমা ওইহল্লবা হোংনবিখিবা প্রো: ডি, এম; প্রেস শ্রীলোংজম য়াইমা সিংহ, ভদ্রলোক অনিগীদমক শ্রীগোবিন্দনা মঙম পুম্নমক্তা মঙল পিবিনবা নিজরি। মশিমক্তা ভদ্রলোক অনিগী কৃতজ্ঞতা অচু ওইরশনু, অছুগা লাইরিক অসিগী কম্পোজদা লানখিবা, নম্বদা ময়েক জাখিদবা অমদি য়াহৈ বাতা ফজবা য়াংপনচিবা অরানঅশোয় পুম্নমক অচু শেমজিন শাজিনবিহুনা পাবিনবগীদমক থুং লোয়ঞ্জরি।

লাইরিক ইবা।

তাং ১৫ । ১০ । ৮৪ ইং

---

## করিগুম্বা অমতং

শ্রীমদ্ভাগবত একাদশ স্কন্ধ: অহানবা শরুক অসি পুথোকচনদা, অমাং অপা অশোয়্-অঙাম য়েংশিনবীতুনা তাকপি-তিকপিথিবা শ্রীহিদংময়ুম গৌরকৃষ্ণ শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ; গোবিন্দ অধিকারী, অমদি পণ্ডিত অসিগী সহধর্ম্মিনী শ্রীমতী শ্যামা দেবী অমসুং স্বর্গতি ওইরবা হিদংময়ুম ৺লালমোহন শর্ম্মা সাহিত্যাচার্য্যগী সহধর্ম্মিনী শ্রীইবেমহল ( পেতো ) দেবী অনিনা সেল-থুমদা মতেং কয়া পীনবীখি । হায়রিবা ভদ্রলোক ভদ্রমহিলাশিং অসিগী কৃতজ্ঞতা ওইনা, মতম পুম্নমক শ্রীগোবিন্দনা মঙ্গল পীবিনবা প্রার্থনা তৌজরি ।

লাইরিক ইবা ।

## "প্রশংসা পত্র"

হৌজিক অসি পৃথিবীগী চাওখংলবা জাতিশিংনা মশা মশাগী মরোল্দা শ্রীমদ্ভাগবত; মহাভারত, গীতানচিংবা লাইরিক কয়া; লুপা লাখ লাখ চংনা ইথোক্তুনা থম্নথরে । মতাংশিদা পাংজরবা, মথৌসু চিঞ্জরবা শ্রী এ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা জ্যোতিষী অমদি শ্রীগুরুময়ুম অমুম্না শর্ম্মা অনি তিন্নজতুনা, শ্রীমদ্ভাগবত একাদশ; দ্বাদশ স্কন্ধ অমিসি সম্পূর্ণ ওইববা হোৎনজরকলি । হৌজিক একাদশগী নবম অধ্যায় লোইহনা অহানবা শরুক অসিমা তাং ৫ । ১১ । ৮৩ ইং নিং- থৌকাবা কার্ত্তিক শুক্লা দ্বাদশী হরিউথান সুমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী মণ্ডিরদা ভাগবত লেংখৎলগা ভক্তি কচ্চগদৌরি । অমুম্না মমাংগী চহি কয়াগী কার্ত্তিক শুক্লা দ্বাদশী কয়াদসু গরুড়পুরাণ, পূজাপদ্ধতি নচিংবা লাইরিক কয়াসু শ্রীগোবিন্দদা কচ্চরবনি । অনুবাদক অনি অসিনা তৌজরকলিবা সংস্কৃত মূল অসি ভগেং ভগেংই, অন্বয়, ছন্দ, বিভক্তি, ক্রিয়া, কর্ম্ম, বিশেষ্য, বিশেষণ কায়দনা খোইরে শুবদা অপনবা লৈতবা উরি । মনিপুরী অনুবাদ অসিসু পাবদা জিবী জিরি চংলি, মমীক তুমী । অসিগুম্বা ভক্তিরসমা থল্লবা শ্রীমদ্ভাগবতপু ইমারোল্দা মমঙবা শুবা হায়বদি মনিপুরগী ওইনসু লেমজনিংঙাইহনি অমসুং হিন্দুশিংগীদমসু শৌগৎপনি হায়নিংই । লেখক অনিবু শ্রীমদ্ভাগত গ্রন্থবু সম্পূর্ণ ওইহনবগী কৃপাসু শ্রীগোবিন্দনা পীবিনসু হায়না ঐনা প্রার্থনা তৌজরি ।

# মঙ্গলাচরন্

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ।

বসুদেবং সুতং দেবং কংশ চানুরমর্দ্দণং ।
দেবকী পরমানন্দং বন্দে কৃষ্ণং জগদ্‌গুরুম্ ।।
নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গো-ব্রাহ্মণ হিতায় চ ।
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ।।
পাদৌ যদীয়ৌ প্রথমদ্বিতীয়ৌ তৃতীয়তুর্য্যৌ কথিতৌ যদূরূ ।
নাভিস্তথা পঞ্চম এব ষষ্ঠো ভুজান্তরং দোর্যুগলং তথান্যৌ ।।
কণ্ঠস্তু রাজন্নবমো যদীয়ো মুখারবিন্দং দশমঃ প্রফুল্লম্ ।
একাদশো যস্য ললাটপট্টং শিরোঽপি যদ্দ্বাদশ এব ভাতি ।।
তমাদিদেবং করুণানিধানং তমালবর্ণং সুহিতাবতারম্ ।
অপার-সংসার-সমুদ্র-সেতুং ভজামহে ভাগতস্বরূপম্ ।

( পদ্মপুরাণম )

"শ্রীমদ্ভাগবত" হায়বা গ্রন্থ অসি স্কন্ধঃ ( শরুক তাংকক্ ) তরানি-থোইনি । প্রথম অমদি দ্বিতীয় স্কন্ধঃ অনিসন। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনক্কি শ্রীচরণ্ য়েৎ ওই অনিনি অসুম্না পদ্ম পুরান্না হায়রি । অতুম্না তৃতীয় চতুর্থ-স্কন্ধঃ অনিনা ভগবান্‌গী ফৈবোম অনিনি, পঞ্চমস্কন্ধঃ না খোইদৌ-নি, ষষ্ঠ স্কন্ধঃ না থবাক্কী শরুকনি হায়রি । সপ্তম অমসুং অষ্টম স্কন্ধঃ অনিনা শ্রীকৃষ্ণগী পম্বোম য়েৎ ওই অনিনি, নবমস্কন্ধঃনা ইবুঙো মাগী খোরৌগী শরুকনি. অসুম্না দশমস্কন্ধঃনা মকাফল্লবা মাইথোং থম্বালনি হায়রি । একাদশনা ইবুঙোগী মতাঙ্করবা লাইবক, দ্বাদশনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ব্রহ্মাংন্ড্র ওইবা কোকনি অসুম্না পদ্মপুরাণ্না ব্যাখ্যা তৌরি । ইবুঙো মহাক অসিমক্তি জগৎ অসিগী অহানবা ঈশ্বরনি, তোম্ল-তারব-শিংবু চানবীহৈবনি, কুচুনা তমাল কৌবা উপাম্বীনা তমজনবগী মশকনি. জগৎকি কান্নবা- মুঙাইবা পীনবীবা, সংসারগী অবাবা কোকপিনবা হেক হেক অবতার তৌবিরিবনি । লানঙমদ্রবা সংসার সমুদ্রবু লান্নবা থোংগী মশক ওইরবা, শ্রীমদ্ভাগবতকি মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো নংবু নিংজরি, চংজরি, খুরুমজরি ।

# "মঙ্গলাচরণ্"

ওঁ

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্ ।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥

জগৎ মপু শ্রীনারায়ণ্ কৌবা ইবুঙো মহাকপু ।
ঋষিশিংগী কোক্কী মনি মর কৌবা ঋষিবুন্থ ॥
মীময়ক্কগী অথোইবা নরোত্তম্ কৌবা ইবুঙো ।
জগৎকী তুংনফম্ ওইবী দেবী ইমা ইবেম্মবু ।
মহৈগী মবেম্মা ওইবী লাইরেম্মা সরস্বতীবু ।
বেদবু উক্কন্থীরম্বা ঋষি অথোইবা ব্যাসবু ॥

নিংশিং খুরুম্ লোইমনা
তোক্লবা ননাই ঐনা
শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ্গী
- স্কন্ধঃ অনিদং অশিবু
শ্রীগোবিন্দদা কচ্চবা
পীবিশনু ভক্তি প্রেম্ন্
পীনবীশনু মনাইশিংদা
ওইহন্বীশনু অপেন্বা ।
ঈপা, ঈপু, ঈমেম্, ঈকু
পিতৃলোক্ উদ্ধার্ ওইববু
নিজরিদো ননাই ঐনা
ভক্তি প্রেম্বু পাম্জনা
চরণ্ থম্বাল অনিগা
ভৎন-থান চৈনতববু
কংজগদগে কৈদৌঙৈ
শ্রীচরন্গী কৃপাহুত্বু ।

---

# "হীরম্ লামায়"

হীরম্ | লামায়
---|---



N. B.—মথাদি মথংগী অনিশুবা শরুক্তা ফংবিগনি।

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্।

## একাদশ স্কন্ধম্

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ।

— :(O): —

শ্রীশ্রীকৃষ্ণায় নমঃ।

শ্রীবাদরায়ণিরুবাচঃ—

কৃত্বা দৈত্যবধং কৃষ্ণঃ সরামো যদুভির্বৃতঃ।
ভুবোঽবতারয়দ্ভারং জবিষ্ঠং জনয়ন্ কলিম্॥১॥

---

শ্রীবাদরায়ণি ( শ্রীশুকদেবনা ) উবাচ ( হায়খি ) জবিষ্ঠং ( যাম্না পাঙ্গল কল্লবা ) কলিং ( খংনচৈনবা অহৌবু ) জনয়ন্ ( থোকহন্দুনা ) যদুভিঃ বৃতঃ ( যদুশিংনা কোইশিল্লবা ) সরামঃ ( বলদেবগা লোইননবা ) কৃষ্ণঃ ( কৃষ্ণনা ) দৈত্যবধং কৃত্বা ( [হিংচাবা] দৈত্যশিংবু হাৎলগা ) ভুবঃ ( পৃথিবীগী ) ভারম্ ( অরূম্বা অহৌবু ) অবতারয়ৎ ( মাংহনখি )।

---

শ্রীব্যাসদেবগী মচা শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মফমদা হায়খি হে রাজেন্দ্র। মতৌ অসুম্না যদু শাগৈগী মনুংদা অমগা অমগী মরুদা মত থেক্নবা, খুংশিনদবা পোকহন্দুনা যদু শাগৈগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্বা বলরামগা লোইননা মফম অমদ লৈমিন্নরগা পুতনা, তৃনাবর্ত্ত অমসুং কংস অসিন চিংবগী মশক ওইনা পোক্লবা দৈত্যশিংবু হাৎলগা পৃথিবীগী অরূম্বা মাংহনবীখি ॥ ১ ॥

যে কোপিতাঃ সুবহু পাণ্ডুসুতা সপত্নৈ
দুর্য্যূত হেলন কচগ্রহণাদিভিস্তান্।
কৃত্বা নিমিত্ত মিতরেতরতঃ সমেতান্
হত্বা নৃপান্ নিরহরৎ ক্ষিতিভারমীশ ২

সপত্নৈঃ ( গন্ধারীগী মচা ) দুর্য্যোধনাদিভি ( দুর্যোধনন, চিংবা খিবক্লা, ) দুর্দ্যূতং ( লৌনম্ব চৌবর ) হেলনম্ ( উশিং থওইদবা ) কচগ্রহনম্ ( সভা ময়াইদ দ্রৌপদিগী ফি মুন্ব শম পাইদুনা চিংবা ) আদিভি ( হু-পিজদুন হাৎপ, চাগী যুমদ থম্লগ মৈ থাবা অসিনচিংব তৌদুনা ) যে পাণ্ডুসুতা ( যুধিষ্ঠীরনচিংববু ) সুবহু ( হন্না হন্না কোপিতা ( শাওহনব্রে ) ত ন্ ( শাওরবা পাণ্ডবশিংবু ) নিমিত্তং কৃত্বা ( মরম ওইহল্লগা ) ইতরেতরত ( কাংলুপ অনিদ ) সমেতান্ ( লাক্নুনা লৈরবা ) নৃপান্ ( নিংথৌ খিবিকপু ) হত্বা ( হাৎলগা ) ঈশ ( শ্রীকৃষ্ণন ) ক্ষিতি ভারং ( পৃথিবীগী অরূম্বা অদুবু ) নিরহরৎ —মাংহন্বিখি ॥ ২ ॥

মাইগৈ অমদনা লৌনমদুনা চৌবর শান্নবা, উশিং থওইদবা উৎপা সভা মন্নাইদা দ্রৌপদিগী ফি মুন্ব শম পাইদুনা চিংবা হু-পিজবা চাগী যুমদা থম্লগা মৈ থাবা অসিনচিংবা তৌনিংবতা তৌরবা দুর্যোধননা চিংবনা পাণ্ডুগী মচা যুধিষ্ঠীরনা চিংববু হন্না হন্না শাওহনখি, মতম অসিদা শাওরবা পাণ্ডবশিংবু মরম ওইহল্লগা শ্রীকৃষ্ণনা চাউরবা লানফমগী চাক্নবা মৈন্নদা মীচং অনিমক্কী নিংথৌ অমম্নুং লাগ্নী মন্নাম অদু মাংহল্লগা পৃথিবীগী অরূম্বা অদু খাকহৌবা লৈতনা লৌথোকপিখি ॥ ২ ॥

তৌইগুম্বসুং ঐনা নিংথিনা ডাক শেন্নবা ( যদু বংশ ) হদুগী শাগৈনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী অরূম্বগী শক ওইনা লৈরম্বা হিংচাবগী মশক ওইনা পোক্নবা বংশনা চিংবা নিংথৌ মন্নামদি হাৎলে

ভূভাররাজপৃতনা যদুভির্নিরস্য
গুপ্তৈঃ স্ববাহুভিরচিন্তয়দপ্রমেয়ঃ।
মন্যেহবনের্নু গতোহপ্যগতং হি ভারং
যদ্ যাদবংকুলমহো অবিষহ্যমাস্তে । ৩।

স্ববাহুভি মশাগী পাঙ্গলনা ) গুপ্তে ( নিংথিনা ঙকশেল্লবা )
যদুভিঃ ( যদু বংশনা মরম ওইদুনা ) ভূভাব রাজপৃতনা ( পৃথিবীগী লুম্বগী মশক ওইরবা হিংচ বগী শক্তমদ পে ক্লবা লাম্নী ময়াম্ন )
নিরস্য ( হাংতোক্লগা ) অপ্রমেয় ( চাং তমনিংঙাই লৈত্রবা পাঙ্গলনা মহাক্কী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ) অচিন্তয়ং ( খনখি ) অ.হা ( ওস্থোকপনি)
যং ( মবমদি । অবিষহ্যং ( অতোপ্পা অমনা থাংবা ঙমদ্রবা যাদব-কুলং হি ( যদু শাগৈ অসিমক ) যত আস্তে ( অসুম্না লৈরি অং (মসিদগী) অবনে (পৃথিবীগী অবাম্বা অদু) গত (লৈত্রে। অপি (অদুম্না লৈত্তবা ওইদুনস্ব) ভারং হি (অকম্বা অমদি অনাগতম্ (চংখিদ্রে )
অহং মন্যে ( অসুম্না খনখি ) । ৩ ।

---

খল্লুবদা থাংবা ঙমত্রবা অচৌবা শক্তি পাঙ্গলনা তিল্লবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা যদু বংশগী মরমদা খল্লকই ওস্থোকপনি ময়ান্নদি খল্লগনি পৃথিবীগী ভার লৈত্রে; মদু চুম্নি তৌইগুম্বসুং তশেংনমক অকম্বদি কোক্লি, মরমদি মপাঙ্গল মথৌনাদা চাংদম্লিংঙাই লৈত্রবা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমতনসু লাকশিনবা ঙম্লরোইদৌবা যদু শাগৈ অসিবা মতম অদুফাউবা লৈরিবা মতম অদুক ফাউবা পৃথিবী অসিগী অকম্বা লৈত্রে হায়বা অদু ওইথোক্লে অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা মওন মওন খল্লকই । ৩।

শ্রীকৃষ্ণনা খল্লকই —

ঐহাকপু যদুবংশ অসিনা মথোইগী চংজকম ওইনা লৈরে। মথোয়না থৌনা পাঙ্গল অমদি মরন মথুম অসিনা মতম পুম্বদা পুম্নমক্কগী অথোইবা ওইনা লৈরে হায়বসি চিংনিংঙাই লৈত্তে মথোই অসিগী

স্বমূর্ত্যা লোকলাবণ্যনির্ম্মুক্ত্যা লোচনং নৃণাম্।
গীর্ভিস্তাঃ স্মরতাং চিত্তং পদৈস্তা নীক্ষতাং ক্রিয়াঃ। ৬।
আচ্ছিদ্য কীর্ত্তিং সুশ্লোকাং বিতত্য হ্যঞ্জসানু কৌ।
তমোঽনয়া তরিষ্যন্তী ত্যগাৎ স্বম্ পদমীশ্বরঃ। ৭।

---

লোকলাবণ্য নির্ম্মুক্ত্যা ( শ্রীকৃষ্ণগী চাংদম্লিংডাই লৈএবা জগৎ শুম্নাং-ন্নবা ওইবা শ্রীমূর্ত্তি ফোংদোকপিবনা জীবপুম্নগী সংসারগী অপাম্বা চংশিল্লবস থাদে কহল্লবা ) স্বমুর্ত্ত্যা ( মহাক্কী শক্তম্না ) নৃনাং ( জীব-পম্নমক্কী ) লোচনং ( মিৎ অত্থবু ) গীর্ভিং ( মহাক্কী পাউতাক খিবিক্না ) তা ( পাউতাকশিং অদুবু ) স্মরতাং ( নিংশিংজরিবা ) লোকানাং ( মী-শিং অদুগী চিত্তং ( থম্মোই অদুবু ) পদৈ ( মখোং থম্বাম্না) তানি ( ধ্বজ-লচি বা চহংশিং অত্থবু ) ঈক্ষতা ( যে জরিবা ) জনানাং ( মীশিং অদুগী ) ক্রিয়াং (সংসারগী ওইবা থবক অমবু) আচ্ছিন্দ্য(পবেণ) (ককথৎপী )। ৬।

---

কৌ ( পৃথিবী অসিদা ) সুশ্লোকাং ( নিংথিজরবা ) কীর্ত্তিং মিংচং খিনিকপু ) বিতত্য ( শন্দোকগা ) অনম্না তাগদোবা নিংগদোবা ওইবা মিংচং অদু শোঙ্গ তাক্কবতনা) অঞ্জসা (লাইনা অতোপ্পা পাম্বে অমা লোক-শিনা মু চেম্না) তম ( অন্ধকার থো দোল্লবা সংসার অসিবু) তরিষ্যন্তি ( মীশিং, অদুনা কাম্বোল্লকনি ) ইতি ( অমুম্না লেপ্লগা ) ঈশ্বর (শ্রীকৃষ্ণনা) স্ব পদম ( মহাক্কী ধামদা ) অগমৎ ( লেংখ্রে । ৭।

---

হে নরল থ। সত্য স কল্প ওইরব নিংবতদা মহৈ অদুম্না নিংবা মদুম্না তৌবা উএবা নিংথিনা মহৈ ওইনা থোক্লবা পুম্নমক্কী মুংপাল হদা শিনবা থুনা লৈরবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পুক্নি দা অসি তৌগে হায়দুনা লেপ্লগা অধি তা ওইনা ব্রাহ্মণগী শাপনা মরম ওইদুনা ইবুংঙো মহাক্কা কুলবু সংহার তৌথ লোইশিনখি। ৫।

শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী চাংদম্লিংডাই লৈত্রবা কাম্নমকপু শুম্নাংনবগী মশক ওইবা শ্রীমূর্ত্তি ফোংদোকপিবনা জগৎ অসিগী অক্কব নিংথিবা হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক মোংহল্লে ( কাম্নদবনি তাকপিরে ) মী অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী অসিগুম্নবা শক্তমসি উক্নরবদা মখোইগী মমিৎ অদুনা জগৎকী

রাজোবাচ।
ব্রহ্মণ্যানাং বদান্যানাং নিত্যং বৃদ্ধোপসেবিনাম্
বিপ্রশাপঃ কথমভূৎ বৃষ্ণীনাং কৃষ্ণচেতসাম্। ৮।
যন্নিমিত্তঃ স বৈ শাপো যাদৃশো দ্বিজ সত্তম।
কথমেকাত্মনাং ভেদ এতৎ সর্ব্বং বদস্ব মে। ৯।

রাজা উবাচ (পরিক্ষীতনা হায়খি হে মুণি) ব্রহ্মণ্যানাং (ব্রহ্মণশিংকু লুনা তৌরিবা) বদান্যানাং (দান তৌবনা মখোইগী হৌনশা ওইবা) নিত্যং (মতম লৈবা খিবিক্লা) বৃদ্ধোপসেবিনাং (অহল লমনবু সেবা তৌরিবা) কৃষ্ণচেতসাম্ (শ্রীকৃষ্ণদ পুক্লিং হাপ্লবা) বৃষ্ণিনাং (বৃষ্ণিশিংগী মফমদা) বিপ্রশাপ (ব্রহ্মণনা শাপ তৌবসি) কথম্ অভূৎ (করম্না ওইখিবগে) ৮।

হে দ্বিজসত্তম (অখোইবা হে ব্রহ্মণ) স বৈ শাপ (অদুগুম্বা শাপ অদুনা) যদৃশ (করম্বা মওংগী শাপনো) যৎ (শাপ অদুগী) নিমিত্ত (মরম্না করিনো) একাত্মনাং (পুকচেল অমত্তা ওইবা) বৃষ্ণি শাগেগী) ভেদ (মান্নদবা) খৎনবাদো) কথম্ (করম্না থোকখিবনো এতৎ সর্ব্বং (পুম্নমক অসি) মে (ঐগী ইফমদা) বদস্ব (হায়বিয়ু) ৯।

করিগুম্বা মফম অমদা য়েংনিংলুবা লৈতনা মহাক্কী মফমদত্তা চংশিন্দুনা লৈ, মহাক্কি থুম্লবা খোঙ্গোক অমদি কান্নবনা তিল্লবা বাহৈ খিবিক্লা জীব পুম্নমকী থম্মোইবু চিংশিল্লি, শ্রীচরণদা লৈতেংলিবা ধ্বজনচিংবা চিহ্ন উজকবদা সংসার অসিদা লৈরিবা থবক পুম্নমক্তুগী হন্দোকই। ৬।

তুংদা পোক্লকদৌরিবা জিবশিংনা (মীওইবশিংনা) সংসার অপাক লাম্নবগীদমক স্তুপগী নাম অমম্তুং শুন তাজবা শক শোনবা ১দি নিং শিংজবতনা মরম ওইদুনা অকিবগী মশক ওইরবা অবিদ্যা কৌবী মায়ানা ফোংদোক্লবা সংসার অসিদগী বাদনা লাম্তক্লবগী দনক তাবদ মুডাইবা পোক্লবা পুক্লিং চিংশিল্লবা লিচৎ খিবিকপু শন্দোকপিরম্লগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকী ধাম বৈকুণ্ঠদা লেংখি ॥ ৭।

রাজা পরিক্ষীতনা শ্রীশুকদেবমী মফমদা হংজরকই হে ব্রহ্মণ! মখোই অদুনা ব্রহ্মণদা ভক্তি লৈত্রবা করিগুম্বা অমত্তা কত্রবা অমদি

শ্রীশুক উবাচ ।

বিভ্রদ্বপুঃ সকলসুন্দর সন্নিবেশং কর্ম্মাচরণ্ ভুবি সুমঙ্গল মাপ্তকামঃ
আস্থায ধাম রমমান উদারকীর্ত্তি সংহর্ত্তুমৈচ্ছত
কুলং স্থিতকৃত্যশেষঃ । ১০ ।

কর্ম্মানি পুন্যনিবহানি সুমঙ্গলানি গায়জ্জগৎ কলিমলাপহরানি কৃত্বা ।
কালাত্মনা নিবসতা যদুদেবগেহে পিণ্ডারকং সমগমন্ মুনয়ো ।
নিস্কৃষ্টা । ১১ ।

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হায়খি ) আপ্তকাম ( তোগে হায়না নিংবা থবক তোরবা শ্রীকৃষ্ণনা ) সকল সুন্দ সন্নিবেশং (অংশিবা হায়না লৈরিবা পুম্নমক্কা তিম্নগা শমদি কঙ্গবা ) বপু (হকচাং অমত্তু) বিশং পোত্থুনা। ভুবি (পৃথিবী অসিদা লৈরবা) ধাম (দ্বারিকা হায়না থ নবা মফমদা) আস্থায ( লৈরগা ) সুমঙ্গল ( নিংথিবা মঙ্গলনা শিম্নবা ) রমমাণ ( পুম্নমক্কা পাম্নবা ) কর্ম্ম (থবক ) আচরন্ ( তৌরিবা ) উদারকীর্ত্তি ( শিং থাবদা লোইবা নাইত্রবা নিংশিংনা মহাক্কী ওইবা ) কৃত্যশেষ ( পৃথিবীগী অকন্বা লোথোকপা লে হত্থুনা ) স্থিত ( লৈরবা শ্রীকৃষ্ণনা ) কুলং ( যদুকুলবু ) সংহর্ত্তুম ( তৌশিল্লগেহায়না ) ঐচ্ছত ( নিংখি ) । ১০ ।

---

যদুদেবগেহে ( বাসুদেবগী যুমদা নিবসতা ( লৈরবা ) কালাত্মনা (কালগী মশক ওইরবা কৃষ্ণনা) নিস্কৃষ্টা = প্রস্থাপিতা (নিংখিনা কৌকরবা ) মুনয়ঃ ( মুনিশিংনা ) গায়জ্জগৎ ( মালেম শোল্লহত্থুনা ) কলিমলা পহরানি ( কলিগী পাপ মাংহল্লবা ) পুন্যনিবহানি ( পুন্যপোকহল্লবা ) সুমঙ্গলানি ( অফবা মঙ্গলনা শিল্লবা ) কর্ম্মানি ( কর্ম্মশিং অমত্তবু ) কৃত্বা ( তৌরগা ) পিণ্ডারকং ( পিণ্ডারক কৌবা তীর্থদা সমগমন চৎখি ১১ ।

---

জ্ঞান লৈববা মীশিংগী সেবা তৌদ্রবা মথোই অদুগী মফমদা ব্রহ্মণশিংনা শাওই । যদুগী শাগৈদা পোক্লবা নিপাশিংদি মহূ নত্তে মথোইদি ব্রহ্মণশিংবু সেবা তৌবনি, দান তৌবনা ( বৎপনা ) মথোইগী হৌনশানি মতং চুপ্পদা অহনাশিংগী সেবা তৌবনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লিং থম্লবনি মতৌ করন্না মথোইগী মফমদা ব্রহ্মশাপ তৌবনো ? । ৮ ।

অথোইবা ব্রহ্মণ ! শাপ অদো করম্না মখলগীনো ? শাপ অদুগী মরম্না করিদগীনো ? পুকচেল অমত্তা ওইনা লৈরবা বৃষ্ণি শাগশিংগী

একং প্রলব্ধা মুনয়স্তানুচুঃ কুপিতা নৃপ।
জনয়িষ্যতি বো-মন্দা মুসলং কুলনাশনম্ ॥ ১৬
তচ্ছ্রুত্বা তেঽতিসন্ত্রস্তা বিমুচ্য সহসোদরম্
সাম্বস্য দদৃশুস্তস্মিন্ মুসলং খল্বয়স্ময়ম্ ॥ ১৭
কিংকৃতং মন্দভাগ্যৈর্নঃ কিং বদিষ্যন্তি নো জনাঃ।
ইতি বিহ্বলিতা গেহানাদায় মুসলং যযুঃ। ১৮।

হে নৃপ! (প্রজাবু ডাকপি শোম্বরিবা) এবং (অসুম্না) প্রলব্ধা (ইকায়রবা পিরবা, নেংক্লররবা) অতএব (মরম অসিনা) কুপিতা (শাওরবা) মুনয়ঃ (মুনীশিংনা) তান (অদোংশিং পুম্নমক অদুগী মফম্‌দা) ঊচুঃ (হায়খি) মন্দা (বাখল কৈত্রবশা) বঃ (নখোয়গী) কুলনাশনং (শাগৈ মাংহনবা) মুসলং (য়োতুম অসি) জনয়িষ্যতি (পোক্লগনি) ১৬।

তং (মুনীগী বাহৈ) শ্রুত্বা (তারগা) তে (যদুকুমার শং অদুনা) অতি সন্ত্রস্তাঃ (য়াম্না অকিবা পে ক্লদুনা) সহস্য (থংহৌদনা য়াম্না খুনা) সাম্বস্য (সাম্বগী) উদরং বিমুচ্য (মপুক্তা কুপ্লিবা ফি হায়দোকপা) তস্মিন্ (মদুদা) অয়স্ময়ং মুসলং (য়োংমতুম্ অদুবু অকিবগা লোইননা দদৃশু (উরে) ১৭।

মন্দভাগ্যৈঃ (লাইবকথিবনা মরম ওইদুনা) নঃ (ঐখোয়গী) কিং [এতং] (অসিগুম্বা ব্রহ্মণদা লোনম্বা) কৃতং (তৌখ্রবা) নঃ (এখে য়গী ইফমদা) জনা (শাগৈ পুম্নমক্‌) কিং বদিষ্যন্তি (করি হায়রক্কনি) ইতি (অসুম্না ওংনদুনা) বিহ্বলিতা (থোইদোক্লা বরবা) তে (মখোয়না) মুসলং আদায় (য়োংতুমদু পুরগা) গেহান্ (ময়ুমদা) যযুঃ (চংখি)। ১৮।

পুম্নমক খংবনি উবনি ঐখোয়গী মৌ অসে গর্ভিনী ওইরে নহাক মচানিপা পাম্বজবিনী মশামক্ক। মুনীশিংদা হংজবা ইকায়দুনা ঐখোয়না ইবুঙোশিংগী নফমদা হংজরি মদুদি—মহাক্কী মচা করম্বা পোক্কনি। ১৫।

হে পরিক্ষীৎ ব্রাহ্মণশিংনা যদুকুম রশিংগী অসিগুম্বা উশিং থওইদবা করেম্বা বাহৈ তাবদা থোইদোক্লা শাওরদুনা হায়রকই, হায় বাখল

তচ্চোপনীয় সদসি পরিম্লানমুখশ্রিয়ঃ ।
রাজ্ঞ আবেদায়াঞ্চক্রুঃ সর্ব্বযাদবসন্নিধৌ । ১৯ ।
শ্রুত্বামোঘং বিপ্রশাপং দৃষ্ট্বা চ মুসলং নৃপ ।
বিস্মিতা ভয়সন্ত্রস্তা বভূবুর্দ্বারকৌকসঃ । ২০ ।

পরিম্লানমুখশ্রিয় (মাইথোং লাংশিল্লবা) তে কুমারাঃ (অঙাংশিং অদুন) মুসলং (য়োৎতুম অদুবু) সদসি (সভাদ) উপনীয় (পুরগা; সর্ব্বযাদবসন্নিধৌ (যদু পুম্নমক্কী মমাংদা) রাজ্ঞ (নিংথৌ উগ্রসেনদা) আবেদয়াঞ্চক্রু ( মখোইনা তৌরুবা পুম্নমক থংহনখি । ১৯ ।

হে নৃপ (পরিক্ষীৎ নিংথৌ) দ্বারকৌকস ( দ্বারিকাদা লৈরিবা পুম্নমক্কা ) অমোঘং ( অতোপ্পা উপায়না মাংহন্বা ঙমদ্রবা ) ব্রহ্মশাপং-শ্রুত্বা ( ব্রাহ্মণগী শাপ তৌরগা তথা (অমদি ) মুসলং চঃ ( য়োৎতুম অদুবুশু ) দৃষ্ট্বা ( উরগা ) বিস্মিতা ( অঙকপা ) ভয়সন্ত্রস্তা ( অকিবনা খুদুমচন্বা ) চ ( অমসুং ) ব্যাকুল (পুক্নিং লাংতক্রবা) বভুব ( ওইখি) । ২০ ।

য়াউদ্রবা অঙাংশা । নখোইগী শাগে মাংনবা য়োৎতুম অদুমক পোক্লগনি । ১৬ ।

শাউরবা মুনীশিংগী বাহৈসি তাবদা অঙাংশিংদু যাম্না কিরে তৌই-গুম্বসুং খংহৌদন সাম্বগী পুক্তা কুপ্ল ফি হাংদোকপদুদা য়োৎতুম অমা অকিবকংনা উ থ্র। ১৭।

অঙাংশিংদুনা মতম অদুণা খনখি ঐখোয়না নোংদম্ থিবগী মখা পোন্দুনা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা লৌনম তৌরুবনা পুম্নমক মাংনবা তৌরে । ঐখোয়গী খোদোশি তাবদা পুম্নমক্কা ঐখোয়বু করি হয়গনি। অদুম্না ঙাংনরবা মখোয়না য়াম্না চিন্তা তৌখি অমসুং অরাবগা লোইননা য়োৎতুমদু পুদুনা রাজ্যদা হনখি । ১৮ ।

মাইথোং লাংশিল্লবা অঙাংশিং অদুনা রাজ সভাদা য়োৎতুম অদু পুরগা যদুগী অথোইবা মন্ত্রিনচিংবগী মমাংদা রাজা উগ্রসেনদা য়োৎতুমদু উৎলগা মখোয়না তৌরুবা পুম্নমক মথং মনাও নাইনা হঙ্গখি । ১৯।

হে রাজন্ ! দ্বারকাদা লৈরিবা মী পুম্নমক্কা মাংবা য়ংদ্রবা ব্রাহ্মণগী

তচ্চূর্ণয়িত্বা মুসলং যদুরাজঃ স আহুক।
সমুদ্রসলিলে প্রাস্যল্লোহঞ্চাস্যাবশেষিতম্। ২১।
কশ্চিন্মৎস্যোঽগ্রসাল্লোহং চূর্ণানি তরলৈস্তত।
উহ্যমানানি বেলায়াং লগ্নান্যাসন্ কিলৈরকা। ২২।
মৎস্যো গৃহীতো মৎস্যঘ্নৈর্জালেনান্যৈঃ সহার্ণবে।
তস্যোদরগতং লৌহং স শল্যে লুব্ধকোঽকরোৎ। ২৩।

---

সঃ যদুরাজ (উগ্রসেন নিংথৌনা) আহুক (শ্রীকৃষ্ণদা হংদনা) তৎ মুসলং (য়োংতুম অদুবু) চূর্ণয়িত্বা (মুংদা তকুগা তকুবশিং অদুবু) তথা অপিদি অস্য (মুসল অদুগী) অবশেষিতং (লেমহৌরিবা) লৌহং চ (য়োংচেং অদুস্ত) সমুদ্র-সলিলে (সমুদ্রগী ঈশিংদা) প্রাস্যৎ (লংথখি)। ২১।

---

ততঃ (সমুদ্রদা তাপ্রবদা) তৎ লৌহং (য়োং মচেং অদুমক) কশ্চিৎ মৎস্য (ঙা অমনা) অগ্রসীৎ (য়োংখি) চূর্ণানি (মকুপশিং অদুনা) তরলৈ (ঈথকশিং অদুনা) উহ্যমানানি (পুরবা) চূর্ণানি (মকুপশিংনা) বেলায়াং (সমুদ্রগী মপান্দা) লগ্নানি (পক্লগা) এরকা (নোংথাং লৈমা কৌবা নাপি মথল অমা) কিল (লেপ্লা শোয়দনা) আসীৎ (ওইখি)। ২২।

---

অর্নবে (সমুদ্র অদুদা) অন্যৈঃসহ (অতোপ্পা ঙাশংগা লোয়ননা) মৎস্য (ঙা অদুবু) মৎস্যঘ্নৈ (ঙা ফাবশিংনা তুমনা) জালেন (জালনা) গৃহীত (ফাপ্রে) তস্য (ঙা অদুগী) উদরগতং (মপুক্তা লৈপ্রবা) লৌহং (য়োংচেং অদুবু) সঃ লুব্ধক (শা তানবা নিপা অমনা) শল্যে অকরোৎ (তেনচিন্দা হাপখি। ২৩।

---

শাপ তাৱগা অমম্ভং য়োংতুমদু উৱগা ঙক্লখি, অদুগা কিবন পুক্রং লাংতক্লখি। ২০।

উগ্রসেন নিংথৌনা শ্রীকৃষ্ণদা অমুক হংবা তৌদনা য়োংতুম অদুবু মুংদা তকুনা তুমহল্লগ, তকপা য়াপ্রবা মচেং অদুগা লোয়ননা সমুদ্রদা লংথখি। ২১।

সমুদ্রদা হুস্থপ্রবা অরেম্বা য়োং মচেং অদু ঙা অমনা য়োংখি অদুগা মকুপ ময়াম অদুনা ঈথক্লা পুদুনা সমুদ্র লৈতাইদা পককখি, মদুদগী এরকা

ভগবান্ জ্ঞাতসর্ব্বার্থ ঈশ্বরোঽপি তদন্যথা।
কর্ত্তুং নৈচ্ছৎ বিপ্রশাপং কালরূপ্যন্বমোদত ।২৪।

কালরূপী ( সংহারগী মশক লোরবা ) জ্ঞাতসর্ব্বার্থ ( পুম্নমক খংলবা ওইহুনস্ব যদুবংশ লৌশিল্লগে খনপ্রবা ) ভগবান্ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) ঈশ্বর । অপি ( পুম্নমক তৌবা ঙমহুনস্ব ) বিপ্রশাপং ( ব্রাহ্মণগী শাপ অদু ) অন্যথা অতোপ্পা অমা ) কর্ত্তুং ( তৌগে হায়না ) ন ঐচ্ছৎ ( নিংখিদ্রে ) তং ( শাপ অদুব ) অন্বমোদত ( যাপ্রে ) । ২৪ ।

কৌবা ( নোংখাংলৈনস্ব হায়রৈ ) নাপী মখল অমা পোকখি । ২১ ।

য়োং মচেৎ য়োংখিবা ঙা অদুমক অতোপ্পা ভাশিংগা লোইননা জাম্না উপ্পুনা ঙা ফাবশিংনা ফংগ্রে, ঙাগী মপুক্তা য়াওরম্বা য়োংচেৎ অদু কনাগুম্বা বাংধ অমনা লৌরগা মহক্কী তেনাচনবদা হংখি । ২৬ ।

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থোদোক খুদিংমক খংবা ওইহুনস্ব যদুবংশ লৌশিল্লগে হায়না হায়না লেপত্রেবনি মরম অদুনা করিগুম্বা উপায় অমা তৌদনা শোইদোক্লা ব্রাহ্মণগী শপ অদুবু লৌখ্র । ২৪

মতাং অসিদা বেদব্যাসনা ইবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা মনাই পরমহ সশি গী র রীনা তিল্লবা মহাপুরানগী একাদশ স্কন্ধগী অহানবা অধ্যায় লোইরে ।

---

## অথ দ্বিতীয় অধ্যায়ঃ

### শ্রী শুক উবাচ ।

গোবিন্দভুজগুপ্তায়াং দ্বারবত্যাং কুরূদ্বহ ।
অবাৎসীন্নারদোঽভীক্ষ্ণং কৃষ্ণোপাসনলালসঃ । ১ ।

শ্রীশুক উবাচ ( শুকদেব মহামুনীনা হায়খি ) হে কুরূদ্বহ ( কুরূবংশগী ইথায় থুম্নবিংঙাই ওইরিবা ) হে পরিক্ষীৎ গোবিন্দভুজগুপ্তায়াং ( গোবিন্দগী পাম্বোমনা ঙাক্লিবা ) দ্বারবত্যাং ( দ্বারিকাঅদুদা ) কৃষ্ণদর্শনলালসঃ কৃষ্ণোপাসন লালসঃ ( শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনিংদুনা, শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌনিংদুনা, নারদ (নারদনা) অভীক্ষ্ণ (হন্না হন্না) অবাৎসীৎ (লৈখি) । ১ ।

কো নু রাজন্নিন্দ্রিয়বান্ মুকুন্দচরণাম্বুজম্।
ন ভজেৎ সর্ব্বতোমৃত্যুরুপাস্যমমরোত্তমৈঃ ॥ ২ ॥
তমেকদা তু দেবর্ষিং বসুদেবো গৃহাগতম্।
অর্চ্চিতং সুখমাসিনমভিবাদ্যেদমব্রবীৎ ॥ ৩ ॥
ভগবন্ ভবতো যাত্রা স্বস্তয়ে সর্ব্বদেহিনাম্।
কৃপণানাং যথাপিত্রোরুত্তমশ্লোকবর্ত্মনাম্ ॥ ৪ ॥

---

হে রাজন্ ( পরিক্ষীৎ ) অমরোত্তমৈ ( অমরশিংগী মরক্তা অখোইবা ওইরবা ব্রহ্মানচিংবনা ) উপাস্যং ( নিংগদবা ওইবা ) মুকুন্দচরণাম্বুজং ( মুক্তি পিনরবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ কমলবু ) সর্ব্বতোমৃত্যু ( মতম চুপ্পদা শিগনি থংলবা ) ইন্দ্রিয়বন্ ( পুক্নিং লাকশিল্লবা মীনা ) কো নু ( করিগী-গীদমক ) ন ভজেৎ ( নিংলোইদৌরগে । ২ ।

---

একদা ( নোংমগী মমিত্তা ) তু লেপ্ন ) গৃহাগতম্ ( য়ুমদা লাক্লবা ) অর্চ্চিতং ( পুজা তৌরবা ) সুখং ( মুঙ্ডায়না ) আসীনং ( ফম্লবা ) তং দেবর্ষিং ( অহুগুম্বা নারদবু ) অভিবাদ্য ( খুরুম্লগা ) বসুদেব ( বসুদেবনা ) ইদম্ ( অসুম্না ) অব্রবীৎ ( হায়খি ) । ৩ ।

---

বসুদেব উবাচ ( বসুদেবনা হায়খি ) হে ভগবান্ ) পিত্রো যথা ( মমা মপা ২গী লাকপনা মচাশিংগী মুঙ্ডাইনবা ওইবা ( তথা ) অহুগুম্না ) উত্তমশ্লোকবর্ত্মনাং ( অবিদ্যা ময়াগী বাংমদা লৈবা নিংখিবা মিংচৎনা মহাক্কী ওইবা ভগবান্গী লম্বী তাকপিরিবা ) ভবতঃ ( মহাক্না ) যাত্রা ( লেংবৌ-রকপনা ) কৃপনানাং ( সংসারগী মৈশা লাংলবা জীবশিংগী ) স্বস্তয়ে ( য়াইফনবা ওই ) । ৪ ।

---

শুকদেবনা হায়খি হে রাজেন্দ্র পরিক্ষীৎ! দেবর্ষি নারদনা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তনা দর্শন তৌনিংহনা গোবিন্দচন্দ্রগী প্যাম্বোম্না ওাক শেন্দুনা থম্লিবা দ্বারিকাদো মতুদা মতম অয়াম্বদা লৈখি । ১ ।

হে রাজন্! ব্রহ্মানচিংবা অখোইবা অমরশিংনা নিংলিবা মুক্তি পিনরবা শ্রীগোবিন্দগী মখোং থম্বাল অসিবু শংশংনা ইমাংদা লৈরবনা শোইদনা শিগনি থংলবা মী অহুনা পুক্নিং লাকশিন্দুনা করগীদনক

ভুতানাং দেব চরিতং দুঃখায় চ সুখায় চ।
সুখায়ৈব হি সাধুনাং ত্বাদৃশামচ্যুতাত্মনাম্ ॥ ৫ ॥
ভজন্তি যে যথা দেবান্ দেবা অপি তথৈব তান্।
ছায়েব কর্ম্মসচিবাঃ সাধবো দীনবৎসলাঃ ॥ ৬ ॥

দেবচরিতং ( দেবতাশিংনা মুংশা শাহনবা নোং ত হনবা অসিনচি বা তৌবকপনা ) ভূতানাং ( থবাইপ্যানবশিংগী ) দুঃখায় ( রানবা ) চ (অমসুং) সুখায় (মুঙাইনবা মবমবু ) ভবতি ( ওই ) চ ( তৌইগুম্বসুং) অচ্যুতাত্মনাম্ ( অচ্যুত ওইবা শ্রীভগবান্দা পুক্নিং চাপথ্রবা ) ত্বাদৃশাং ( ইবুঙো নগাক্ন্বা ) সাধনাং ( সাধুশিংগী লেংবিরকপনা ) হি ( লেপ্পমক ) সুখায় এব ( মুঙাই-নবগীতা ওই ) । ৫ ॥

যে ( অদুম্বা মীশিংনা ) দেবান্ ( ইন্দ্রনচিংবা দেবগাবু ) যথা ( অদু-গুম্না থজ্জনচিংবনা ) ভজন্তি ( ভজনা তৌরি, নিংশি ) কর্ম্মসচিবা ( কর্ম্মগী মথা পোল্লবা ) দেবাঃ অপি ( লাইশিং অদুনসু নিংলিবা মীদুগী ) ছায়া ইবা ( মমি ওইনা ) তান্ ( মীশিং অদুবু ) তথাএব ( মান তৌবা অদুগী মতুং ইন্না ) ভজন্তি ( মতৈ পিবি ) সাধবঃ ( সাধু ওইবশিংদি ) দীনবৎসলাঃ ( অতোনবা সংসার ইশাক্তা তাংবশিংবু মুংশিবীবনি ) । ৬ ।

নিংলোই । ২ ।

নোংমগী মুমিত্তা দেবর্ষি নারদনা বসুদেবগী যুমদা লাক-অদ্মি বসুদেবন নারদবু পাদ্য ( খোং-থুংহান্বা ) অমদি অর্ঘ্য ( চান-থক্লবা ) নচিংবনা পুজা তৌদুনা পোংথারবা মতমদা থুরুমদুনা মথাগী বাসি হায়খি । ৩ ।

বসুদেবনা হায়খি :— হে ভগবন্ মমা মপা অনিনা লাকপিরবদা মচাশিংগী মুঙাইনবগী মরম ওই অদুগুম্না ইবুঙো শাবুম্বা পুকচেল চাঙববা ভগবদ্ভক্তশিংগী লেংবিরকপনা সংসারগী মৈশা লাংলবা জীবশিংগী মঙ্গল ওই । ৪ ।

ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংনা মুংশাগী মৈশা অমসুং নোংনচিংবা তাহনবনা জীবশিংগী মথমদা মুংঙাইবতা থোকহন্দে, করিগুম্বদা অবাবা ওই, করি-গুম্বদা মুঙাইবা ওই, তৌইগুম্বসুং অচ্যুত ওইবা ভগবান্দা পুক্নিং চাপ্লবা

ব্রহ্মাংস্তথাপি পৃচ্ছামো ধর্ম্মান্ ভগবতাংস্তব।
যান্ শ্রুত্বা শ্রদ্ধয়া মর্ত্ত্যো মুচ্যতে সর্ব্বতো ভয়াৎ। ৭।
অহং কিল পুরানন্তং প্রজার্থো ভুবি মুক্তিদম্।
অপুজয়ং ন মোক্ষায় মোহিতো দেবমায়য়া॥ ৮।

---

হে ব্রাহ্মন্ তথাপি ( অমুম্না মহাক্লা লে'বিরকপা অসিতনা ঐগী মঙ্গল হায়বহু ওইরগনি ) অপি ( মহু ওইহুনমু ) তব ( নঙোন্দা ) ভাগবতান্ ( ভগবানগী ওইবা ) ধর্ম্মান্ ( ধর্ম্ম'খিবিকপু ) পৃচ্ছামো ( হজরি। যান্ ধর্ম্মান্ ( মহুগুম্বা ধর্ম্ম থিবিক অহুবু ) শ্রদ্ধয়া ( থাজবগা লোইননা) শ্রুত্বা ( তাজবগা ) মর্ত্ত্যো ( শিরবা প্রাণিশিংনা ) সর্ব্বতঃ ভয়াৎ ( অকিবগী মশক ওইরবা স'সারদগী ) মুচ্যতে ( নাম্থোক্লদগে ) | ৭ |

---

অহং ( ঐনা ) কিল ( লেপ্পা ) পুরা ( পূর্ব্বজন্মদা — নহানমুকী মপোক্তা ) প্রজার্থঃ ( ইচানুপা পামহুনা ) ভুবি ( পৃথিবী অসিদা ) মুক্তিদম্ ( মুক্তি পিনরবা ) অনন্তম্ ( অনন্তবু ) অপূজয়ং ( পূজা তৌরম্মি ) দেবমায়য়া ( অবিদ্যা কৌবী মায়ানা ) মোহিতঃ ( শুদ্ধৎপদগী — ওন্নবা খনবদগী ) ন মোক্ষায় ( সংসার অসিদগী লাল্লনবা তৌখিদ্রে। ৮।

---

ইবুঙো নহাকুম্বা পুকচেল চাওরবা সাধুশিংগী লে'বিরকপা অহুদি জীবশিংগী মঙ্গমদা শুপ্নগী মুঙাইবদো অহুতনক্ থোকহাল্ল॥ ৫॥

ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংদি কর্ম্মগী মথাপোম্না ফল পিবি, মীওইবনা অথোই অহেন নাইনা যজ্ঞনচিংবা তৌহুনা দেবতাশিংদা কৎলি অমসুং নিংলি, দেবতাশিংনসু মীহুগী মফমদা ( মমি ওইনা ) কৎলিবা চাংদগী হেন্দনা ফল পি, তৌইগুম্বসুং মতমপুম্বদা অপেনবতনা তিল্লবা সাধুশিংনদি উপকাব য়েংদনা জীবশিংগী অশেংবা কাল্লবহুতা তৌবিহুনা লৈ, মশি সাধুশিংগী লীচৎনি॥ ৬॥

হে ব্রহ্মন্, ইবুঙো নহাক্লা ঐগী য়ুমদা লেংবিরকপা অসিতনা ঐনা কৃতার্থ ( তৌজবগী মহৈ য়ানবা ) ওইরগনি, অহুমকপু ইবুঙো নঙোন্দা ভগবানগী ওইবা ধর্ম্মবু হংজরি, থাজবগা লোইননা ধর্ম্ম অহুবু তাজবা অমদি চঙ্গবনা, শিবনা হৌনশা ওইরবা মীওইবনা অশিবগী

যথা বিচিত্র ব্যসনাদ্ভবদ্ভির্বিশ্বতো ভয়াৎ।
মুচ্যেমহ্যঞ্জসৈবাদ্ধা তথা নঃ সাধি সুব্রত। ৯।
শ্রীশুক উবাচ।
রাজন্নেবং কৃতপ্রশ্নো বসুদেবেন ধীমতা।
প্রীতস্তমাহ দেবর্ষিহরেঃ সংস্মারিতো গুণৈঃ। ১০।

অতঃ ( মরম অসিদগী ) হে সুব্রত ( ভগবৎ আরাধনাতদা লৈরবা ) যথা ( অসুম্না ) ভবদ্ভিঃ ( ইবুঙোনংনা মরম ওইহুনা ) বিচিত্র ব্যসনাৎ ( মখল মথা অয়াম্বা অৱাবনা থল্লবা ) বিশ্বতোভয়াৎ ( অ'কবগী মশক ওইরবা স'সার অসিদগী ) বয়ম্ ( ঐখোইনা ) অঞ্জসা ( মুঙাইনা ) মুচ্যেমহি ( লাম্থোকচগবা ) তথা ( অদুম্না ) অদ্ধা ( শেংনা ) নঃ ( ঐখোইগী ইফমদা ) শাধি ( তাকপিয়ু ) । ৯ ।

শ্রীশুকদেবনা হায়খি ঃ—

হে রাজন্ ( পরিক্ষীৎ নিংথৌ ) ধীমতা ( অফবা বুদ্ধি লৈরবা ) বসুদেবেন ( বসুদেবনা ) এবং ( অসুম্না ) কৃতপ্রশ্ন ( হংজরবা ) দেবর্ষি ( নারদনা ) হরেঃ গুণৈঃ ( শ্রীহরিগী গুণ থিবিক্লা ) সংস্মরিত ( মপু ফানা হৌগৎলবা ) অতঃ ( মরম অদুদগী ) প্রীতঃ ( পেল্লহুনা ) তং ( বসুদেবদা ) আহ ( হায়খি ) । ১০ ।

মশক ওইবা সংসারশিদগী বাদনা নাম্থোকচবা ডম্বা ধর্ম অদুবু ঐগী ইফমদা হায়বিয়ু। ৭।

ঐনা নহানমুক্তী মপোক্তা ইচানুপা পামহুনা, সংসার অসিদগী মুক্তি পীবিবা ওম্নবা ভগবান্ অনন্তবু পূজা তৌখিরম্মি, অদুবু অবিদ্যা কৌবী ভগবৎকি মায়ানা মুন্মৎতুনা ইচা নিহুনা তোকহৌরে, সংসারদগী লাম্থোকপা মোক্ষপদবি অদুবুদি নিহৌদ্রে । ৮ ।

অতোপ্পগী কাম্নবা তৌবা অদুতনা নখোইগী ব্রত ওইরবা হে দেবর্ষে, ইবুঙো মহাক্লা মরম ওইহুনা ঐখোইনা অকিবনা থল্লবা সংসার সমুদ্র অসিদগী বাদনা মুক্তি ফংবা ডম্বা, মদুগী উপায় থনবিরগা ঐঙোন্দা ময়েক শেংনা লান্নবগী মরমবু তাকপিয়ু, উপদেশ তৌবীয়ু। ৯।

নারদ উবাচঃ—

সম্যগেতদ্ ব্যবসিতং ভবতা সাত্বতর্ষভ।
যৎ পৃচ্ছসে ভাগবতান্ ধর্ম্মাংস্ত্বং বিশ্বভাবনান্। ১১।
শ্রুতোঽনুপঠিতো ধ্যাত আদৃতো বানুমোদিতঃ।
সদ্য পুনাতি সদ্ধর্ম্মো দেববিশ্বদ্রুহোঽপি বা॥ ১২॥

---

নারদঃ উবাচ ( নারদ মুনীনা হায়খি ) হে সত্বতর্ষভ ( ভগবদ্ভক্ত-শিংগী মরুংদা অথোইবা হে বসুদেব ) যৎ ( অদুম্না ) ত্বং ( নহাক্না ) বিশ্ব-ভাবনান ( সংসার পুম্নমক অসিবু শেংদোকপিরিবা ) ভাগবতান্ ( শ্রীহরিগী ওইবা ) ধর্ম্মান ( ধর্ম্ম অদুবু ) পৃচ্ছসে ( নংনা হংলি ) এতৎ ( মশিমক ) ভবতা ( নহাক্না ) ব্যবসিতং ( লেপ্পলিবসি ) সম্যক ( চংশোল্লি, মদুনা মতিক চাবনি )। ১১।

---

সদ্ধর্ম্মঃ ( ভগবৎ ধর্ম্ম অসিবু ) শ্রুতঃ ( গুরুমুংদগী তাজবা অনুপাঠিতঃ ( অদুগীতুংদা শোঞ্জবা ) ধ্যাতঃ ( হন্না হন্না নিংশিংবা ) আদৃতঃ ( আস্তিক বুদ্ধিনা মশি শেংয়দবনি হায়না পুক্নিংদা হেপ্পা ) অনুমোদিতঃ ( অতোপ্পনা তৌরম্বদা মপুক্নিং থৌগৎপিরবা মতাক অদো ) দেববিশ্বদ্রুহঃ অপি ( লাইশিং অমদি বিস্বজগৎ অসিবু হেক্কবা মী ওইদুনসু ) সদ্য ( অদক অদুদা ) পুনাতি ( শেংই। ১২।

---

শ্রীশুকদেবনা পরিক্ষাৎকি মফমদা হায়খ ।— অফবা বুদ্ধিনা তিল্লবা বসুদেবনা মতৌ অসুম্না হংজরবদা দেবর্ষি ওইবা নারদনা শ্রীহরিগী গুণ অদুনা থম্মোই ঊবক হৌরকপা অদুনা হেল্লদুনা বসুদেববু অসুম্না হায়রিখি। ১০।

নারদ ঋষিনা হায়খি, ভগবদ্ভক্তশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইরবা বসুদেব, নহাক্না পাপ পুম্নমকপু মাংহনবা ভগবান শ্রীহরিগী মরীদা ওইবা ধর্ম্মবু হংলি, মশিমক নহাক্না হংবদা মতিক চাবমক্নি, মদু শেংয়দনা তৌগদবনি। ১১।

অথোইবা ভগবত ধর্ম্ম অসিবু গুরুগী মচিন্দগী তজবা অমদি শোঞ্জবা, মদুবু পুক্নিংদা হন্না হন্না খনবা অতোপ্পা মীনা চৎনম্বা তৌরম্বা

ত্বয়া পরমকল্যাণঃ পুণ্যশ্রবন কীর্ত্তনঃ।
স্মারিতো ভগবানদ্য দেবো নারায়নো মম ॥ ১৩
অত্রাপ্যুদাহরন্তীমামিতিহাসং পুরাতনম্।
আর্ষভাণাঞ্চ সংবাদং বিদেহস্য মহাত্মনঃ। ১৪

---

কিঞ্চ ( অমস্থুং ) পরম কল্যাণ ( অথোইবা মুঙাইবগী মশক ওইবা ) পুণ্যশ্রবণ কীর্ত্তণ ( ত'জবা অমস্থুং শোঞ্জবদা কোক্লবা ) দেব ( ভক্তশিং-গীদমক্তা থবক তৌবিরিবা ) ভগবান্ নারায়ন: ( শ্রী ভগবান্ নারায়ণবু ) ত্বয়া ( নহাক্না ) মম ( ঐবু ) স্মারিতঃ ( নিংশিংহল্লি, মশি ঐগী কয়াদা লাইবক ফবনো )। ৩।

---

অত্র ( নহাক্না হংলিবা ভগবৎ ধর্ম্ম অ:সদা ) আর্ষভানাং ( ঋষ-ভগী মচাশিংগা ) মহাত্মনঃ ( মহাত্মা ওইরবা / বিদেহস্য ( বিদেহগী নিংথৌ নিমিগা ) সংবাদ ( ঙাংনখিবা ) নাম ( মমিংনা নিমে সংবাদ অস্থুম্না থংনববা ) ইমং ( মসিমক ) পুরাতনম্ ( মতম খুদংদা নৌদুনতা লৈরবা ) ইতিহাস ( ইতিহ স আসবু ) উদাহরন্তি ( মধক্তা হোখিবাশিংনা লীরমই ) তৎ শৃনু ( মতুংক তারো ) । ১৪।

---

উরগা মী অমবু উৎসাহ পীদুনা হেম্না তৌনংবা পোকহনবা মী অদো কবি অমুক হায়গনি সংসার আসিগী য়েক্রবা মী ওইদুনস্থু থুংক অদুদা অশেংবা অফবা হায়বদু ওই। ১২।

অমস্থু অথোইবা মুঙাইবগী মশক ওইরবা মহাক্কী মগুণ তাজবা অমদি শোঞ্জবদা, পাপ পুম্নমক কোক্লবা ভক্তশিংগী মুঙাইনবগীদমক্তা মথল মথা অম্নাম্না থবক তৌবিরিবা ভগ কৌবা শক্তিশিং অদুনা থিল্লবা শ্রীনারায়ণ অদুবু বসুদেব নংনা ঐবু নিংশিংহল্লি, মশি ঐহাক্কী কয়াদা লাইবক ফবনো। ১৩।

নহাক্না হংলিবা ভাগবত ধর্ম্ম অসিদা, ঋষভগী মচাশিংগা বিদেহ লৈবাক্কী নিংথৌ মপুকচেল চাওরবা নিমিগা ঙাংনখিবা, মামং অসিমক কাওরবা, মতম খুদিং ইনৌ নৌরবা ইতিহাসবু অহলশিংনা লীরমই, মতু নহাক্কী নকমদা ঐ লীগে তাও। ১৪।

প্রিয়ব্রতো নাম সুতো মনোঃ স্বায়ম্ভুবস্য যঃ।
তস্যাগ্নীধ্রস্ততো নাভিঋর্ষভস্তৎ সুতঃ স্মৃতঃ। ১৫।
তমাহুর্বাসুদেবাংশং মোক্ষধর্ম্ম বিবক্ষয়া।
অবতীর্ণং সুতশতং তস্যাসীৎ ব্রহ্মপারগম্। ১৬।

---

স্বায়ম্ভুবস্য ( ব্রহ্মাগী মচা স্বায়ম্ভুব কৌবা ) মনোঃ ( মনুগী ) সুতঃ ( মচা ) প্রিয়ব্রত নামঃ ( মমিং প্রিয়ব্রত কৌবা ) যঃ ( মহাক অদু ) প্রসিদ্ধ ( জগৎনা খংনবনি ) তস্য ( প্রিয়ব্রতগী ) সুতঃ ( মচানা ) নাভিঃ ( নাভি তৌই ) তৎ সুতঃ ( নাভিগী মচানা ) ঋষভঃ স্মৃত ( ঋষভ হায়না কৌরম্মী। ১৫।

---

তম্ ( অদুগুম্বা ঋষভ অসিবু ) মোক্ষধর্ম্ম বিবক্ষয়া ( মোক্ষ ধর্ম্মসি নিংথিনা লৈনবগীদমক হোৎনখিবনা ) বাসুদেবাংশং ( শ্রীভগবান্‌গী অংশনা ) অবতীর্ণং ( লেংথরকপনি অসুম্না ) আহুঃ ( ঋষিশিংনা হায়নৈ ) তস্য চ ( ঋষভ অদুগী ) বেদপারগম্ ( ব্রহ্ম খংলবা ( সুতশতম্ ( মচামুপা চামা ) আসিৎ ( লৈরমই ) ১৬।

---

ব্রহ্মাগী মচামুপা স্বায়ম্ভুবমনুগী মচামুপা প্রিয়ব্রত কৌবা নিংথৌ অমা লৈরমই, মহাক অসি জগৎনা খংনরবা মতীক লৈবা অমা ওইরমই, অসিগুম্বা প্রিয়ব্রতগী মচানা নাভি কৌই, নাভিগী মচানা ঋষভ অসুম্না খংনৈ। ১৫।

ঋষভবু মোক্ষধর্ম্ম অসি নিংথিনা লৈহন্নিংদুনা ভগবান বাসুদেবগী অংশনা অবতার তৌরকপনি অসুম্না ঋষিশিংনা হায়নৈ। অসুম্না অবতার তৌরকুবা ঋষভগী মচামুপা চামা লৈরম্মি, মখোই অদু ব্রহ্ম খংবা জ্ঞান লৈরবা জ্ঞানি ওাক্তনি। ১৬।

ঋষভগী মচা চামগী মনুংদা ভরতনা অহন্নি, মহাক অসি শ্রীনারায়ণগী ভক্ত ওইরমই, ভারতবর্ষ অসি মমাংদৈদা অজনাভ হায়না খংনরম্মি অদুবু ভরতকি মমিং লৌদুনা ভারতবর্ষ কৌথি, পুম্নমক্তগী অহেনবা অওকপা ওইনা ফাওরি।

তেষাং বৈ ভরতো জ্যেষ্ঠো নারায়ণ পরায়ণঃ ।
বিখ্যাতং বর্ষমেতদ্ যন্নাম্না ভারতমদ্ভুতম্ । ১৭ ।
স ভুক্তভোগাং ত্যক্ত্বেমাং নির্গতস্তপসা হরিম্ ।
উপাসীনস্তৎ পদবীং লেভে বৈ জন্মভিস্ত্রিভিঃ । ১৮ ।
তেষাং নব নবদ্বীপ পতয়োঽস্য সমন্ততঃ ।
কর্ম্মতন্ত্র প্রণেতার একাশীতির্দ্বিজাতয়ঃ । ১৯ ।

---

তেষাং ( মচা চাম অহুগী মনুংদা ) ভরত ( ভরত কৌবসিনা ) জ্যেষ্ঠোঃ ( অহল্প ) বৈ ( লেপ্পা ) নারায়ণ পরায়ণঃ ( মহাক্তি শ্রীনারাযুদা পুক্লিং হাপ্লি ) এতৎ বর্ষং ( লৈপাক অসিমক ) যৎ নাম্না ( মহাকী মমিং কৌহুনা ) ভারতম্ ( ভারতবর্ষ ) ইতি ( অসুমা ) অদ্ভুতম অঙকপা ওইনা ( বিখ্যাতম্ ( ফজনা ফাওর ১৭ ।

ভুক্ত ভোগান্ ( নিংথৌ ওইবগী ফংগদবা চাগদবা পুম্নমক থল্লগা ) ইমাং ( পৃথিবী অসিবু ) ত্যক্ত্বা ( থাদে ক্লগা ) নির্গতঃ ( কোনুংদগী থোকখিহুনা ) তপসা ( ধ্যান তৌহুনা ) হরিম্ (শ্রীহরিবু উপাসনা তৌজবা ) সঃ ( ভরতনা ) ত্রিভিঃ জন্মভিঃ ( মপোক অহুমলক্লা ) বৈ ( লেপ্পা ) তৎ পদবীং ( শ্রীহরিগী পদবী অদুবু ) লেভে ( ফংখি ) । ১৮ ।

---

অস্য ( ভারতবর্ষ অসিবু ) সমং ( মায়না। নবদ্বীপ ( শরুক মাপন থোক্লা থায়রবা ) ভতঃ ( মতুংদা ) তেষা ( ভরতকী মনাও মরিক্তরা মাপনগী মনুংদা ) নব ( মনাও মাপন্না লৈবাকশিং অহুগী মপু ) বভুবুঃ ( ওইখি ) একাশীতি ( মনাও মরিফুমাৎেইনা ) কর্ম্মতন্ত্রপ্রনেতার ( কর্ম্মগী লম্বী তাকপা ) দ্বিজাতয়ঃ ( দ্বিজাতিশিং ওইখি ) । ১৯ ।

---

নিংথৌ ওইবগী হৌনবা চাগদবা ফংগদবা পুম্নমক্লা থল্লবা পৃথিবী অসিবু থাদোক্লগা কোনুংদগী থোকখিহুনা, শ্রীহরিবু ধ্যান, তপ, উপাসনানচিবা তৌহুনা ভরত নিংথৌনা মপোক অহুমলক্লা লেপ্পমক শ্রীহরিগী পদবী ( মুক্তি ) অদুবু ফংখি ॥ ১৮ ॥

ভারতবর্ষ অসিবু চপমায়না শরুক মাপন থোক্লা থায়রগা ভরতকি মনাওশিংগী মনুংদগী কুশাবর্ত্তনচিংবা মনাও মাপন্না লৈবাকশিং অহুগী মপু

নবাভবন্ মহাভাগা মুনয়ো হ্যর্থশংসিনঃ।
শ্রমনা বাতরসনা আত্মবিদ্যাবিশারদাঃ।২০।
কবির্হরিরন্তরিক্ষঃ প্রবুদ্ধঃ পিপ্পলায়নঃ।
আবির্হোত্রোহথ দ্রুমিলশ্চমসঃ করভাজনঃ।২১।
ত এতে ভগবদ্রূপং বিশ্বং সদসদাত্মকম্।
আত্মনোহব্যতিরেকেন পশ্যন্তো ব্যচরন্ মহীম্।২২।

( লৈহৌরিবা ) কবি, হরি, অন্তরীক্ষ, প্রবুদ্ধ, পিপ্পলায়ন আবি-হোত্র, দ্রুমিল, চমস, করভাজন, ( হায়রিবা মখোই মাপন অসি ) মহাভাগা ( পুকচেল চাওরবা লাইবক ফবা ) নবপুত্রা ( মচা মাপল অসি) শ্রমনা ( অঙাং ওইরিঙৈদগী ) অর্থশংসিনঃ ( পরমার্থ থংবা, অফবা লম্বী তাকপা ) আত্মবিদ্যাবিশারদা ( অধ্যাত্মবিদ্যাদা হৈশিংলবা ) বাত-বসনা ( মাইকৈনা ফিজোন ওইবা—ফি শেত্তবা ) মুনয়ো ( মুনি হায়বত্থু ওইখি )।২০।২১।

ত এতে মুনয় ( হায়রিবা কবিনচিংবা মুনি মাপল অসিনা) সদসদাত্মকম্ ( উবা অমসুং উদবগী মশকওইবা ) বিশ্বম্ ( সংসার অসিবু ) আত্মন ( মহাক মশাদগী ) অব্যতিরেকেন ( তোঙান্দনা ) ভগবৎ রূপং ( শ্রীহরিগী ফোংদোক্লবা শক্তমনি হায়না) পশ্যন্ত ( উরবা মখোইনা ) মহীং ( অসিগুম্বী পৃথিবী অসিবু ) ব্যচরন্ ( কোইনা চৎখ )।২২।

ওইখি, লেমহৌরিবাশিংগী মমুংদা মরিক্মাথোইনা কর্ম্মতন্ত্র—কর্ম্মগী লম্বী তাকপা দ্বিজাতিশিং ওইখি।

ঋষভগী মচা কবি, হরি, অন্তরীক্ষ, প্রবুদ্ধ, পিপ্পলায়ন, আবির্হোত্র দ্রুমিল, চমস, করভাজন, কৌবা মরাইবক কবা মখোই মাপন আসনা অঙাং ওইরৈঙদগী হৌনা পুম্নমক্কী হেন্না কান্নরবা অধ্যাত্ম বিদ্যা অদুতবু হোৎনত্থুনা অমদি মত্থুদা য়াম্না হৈশিংলবা, মাইকৈনা ফিজোন ওইবা ( ফি শেত্তবা ) মুনিশিং ওইখি।২০।২১।

হায়রিবা কবিনচিংবা মুনি মাপল অসিনা মিংনা উরিবা অমদি উদবা ওইনা ফোংদোকপা জগৎ অসিবু মখোই মশাদগী তোঙান্দনা

অব্যাহতেষ্টগতয়ঃ সুরসিদ্ধসাধ্য—
গন্ধর্ব্বযক্ষনরকিন্নর নাগলোকান্ ।
মুক্তাশ্চরন্তি মুনিচারণভূতনাথ—
বিদ্যাধরদ্বিজগবাং ভুবনানি কামম্ । ২৩ ।
ত একদা নিমেঃ সত্রমুপজগ্মুর্যদৃচ্ছয়া ।
বিতায়মানমৃষিভিরজনাভে মহাত্মনঃ । ২৪ ।

অব্যাহতেষ্টগতয়ঃ (মখোইনা চংনিংবতা চৎপবা য়োনিংবতা য়োরবা, কনানা থিংবা ঙমদ্রবা ) মুক্তা ( অপাঙ্গা লৈত্রবা ) সুরসিদ্ধসাধ্য গন্ধর্ব্ব-যক্ষনরকিন্নর নাগ ( সুর সিদ্ধনচিংবা মমিংশি না থংনরবা ) লোকন্ ( লোকশিং অসিবু ) মুনি, চারণ, ভূতনাথ, বিদ্যাধর, দ্বিজগবাং ( মুনি চারনচিংবশিংনা লৌরিবা ) ভুবনানি চ (পৃথিবী অসিবুসু ) কামং ( মনিং তম্না ) চরন্তি ( চৎলি ) । ২৩ ।

ত ( মুনিশিং অসুনা ) একদা ( নোংমগী সুমিত্তা ) অজনাভে বর্ষে ভারতবর্ষদা ) ঋষিভি ( ঋষিশিংনা ) বিতায়মানম্ ( অনুস্থান তৌ-রিবা, লৈরিবা ) মহাত্মনঃ নিমে ( মতীক মগুণ লৈরবা রাজা নিমিগী ) সত্রং ( যজ্ঞদা ) যদৃচ্ছয়া ( নিংবগী মতুংইন্না থংহৌদনা ( উপজগ্মুঃ ( য়োরকখি ) । ২৪ ।

শ্রীহরিগী ফোংদেক্লবা মশক্তি হায়না উরবা ম'খাইনা পৃথিবী অসিবু কোইনা চৎখি । ২২ ।

হায়রিবা মুনিংশিং অসিদি মখোইনা চৎনিংবতা চংলবা য়োনিংবতা য়োরবা, কনাগুম্বা অমনা মখোইবু থিংবা ঙমদ্রবা, অপাঙ্গা হায়রবা লৈ-ত্রবা মখোই অসিনা, সুরলোক সিদ্ধ লাক সাধ্য গন্ধর্ব্ব-যক্ষ নর-কিন্নর-নাগলোকনচিংবা লোক থবিক অসিদা লৈরিবা মুনি চারন্ ভূতশিংগী মপু বিদ্যধর দ্বিজশিং শমচিংবনা লৈরিবা পৃথিবী অসিবুসু মনিং তম্না চৎলি । ২৩ ।

নোংমগী সুমিত্তা হায়রিব' কাবিনচিংবা মুনিশিংনা ঋষিশিংনা অনুস্থান তৌরিবা, লৈরিবা ভারতবর্ষ অসিদা, মতীক মগুন চাওরবা নিংথৌ

তান্ দৃষ্ট্বা সূর্য্যসঙ্কাশান্ মহাভাগবতান্ নৃপ।
যজমানোঽগ্নয়ো বিপ্রাঃ সর্ব্ব এবোপতস্থিরে ।২৫।
বিদেহস্তানভিপ্রেত্য নারায়ণ পরায়নান্।
প্রীতঃ সম্পূজয়াঞ্চক্রে আসনস্থান যথার্হতঃ ।২৬।
তান্ রোচমানান্ স্বরুচা ব্রহ্মপুত্রোপমান্ নব।
পপ্রচ্ছ পরমপ্রীতঃ প্রশ্রয়াবনতো নৃপঃ ।২৭।

নৃপঃ ( নিমি নিংথৌনা ) সূর্য্যসঙ্কাশান্ ( নুমিৎকুম্না মঙাল চাওরবা ) মহাভাগবতান্ ( ভগবদ্ভক্তগী মনুংদা অথোইবা ওইরবা ) তান্ ( মুনিশিং অদুবু ) দৃষ্ট্বা ( উরগা ) যজমান ( যজমানশিং ) অগ্নয়ঃ ( মৈদা হোম তৌরিবা ব্রাহ্মণশিং ) বিপ্রাশ্চ ( অং ংাম্না ব্রাহ্মণ খিবিরুস্ন ) সর্ব্বে এব ( পুম্নমক অসিনা ) উপতস্থিরে ( ইকায়খুম্নবা উত্তুনা চৌগৎথ্রে ) ।২৫।

নারায়ণ পরায়নান্ ( শ্রীহরি নারায়ণগী মকমদা পুক্নিং হাপথ্রবা তান্ ( মখোই অদুবু ) অভিপ্রেত্য ( দর্শন ফংজবদা ) প্রীতঃ ( অপেনবা ওইদুনা) আসনস্থান ( আসন্দা ফমহনবা ঋষিশিংবু ) যথার্হত (অদুম্না মতীক চাবা ) পূজয়াঞ্চক্রে ( পূজা তৌখ্রে ) ।২৬।

পরমপ্রীত ( থোইদোক্না পেন্নবা ) প্রশ্রয়াবনতঃ ( নোমুক্না খুকমজরবা ) নৃপঃ (নিংথৌ নিমিনা ) স্বরুচা (মশাগী মঙাল্না) ব্রহ্মপুত্রোপমান্ ( ব্রহ্মাগী মচা সনকনচিংবা ঋষিশিংগা মান্নবা ) রোচমানান্ ( ফজরবা ) তান্ নব ( মুনি মাপনগী মকমদা ) পপ্রচ্ছ ( হংখি ) ।২৭।

নিমিগী সত্র কৌবা যজ্ঞ তৌরিবা মফমদা ইথং খংহৌদনা লাকখি ।২৪।

নিমি নিংথৌনসু নুমিৎকুম্না মঙাল চাওরবা, ভগবৎ ভক্তশিংগী মমুংদা অথোইবা ওইরবা কবিনচিংবা মুনিশিং অদুবু উরগা, অদুকয়াম্না যজমানশিং; হোম তৌরিবশিং অমাদ অতোপ্পা ব্রহ্মণ খিবিরুচিংলবা পুম্নমক্না য়াম্না ইকাইখুম্নব উত্তুনা চৌগৎখি ।২৫।

বিদেহ লৈবাক্কী নিংথৌ নিমিনা, ভগবদ্ভক্ত ওইরবা মুনিশিং অদুগী দর্শন ফংজবদা পেনখ্রদুনা; মতীক চাবা আসন্দা মথং মনাও নাইনা ফমহন্নগা, পাদ্য অর্ঘ্যনচিংবা পোংলমনা তৌবা হৌনবা পূজা তৌখি ।২৬।

বিদেহ উবাচ :—

মন্যে ভগবতঃ সাক্ষাৎ পার্ষদান্ বো মধুদ্বিষঃ ।
বিষ্ণোর্ভূতানি লোকানাং পাবনায় চরন্তি হি ।২৮।
দুর্লভো মানুষো দেহো দেহিনাং ক্ষণভঙ্গুরঃ ।
তত্রাপি দুর্লভং মন্যে বৈকুণ্ঠপ্রিয়দর্শনম্ ।২৯।

বিদেহ উবাচ ( নিমি নিংথৌনা হায়খি ) বঃ ( ইবুঙো নখোই অসিবু ) মধুদ্বিষঃ ( মধুকৈটভ কৌবা দৈত্য অদুবু মাংহনবা ) সাক্ষাৎ ভগবতঃ ( লাইগীসু লাই ওইবা ভগবানমক্কী ) পার্ষদান্ ( মনাইনি অসুম মন্যে ( নিংই ) হি ( মরম অসিনা ) বিষ্ণো ( শ্রীবিষ্ণুগী ) ভূতানি (ওইবা ) লোকানাং ( লোকশিং অসিবু ) পাবনায় ( শেংবীগে হায়বগীদমক ) চরন্তি ( কোইনা চৎলি ) । ২৮ ।

দেহিনাং ( ইন্দ্রনচিংবা লাইদগী হৌদুনা হকচাং অমমন্ ফংলিবা জীবশিংগী মনুংদা ) ক্ষনভঙ্গুরঃ ( পুন্সি শাংদবা ) মানুষঃ ( মীগী ওইবা ) দেহ ( হকচাং অসি ) দুর্লভো ( য়ানা ফংবনি কংঙমদ্রবনি ) তত্রাপি ( মীগী হকচাং ফংলিবশিং অদুগী মনুংদগীসু ) বৈকুণ্ঠপ্রিয়দর্শনম্ (ভগবৎ-ভক্তশিংবু দর্শন্ ফংজবসিনা) দুর্লভং (অমুক্কা হেন্না ক ঙমদবনি তাংলবনি) মন্যে ( অসুম হায়না ঐনা নিংই )। ২৯ ।

খোইদোক্না পেল্লবা নিমি নিংথৌনা নোল্লক্না শুকম্নগা, মশাগী মঙাস্তনা ব্রহ্মাগী মচা সনকনচিংবা কুমার মরিগী মতৌগুম্নবা ফজরবা মুনি মাপনগী মফমদা মখাগী য়াহৈ অসুম হায়না হংখি । ২৭ ।

নিমি নিংথৌনা হায়খি :— ইবুঙো নখোইবু, সংসারগী ওইবা অপাম্বা খিবিকপু মাংহনবীরিবা, লাইশিংগীসু লাই ওইবা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণু-মক্কী মনাইনি হায়না ঐনা নিংই, মরম অসিনা ভগবদ্ভক্ত ওইবা নখোইনা লোক পুম্নমক অসিবু শেংদোকপিদুনা কোইনা চৎলি । ২৮ ।

ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংদগী হৌরদুনা হকচাং ফংলিবা জীবশিংগী মনুংদা মীওইবগী হকচাং ফংবা হায়বসিমক পুম্নমক্কী অহেনবনি, মরমদি মীওইবগী হকচাং অসিনা ধর্ম্ম অর্থ-কাম-মোক্ষ কৌবা পুরুষার্থ মরিবু তানবা ঙম্মি

অত আত্যন্তিকং ক্ষেমং পৃচ্ছামো ভবতোঽনঘাঃ।
সংসারেঽস্মিন্ ক্ষণার্দ্ধোঽপি সৎসঙ্গঃ সেবধির্নৃণাম্ ।৩০।
ধর্ম্মান্ ভাগবতান্ ব্রূত যদি নঃ শ্রুতয়ে ক্ষমম্।
যৈঃ প্রসন্ন প্রপন্নায় দাস্যত্যাত্মানমপ্যজঃ।৩১।

---

হে অনঘাঃ ( হে পাপচেন্দ্রবশা ) অতঃ ( ইবুঙো নখোইগা উনবনি ফংঙমদবা ওইবদগী ) আত্যন্তিকং ( খোইদোক্লা নক্রবা ) ক্ষেমং ( মঙ্গল ওইবা ধর্ম্মবু ) ভবত ( ইবুঙোশিংগী মফমদা ) পৃচ্ছাম ( হংজরি ) অস্মিন্ সংসারে ( অসিগুম্বা সংসার অসিদা ) ক্ষনার্দ্ধ অপি ( মিক্নুপ মথাই অমা ফাঙ্গদং ) সৎসঙ্গ ( অফ সঙ্গ তৌবা হায়বদি ইবুঙো নখোইগুম্বা ভক্তগা উনজখনা ) নৃনাম্ মীওইবশিংগী ) সেবধি ( অথোইবা পুরুষার্থ ফংনবা লনগৈ অমা ওইবীরি ।৩০।

---

যৈঃ ( ধর্ম্ম অদুনা ) প্রসন্নঃ ( পেনবীরবা ) অজ: ( পোকপা শিবা নাইদবা ভগবান অদুনা ) প্রসন্নায ( চংজরবা ঐঙোন্দা ) আত্মানম্ অপি ( আত্মস্বরূপ অদু ফাওবা ) দাস্যতি ( পীবীগদবা ওইবা ) ভাগবতান্ ( শ্রীভগবান্‌গী ওইবা ) ধর্ম্মান্ (ধর্ম্ম অদুবু ) যদি নঃ ( অদুম্না ঐখোইনা) শ্রুতয়ে ( তাজবদা ) ক্ষমম্ ( ঙমজগদবা ওইনা ) ব্রূত ( হায়বিয়ু )। ৩১।

---

মশিদগীসু অনুক ভগবৎভক্তবু দর্শন্ ফংজবা হায়বসিনা হেল্লি হায়না এনা নিংই। ২৯।

হে পাপ লৈতবা। ইবুংঙো নখোইগা উনবসি ফঙমদবা ওইবদগী খোইদোক্লা শ্রীভবানগী নাক নকচগদবা মঙ্গল ওইবা ধর্ম্মবু ইবুঙো নখোইদা হংজরি, সংসার অসিদা মিক্নুপ তঙ্খাইমরুমদং নখোইগুম্বা ভক্তগা তিন্নজবনা মীওইবশিংগী ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষনচিংবা অথোইবা পুরুষার্থ থিবিকপু ফংজবা ওম্মি ।৩০।

ধর্ম্ম অদুনা পেনবিরবা পোকপা শিবা লৈত্রবা ভগবান্না, চংজরিবা ঐঙোন্দা ইবুঙো মাগী আত্মস্বরূপ অদু ফাওবা পীবিগদবা ওইবা, শ্রীভগবান্‌মকী ওইবা ধর্ম্ম অদুবু ঐখোইনা তাজবদা ঙমগদবা ওইনা হায়বদি জ্ঞান লৈতবা ঐখোইনা হেক তাজবদা লাইনা খংজগদবা মওংদা ইবুঙো নখোইনা হায়বিয়ু ॥৩১॥

শ্রীনারদ উবাচ।

এবং তে নিমিনা পৃষ্টা বসুদেব মহত্তমাঃ।
প্রতিপূজ্যাব্রুবন্ প্রীত্যা সদস্যর্ত্বিজং নৃপম্।৩২।

কবিরুবাচঃ—

মন্যেঽকুতশ্চিদ্ভয়মচ্যুতস্য পাদাম্বুজোপাসনমত্র নিত্যম্।
উদ্বিগ্নবুদ্ধেরসদাত্মভাবাৎ বিশ্বাত্মনা যত্র নিবর্ত্ততে ভীঃ।৩৩।

---

শ্রীনারদ উবাচ :—( নারদ মুনিনা হায়খি ) বসুদেব ( হে বসুদেব ) এবং ( অসুম্না ) নিমিনা পৃষ্টা ( নিমি নিংথৌনা হংলবদা ) মহত্তমা ( মগুণ লৈরবা ) তে ( মুনিশিং অদুনা ) প্রীত্যা ( পেনবিরদুনা ) সদস্যর্ত্বিজং ( সদস্য অমসুং ঋত্বিক ব্রাহ্মণশিংগা লোইনরবা ) নৃপ, ( নিমি নিংথৌব ) প্রতিপূজ্য ( থাগৎতুনা ) অব্রুবন্ ( হায়খি ) ৩২।

---

কবি উবাচ :—( কবিনা হায়খি ) অত্র ( সংসার অসিদা ) অসদাত্মভাবাৎ ( লেপতুনা লৈতবা হকচাং অসিদা "ঐ" হায়না খংবদগী ) উদ্বিগ্নবুদ্ধে ( অধ্যাত্মিকনচি বা তাপ অদুমদগী ফংলিবা অরাবনা পুক্নিং লৈতাত্রবা মীদুনা ) অচ্যুতস্য ( অমাং অতা লৈত্রবা ভগবানগী ) পাদাম্বুজোপাসনম্ ( মখোং থম্বাল অনিবু পূজা ধ্যানচিংবনা চজরগা ) অকুতশ্চিৎভয়ম্ ( করিগুম্বা মরম অমদগী অকিবা ফংদে হায়না ) মন্যে ( ঐনা নিংই ) অত্র ( অসুম্না উপাসনা তৌজরবদা ) বিশ্বাত্মনা ( সংসার অসিনা ) ভীঃ ( অকিবা অদুব ) নিবর্ত্ততে ( হন্দিল্লি — অকিবা লৈররোই ) ।৩৩।

---

নারদ মুনিনা হায়খি :—হে বসুদেব, নিমি নিংথৌনা মতৌ অসুম্না হংজরবদা মগুণ লৈরবা মুনিশিং অদুনা পেনবিরদুনা, সদস্যশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা লৈরিবা নিমি নিংথৌগী মতীক মগুণ কয়াব লৈশি লৈথোনবগা লোইননা থাগৎতুনা হায়খি। ৩২।

কবিনা হায়খি :—সংসার অসিদা লেপতুনা লৈতব হকচাংনচিংবা অসিদগী ফংলিবা পুক্নিং লৈতাত্রবা মী অদুনা অমাং অতানচিংবা শ্রীভগবানগী মখোং থম্বাল অনিবু পূজা অমদি ধ্যানচিংবনা চংজরগা করিগুম্বা মরম অমদগী অরাবা ফংদে হায়না ঐনা নিংই; অসুম্না

যে বৈ ভগবতা প্রোক্তা উপায়হ্যাত্মলব্ধয়ে।
অঞ্জঃ পুংসামবিদুষাং বিদ্ধি ভাগবতান্ হি তান্। ৩৪।
যানাস্থায় নরো রাজন্ ন প্রমাদ্যেত কর্হিচিৎ।
ধাবন্ নিমীল্য বা নেত্রে ন স্খলেন্নপতেদিহ। ৩৫।
কায়েন বাচা মনসেন্দ্রিয়ৈর্বা
বুদ্ধ্যাত্মনা বানুসৃত স্বভাবাৎ।
করোতি যৎ যৎ সকলং পরস্মৈ
নারায়ণায়েতি সমর্পয়েৎ তৎ। ৩৬।

---

অবিদুষাং ( খংবা য়াৎলবা ) পুংসাং ( মীশিংনা ) অঞ্জঃ ( য়াদনা ) হি ( শোয়দনা ) আত্মলব্ধয়ে ( মশাবু খংজনবগীদমক ) যে বৈ ( অহুম অহুম্বা ) উপায়া ( উপায় খিবিক অহুবু ) ভগবতা ( ভগবান্না ) প্রোক্তা ( হায়খ্রে ) তান্ ( হায়খ্রিবশিং অহু ) হি ( লেপ্পা ) ভাগবতান্ ( ভগবান্ ধর্ম্মনি অস্তুম্না ) বিদ্ধি ( খংউ )। ৩৪।

---

হে রাজন্ ( হে নিমি নিংথৌ ) যান্ ( ভাগবত ধর্ম্ম অসিদা ) আস্থায় নরঃ ( লৈজরবা মী অহুনা ) কর্হিচিৎ ( করিগুম্বদসু ) ন প্রমাদ্যেত ( লমুক্রবা ওইদে ) বা ( অহুদগী হেন্দোক্না ) নেত্রে নিমীলা ( মিৎ অনি উইশিল্লগা ) ধাবন্ ( অপি ) ( চেন্থুনসু ) ইহ ( সংসার অসিদা ) স্খলেৎ ( খুদি থীররোই ) ন পতেৎ ( লৈহৌররোই )। ৩৫।

---

কায়েন ( হকচাংনা ) বাচা ( য়াহৈনা ) মনসা ( পুক্লিংনা ) ইন্দ্রিয়ৈ ( ইন্দ্রিশিংনা ) বুধ্যা ( লেপ্লবা বুদ্ধিনা ) আত্মনা ( চিত্ত, অন্তকরণ ) বা ( অসি নত্তবা ) অনুস্হত স্বভাবাৎ ( মশাগী ওইনা হৈনবক্লবা স্বভাব অহুনা ) যৎ যৎ ( মহুম মহুম্না ) করোতি ( তৌরিবা ) তৎ সকলং ( কর্ম্ম পুম্নমক অহু ) পরস্মৈ ( পুম্নমক্কগী অথোইবা ) নারায়নায় শ্রীহরি-গীদমক ওইনা ) সমর্পয়েৎ ( কচ্চগনি )। ৩৬।

---

উপাসনা তৌজরবদা সংসার অসিনা অকিবা অহুবু হুজিল্লি—অকবা লৈররোই। ৩৩।

খংবা য়াংলিবা মীশিংনা য়াদনা লাইনা মশাবু খংজনবগীদমক

ভয়ং দ্বিতীয়াভিনিবেশতঃ স্যাৎ
ঈশাদপেতস্য বিপর্য্যয়োঽস্মৃতিঃ ।
তন্মায়য়াতো বুধ আভজেৎ তং
ভক্ত্যৈকয়েশং গুরুদেবতাত্মা । ৩৭ ।

ঈশাৎ অপেতস্য ( ঈশ্বরদগী মাই ওন্থোকপা মীনা ) তৎ মায়য়া ( ভগবান্‌গী মায়ানা ) স্মৃতি ( মশাবু নিংশিংদে ) বিপর্য্যয়ঃ ( মহুৰু ওন্না হকচাংবু ঐনি হায়না খংই ) দ্বিতীয়াভিনিবেশত ( অসুম্না ওন্ননা খংউবদগী অনিশুবদা নং হায়বা অমা লাকপদগী ) ভয়ং ( অকিবা ওইরকই ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) বুধ ( বাখল লৈবা মীনা ) গুরুদেবতাত্মা ( গুরু অসিমক ঈশ্বরনি আত্মানি ) তথা ভক্ত্যা ( অসুম্না ভক্তি তৌনা ) তং ( ঈশ্বরবু ) আভজেৎ ( অকিবন্থ কোকত্রিকাওবা নিংগনি । ৩৭ ।

অহুম অহুম্বা পাম্বে থিবিক অহুবু শ্রীভগবাম্না হায়খ্রে, হায়খ্রবশিং অহুবু লেপ্পমক ভাগবত ধর্ম্মনি খংউ । ৩৪ ।

হে রাজেন্ অহুগুম্বা ভাগবত ধর্ম্ম অহুদা পুক্নিং চংনা লৈজরবা মী অহুনা করিগুম্বদসু লমুক্নগদবা ওইদে, অহুদগী হেন্দোক্ত্‌না মিৎ অনি উইনিংঙগা চেন্দুনসু সংসার অসিদা থুদি থীররোই, অমুক লৈহৌররোই । ৩৫ ।

মী মহাক অহুগী হকচাংনা, বাহৈনা, পুক্নিংদা ইন্দ্রিয়শিংনা, লেপ্লবা বুদ্ধি ( চিত্ত ) মা অসি নত্তবা পোকপদগী লোইনবক্লবা স্বভাব ( মশাগী হৈনবী ) অহুনা অহুম অহুম্না তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক অহুবু ইশাগীদমক নত্রে, ঐনা তৌজরিবা পুম্নমক ইবুঙো মাগী য়াথং ইন্দুনা তৌজবনি. পুম্নমক মাগী পেম্নবা তৌজবতনি অসুম্না তৌজখিবা কর্ম্ম থুদিংমক শ্রীহরিদা কক্কগনি । ৩৬ ।

ঈশ্বর নিংদবা মীনা, ভগবানগী মায়ানা শুমহৎপদগী মশাবু নিংশিংদে ( আত্মাবু মশক খংদে ) মহুনা ওন্নচেননা হকচাংবু ঐনি হায়না খংই, অসুম্না ওন্ননা খংউবদগী অনিশুবদা নং হায়বা অমা লাকপদগী অকিবা ওইরকই মরম অসিদগী বাখল লৈবা মীনা গুরু অসিমক ঈশ্বরনি আত্মানি অসুম্না ভক্তি তৌনা ঈশ্বরবু, অকিবন্থ কোক্ত্রবা কাওবা নিংগনি । ৩৭ ।

অবিদ্যমানোঽপ্যবভাতি হি দ্বয়ো—
ধ্যাতুর্ধিয়া স্বপ্ন মনোরথৌ যথা।
তৎ কর্ম্মসংকল্পবিকল্পকং মনো
বুধো নিরুন্ধ্যাৎ অভয়ং ততঃস্যাৎ। ৩৮।
শৃণ্বন্ সুভদ্রাণি রথাঙ্গপানে
জন্মানি কর্ম্মাণি চ যানি লোকে।
গীতানি নামানি তদর্থকানি
গায়ন্ বিলজ্জো বিচরেদসঙ্গঃ। ৩৯।

---

হি ( মরম অসিদগী [ অনিগুবা অমা লাকপদগী ] ) অবিদ্যমানঃ অপি ( লৈবদি নত্তবা ওইদুনসু ) দ্বয়: ( উরিবা জগৎ অসি ) অবভাতি ( লৈবগুম্না উই ) ধ্যাতু ( মশি তৌগে তৌরোই খল্লিবা মী অদুগী ) ধিয়া ( পুক্লিংনা ) যথা ( অদুম্না ) স্বপ্ন মনোরথৌ ( মং মংবদা অপাম্বদু ফংবা ) যথা ( অদুগুম্না ) অবভাতি ( উরি ) তৎ ( তস্মাৎ ) ( মরম অদুদগী ) কর্ম্মসংকল্পবিকল্পকং ( শিবগী মরম ওইরিবা, মসি তৌগে তৌরোই খল্লিবা ) মনঃ ( পুক্লিং অসিবু ) বুধঃ ( রাখল লৈরবা মীনা ) নিরুন্ধ্যাৎ ( লাকশিন্দুনা থমগনি ) ততঃ ( অদুগী তুংদা ) সমর্পেন ( শ্রীভগবান্দা কচ্চবনা ) অভয়ং স্যাৎ ( কিদবা ওই )। ৩৮।

---

রথাঙ্গপানে: ( দোলাইগী চাকানা খুত্তা পায়বা শ্রীভগবানগী ) সুভদ্রানি ( মঙ্গলগী মশক ওইরবা ) জন্মানি ( জন্ম খিবিক ) কর্ম্মানি চ ( কর্ম্ম খিবিক অদুবুশু ) শৃণ্বন ( তাবগা ) যানি ( মংখায় অদুবু ) লোকে ( লোক অসিদা ) গীতানি ( শক্লিবা ) তদর্থকানি ( মথক্কী মগুণ ফোংদোক্লিবা ) নামানি ( মমিংশিং অদুবু ) গায়ন্ ( শকদুনা ) বিলজ্জঃ ( ইকায়বা লৈত্তনা ) অসঙ্গ: ( অপাম্ব লৈত্তনা ) বিচরেৎ ( কোইনা চৎলি ) । ৩৯।

---

অনিগুবা "নং" হায়বা অমা লাকপদগী লৈবদি নত্তবা ( লেপ্তবা ) ওইদুনসু উরিবা জগৎ অসি লৈবগুম্না উরি, মশি তৌগে তৌরোই খল্লিবা মী অদুগী পুক্লিংনা তাইবংদা ফংঙ্গবসু মংদা অপাম্বা পোৎশকপু ফংবা,

এবংব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা
জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ।
হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়-
ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ। ৪০।

---

এবং ব্রতঃ ( অহুম্মা লৈরবা মী অদুনা ) স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা ( মহাক্না নুংশিজরবা ভগবানগী নাম কীর্ত্তণনা ) জাতঅনুরাগঃ ( প্রেম পোক্লবা মহাক্না ) দ্রুতচিত্তঃ ( মন ) ( পুক্লিং পেৎথবা-নৌবা ওইহুনা ) কদাচিৎ ( করিগুম্বদা ) উচ্চৈঃ ( রাংনা ) হসতি ( নোকই ) রোদতি ( কপ্পি ) রৌতি ( লাওই ) গায়তি ( ইশৈ শক্লকই ) লোকবাহ্যঃ ( সংসারগী চৎনবি য়েংলুদনা লৈ ) উন্মাদবৎ ( অঙাওবগী মতৌগুম ) নৃত্যতি ( জগোই শাই )। ৪০।

---

উবা অহুগী মতৌগুম্না জগৎ অসিবু উরি মরম অসিদগী পোকপা শিবগী মরম ওইরিবা মন ( পুক্লিং ) অসিবু রাথল নৈলবা মীনা লাকশিনহুনা থমগনি, অহুগী তুংদা কর্ম্ম পুম্মনকপু শ্রীভগবানদ সমর্পন ( কচ্চবা ) তৌজবা অহুনা কিদবা ( সংসারগী অরাবা কংদবা ) ওইগনি। ৩৮।

চক্রনা থুম্বা লৈরিবা শ্রীভগবানুগী মঙ্গলগী মশক ওইরব। অবতার থিবিক কর্ম্ম থিবিকপুগু তাজরগা, অহুম্মা তারিবা মথোয় অহুবু লোক অসিদা শক্লিবা, মহাক্কী মগুণ কোংদোক্লিবা মিংশিং অহুবু শক্লহুনা ইকায়বা লৈতনা অমস্তুং অতোপ্পা অমা পামলুদনা কোইনা চৎলি। ৩৯।

অহুম্মা ( অসঙ্গ ওইনা ) লৈরবা মী অহুনা, মহাক্না নুংশিজরবা শ্রীভগবানগী নাম অমস্তুং গুণ কীর্ত্তণ তৌবনা প্রেম প্োক্লবা মহাক্না, পুক্লিং পেৎথবা নৌরকপা ওইহুনা করিগুম্বদা হৌনা নোকই, কপ্পি, লাওরকই, ঈশৈ শকই, অহুম্মা চৎনবি য়েংদনা লৈ, অঙাওবগুম জগোই শাই। ৪০।

অমনা আকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং, পৃথিবী, নুমিৎ-থা থবান-মিচাক, জীব পুম্মক, মাইকৈ পুম্মক, উরী-বারীনচিংবা করিগুম্বা অমা ওইনা হেক লৈরিবা পুম্মক অমস্তুং তুরেন সমুদ্রনচিংবা উরিবা পুম্মক

খং বায়ুমগ্নিং সলিলং মহীঞ্চ
জ্যোতীংষি সত্ত্বানি দিশোদ্রুমাদীন্।
সরিৎ-সমুদ্রাংশ্চ হরেঃ শরীরং
যৎ কিঞ্চ ভূতং প্রণমেদনন্যঃ ।৪১।
ভক্তিঃ পরেশানুভবো বিরক্তি—
রন্যত্র চৈষ ত্রিক এককালঃ।
প্রপদ্যমানস্য যথাশ্নতঃস্যু—
স্তুষ্টিঃ পুষ্টিঃ ক্ষুদপায়োহনুঘাসম্।৪২।

---

কিঞ্চ (অমন) খং (আকাশ) বায়ুম্ (নুংশিৎ) অগ্নিং (মৈ) সলিলং (ঈশিং) মহীং (পৃথিবী) জ্যোতীংষি (নুমিৎ-থানচিংবা নক্ষত্র খিবিক) সত্ত্বানি (জীব পুম্নমক) দিশং (মাইকৈ) দ্রুমাদীন্ (উরী-বারী) যৎ কিঞ্চ (করিগুম্বা অমা ওইনা) ভূতং (লৈরিবা) সরিৎ-সমুদ্রাংশ্চ (তুরেল, সমুদ্রনচিংবসু) হরে (শ্রীভগবানগী) শরীরং (ফোংদোকপা শক্তমনি) মত্বা (নিংদুনা) অনন্যঃ (অতোপ্পা বাখল তৌদনা) প্রনমেৎ (খুরুমগনি)।৪১।

---

অশ্নতঃ (চারিবা মী অদুগী) যথা (অদুম্না) অনুঘাসম্ (চথোম খুদিংনা) তুষ্টিঃ (অপেনবা) পুষ্টিঃ (থন্বা মপুংফাবা) ক্ষুৎ অপায়ঃ (অম্নাম্বা কোকপা) স্যুঃ (ওই) তথা (মতৌ অসিগুম্না) প্রপদ্যমানস্য (ভগবান্দা অমত্তা ওইনা চংজদুনা নাম শ্রবণমচিংবা তৌরিবা মী অদুগী মফমদা) ভক্তি (প্রেমগী মশক ওইবী ভক্তি) পরেশানুভবঃ (পরমেশ্বরগী ওইবা জ্ঞান) অন্যত্র (অতোপ্পা লন থুম মচানচিংবগী মরিদা) বিরক্তিঃ (পাম্মতবা) ত্রিক (অহুম অসিনা) এক কাল (মতমগা নিংলিবা অদুগা মতম অমত্তদা ওইনা মথং মথং) ভবতি (ওই)।৪২।

---

অসিবু শ্রীভগবান্গী ফোংদোক্লবা শক্তমনি নিংদুনা অতোপ্পা বাখল তৌদনা মী অদুনা খুরুমগনি।৪১।

চাক চারিবা মী অদুগী চথোম খুদিংনা অদুম্না অপেনবা, মপুং

ইত্যচ্যুতাংঘ্রিং ভজতোঽনুবৃত্ত্যা
ভক্তির্বিরক্তি ভগবৎ প্রবোধঃ।
ভবন্তি বৈ ভাগবতস্য রাজন্
ততঃ পরাং শান্তিমুপৈতিসাক্ষাৎ। ৪৩।

রাজোবাচ।

অথ ভাগবতং ব্রুত যদ্ধর্শ্মো যাদৃশো নৃণাম্।
যথা চরতি যদ্‌ব্রুতে যৈর্লিঙ্গৈর্ভগবৎ প্রিয়ঃ। ৪৪।

---

হে রাজন্। ( নিমি নিংথৌ ) ইতি ( মথক্তা হায়খ্রিবা অসুম্না ) অনুবৃত্ত্যা ( মতুং ইন্তুনা ) অচ্যুতাঙ্ঘ্রিং ( করিগুম্বদগু ময়েংতাবা অমংবা লৈত্রবা ভগবান্‌গী মখোং খম্বাল অনিবু ) ভজত ( নিংজরিবা মী অমুগী মফমদা ) ভাগবতস্য ( শ্রীভগবান্‌গী ) যথা ( অমুগুম্বা ) ভক্তিঃ ( প্রেমগী মশক ওইবী ভক্তি ) বিরক্তিঃ ( বৈরাগ্য ) ভগবৎপ্রবোধ ( ভগবান্‌বু দর্শন ফংজবা [ অমুম অসি ] ) বৈ ( লেপ্পা ) ভবন্তি ( ওই ) ততঃ ( অমুগী তুংদা, শিন্নবগী তুংদা ) সঃ ( মী অমুনা ) সাক্ষাৎ ( শংশংনা ) পরাং ( পুম্নমক্তগী অথোইবা ) শান্তিম্ ( মোক্ষবু ) উপৈতি ( ফংই )। ৪৩।

---

রাজা উবাচ ( নিমিনা হায়খি ) অথ ( অসিগী তুংদা ) ভগবৎ প্রিয়ঃ ( ভগবান্‌না নুংশিবিরবা মী অমুনা ) যং ধর্ম্মঃ ( অমুগুম্বা ধর্ম্ম অমুবু ) যাদৃশ ( অমুগুম্বা স্বভাবপু ) নৃণাং ( মধ্যে ) ( মীশিংগী মরক্তা ) যথা চরতি ( অমুম্না চৎলিবা ) যৎ ব্রুতে ( অমুম্না ঙাংলিবা ) যৈঃ লিঙ্গঃ ( অমু-অমুগুম্বা খুদম্না ) ভাগবতং ( ভগবৎ ভক্ত অমুবু ) অনুমীয়তে ( খংগদববু ) ব্রুত ( হায়বিয়ু )। ৪৪।

---

ফাবা ( থম্বা ), অরাম্ব কোকপা মথং মথং ওই। মতৌ অসিগুম্না ভগবান্দা অমত্তা ওইনা চাংজমুনা নামশ্রবণ-নচিংবা তৌরিবা মী অমুগী প্রেমগী মশক ওইবী ভক্তি ভগবানগী মশক ওইবা জ্ঞান অমসুং লন-থুম মতু-মচাগী মরমদা অপাম্বা লৈরক্তবা অমুম অসিমক নিংলিবা অমুগা মতম অমত্তা ওইনা মথং মথং ওইরকই। ৪২।

হে রাজন্, নিমি নিংথৌ, মথক্তা হায়খ্রিবা অমুম্না ভক্ত অমুনা

হরিঃ উবাচ।

সর্ব্বভূতেষু যঃ পশ্যেদ্ ভগবদ্ভাবমাত্মনঃ
ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতোত্তমঃ। ৪৫।
ঈশ্বরে তদধীনেষু বালিশেষু দ্বিষৎসু চ।
প্রেম মৈত্রী কৃপোপেক্ষা যঃ করোতি স মধ্যমঃ। ৪৬।

হরিঃ উবাচ ( হাবনা হায়খি ) আত্মনঃ ( ভগবান মশাগী ) সর্ব্ব-ভূতেষু ( ফোংদোক্লিবা জগৎ অসিদা ) ভগবদ্ভাবং ( ভগবানগী শক্তম অহুবু ) আত্মনি ( মশাদা ) ভগবতি চ ( ঐশ্বর্য্যনচিংব গুণনা তিল্লবা ভগবান্সু ) ভূতানি ( ফোংদোক্লবা জগৎ অসবুসু ) যঃ ভক্ত অহুনা ) পশ্যেৎ ( উরিবা ) এষ ( মহাক অহু ) ভগবতোত্তমঃ ( অখোইবা ভক্তনি )। ৪৫।

যঃ ( মী অহুনা ) ঈশ্বরে ( ঈশ্বরদা ) প্রেম ( নুংশিবা তৎ-অধীনেষু ( ঈশ্বরগী মনাইনি থঙ্গবিবা ভক্তশিংবু ) মৈত্রী ( মরূপ ওইবা ) বালিশেষু ( খংদবা মীশিংদা ) কৃপা ( খোঙ্গানবিবা ) চ ( অমসুং ) দ্বিষৎসু ভগ-বানবু, ভক্তশিংবু য়েখিংশিংগী মফমদা ) উপেক্ষা ( পুক্লদনা তক্লবা পোকপগী মতৌ ) করোতি ( তৌরব ) সঃ ( ভক্তদা ) মধ্যম ( মযাই ওইবনি )। ৪৬।

কারণঃসমস্ত নত্ত, ভাবা অনাবা লৈত্রা শ্রীভগবানগী পদারবিন্দ নিংজরিব মী অহুগী মফমদা, ভগবানগী অমুত্তী প্রেমগী মশক ওইরবী ভক্তি, ভগবানবু দর্শন ফংবা, অমদি বৈরাগ্য, অহুম অসিনা ওই। অদুগী তুংদা শিরমা পুম্নমক্তগী অশাংইশা শান্তবু শংশন ফংই। ৪৩।

রাজা নিমিনা হংখি, ভগবানবা নুংশিবীবা মী অতুনা, অহুগুম্বা ধর্ম্মবু মতুগুম্বা স্বভাবপু মীশিংগী মরক্তা চৎলে অহুগা করম্না তাংডি, অহু অহুগুম্বা থুদম্না খংনগাবগে, মহু কায়বিয়ু। ৪৪।

হায়নাবা হায়খি, ভগবান মশাগী ফোংদোক্লিবা জগৎ পুম্নমক অসিদা ভগবানগী শক্তম অহুবু ভক্ত অহুনা উরিবা, অমদি মশাদা ঐশ্বর্য অমদি গুণ পুম্নমক তিল্লবা ভগবানদা ফোংদোক্লিবা জগৎ অসিবু ভক্ত অহুনা উরিবা,

অর্চায়ামেব হরয়ে পূজাং যঃ শ্রদ্ধয়েহতে।
ন তদ্ভক্তেষু চান্যেষু স ভক্তঃ প্রাকৃতঃ স্মৃতঃ ৪৭।

গৃহীত্বাপীন্দ্রিয়ৈরর্থান্ যো ন দ্বেষ্টি ন হৃষ্যতি
বিষ্ণোর্মায়ামিদং পশ্যন্ স বৈ ভাগবতোত্তমঃ। ৪৮।

---

যঃ ( মী অদুনা ) হরয়ে ( হরি ফংনবগীদমক ) অর্চ্চায়াম্ এব ( মূর্ত্তিতদা শালগ্রামনচিংবদা ) শ্রদ্ধয়া ( থাজন ) পূজা ঈহতে ( পূজা তৌরিবা ) তৎ ভক্তেষু ( ভগবান্‌গী ভক্তশিংদা ) অন্যেষু চ ( অতোপ্পা ষণ ব্রাহ্মণনচিংবগী মফমদা ) ন ( পূজা তৌদবা ) সঃ ( মী অদু ) প্রাকৃতঃ ( হৌগচ্ছরকপদা ভাইরিবা ) ভক্তঃ ( ভক্তনি হায়না ) স্মৃতঃ ( হায়রে ) ॥ ৪৭ ॥

---

ইন্দ্রিয়ৈঃ ( মিৎ-নাকোংনচিবা হাপ্রশিংনা মরম ওইদুনা ) অর্থান্ ( মশক অমমুং মথাওনচিংব বিষয়শিং অসিবু ) গৃহীত্বা অপি ( লৌগা ওইদুনসু, মদুদগী পোল্লক। ) ইদং ( অব নুংহনশিংবা অসিবু বিষ্ণোঃ ( বিষ্ণুগী ) মায়াম ( মায়ানি অম্রম্না ) পশ্যন্ ( উদুনা ) ন দ্বেষ্টিঃ ( খোইনা পামদবা ) ন হৃষ্যতি ( হরাউদবা ) সঃ ( মী অদুনা ) বৈ ( লপ্পা ) ভাগবতোত্তম ( অখোইবা ভক্তনি )। ৪৮।

---

মহাক অদো ভক্তশিংগী মধ্যদা অখোইবনি। ৪৫।

ঈশ্বরগী মফমদা নুংশিবা, ঈশ্বরগী মনাইনি থজরিবা অদুগুম্বা ভক্ত অদুনা, মহাক্কী মক্তা মপাং ওইবদা, থংজদবা মীশিংদা অমদি ভগবানবু, ভক্তশিংবু য়েংথিরিবশিংগী মফমদা, পুক্নি লাংতক্লদনা খোজানবিরিবা অদু-গুম্বা ঈশ্বরগী মনাই ভক্ত অদু ময়াই ওইবা ভক্তনি। ৪৬।

মী অদুনা হরি ফংনবগীদমক শালগ্রাম-নচিংবা মূর্ত্তিতদা থাজনা পূজা তৌরিবা, অদুগা ভগবানগী মফমদদি পূজাদু তৌদবা, মী অদু হৌ-গৎলকপদা ভায়রিবা ভক্তনি হায়রে। ৪৭।

মিৎ নাকোংনচিংবা অসিনা মরম ওইদুনা বিষয় মশক মচুনচিংবা অসি লৌবা থংবা ওইদুনসু, মখোয় অসিদগী পোল্লকপা অবা নুঙাই-নচিংবা অদুবু ভগবানগী মায়ানি অম্রপ্পা লৈতবনি খন্দুনা, মদুদা খোইনা

দেহেন্দ্রিয়প্রাণমনোধিয়াং যো
জন্মাপ্যয়ক্ষুদ্ভয়তর্ষকৃচ্ছ্রৈঃ।
সংসারধর্ম্মৈরবিমুহ্যমানঃ
স্মৃত্যা হরের্ভাগবতপ্রধানঃ। ৪৯।
ন কামকর্মবীজানাং যস্য চেতসি সম্ভবঃ।
বাসুদেবৈকনিলয়ঃ স বৈ ভাগবতোত্তমঃ। ৫০।

যঃ ( মী অদুনা ) হরেঃ স্মৃত্যা ( শ্রীহরিবু নিংশিংজবা অদুগী ) দেহেন্দ্রিয়-প্রাণমনোধিয়াং ( হকচা = ইন্দ্রিয়, খোং-খুংনচিংবা, [ প্রান = থবাই, মন = পুক্নিং, ধী = বুদ্ধি মথোয় অসিবু ) সংসারধর্ম্মৈ ( সংসারগী ওইবা ধর্ম্ম জন্মাপ্যয়ক্ষুদ্ভয়তর্ষকৃচ্ছ্রৈঃ জন্ম = পোকপা, অপ্যয়—শিবা, ক্ষুৎ — অরাম খোম্নাংবা, ভয়—কিবা, তর্ষ—খৌরাংবা, কৃচ্ছ্র = হকচাংগী অবাব মখোই অসিন ) অবিমুহ্যমানঃ ( শুমহৎপা ওমদবা ) স ভাগবতপ্রধানঃ ( মহাক অদু অথোইবা ভক্তনি । ৪৯

যস্য ( মী অদুগী , চেতসি ( থমোয়দা ) কাম-কর্ম্ম-বীজানাং ( অপাম্বগী মথাপোল্লা তৌখিবা কম্মশিংদগী মো ক্রকপা পুণ্য অমদি পাপনা ) ন সম্ভবঃ ( পোক্তবা ) বাসুদেবৈকনিলয়ঃ ( ভগবান বাসুদেবদা অমতা ওইনা চঙরবা ) স ( মহাক্না ভাগবতোত্তম ( ভগবৎ ভক্তগী মমুংদা অথোই-বনি ) । ৫০ ।

পামদবা অমসুং হরাউদবা মী অদুনা অথোইবা ভক্তনি । ৪৮ ।

মী অদুনা শ্রীহরিবু নিংশিংজবতনা দেহ ইন্দ্রিয়-মন প্রান ধী ( বুদ্ধি ) মখোয় অসিবু সংসারগী ধর্ম্মনা ( দেহগীনা পোকপা অমসুং শিবা, ইন্দ্রি-গীনা বাবা, পুক্নিগীনা অকিবা, প্রানগীনা অরাম্বা, বুদ্ধিগীনা বাবা, খৌরাংবা হায়রিব ধম্ম শিং অসিনা ) ওকহনবা ওমদবা মহাক অদু অথোই-বা ভগবৎ ভক্তনি । ৪৯ ।

মী অদুগী থমোয়দা অপাম্বগী মথা পোম্না তৌখিবা কম্মশিংদগী পাক্রকপা পাপ অমদি পুণ্যনা পোকত্রবা—হায়বদি কর্ম্মগী ফল পুম্নমক ভগবত্তা কচ্চত্রবা কর্ম্মগী ফলনা পুক্ত্রবা শ্রীভগবান বাসুদেবদা অমতা

ত্রিভুবনবিভবহেতবেঽপ্যকুণ্ঠ
　　স্মৃতিরজিতাত্মসুরাদিভির্বিমৃগ্যাৎ।
ন চলতি ভগবৎ পদারবিন্দাৎ
　　লবনিমিষার্দ্ধমপি যঃ স বৈষ্ণবাগ্র্যঃ। ৫৩।
ভগবত উরুবিক্রমাঙ্ঘ্রিশাখা
　　নখমনিচন্দ্রিকয়া নিরস্ততাপে।
হৃদি কথমুপসীদতাং পুনঃ স
　　প্রভবতি চন্দ্র ইবোদিতেঽর্কতাপঃ। ৫৪।

যঃ ( মী অতুনা ) ত্রিভুবনবিভবহেতবে ( মরোন অহুম অসিগী রাজ্য অংবা মতিকচাবা ) অপি ( ওইহুনসু ) অজিতাত্মা— অজিতে হরৌ ( শ্রীহরিদা পুক্লিং হাপ্লবা ) সুরাদিভিঃ ( লাইশিনা ) বিমৃগ্যাৎ ( থোই-দোক-হেন্দোক্লা থিনরিবা ) ভগবৎ পদারবিন্দাৎ ( ভগবানগী মথোংথম্বাল অনিদগী ) লবনিমিষার্দ্ধম্ অপি ( লব'গী তংথাই অমগী মতম ফাউবা ) যঃ ( মী অতুনা ) ন চলতি ( চংথোক্তে লে'থোক্তে ) অকুণ্ঠস্মৃতিঃ ( নিংশিংব তোক্তে ) তমেব ( মহাক অতুবু ) বৈষ্ণবাগ্র্য ( বৈষ্ণবশিংগী মকাকনি )। ৫৩।

---

ভগবতঃ ( শ্রীভগবানগী ) উরুবিক্রমাঙ্ঘ্রিশাখা নখমনি চন্দ্রিকয়া ( অথোইবা গুণ খিবিক্র লৈতেংলিবা পাদযুগলগী খোমচাংশিংগী, মনিগী মশক ওইরবা থুজিলশিং অতুগী মঙাল্লা ) নিরস্ততাপে ( সংসারগী মশা তকথোকপ্রবা চরণ যুগলবু ) উপসীদতাং ( নিঙ্জরিবশিংগী ) হৃদি (থমোয়দা) পুনঃ কথং ( করিগী অমুক ) সঃ ( মৈচাক অতুনা ) প্রভবতি (ওইরকনি) চন্দ্রউদিতে ( থা থোক্লরকবদা ) অর্কতাপঃইব ( নুমিৎকী মৈশানা তোব-গুমই ) । ৫৪।

---

মী অতুনা মরোল অহুমগী রাজ্য ফংবা মতিকচাবা ওইতুনশু শ্রীহরিদা পুক্লিং হাপ্লবা লইশিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা পাম্নরিবা ভগবানগী মথোং থম্বাল অনিদগী লবকি তংথায় অমগী মতম ফাউবা মী অতুনা চংথোক্তে অমদি নিংশিংবা লেপ্তে, মহাক অতুদি বৈষ্ণবশিংগী মকোক্নি। ৫৩।

বিসৃজতি হৃদয়ং ন যস্য সাক্ষাৎ
হরিরবশাভিহিতোঽপ্যঘৌঘনাশঃ ।
প্রণয়রশনয়া ধৃতাঙ্ঘ্রিপদ্মঃ
স ভবতি ভাগবতপ্রধান উক্তঃ । ৫৫ ।

---

অবশ: [ অবশাদিবেগেন ] ( অনাবগী মখ পোন্দুনা থংহৌদনা ) অভিহিত. ( মিং অহুনা কৌখিবা ) অপি ( ওইহ্নংসু ) অঘৌঘনাশ ( পাপকী মপৈবু মাংহনবা ) সাক্ষাৎ হরিঃ ( হরি মশামক্ক ) সঃ ( মী অদুগী ) হৃদয়ং ( হৃদয়বু ) ন বিসৃজতি ( থাদোক্কে ) প্রণয়রশনয়া ( প্রেমগী থৌরিনা ) অঙ্ঘ্রিপদ্ম ( মখোং থম্বাল অনিবু ) ধৃতঃ ( হৃদয়দা পুনশিনবা ) সঃ ( মী অদুনা ) ভাগবত ( ভক্তশিংগী মনুংদা ) প্রধান ( মকোক্নি ) উক্তঃ ( হায়রে ) । ৫৫ ।

---

শ্রীভগবানগী অঘোহবা গুণ খিবিরা লৈতেংলিবা পাদযুগলগী খোংচাৎশিংগী মণিগী মশক ওইরবা খুজিলশিংগী মঙাল্লা সংসার রৈশা ভক থোকশ্রবা মখো থম্বালবু নিংজরিবশিংগা থমোইদা বরিগী অমুক সংসারগী মৈশানা ওইরক্কান, থা থোক্লক্লবদা নুমিৎকী মৈশানা তৌবগুম । ৫৪ ।

থংহৌদনা ( অনাবগী মখা পোন্দুনা ) মিং অহুনা কৌখিবা ওইহ্নসু পাপকী মপৈবু মাংহনবা হরিঃ মশামক্কা, মী অদুগী থমোইবু থাদোক্কে, প্রেমগী থৌরিনা মখোং থম্বাল অনি অদুবু মাগী থমোইদা পুনশ্রবা মী অদুনা ভক্তশিংগী মনুংদা মকোক্নি হায়রে । ৫৫ ।

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং
সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে
দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।২

মতাং অসিদা ব্যাসদেবনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবতকি একাদশ স্কন্ধগী অনিশুবা অধ্যায় লোইরে ।

---

# একাদশ স্কন্ধঃ

## তৃতীয়ঃ অধ্যায়ঃ

—ঃ( 0 )ঃ—

রাজোবাচ ঃ—

পরস্য বিষ্ণোরীশস্য মায়িনামপি মোহিনীম্।
মায়াং বেদিতুমিচ্ছামো ভগবন্তো ব্রুবন্তু নঃ। ১।
নানুতৃপ্যে জুষন্ যুস্মদ্বচো হরি কথামৃতম্।
সংসারতাপ নিস্তপ্তো মর্ত্ত্যস্তত্তাপভেষজম্। ২।

রাজা উবাচ ( নিমি নিংথৌনা হায়খি ) ঈশস্য ( পুম্নমক্কী মুংদা লৈরিবা ) পরস্য ( অমদি ) পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরবা ) বিষ্ণোঃ ( পুম্নমকপু শিনবা থুংলবা ভগবান্গী ) মায়িনাং অপি ( মায়া থংবা হৈবা পুম্নমক অহুবুসু ) মোহিনীম্ ( ভকহল্লিবা ) মায়াং ( মায়া অদুবু ) বেদিতুম ইচ্ছামঃ ( খংনিংঙি ) ভগবন্তঃ ( পুম্নমক খংলবা নখোয়না ) নঃ ( ঐখোয়গী ইযমদা ) ব্রুবন্তু ( হায়বিয়ু )। ১।

সংসারতাপনিস্তপ্ত ( সংসার অসিদা অধ্যাত্মিকনাচিংবগী মৈ অসিনা থোইদোক্না চাক্লবা ) মর্ত্ত্য ( শিবনা হৌনশা ওইরবা ) হরিকথামৃতং হরিগী বথা অদুনা অমৃতগী মশক ওইবা ) যুস্মদ বচ ( ইবুঙেঙাশিংগী বাহৈ অদুবু ) জুষন্ অহং ( তারবগী তুংদগু ) ন তৃপ্যে ( অপেনব লৈত্রে )। ২।

নিমিনা হায়খি—পুম্নমক্কী মুংদা লৈরিবা, হৌরকফমগু ওইরবা পুম্নমক্তা শিনবা থুংলিবা বিষ্ণুগী মায়া-হৈবশিং অদুফাউবা ভকহল্লিবী মায়া অদুবু খংনিংঙি! পুম্নমক খংলবা নখোয়না ঐখোয়গী ইযমদা হায়বিয়ু। ১।

সংসার অসিদা অধ্যাত্মিকনচিংবগী মৈ অসিনা থোইদোক্না চাক্রবা শিবনা হৌনশা ওইরবা ঐনা, মৈচাক অসিগী অথাইবা হিদাক ওইরবা শ্রীহরিগী বারীনা অমৃতগী মশক ওইরবা ইবুঙেঙাশিংগী বাহৈ অদুবু তারবগী মতুংদগু অপেনবা লৈত্রে। ২।

অন্তরিক্ষ উবাচ।

এভির্ভূতানি ভূতাত্মা মহাভূতৈর্মহাভুজঃ।
সসর্জ্জোচ্চাবচান্যাদ্যঃ স্বমাত্রাত্মপ্রসিদ্ধয়ে। ৩।
এবং সৃষ্টানি ভূতানি প্রবিষ্টঃপঞ্চধাতুভিঃ।
একধা দশধাত্মানং বিভজন্জুষতে গুণান্। ৪।

---

আদ্যঃ ( পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইনা লৈরম্লবা ); মহাভুজ ( চাংদম-নিংঙাই লৈতবা পাম্বোম পাঙ্গলনা মহাক্কী ওইবা ভগবান্না ) স্বঃ ( মশামক্লা ) মাত্রা প্রসিদ্ধয়ে ( শব্দনচিংবা বিষয়শিং অসি ভোগ তৌনবগীদমক ) আত্ম প্রসিদ্ধয়ে(চ) ( মোক্ষ ওইনবগীদমক ) এভি ( মিংনা উরিবা ) মহাভূতৈ ( পৃথিবীনচিংবনা ) উচ্চাবচানি ( অথোই অহেল নাইনা) ভূতানি ( মী লাইনচিংবগী হকচাং থিবিকপু ) সসর্জ্জ ( শেমখি )। ৩।

---

এবং ( অসুম্না ) পঞ্চধাতুভি ( পৃথিবীনাচবা মহাভূত মঙানা ) সৃষ্টানি ( শেম্লবা ) ভূতানি ( হকচা শিং অসিনা ) ( প্রত্যগাত্ময় ) প্রবিষ্ট ( হকচাং থুদিংদ আত্মাগী মশক ওইনা চংশিল্লবা ভগবান মশানা ) একধা ( 'মন'গী মশক লৌদুনা অমতা ওইন ) দশধ ( তরা থোক্লা ) আত্মানং ( হকচাং অসিবু ) বিভজন্ ( থায়দোক্লগা ) গুণান্ ( রূপ, রস' নচিংবা গুণ থিবিকপু ) জুষতে ( ভোগ তৌই )। ৪।

---

পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইনা লৈরক্লব, চাংদম্নিংঙাই লৈতবা পাম্বোম পাঙ্গলনা মহাক্কী ওইবা ভগবান্না মশামক্লা শব্দনচিংবা বিষয়শিং অসি ভোগ তৌনবগীদমক মোক্ষ ওইনবগীদমকশু, মিংনা উরিবা পৃথিবীনচিংবা থিবিক্লা অথোই অহেল নাইনা মী লাইনচিংবগী হকচাং পুম্নমকপু শেমখি।৩।

অসুম্না পৃথিবীনচিংবা মহাভূত মঙানা শেম্লবা হকচাং থিবিক অসিনা হকচাং থুদিংদা আত্মাগী মশক ওইনা চংশিল্লবা ভগবান্ মশানা অমত্তা ওইবগী মশক লৌদুনা, ( থবক তৌনব ইন্দ্রিয় মঙা থংনবা মঙা ) তরা থোক্লা হকচাং অসিবু থায়দোক্লগা গুণ থিবিকপু ভোগ তৌই। ৪।

আত্মাগী মশক ওইনা চংপ্রবা জীবনা, ভগবান্ মশামক্লা জ্ঞান নৈংহল্লবা, গুণনা মশক লৌরবা ইন্দ্রিয়শিংনা শব্দনচিংবা বিষয় থিবিকপু

গুণৈর্গুণান্ স ভুঞ্জান আত্মপ্রদ্যোতিতৈঃপ্রভুঃ।
মন্যমান ইদং সৃষ্টমাত্মানমিহ সজ্জতে। ৫।
কর্ম্মাণি কর্ম্মভিঃ কুর্ব্বন্ সনিমিত্তানি দেহভৃৎ।
তত্তৎ কর্ম্মফলং গৃহ্নন্ ভ্রমতীহ সুখেতরম্। ৬।
ইত্থং কর্ম্মগতীর্গচ্ছন্ বহ্বভদ্রবহাঃপুমান্।
আভূতসংবপ্লাৎ সর্গপ্রলয়াবশ্নুতেঽবশঃ। ৭।

---

সঃ প্রভুঃ ( আত্মাগী মশক ওইনা চংপ্রবা ভগবাননা ) আত্মপ্রদ্যোতিতৈ ( আত্মনা মশামক্তা থংহল্লবা জ্ঞান লৈহল্লবা ) গুণৈ ( গুণা মশক লৌরক্লবা ইন্দ্রিয়শিংনা ) গুণান্ ( শব্দনচিংবা বিষয় থিৰিকপু ) ভুঞ্জানঃ ( চাহনা ) সৃষ্টং ( শেম্লবা ) ইদং ( শরীর অসিবু ) আত্মানং ( ঐনি হায়না ) মন্যমান ( নিংঙ্গমা ) ইহ ( সংসার অসিদা ) সজ্জতে ( চংঙি )। ৫।

---

দেহভৃৎ ( হকচাংনচিংব অসিবু 'ঐ' নি খল্লবা জীব অসিনা ) কর্ম্মভিঃ ( মথক মথক্কী মপোক্কী হকচাংনা ফংলক্লবা থবক্কী লমজিংনা ) সনিমিত্তানি ( মথং মথং হকচাং ফংলুনবগী মরম ওইবা পাপ পুন্য পোকহনবা ) কর্ম্মানি ( কর্ম্মশিং অদুবু ) কুর্ব্বন্ ( তৌদুনা ) সুখেতরং ( অৱা-নুংঙাইগী মশক ওইবা ) তৎ তৎ ( অদু মদুগুম্বা ) কর্ম্ম ফলং ( কর্ম্মগী মহেবু ) গৃহ্নন্ ( লৌদুনা ) ইহ ( সংসার অসিদা ) ভ্রমতি ( কোইনা চংলি )। ৬।

---

ইত্থং ( অসুম্না সংসারদা কোইন চংলগা ) বহ্বভদ্রবহাঃ ( পামদবা পুন্নমক ফংহল্লবা ) কর্ম্মগতীঃ ( কর্ম্মশিংগী খোংচৎনা মী অমসুং লাই, খোইনা চংপা লিননচিংবগী হকচাংদা ) গচ্ছন্ ( চৎদুনা ) অবশঃ ( কর্ম্মগী মথা পোল্লবা ) পুমান্ ( জীব অসিনা ) আভূতসংপ্লবাৎ ( মহাভূতশিং অসিনা মাংবা মতম অদুফাওবা ) সর্গপ্রলয়ৌ ( পোকপা শিবা অসিবু ) অশ্নুতে ( ফংঙি )। ৭

---

চাদুনা, লৈপাক্তা শারব হকচাং অসিবু ঐ' নি খন্দুনা শরীরনচিংবা অসিদা চংশিল্লি। ৫।

হকচাং অসিবু ঐনি খল্লবা জীব অসিনা, মথক মথক্কী মপোক্কী

**ধাতুপপ্লব আসন্নে ব্যক্তং দ্রব্যগুণাত্মকম্।**
**অনাদিনিধনঃ কালো হ্যব্যক্তায়াপকর্ষতি। ৮।**
**শতবর্ষা হ্যনাবৃষ্টির্ভবিষ্যত্যুল্বণা ভুবি।**
**তৎকালোপচিতোষ্ণার্কো লোকাংস্ত্রীন্ প্রতপিষ্যতি। ৯।**

---

ধাতুপপ্লবে ( পঞ্চমহাভূতশিং অসিনা অমাংবদা চংলকপা ) আসন্নে ( সতি ) ( নর্কাশিল্লব্রবদা ) অনাদিনিধনঃ ( পোকপা শিবা লৈত্রবা ) কালঃ ( কালনা ) দ্রব্যগুণাত্মক ( অপৌবা অকুপ্পগী মশক ওইনা ) ব্যক্তং ( ফোংদোক্লবা জগৎ অসিবু ) অব্যক্তায় ( ফোংদোক্তবা প্রকৃতিদা পুনবগীদমক ) অপকর্ষতি ( পুম্নমক্কগী চিংশিল্লি )। ৮।

---

ভুবি ( পৃথিবী অসিদা ) অতি উল্বণা ( খাংবদা রারবা মওংদা ) শতবর্ষাঃ হি ( চহি চাম চুপ্প ) অনাবৃষ্টি ( নোংতাবা ) ভবিষ্যতি ( ওই রক্কনি ) তৎকালোপচিতোষ্ণার্ক ( মতম অদুনা পুরক্লবা কল্লবা মুমিংকী মৈশাবা ) ত্রীন্ লোকান্ ( লোক অহুম অসিবু ) প্রতপিষ্যতি (থোই-দোক্না চাক্লক্কনি )। ৯।

---

হকচাংনা ফংলক্লবা থবক্কী লমজিংনা মথং মথং হকচাং ফংনবগী মরম ওইবা পাপ পুন্য পোকহনবা কর্ম্ম খিবিক তৌদুনা মতু মতুগুম্বা কর্ম্মগী মহৈ লৌদুনা সংসারদা কোইনা চংলি। ৬।

মতৌ অসুম্না সংসারদা কোইনা চৎলগা, পামদব পুম্নমক ফংহল্লবা কর্ম্মশিংগী খোংচৎনা মী, লাই অমসুং খোইনা চৎপা লিননচিংবগী হক-চাংদা চৎতুনা, কর্ম্মগী মথা পোল্লবা জীব অসিনা মহাপ্রলয়গী মতম অহু কাউবা পোকপা শিবা অসিবু ফংঙি। ৭।

পঞ্চ মহাভূতশিং অসিনা মাংবা হৌরক্লবদা পোকপ-শিবা লৈত্রবা কালনা অপৌবা অকুপ্পগী মশক ওইনা ফোংদোক্লবা জগৎ অসিবু ফোংদোক্তনা লৈরবা প্রকৃতিদা পুনবগীদমক পুম্নমক্কগী চিংশিল্লি। ৮।

মতম অহুদা পৃথিবী অসিদা খাংবদা রারবা মওংদা চহি চাম চুপ্পা নোং তারোই, মতম অহুগা চুনরবা কল্লবা মুমিংকী মৈশানা লোক অহুম অসিবু থোইদোক্না চাক্লগনি। ৯।

পাতালতলমারভ্য সঙ্কর্ষণমুখানলঃ।
দহন্নূর্দ্ধশিখো বিষ্বগ্ বর্দ্ধতে বায়ুনেরিতঃ। ১০।
সাংবর্ত্তকো মেঘগণো বর্ষতি স্ম শতংসমাঃ।
ধারাভিহ'স্তিহস্তাভিলীয়তে সলিলে বিরাট্। ১১।
ততো বিরাজমুৎসৃজ্য বৈরাজঃ পুরুষোনৃপ।
অব্যক্তং বিশতে সুক্ষ্মং নিরিন্ধন ইবানলঃ। ১২।

---

বায়ুনা ( প্রলয়গী মুংশিংনা ছুম্নকপা অতুনা মরম ওইতুনা, উর্দ্ধশিখে ( মতোম্না মথক্তা কারবা ) সঙ্কর্ষণমুখানল ( সঙ্কর্ষণ ভগবানগী মুখদগী হৌরক্লবা মৈনা ) পাতালতলম্ ( পাতালদগী ) আরভ্য ( হৌডুনা ) বিষ্বক্ ( মকথ পুম্নমক্তা ) দহন বর্দ্ধতে ( চাকথংলকই )। ১০।

---

সাংবর্ত্তকঃনাম ( সংবর্ত্তক কৌবা, প্রলয় তৌবা ) মেঘগণঃ ( নোংশিংনা ) হস্তিহস্তাভিঃ ( শামুগী মনাতোনমুক চাওরবা ) ধারাভিঃ ( নোংলিশিংনা ) শতং সমাঃ ( চহি চামা ) বর্ষতি ( চুই ) ততং ( অসুম্না চরবগী মতুংদা ) বিরাট্ ( ব্রহ্মাণ্ড অসিনা ) সলিলে ( ঈশিংদা ) লীযতে স্ম ( তিনখি )। ১১

---

হে নৃপ। রাজা নিমি ( হে নিমি নিংথৌ ) ততঃ ( বিরাট ব্রহ্মাণ্ডনা ঈশিংদা তিনগ্রবা অতগী মতুংদা ) বৈরাজ ( বৈরাজ কৌবা জীব ভাব ফংলবা ) পুরুষ ( সমষ্টি জীব ব্রহ্ম অসিনা ) বিরাজম্ ( বিরাট্ রূপ ফোংদোক্লিবা শক্তম্ অসিবু ) উৎসৃজ্য ( থাদোক্লগা ) নিরিন্ধনঃ ইব ( শীংবু চাকথেকগ্রবা মৈগী মতৌংগুম ) সুক্ষ্মং ( কুপ্নবা ) অব্যক্ত ( কারণদা ফোংদোক্তবদা ) বিশতে ( চংশিনখি )। ১২।

---

প্রলয়গী মুংশিংনা ছুম্নকপা অতুনা মরম ওইতুনা মৈরিনা থক্তা কারবা সঙ্কর্ষণ ভগবানগী মুখদগী হৌরকপা মৈনা, পাতালদগী হৌতুনা মাইকৈ পুম্নমক্তা চাকথংলকই। ১০।

মমি না সংবর্ত্তক কৌব প্রলয় তৌবা নোংশিংনা শামুগী মনাতোনমুক চাওরবা নোংলিশিংনা চহি চামা চুই। অসুম্না নোং চুরবগী মতুংদা বিরাট্ ব্রহ্মাণ্ড অসিনা ঈশিংদা তিনখি। ১১।

বায়ুনা হৃতগন্ধা ভূঃ সলিলত্বায় কল্পতে।
সলিলং তদ্ধৃতরসং জ্যোতিষ্ট্বায়োপকল্পতে। ১৩।
হৃতরূপন্তু তমসা বায়ৌজ্যোতিঃ প্রলীয়তে।
হৃতস্পর্শোঽবকাশেন বায়ুর্নভসি লীয়তে। ১৪।
কালাত্মনা হৃতগুণং নভ আত্মনি লীয়তে।
ইন্দ্রিয়ানি মনোবুদ্ধিঃ সহ বৈকারিকৈর্ণৃপ।
প্রবিশন্তি হ্যহঙ্কারঃ স্বগুণৈরহমাত্মানি। ১৫।

---

বায়ুনা ( নুংশিংনা ) হৃতগন্ধা ( পৃথিবীদা লৈবা গুণ লোথোকপ্রবা ) ভূঃ (পৃথিবীনা) সলিলত্বায় কল্পতে ( ঈশিংদা তিল্লি) তেন হৃতরসং (নুংশিং অতুনা রস লৌথোক্লবা ঈশিংনা ) জ্যোতিষ্ট্বায় ( মঙালদা ) উপকল্পতে ( তিল্লি )। ১৩।

---

তু ( তৌইগুম্বনুং ) তমসা তমঃগী মশক ওইবা নুংশিংনা ) হৃত রূপং ( মশক মাংহল্লবা ) জ্যোতি ( মঙালনা ) বায়ৌ ( নু‌ংশিত্তা ) প্রলীয়তে ( তিল্লি ) অবকাশেন ( মশাগী কারণনা ) হৃতস্পর্শ ( স্পর্শ— শোকপা থংবা গুণবু লৌশিনপ্রবা ) বায়ু নুংশিংনা ) নভসি ( আকাশদা ) লীয়তে ( তিল্লি )। ১৪।

---

কালাত্মনা ( কালগী মশক ওইবা ঈশ্বরনা ) হৃতগুণং ( গুণ লৌশিন প্রবা ) নভ ( আকাশনা ) আত্মানি ( অহঙ্কারদা ) লীযন্তে ( তিল্লি ) তদা ( মতম অসিমক্তদা ) ইন্দ্রিয়ানি ( ইন্দ্রিশিংনা ) বুদ্ধি চ ( বুদ্ধিসু ) অহংকারং ( অহঙ্কারদা ) প্রবিশন্তি ( চংশিল্লি ) হে নৃপ ! ( নিমি নিংথৌ বৈকারৈকৈ ( বিকার—মিং নাকোংনচিংবগী ওইবা সাত্ত্বিক অহঙ্কারদগী পোকপা ) দেবৈ ( দেবতাশিংগা ) সহ ( লোইনবা ) মনঃ ( মননা অহঙ্কারদা চংশিল্লি ) এবং ( অসুম্না মথং মথং কাইদনা ) স্বগুণৈঃ ( মশা মশাদা লৈরিবা গুণকর্ম্মগা লোইননা ) আত্মনি ( মহত্তত্ত্বদা চংভি ) মহান্‌ ( মহত্তত্ত্বনা ) প্রকৃতৌ ( প্রকৃতিদা ) সা ( প্রকৃতিনা ) ব্রহ্মানি ( ব্রহ্মদা ) লীয়তে ( তিল্লি )। ১৫।

---

হে নিমি ! বিরাট ব্রহ্মাণ্ড অসিনা ঈশিংদা তিনপ্রবা অতুগী মতুংদা জীবভাব ফংলবা সমষ্টি—জীব ব্রহ্ম অসিনা, ফোংদোক্লবা শক্তম অসিবু থাদোক্লগা য়াম্না কুপ্না ফোংদোক্ত কা কারণদা চংশিনথি। ১২।

এষা মায়া ভগবতঃ সর্গস্থিত্যন্তকারিণী।
ত্রিবর্ণা বর্ণিতাস্মাভিঃ কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি।১৬।

---

এষ ( অসিগুম্বী ) সর্গ স্থিত্যন্তকারিনী ( সৃষ্টীস্থিতি প্রলয় তৌরিবী ) ভগবতঃ ( ভগবান্‌গী মায়া হায়বা মিং অসিনা থংনরবী 'মায়া' বু ) ত্রিবর্ণা ( সত্ত্ব-রজ-তমগী ওইবা মচু অহুম্না ) অস্মাভিঃ ( ঐখোইনা ) বর্ণিতা ( হায়রবা আসনি ) কিং ভূয়ঃ ( মসিদগী হেনবা করম্বা অমা ) শ্রোতুম্ ( ইচ্ছসি ) ( তানিংলি )।১৬।

---

প্রলয়গী মতম্‌শিংদা গন্ধ লৌথোক্লবা পৃথিবীনা ঈশংদা তিল্লি, মতম্‌শিংনা রস লৌথোকখ্রব ঈশিংনা মঙালদা তিল্লি।১৩।

তৌইগুম্বসুং তমঃ গী মশক ওইবা মতম্‌শিংনা মশক মাংহল্লবা মঙালনা মশিংদা তিল্লি, মশাগী কারণনা স্পর্শ শোকপা থংনবা গুণ লৌশিনখ্রবা মতম্‌শিংনা আকাশদা তিল্লি।১৪

কালগী মশক ওইবা ঈশ্বরনা গুণ লৌশিনখ্রবা আকাশনা তম গুণদগী ওইরকপা তামস অহঙ্কারদ তিল্লি, ( মতম অসিমক্তদা ) মিৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিশিংনা বুদ্ধিগা লোইননা রজ গুণদগী ওইরকপা রাজস অহঙ্কারদা চংশিল্লি। হে নপ নিমি নিংথৌ মিৎ-নাকোংনচিংবগী ওইবা সাত্ত্বিক অহঙ্কারদগী শোকপা ইন্দ্রিয়নচিংবা অসিবু ঐনি থনবা দেবতাশিংগা লোইনরবা ( মন = পুক্নিংনা ) সত্ত্ব গুণদগী ওইরকপা সাত্ত্বিক অহঙ্কারদা চংশিল্লি. অম্বন্না মথ মথং কাইদনা মশা মশাদ ( তামস অহঙ্কারনচিংবদা ) লৈবিবা গুণকর্ম্মগা লোইননা অহঙ্কারনা মহত্তত্ত্বদা চংঙি, মহত্তত্ত্বনা প্রকৃতিদা, প্রকৃতিনা ব্রহ্মদা তিল্লি।১৫।

অসিগুম্বী সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয় থোকহল্লিবী ভগবানগী মায়াবু ঐখোইনা সত্ত্ব রজ তম গুণ অহুমগী ওইবা মচু 'শুক্ল-লোহিত-কৃষ্ণ' অহুম্ন হায়রিবা তাক্লিবা অসিনি, মসিদ অহেনবা করম্বা অমা তানিংলিবগে।১৬।

নিমি নিংথৌনা হায়খি—হে ঋষি পুম্নমক, ইন্দ্র খুদুম চনবা ঙমদ্রবা মীশিংনা লানবা ঙমদ্রবা অসিগুম্বী ঈশ্বরগী ওইবী মায়া অসিবু, হকচাং অসিবুসু ঐনি থল্লিবা মীশিংনা অহম্না রাদনা লাংথোকপা ঙমগদবা

রাজোবাচঃ—

যথৈতামৈশ্বরীং মায়াং দুস্তরামকৃতাত্মভিঃ।
তরন্ত্যঞ্জঃ স্থূলধিয়ো মহর্ষ ইদমুচ্যতাম্। ১৭।

প্রবুদ্ধ উবাচ।

কর্ম্মাণ্যারভমানানাং দুঃখহত্যৈ সুখায় চ।
পশ্যেৎ পাকবিপর্য্যাসং মিথুনীচারিণাং নৃণাম্। ১৮।
নিত্যার্ত্তিদেন বিত্তেন দুর্লভেনাত্মমৃত্যুনা।
গৃহাপত্যাপ্তপশুভিঃ কা প্রীতিঃ সাধিতৈশ্চলৈঃ। ১৯।

রাজা উবাচ ( নিমি নিংথৌনা হায়খি ) হে মহর্ষে ( হে মহর্ষি পুম্নমক ) অকৃতাত্মাভি ( ইন্দ্রি খুদুম চন্দ্রিবা মীশিংনা ) দুস্তরাম্ ( লানবা ঙমদ্রবা ) এতাম্ ( অসিগুম্বী ) ঐশ্বরীং ( ভগবন্গী ওইবী ) মায়াং ( মাযা অসিবু ) স্থূলধিয়ো ( শরীর অসিবু ঐনি খল্লবা মীশিংনা ) যথা ( অদুম্না ) অঞ্জ ( রাদনা ) তরন্তি ( লানবা ঙম্বা ) তথা ( মদুম্না ) ইদং ( পাম্বৈ অদুবু ) উচ্যতাম্ ( হায়বিযু ) । ১৭।

প্রবুদ্ধঃ উবাচ ( প্রবুদ্ধনা হায়খি ) দুঃখ হত্যৈ ( অৱাবা মাংহন্নবগীদমক ) চ ( অমসুং ) সুখায় ( নুঙাইনবগীদমক ) কর্ম্মানি ( হৌজিক্কী অমসুং তুংগী কর্ম্ম থিবিকপু ) আরভমাণানাং ( তৌরিবা ) মিথুণীচারিণাং ( নুপীগা লোযননা লৈরিবা মীশিংগী ) পাকবিপয্যাসং ( ওন্নবা মহৈ ফংবা ) পশ্যেৎ ( উরি ) । ১৮।

নিত্যআর্ত্তিদেন ( শোয়দনা অৱাবা পীরবা ) আত্মমৃত্যুনা ( শিখিন্দ্রা হায়না চিংনবা পোক্লবা ) দুর্লভেন ( য়াম্না রান ফংলবা ) বিত্তেন ( লন অসিনা ) সাধিতৈঃ ( পাংথোক্লবা ) চলৈঃ ( অরেপ্পা লৈতবা ) গৃহাপত্যাপ্তপশুভি ( চাউখৎলবা য়ুম-কৈ, ইচা শা-ষণ মথোয় অসিনা ) কা প্রীতি ( করম্বা অপেনব ওইগনি ) । ১৯।

অদুগুম্বা পাম্বৈ ( উপায় ) অদুবু নথোয় পুম্বনা হায়বিযু। ১৭।

প্রবুদ্ধনা হায়খি - অৱাবা মাংনবগীদমক অমসুং নুঙাইবা ফংনবগীদমক

**এবং লোকং পরং বিত্তান্নশ্বরং কর্ম্মনির্ম্মিতম্।**
**সতুল্যাতিশয়ধ্বংসং যথা মণ্ডলবর্ত্তিণাম্। ২০।**
**তস্মাৎ গুরুং প্রপদ্যেত জিজ্ঞাসুঃ শ্রেয় উত্তমম্।**
**শাব্দেপরে চ নিষ্ণাতং ব্রহ্মণ্যুপশমাশ্রয়ম্। ২১।**

---

এবং ( অসুম্মা অপেনবা অমত্ত' ফংত্রবা ) মণ্ডলবর্ত্তিণাম্ ( নিংথৌ-শিংগী ) কর্ম্মনির্ম্মিতং ( কর্ম্মনা ভানশিল্লকপা ) পরং ( অথোইবা ) লোকং ( স্বর্গনচিংবা লোক অসি ) নশ্বরং ( মাংবা নাইবা ) যথা ( অমদি ) সতুল্যাতিশয়ধ্বংসং-তুল্যোস্পর্দ্ধা ( মান্নবদা কল্লক মীহৌবা ) অতিশয়ে = অস্পূয়া অহেনবদ দোয হাপ্পা ) ধ্বংসে-শোক: ( মাংবা উরগা য়াবা ওই হায়না ) বিদ্যাৎ ( খংগনি )। ২০।

---

তস্মাৎ ( অৱাবগী মরম ওইবদগী ) উত্তমম্ ( পুম্নমক্তগী অথোয়বা ) শ্রেয় ( মায়া লাম্ব্রোক্লবগী উপায় ) জিজ্ঞাস্মুঃ ( হংনিংবা মীনা ) শাব্দে ব্রহ্মনি ( শব্দব্রহ্ম বেদদা ) পরে চ ( পরব্রহ্মদা ) নিষ্ণাতং ( তত্ত্ব খংলবা ) উপশমাশ্রয়ম্ ( আত্মস্বরূপ ব্রহ্মদগী হন্দোকলক্ক্না লৈরবা ) গুরুং ( গুরুগী মফমদা ) প্রপদ্যেত ( চংজগনি )। ২১।

---

হৌজিক মহৈ ফংগদবা, শিরগা ফংগদবা কর্ম্ম থিবিক তৌরিবা, হুপীগা লোয়ননা লৈম্নিবা হাশিংগী ওন্ননা মহৈ ফংবা উরি। ১৮।

শোয়দনা অৱাব পীরবা শিখিত্রা হায়নশু চিংনবা পোক্লবা, য়াম্না ম্নানা ফংলবা লন অসিনা পাংথোক্লবা, অরেপ্পা লৈত্রবা চাউখৎলবা য়ুম-কৈ, মচা মশু অমদি শা-ষণ মথোয় অসিনা করম্বা অপেনবা ওইগনি। ১৯।

লন-থুম্নচিংবনা অপেনবা অমত্তা ফংদবা, অসুম্মা নিংথৌশিংগী কর্ম্মনা তানশিনগ্রবা স্বর্গনচিংবা লোক অসি মাংবা নাইবা, অমদি মান্নবদা কল্লক মীহৌবা, অহেনবদা দোষ হাপচিনবা, মাংবা উরগা য়াবা ওই হায়না খংগনি। ২০।

লননচিংবা অসি অৱাবগী মরম ওইবদগী, পুম্নমক্তগী অথোইবা মায়া লাম্নবগী উপায় হংনিংলবা মীনা শব্দব্রহ্ম ( বেদ ) গী তত্ত্ব অমসুং

**তত্র ভাগবতান্‌ ধর্ম্মান্‌ শিক্ষেৎ গুর্ব্বাত্মদৈবতঃ।**
**অমায়য়ানুবৃত্ত্যা যৈস্তুষ্যেদাত্মাত্মদো হরিঃ। ২২।**
**সর্ব্বতো মনসোঽসঙ্গমাদৌ সঙ্গঞ্চ সাধুষু।**
**দয়াং মৈত্রীং প্রশ্রয়ঞ্চ ভূতেষ্বদ্ধা যথোচিতম্‌। ২৩।**

---

তত্র ( গুরুদা চংজরবা মতমদুদা ) গুর্ব্বাত্মদৈবতঃ ( গুরুবু [আত্মা] মশাগুম্না মুংশিবা ) দৈবতঃ ( লাইগুম্না ইকায় খুম্নবা ওইদুনা ) অমায়য়া ( লৌনমদনা ) অনুবৃত্ত্যা ( সেবা তৌদুনা ) ভাগবতান্‌ ( ভগবৎকী ওইবা ) ধর্ম্মান্‌ ( ধর্ম্ম থিবিক ) শিক্ষেৎ ( তমগনি ) যৈঃ ( ধর্ম্ম অদুনা ) হরি ( অরাবা পুম্নমক মাংহনবিবা ) আত্মা ( পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা ) আত্মদঃ ( মশাবুস্থ পিনরিবা ভগবান্‌না ) তুষ্যেৎ ( পেনবিগদবা ওই )। ২২।

---

আদৌ ( তংবং ) ( অহানবমক্তা ) সর্ব্বতঃ ( পুম্নমক্তা ) মনসঃ ( পুক্লিংগী ) অসঙ্গম্‌ ( অপাম্ব থমদবা ) চ ( অমসুং ) সাধুষু ( ভগবৎ ভক্তশিংদা ) সঙ্গং ( অপাম্বা থম্বা ) ভূতেষু ( জীবগী মফমদা ) যথা উচিতম্‌ ( অদুম্না মতিক চাবা ) হীনেষু ( অৱাংপদা ) দয়াং ( থৌজানবিবা ) সমেষু ( মান্নবদা ) মৈত্রীং ( মরূপকুম্না তৌবা ) চ ( অমসুং ) উত্তমেষু ( মথক থোংবদা ) প্রশ্রয়ং ( নোল্লুকপা ) অদ্ধা ( তশেংনা লৌনমদনা ) শিক্ষেৎ ( তমগনি )। ২৩।

---

পরব্রহ্মাদগী অনুভব তৌরিবা থাজবা সমাধিদগী হন্দোক্লক্লুনা লৈরবা গুরুগী মফমদা চংজগনি। ২১।

গুরুদ চংজরবা মতমগুদা, গুরুবু মশাগুম্না মুংশিবা লাইগুম্না ইকায় খুম্নবা ওইদুনা, লৌনমদনা সেবা তৌদুনা ভগবৎকী ওইবা ধর্ম্ম থিবিক তমগনি, ধর্ম্ম অদুনা অরাবা পুম্নমক মাংহনবিবা পুম্নমক্কী আত্মা ওইবা ভগবান্‌না পেনবিগদবা ওই। ২২।

অহানবমক্তদা—পুক্লিংগী অপাম্বা থমদবা, অদুম্নদি ওইরগা ভগ-বৎভক্তগী মফমদা অপাম্বা পোকপা ( থম্বা ), জীবগী মফমদা অদুম্না মতিক চাবা অৱাংপদা থৌজানবা, মান্নবদা মরুপকুম্না, মথক থোংবদা নোল্লুকপবু লৌনমদনা তৌগনি। ২৩।

শৌচং তপস্তিতিক্ষাঞ্চ মৌনং স্বাধ্যায়মার্জ্জবম্ ।
ব্রহ্মচর্য্যমহিংসাঞ্চ সমত্বং দ্বন্দসংজ্ঞয়োঃ ।২৪।
সর্ব্বত্রাত্মেশ্বরান্বীক্ষাং কৈবল্যমনিকেততাম্ ।
বিবিক্তচীরবসনম্ সন্তোষং যেনকেনচিৎ ।২৫।
শ্রদ্ধাং ভাগবতে শাস্ত্রে অনিন্দামন্যত্র চাপিহি ।
মনো বাক্ কায়দণ্ডঞ্চ সত্যং শমদমাবপি ।২৬।

---

চ ( অমসুং ) শৌচং ( শেংবা ) তপঃ ( মশাগী ধর্ম্মদা লৈবা ) তিতিক্ষা ( ভাকশিবা ) মৌনং ( অরেম্বদা ভাংদবা ) স্বাধ্যায় ( বেদনচিংবা পাঠ তৌবা ) আর্জ্জবম্ ( পুক্নিং-হকচাং বাহৈ (গী) থোইদবা ) ব্রহ্মচর্য্যম্ ( ধাতুগী নিয়মদং ভাকপা ) অহিংসা ( হিংসা তৌদবা ) দ্বন্দ সংজ্ঞয়োঃ অবা-নুংভাইনচিংবদা, সমত্বং ( মান্নবা রাখল তমগনি ) । ২৪ ।

---

সর্ব্বত্র ( অচৎ-চৎতা জীব পুম্নমক্তা ) আত্মেশ্বরান্বীক্ষাং ( আত্মা অমসুং ঈশ্বরবু তৎনদনা উবা ) কৈবল্যং ( সুপ্নগী মতোমতমক চৎপা ) অনিকেততাম্ ( যুম্নচিংবগী অভিমান লৈতবা ) বিবিক্তচীরবসনম্ ( শেংলবা ফি মচেৎ শেৎপা-ইনবা ) যেন কেনচিৎ ( করিগুম্বা অফংবা অমনা ) সন্তোষম্ ( অপেনবা ওইবা ) । ২৫ ।

---

ভাগবতে ( ভগবানবু তাক্লিবা ) শাস্ত্রে ( শাস্ত্রদা ) হি ( লেপ্না ) শ্রদ্ধাং ( থাজবা ) অন্যত্র চ ( অতোপ্পা ভগবানবু তাক্লিবা শাস্ত্রদশু ) অনিন্দা ( নিন্দা তৌরুদবা ) চ ( অমসুং ) মনঃ ( পুক্নিংবু প্রাণায়াম্না ) বাচ ( বাভাংবু ) (মৌননা) কায়ং ( হকচাংবু ) অনীহয়া ( পামদবনা ) দণ্ডং ( লাকশিমববু ) চ ( অমসুং ) সত্যং ( অচুম্ববু ) শমঃ ( বিষয়চিন্তা তৌদববু ) দমং ( মশানগী ইন্দ্রিশিং লাকশিনবা ) অপি ( অসিশু ) শিক্ষেৎ ( তম্বগনি ) । ২৬ ।

---

মুং-পাল অনিগী শেংবা, মুংগীনা নাপল তৌদবা মীবু ইকায় থুম্নবা পালমীনা লৈপাক ঈশিংনা শেংগনি, মশাগী ধর্ম্মদা লৌতুনা মীবু ভাকশিবা, অরেম্বদা রা ভাংদবা বেদনচিংবা পাঠ তৌবা, পুকচেল তিংবা,

শ্রবণং কীর্ত্তণং ধ্যানং হরেরদ্ভুতকর্ম্মণঃ।
জন্ম-কর্ম্ম গুণানাঞ্চ তদর্থেঽখিল চেষ্টিতম্। ২৭।
ইষ্টং দত্তং তপোজপ্তং বৃত্তং যচ্চাত্মনঃ প্রিয়ম্।
দারান্ সুতান্ গৃহান্ প্রাণান্ যৎপরস্মৈ নিবেদনম্। ২৮।

অদ্ভুতকর্ম্মণঃ ( অঙকপা থৌদোনা মহাক্কী ওইবা ) হরেঃ ( শ্রীহরিগী ) জন্মকর্ম্ম গুণানাং ( মহাক্কা পোকপা, মহাক্কা তৌবা থবক, মহাক্কী মগুণশিং অসিবু ) শ্রবণং ( তাজবা ) কীর্ত্তনং ( শক-শোনবা ) ধ্যানং ( নিংশিংবা ) অখিল বেষ্টিতম্ ( শুবা চৎপা পুম্নমক ) তদর্থে ( মহাক্কী দমক ওইবা ওমগনি )। ২৭।

ইষ্টং ( যজ্ঞনচিংবা ) দত্তং ( দাননচিংবা ) তপঃ ( ব্রতনচিংবা ) জপ্তং ( মন্ত্রজপ তৌবা ) বৃত্তং ( থবক শুবা লোম্বা ) আত্মনঃ ( মশাগী ) প্রিয়ং ( নুংনচিংবা ) দারান্ ( মতু ) সুতান্ ( মচাশিং ) প্রাণান্ ( মথবাই ) যৎ ( সর্ব্বং ) ( পুম্নমক ) পরস্মৈ ( পরমেশ্বরদা ) নিবেদনম্ ( কৎথোকচবা ) শিক্কেৎ ( তমগনি )। ১৮।

ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্ম চৎপা, ঋতুগী নিয়ম ঙাকপা, হিংসা তৌদবা, অবা-মুঙাই-নচিংবদা মাম্নবা খনবা ওমগনি। ২৪।

অচৎচত্তা জীব পুম্নমক্তা আত্মা অমত্তুং ঈশ্বরনি খনবা, সুপ্নগী মতোমতমক চৎপা, য়ুম্ন চংবগী চাউথোকপা লৈতবা, শেংলবা ফি মচেৎ শেৎ-ইনবা, লরিগুম্বা প্রারব্ধগী অফংবা অমনা পেনবা। ২৫।

ভগবানবু তাক্লিবা শাস্ত্রদা থাজবা অমত্তুং অতোপ্পা ভগবান্ তাকপা, শাস্ত্রদা নিন্দা তৌদবা, মনঃবু প্রাণায়ামনা, বা-ঙাংববু মৌননা, হকচাংবু অপাম্বা থাদোকপনা, লাকশিনগনি অমত্তুং অচুম্বা ঙাংবা, বিষয় চিন্তা তৌদবা, মপানগী ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনববু তমগনি। ২৬।

অঙকপা থৌদোনা মহাক্কী ওইবা শ্রীহরিগী পোকপা, মহাক্কা তৌবা থবক, অমত্তুং মহাক্কী মগুণ অসি পুম্নমক তাবা, শকপা, শোনবা অমত্তুং নিংশিংবা, শুরিবা চৎলিবা পুম্নমক মহাক্কীদমক্তা ওইবা তমগনি। ২৭।

বেদনা তাকপা যজ্ঞনচিংবা তৌবা, স্মৃতিনা হায়বা অদুগী মতু ইন্না

এবংকৃষ্ণাত্মনাথেষু মনুষ্যেষু চ সৌহৃদম্।
পরিচর্য্যাঞ্চোভয়ত্র মহৎসু নৃষু সাধুষু। ২৯।
পরস্পরানুকথনং পাবনং ভগবৎ যশঃ।
মিথো রতির্মিথস্তুষ্টি নিবৃত্তির্মিথ আত্মণঃ। ৩০।

---

এবং ( অমনা ) কৃষ্ণাত্মনাথেষু ( কৃষ্ণতনা মশাগী মবুঙোনি থল্লিবা ) মনুষ্যেষু চ ( মীওইবশিংদস্থ ) সৌহৃদম্ ( ফনবতা থনাবৰা মৰীমতাদা ) মহৎষু নৃষু ( অথোইবশিংদা ) ভাগবতেষু ( ভগবৎ ভক্তশিংদা ) সাধুষু ( জীবশিংগী উপকার তৌবশিংদা ) চ ( অমসুং ) উভয়ত্র ( লেংদবা অমদি উপায়চিংবদা ) পরিচর্য্যাং ( সেবা তৌবা ) শিক্ষেৎ ( তমগনি ) । ২৯ ।

---

পাবনং ( শেংলবা ) অবিদ্যা ( মায়াগী দোষ মাংহনবিরবা ) ভগবৎ-যশঃ ( শ্রীভগবান্গী মিংচৎ অতুবু ) পরস্পরানুকথনম্ ( মহৈ মহৈ ৱারী শানবা ) ততঃ ( অতুদগী ) মিথঃ ( মহৈ-মহৈ ) রতি ( পুক্নিং চংশিল্লকপা পাম্বা হেনগৎলকই ) মিথঃ ( মথোয মশেন ) তুষ্টিঃ ( অপেনবা ওই ) তথা ( অসুম্না ) মিথঃ ( মহৈ-মহৈ ) আত্মনঃ ( মশাগী অৱাবা পুম্নমক ) নিবৃত্তি ( চৎথি ) অত তৈঃ ( মৱম অসিদগী লেপ্পা ) সঙ্গমং শিক্ষেৎ ( মথোয়গী লোইনবা লৈবা তমগনি ) । ৩০ ।

---

দাননচিংবা তৌবা, একাদশী ব্রত অমসুং মন্ত্রজপনচিংবা তৌবা, সংসারগী ওইবা থবক শু চৎপা অমদি মশাগী লন-থুম মতু-মচা থৱাই ফাওবা পরমেশ্বরদা কৎথোকচবা তমগনি। ২৮।

অমৱা বিষ্ণুতনা মথোয়গী মবুঙোনি থল্লিবশিংগী মফমদা মীওইব-শিংগী মফমদশু মৱীমত দস্থ ফনবতা থনবিবা, অথোইবা ভগবৎ ভক্তশিংগী মফমদা, জীবশিংগী উপকার তৌবশিংগী মফমদা অমসুং লেংদনা লৈবা অমদি উপায়চিংবগী মফমদা সেবা তৌবা তমগনি। ২৯।

শেংলবা অবিদ্যা মায়াগী দোষ অপুম্বা মাংহনবিরবা শ্রীভগবানগী মিংচৎ অমসুং গুণবু মহৈ মহৈ অমগা অমগা ৱারী শানবা, অতুদগী মহৈ মহৈ পুক্নিং চংশিল্লকপা হেন্না পাম্বা পোক্লকই মতুদগী মথোয়

স্মরন্তঃ স্মারয়ন্তশ্চ মিথোঽঘৌঘহরং হরিম্।
ভক্ত্যা সঞ্জাতয়া ভক্ত্যা বিভ্রত্যুৎপুলকাং তনুম্। ৩১।
ক্বচিদ্রুদন্ত্যচ্যুতচিন্তয়া ক্বচি—
দ্ধসন্তি নন্দন্তি বদন্ত্যলৌকিকাঃ।
নৃত্যন্তি গায়ন্ত্যনুশীলয়ন্ত্যজং
ভবন্তি তুষ্ণীংপরমেত্যনির্বৃতাঃ। ৩২।

---

ভক্ত্যা ( ভক্তপা লোইননা লৈবনা ) সংজাতয়া ( পোক্লব্বা ) ভক্ত্যা ( প্রেমলক্ষণা ভক্তিনা ) অঘৌঘহরং ( প্যাপকী মপৈ মাংহল্লবা ) হরিং ( শ্রীহরিবু ) মিথঃস্মরন্ত ( নিংশিংলবা ) চ ( অমসুং ) স্মারয়ন্তঃ ( নিংশিংহল্লবা ভক্তশিংনা ) উৎপুলকাং ( তুজু'লবা ) তনুং ( হকচাংবু ) বিভ্রাতি ( পুই )। ৩১।

---

ক্বচিৎ ( করিগুম্বদা ) অচ্যুতচিন্তয়া ( ভগবান্বু নিংশিংবনা ) রুদন্তি ( কপ্পী ) ক্বচিৎ ( করিগুম্বদনা ) হসন্তি ( নোকই ) নন্দন্তি ( মুংঙাই ) তথা ( মতৌঅসুম্না তৌনা ) অলৌকিকাঃ ( লোক অসিদগী হেন্দোক্লবা 'ব্রা' থিবিক ) বদন্তি ( হায় ) নৃত্যন্তি ( জগোই শাই ) গায়ন্তি চ ( মগুণশু শকই ) অজং ( পোকপা লৈত্রবা ভগবান্বু ) অনুশীলয়ন্তি ( মহাকী স্বভাব অমদি স্বরূপ নিংশিংহল্লি ) পরং ( পরম পুরুষবু ) এত্য ( ফংলগা ) নিবৃত্তাঃ ( সন্তঃ ) ( পুম্নমক চৎথিহুনা ) তুষ্ণীং ভবন্তি ( তুমিন্না লৈ )। ৩২।

---

মশেন অপেনবা ওই। অসুম্না তৌরক্লবগী মতু'দা মশাগী অব্রাবা পুম্নমক মাংথি। মরম অসিদগী মখোয়গা লৈমিন্নবা তমগনি। ৩০।

মখোয়গা লৈমিন্নবদগী ওইরকপা সাধন ভক্তিনা পোকহল্লকপা প্রেমলক্ষণা ভক্তিনা, পাপকী মপৈ মাংহল্লবা শ্রীহরিবু মহৈ মহৈ নিংশিং-লবা অমদি নিংশিংহল্লবা ভক্তশিংনা মশাদা তুজুংবা পোক্লকই। ৩১।

করিগুদা ভগবান্বু নিংশিংদুনা কপ্পী, করিগুম্বদনা নোকই, করিগুম্বদনা মুঙঙায়, মতৌ অসুম তৌনা লোক অসিদগী হেন্দোক্লা বা ঙাংই, জগোই শারকই ভগবান্গী গুণ শক্লকই, করিগুম্বদনা পোকপা

ইতি ভাগবতান্ ধর্ম্মান্ শিক্ষন্ ভক্ত্যা তদুত্থয়া।
নারায়ণপরো মায়াং অঞ্জস্তরতি দুস্তরাম্। ৩৩।

রাজোবাচ ঃ—

নারায়ণাভিধানস্য ব্রহ্মণঃ পরমাত্মণঃ।
নিষ্ঠামর্হথ নো বক্তুং যুয়ং হি ব্রহ্মবিত্তমাঃ। ৩৪।

---

ইতি ( অসুম্না ) ভগবতান্ ( ভগবান্গী ওইবা ) ধর্ম্মান্ ( ধর্ম্ম খিবিক অসিবু ) শিক্ষন্ ( অভ্যাস তৌদুনা ) নারায়ণপরঃ ( ভগবৎ আরাধনাদ লৈরবা মী অদুনা ) তদুত্থয়া = (ভক্ত্যা) ( ভগবৎ আরাধনাদগী পোক্লবা ভক্তিনা ) দুস্তরাম্ ( য়াম্না রানা লানবা ) মায়াং ( মায়াবু ) অঞ্জঃ ( রাদনা ) তরন্তি ( লাল্লি )। ৩৩।

---

রাজা উবাচ ( নিমিনা হায়খি ) যুয়ং হি ( ইবুঙো নখোয় অসিমক ) ব্রহ্মবিত্তমাঃ ( ব্রহ্ম খংলবশিংগী মন্নুংদা অথোইবনি ) নারায়ণাভিধানস্য ( নারায়ণ কৌবা মিংনা খংনবিবা ) পরমাত্মনঃ (পরমাত্মা ওইববা ) ব্রহ্মণঃ ( ব্রহ্মগী ) নিষ্ঠাম্ ( মশকপু ) নঃ ( ঐখোয়গী ইফমদা ) বক্তুং অর্হসি ( হায়বিয়ু )। ৩৪।

---

লৈত্রবা ভগবান্বু মহাক্কী স্বভাব অমদি স্বরূপ নিংশিংহল্লি, পরম-পুরুষ্পু ফংলগা অর্ব'-মুঙঙায় লৈতনা তুমিন্না লৈ। ৩২।

অদুম্না ভগবান্গী ওইবা ধর্ম্ম খিবিক অসিবু লৌদুনা ভগবৎ আরাধনাদ লৈরবা মী অদুনা, ভগবৎ আরাধনাদগী পোক্লকপা (সাধনা) ভক্তি অদুনা লানঙমদ্রবা মায়াবু রাদনা লাল্লি। ৩৩।

নিমিনা হায়খি — ইবুঙো! নখোয় অসিমক ব্রহ্ম খংলবশিংগী মন্নুংদা অথোইবনি, 'নারায়ণ কৌবা মিং অসিনা খংনরিবা অথোইবা আত্মা ওইরবা ব্রহ্মগী মশক অদুবু ঐখোয়গী ইফমদ হায়বিয়ু। ৩৪।

আর্ষভনা হায়খি হে নরেন্দ্র! সংসার অসিগী সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় হায়রিবা অদুম অসিগী কারণ ওইরিবা মহাক মশাদি কারণ লৈতবা। স্বপ্ন, জাগ্রৎ সুষুপ্তি হায়রিবা ফিরেপ অদুম অসিদা, অমদি সমাধিদা লৈবা মতমদা, অদুম্মক লৈবা সাক্ষি ওইবা। মহাক অদুনা অপোবা

পিপ্পলায়ন উবাচ।

স্থিত্যুদ্ভবপ্রলয়হেতুরহেতুরস্য
যৎস্বপ্নজাগরসুষুপ্তিষু সদ্ বহিশ্চ।
দেহেন্দ্রিয়াসুহৃদয়ানি চরন্তি যেন
সঞ্জীবিতানি তদবেহি পরং নরেন্দ্র ৩৫।

পিপ্পলায়নঃ উবাচ ( আৱ ভনা হায়খি ) হে নরেন্দ্র ( হে নিংথৌ) অস্য ( সংসার অসিগী ) স্থিত্যুদ্ভব প্রলয়ানাং ( লৈবা, পোকপা মাংবা পুম্নমক অসিগী ) হেতুঃ ( মরম ওইবা ) অহেতুঃ ( মশাগীদি কারণ লৈতবা ) স্বপ্নজাগ্রৎসুষুপ্তিষু ( মং মংনা তুম্বা, তুমদবা হৌগৎপা, মং মংদনা তুম্বা, ফিরেপ্ অহুম অসিদা। চ ( অমসুং ) বহিঃ ( সমাধিদা লুপ্তনা লৈবদা ) সৎ ( অচুম্বক লৈবা ) যেন মহাক অচুনা ) দেহেন্দ্রিয়াসুহৃদানি ( অপৌবা অমসুং অকুপ্পা হকচাং, থবক তৌনবা অমসুং খংননবা ইন্দ্রি ) সুহৃৎ ( মনঃনচিংবা পুম্নমক অসিবু ) সঞ্জীবিতানি ( হিংহল্লিবা ) চরন্তি ( মাগী মাগী মথৌ তৌহল্লিবা ) তং ( নারায়ণ অদুবু ) পরং ( অখোইবা পরতত্ব অচুমরি হায়না খংঙু ) । ৩৫ ।

অমসুং অকুপ্পা হকচাং, থবক তৌনবা থোং-খুৎনচিংবা ইন্দ্রি, মিৎ-নাকোনচিংবা খংননবা ইন্দ্রি, মমনচিংবা অন্তকরণ পুম্নমক অসিবু হিংহল্লিবা অমসুং মাগী মাগী মথৌ তৌহল্লিবা, নারায়ণ অদুবু পরতত্ব অচুমরি হায়না খংঙু । ৩৫ ।

ব্রহ্মাবু পুক্লিংনা খল্লুবা লাম্বা ফদে, বাহৈনসু মাবু তাকপা খংহনবা ঙমদে, মিৎনা বুদ্ধিনা প্রাম্নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা খংবা ঙমদে, মহুদি বৈরীরচিংবনা অতোপ্পবুদি ঙানহনবা ঙমই অদুগা মাগী থোরককম মৈবুন অচবুদি ঙানহনবা ঙমদবগুম্বনি, অমনা পরমাত্মা ব্রহ্মদগী থোকখিবা আত্মাবুদি পরমাত্মানা খই, আত্মানদি পরমাত্মাবু খংবা ঙমদে. বেদগী মশক ওইবা থোক্লেন্নসু মহাক্কী থোরককম ওইবা ব্রহ্মাবু খংবা য়াদবনি, মাবু চাননা লৈতে হায়বদি য়াদে, লৈ হায়রিবা অসিসু শ্রুতিনা "নেতি নেতি অস্থূলম অন নু" অমদি "যতোবাচো নিবর্ত্তন্তে" অম্বম্না

নৈতন্মনো বিশতি বাগুত চক্ষুরাত্মা
　　প্রাণেন্দ্রিয়াণি চ যথানলমর্চ্চিষঃ স্বাঃ।
শব্দোঽপি বোধকনিষেধতযাত্মমূল—
　　মর্থোক্তমাহ যদৃতে ন নিষেধসিদ্ধিঃ। ৩৬।

এতৎ ( ব্রহ্ম হায়না খংনরিবা পরতত্ত্ব ) মন ( পুক্লিংদা ) ন বিশতি ( খনবা ঙমদে ) উত ( অমসুং ) বাক্ ( বাহৈনা ) ন ( ফোং-দোকপা ঙ-দ ) চক্ষু ( মিংনসু উদে ) আত্মা ; বুদ্ধিনসু লেপ্পা ঙমদে ) প্রানেন্দ্রিয়ানি চ ( প্রাণ্নচিংবা ইন্দ্রিশিং অসিনসু মাবু খংবা ঙমদে ) যথা ( মতুদি ) স্বা = স্বাংশভূত ( মাগী মশা ওইনা লৈরিবা ) অর্চ্চিযঃ ( মৈরীক অমদি মৈরিনা ) অনল ( মৈ অতুবু ) ন = প্রকাসয়ন্তি ( ফোং-দোক্না ঙানহনবা ঙমদে = খংবা ঙমদে ) তথা ( অসিগুম্না ) সপি ( লেপ্প-মক ) শব্দ ( বেদগী মশক ওইবা থোঙ্জেলনসু খংলিবা অতুবু ) নিষেধ-তয়া ( খংলিবা অতুবু মাবু মানা খংবা ঙমদে ) নিষেধ ( ককথৎপা ওইনা শ্রুতিনা "নেতি নেতি অস্থূলম্ অন নু" অসুম্না ( স্বয় এব ( ব্রহ্মগী মশকপু "বোধক নিষেধ" নি খংবা ঙমদবনি হায়না লেপ্লি ) আত্মমূলং ( ব্রহ্মদা প্রমান ওইরিবা ) সৎ ( লৈ হায়বা ) অর্থোক্তম্ ( প্রয়োজন অসিত্ত হায়বনি ) যৎ ঋতে ( লৈ হায়বসি হায়ত্রবদি ) নিষেধ সিদ্ধি ( ককথৎপা নত্তে হায়বসিনু ) ন ( ওইরোই )। ৩৬।

শম্না হায়রবদা "মহাক মশাবু মশানা ফাওবা খংবা ঙমদে" অসুম্না পর-তত্ত্বব্রহ্মাবু বেদনা তাকলি। ৩৬।

অনিশুদ্রবা ব্রহ্মনা অহানবা সৃষ্টিগী মমাংদা শেমথিবা সত্ত্ব রজ তম কৌবা গুণ অহুমশিংনা প্রকৃতিনি, সৃষ্টি তৌগে নিংবনা মহত্তত্ত্ব, জীবগী উপাধি ওইরিবা "ঐ" নি খল্লিবা অসিনা অহংকার, অমদি অহঙ্কার অসিনা তিল্লিবা জীবাত্মা, পুন্নমক অসি অখংবশিংনা ব্রহ্মনরি হায়রি, অমদি সত্ত্ব রজ তমদগী ওইবা মশা মশাগী দেবতাশিংগা লোইননা ইন্দ্রিযশিং অমসুং মহাভূত মডা, অরা মুডাইগী মশক ওইবা অপোবা অকুপ্পা ( অরেপ্প-লেপ্তবা ) থবক, অনিসিবু থোকহল্লিবা তৌঙমদবা লৈত্রবা

সত্ত্বংরজস্তম ইতি ত্রিবৃদেকমাদৌ
 সূত্রং মহানহমিতি প্রবদন্তি জীবম্।
জ্ঞানক্রিয়ার্থফলরূপতয়োরুশক্তি
 ব্রহ্মৈব ভাতি সদসচ্চ তয়োঃ পরং যৎ।৩৭।
নাত্মা জজান ন মরিষ্যতি নৈধতেঽসৌ
 ন ক্ষীয়তে সবনবিৎ ব্যভিচারিণাংহি।
সর্ব্বত্রশশ্বদনপায্যুপলব্ধি মাত্রং
 প্রাণো যথেন্দ্রিয়বলেন বিকল্পিতং সৎ।৩৮।

একং ( অনিশুদ্রবা ব্রহ্মনা ) আদৌ ( অহানবদ ) সত্ত্ব রজ তম ইতি ( সত্ত্ব রজ তম কৌবা ) ত্রিবৃৎ ( গুণ অহুমাশনা ) প্রধানং (প্রকৃতিনি ) সূত্রং ( ভগবৎকি সৃষ্টি তৌগে নিংবনা ) মহান্ ( মহত্ত্বনি ) অহং ইতি ( অহঙ্কার অমদি ) জীবং ( জীবাত্মাবু ) প্রবদন্তি ( অথংবশিংনা ব্রহ্মমক্তি হায়রি ) তথা ( অমদি ) জ্ঞান ক্রিয়ার্থফলরূপতয়া ( সত্ত্ব রজ তমনা ওইবা থবকশিং ) সদসৎ ( অপৌবা অকুপ্পা ) তয়ো ( অনিসিবু থোকহল্লিবা ) উরুশক্তি তৌভমদ্রবা মতীকনা তিল্লবা ব্রহ্ম অহুমক্কা ) ভাতি ( ভাল্লি—পুন্নমক অসি ওইরি )।৩৭।

আত্মা ( শুদ্ধজীব অসি ) ন জজান ( পোক্কে ) ন এধতে ( চাউবা হেন্দে ) ন ক্ষীয়তে ( মযেং তাদে ) ন মরিষ্যতি ( তুংদগু শিরোই ) হি ( মরমদি ) ব্যভিচারিণাং ( অরেপ্পা নৈতবশিংগী হায়বদি :—অঙাং-অহল-মথোক কারকপা; তুম্বা তুমদবা তুংখুন হুন্না তুম্বা পুন্নমক অসিবু ) সবনবিৎ ( উবা থংবনি ) অসৌ ( আত্মা অসি ) উপলব্ধিমাত্রং ( জ্ঞানগী মশক্তি ) সৎ ( ব্রহ্মমক্তি ) সর্ব্বত্র ( হকচাং পুম্বদা ) অনপায়ি ( তুং ইন্না লৈবনি ) ইন্দ্রিয়বলেন ( ইন্দ্রিশিংগী পাঙ্গলনা ) বিকল্পিতং ( মখল মখল ওইবনি ) প্রাণো যথা ( প্রাণনা তৌবগুম্বা )।৩৮।

অচৌবা মতীক্কা তিল্লবা ব্রহ্ম অহুমক্কা পুন্নমক অসি ওইরি।৩৭।
 শুদ্ধ জীব অসি পোক্কে শিদে তুংদসু শিরোই, চাওবা হেন্দে মযেং তাদে, মরমদি অরেপ্পা নৈতবশিংগী ক্রিয়া পুন্নমক অঙাং অহল

অণ্ডেষু পেশিষু তরুষ্ববিনিশ্চিতেষু
প্রাণো হি জীবমুপধাবতি তত্র তত্র।
সন্নে যদিন্দ্রিয়গণেঽহমি চ প্রসুপ্তে
কূটস্থ আশয়মৃতে তদনুস্মৃতির্নঃ। ৩৯।

---

অণ্ডেষু ( মরুমদগী পোকপা ) পেশিষু ( নাউয়োমদগী পোকপা ) তরুষু ( লৈপাক থিঙ্গাইদুনা পোকপা উনচিংবদসু ) অবিনিশ্চিতেষু ( লেপ্পা ওমদবা হুমাংনচিংবদগী পোকপা জীবগী উপাধি ওইরিবা হকচাংশিং অসিদা ) প্রাণঃ ( প্রাণ বায়ু অসিনা ) তত্র তত্র ( মফম পুম্নমক্তা ) জীবম্ ( জীব অসিবু ) উপধাবতি ( কোয়না পুদুনা চংলি ) যৎ ( মতম অদুদা ) ইন্দ্রিয়গণে ( ইন্দ্রিশিং অসিনা ) অহমি ( অহঙ্কার তত্ত্বদ ) সন্নে ( লীন ওইপ্রবদা ) তথৈব ( মতৌ অসুম্ন চপ্রবদা অহঙ্কার তত্ত্বনা ) প্রসুপ্তে ( সুষুপ্তি অবস্থাদা তুমথুন হুনপ্রবদা ) আশয়ং ( সংস্কারনচিংবা ) ঋতে ( য়াউদনা ) কূটস্থঃ ( জীবাত্মানা মশাগী শকফমদা লৈ ) তৎ ( অদুম্না মশাগী শকফমদা লৈববু ) নঃ ( ঐখোইনা ) অনুস্মৃতি ( নিংশিংঙি মহুদি ( 'ঐ' ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইনা তুমলুই বরি অমত্তা খঙদে ) । ৩৯ ।

---

মখাক্ক রকপা, তুম্বা, তুমদবা, তুমথুন হুম্না তুম্বা, পুম্নমক জীবাত্মা অসিনা উবা থংবনি, আত্মা অসি জ্ঞানতগী মশক্কি, হকচাং পুম্বা তুংইন্ন চৎপনি, ইন্দ্রিশিংগী পাঙ্গলতনা মখাগ মথল ওইবনি। প্রাণনা তৌবগুম্বনি। ৩৮।

মরুমদগী পোকপা, নাউয়োমদগী পোকপ, লৈবাক থিঙ্গাইদুনা পোকপা উনাচিংবা লেপ্পা ওমদব হুমাংনাচিংবদগী পোকপা, জীবগী উপাধি ওইরিবা হকচাংশিং অসিদা প্রাণ বায়ু অসিনা জীব অসিবু কোয়না পুদু-না চংলি। মতম অদুদা ইন্দ্রিশিং অসিনা অহঙ্কার তত্ত্বদা চংশিনখি, অহঙ্কার তত্ত্বনা প্রসুপ্তিদা চংশিনপ্রবদা, সংস্কারনচিবদি য়াউদনা জীবাত্মা অসি মশাগী শকফমদা লৈ। অসুম্ন লৈববু ঐখোয়না নিংশিংঙি মহুদি ঙসিদি ঐ য়াম্না নুংঙাইনা তুমলুই, করিগুম্বা অমত্তা খঙদে । ৩৯।

যৎ'জনাভচরণৈষণয়োরুভক্ত্যা
চেতোমলানি বিধমেৎ গুণকর্ম্মজাণি।
তস্মিন্ বিশুদ্ধ উপলভ্যত আত্মতত্ত্বং
সাক্ষাৎ যথামলদৃশোঃ সাবিতৃপ্রকাশঃ। ৪০।

রাজোবাচ ঃ—

কর্ম্মযোগং বদত নঃ পুরুষো যেন সংস্কৃতঃ।
বিধুয়েহাশু কর্ম্মানি নৈষকর্ম্ম্যং বিন্দতে পরম। ৪১।

অজনাভ চরণৈষণয়া ( পুন্নমকী কারণ ওইরবা ভগবান্‌গী শ্রীচরণ অনিবু ফংনিংবা, অতুদগী পোক্লবা ) উরুভক্ত্যা ( অমত্তা ওইবা ভক্তিনা ) গুণকর্ম্মজানি ( সত্ত্বনচিংবা গুণগী মতুংইন্না তৌথিবা কর্ম্মশিংদগী পোকপা ) চেতোমলানি পূণ্য-পাপনচিংবা অন্তকারণগী অমোংপা থিবিকপু ) যহি ( অতুম্না ) বিধমেৎ ( মাংহনগনি ) তস্মিন্ বিশুদ্ধে ( শেংলবা থমোই অতুদা ) সাক্ষাৎ ( অমুক অমনা মরক থন্দনা ) আত্মতত্ত্বং ( আত্মাগী অরেপ্পা মশক ) উপলভ্যতে ( থংভি ) যথা ( মতুদি [ অসুম্না ] ) অমলদৃশো ( মমিৎ পাংলিবা মীগী ) সাবিতৃপ্রকাশ [ ইব ] ( নুমিৎকী মঙাল-না তৌবগুমই ) । ৪০ ।

রাজা উবাচ ( রাজা নিমিনা হায়খি ) ইহ [জন্মনি] ( মপোক অসিদা ) যেন ( কর্ম্ম অতুনা ) কর্ম্মানি [ কর্ম্মরূপানি ] ( কর্ম্মগী পাবিনাম ওইবা পাপ্ অমদি পুণ্য থিবিকপু ) বিধুয় ( মাংহল্লগা ) সংস্কৃত ( চিত্ত শুদ্ধি ওইরবা ) পুরুষ ( মী অতুনা ) আশু ( কুইদনা ) নৈষকর্ম্ম্যং ( সংসার কর্ম্ম হঞ্জিনথিবা নিষকাম কর্ম্ম ওইবনা ) প্রাপ্যং ( ফংগদবা ওইবা ) পরং ( পরমাত্মাবু ) বিন্দতে ( ফংভি ) [ থংভি ] তৎ ( মতুনা ফংগদবা ওইবা ( কর্ম্ম যোগং ( কর্ম্মযোগ অতুবু ) ন ( ঐখোয়গী ইফমদা ) বদত ( ইবুঙোশিংনা হায়বিয়ু ) । ৪১ ।

পুন্নমকী কারণ ওইরবা ভগবান্‌গী চরণ অনিবু ফংনিংলবা, অতুদগী পোক্লবা কেবলা ভক্তিনা, সত্ত্বনাচি বা গুণগী মতুংইন্না তৌথিবা কর্ম্মশিং-দগী পোক্লকপা পুণ্য অমসুং পাপনচিংবা অন্তকরণগী অমোংপশিংবু

এবং প্রশ্নমৃষীন্ পূর্ব্বমপৃচ্ছং পিতুরন্তিকে।
নাব্রুবন্ ব্রহ্মণঃ পুত্রাস্তত্র কারণমুচ্যতাম। ৪২।

আবির্হোত্র উবাচ :—

কর্ম্মাকর্ম্ম বিকর্ম্মেতি বেদবাদো ন লৌকিকঃ।
বেদস্য চেশ্বরাত্মত্বাৎ তত্র মুহ্যন্তি সূরয়ঃ। ৪৩।

---

এবং ( অসুম্না ) প্রশ্নঃ ( হংজবা অসিবু ) পুর্ব্ব. [পূর্ব্বে] (মমাংঙৈদা) পিতু ( ঐগী ইপা ইক্ষ্বাকুগী ) অন্তিকে [স্থিতান্] ( মনাক্তা লৈরিবা ] ঋষীন্ [ প্রতি ] ( সনৎ কুমারনচিংবগী মফমদা ) অপৃচ্ছং ( হংজখি ) ব্রহ্মণ ( ব্রহ্মাগী ) পুত্রাঃ ( মচাশিংনা ) ন অব্রুবন্ ( কর্ম্মযোগ অসিবু তাকপিখিদে ) তত্র ( তাকখিদবা অতুগী ) কারণম্ ( মরম অদু ) উচ্যতাম্ ( হায়বিয়ু ) ।৪২ !

---

আবির্হোত্র. উবাচ ( আবির্হোত্রনা হায়খি ) বেদবাদ ( বেদনা তাক্লিবা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্ম ) অকর্ম্ম ( মসি তৌগনু হায়না তাকপা কর্ম্ম ) বিকর্ম্ম ( নিন্দাগী মশক ওইবা কর্ম্ম ) ইতি (মথল অদুমগী কর্ম্ম অসি ) ন লৌকিক ( লোক অসিদা থংগদবা 'রা' নত্তে ) [মরমদি] বেদস্য ( বেদ অসিনা ) ঈশ্বরাত্মত্বাৎ ( স্বয়ং পরমেশ্বরদগী থোক্লকপা ওই-বনা ) তত্র ( কর্ম্মনচিংবগী বিচার অসিদা ) সূরয়ঃ অপি ( লাঙ্গ ফাউ-বনশু ( মুহ্যন্তি ( ভক্তি ) । ৪৩।

---

মাংহলগনি, প্যাপ পুণ্য য়াউদ্রব শেংলবা থমোইদা অমুক মরক খনবা তৌ-দনা আত্মতত্ত্বু ফংডি ( ফোংদোকই )। মশিং পাংলবা মীগী মফমদা হুমিংকী মডাম্না তৌবগুমই । ৪০ ।

মপোক অসিদা কর্ম্ম অদুনা মরম ওইদুনা কর্ম্মগী মশক ওইবা পাপ অমদি পুণ্য খিবিকপু মাংহল্লবা নিষ্কাম কর্ম্মযোগনা থবক্কী মহৈ লৌদ্রবা পুক্নিং শেংলবা মী অদুনা, কুইদনা সংসারগী কর্ম্ম হন্থিনখিবনা ফংগদবা ওইবা পরমাত্মাবু ফংবা ঙম্বা কর্ম্মযোগ অদুবু নখোইনা ঐখোয়গী ইফম-দা হায়বিয়ু। ৪১।

ঐনা অসুম্না হংজরিবা অসিবু, মমাংঙৈদা ঐগী ইপা ইক্ষ্বাকুগী মনাক্তা

বেদোক্তমেব কুর্ব্বাণো নিঃ সঙ্গোহর্পিতমীশ্বরে
নৈষ্কর্ম্ম্যাং লভতে সিদ্ধিং রোচনার্থা ফলশ্রুতিঃ। ৪৬।
য আশুহৃদয়গ্রন্থিং নির্জ্জিহীর্ষুঃ পরাত্মনঃ।
বিধিনোপচরেৎদেবং তন্ত্রোক্তেন চ কেশবং। ৪৭।

---

নিঃ সঙ্গ ( অপাম্বা য়াউদনা ) ঈশ্বরে ( ভগবান্দা ) অর্পিতম্ 'কৎ-লবা ) বেদোক্তম্ এব ( বেদনা তাকপা কর্ম্মবু ) কুর্ব্বাণ ( তৌরবা মীনা ) নৈষ্কর্ম্ম্যং ( জ্ঞান ভক্তিগী মশক ওইবা ) সিদ্ধিং ( সিদ্ধিবু ) লভতে ( ফংঙি ) ফলশ্রুতি ( কর্ম্মগী মহৈ তাকপনা ) রোচনার্থা ( বেদগী মার্গদা চংনবনি [ ন তু প্রলোভ :— অপাম্বা পোক্লবা নত্তে]। । ৪৬।

---

পরাত্মন ( জীবগী ) হৃদয়গ্রন্থিং ( হকচাংনা চিংবদা 'ঐনি' খল্লিবা অসিব ) আশু ( কুইদনা ) নির্জিহীর্ষু ( মাংহন্নিংলবা ) যঃ ( মহাক অদুনা ) তন্ত্রোক্তেন ( তন্ত্রনা তাক্লিবা ) বিধিনা ( নিয়ম অদুনা ) চঃ ( বেদগী মতুং ইন্না ওইরবসু ) দেবং ( অবতার কয়ামা মথল মথা শাল্লরিবা ) কেশবং ( কেশববু ) উপচরেৎ ( পূজা তৌগনি। । ৪৭।

---

অডাংদা থেমদুনা অহাওবনি অথুম্বনি হায়জিন্দুনা হিদাক সিজবগুম্বনি। অদুনা কর্ম্ম অকর্ম্ম বিকর্ম্ম ওহুন্না পুল্লিবসিবু নাত্তোক্লবগীদমক অমুবসু মথল ওহুমগী কর্ম্মবু লৌথৎলিবনি। ৪৪।

তৌইগুম্বসুং মশাদি থংবা রাংপা মরম্না ইন্দ্রিগী মথা পোনবা মী অদুনা বেদনা তাক্লিবা নিয়মগী মতুং ইন্না চৎত্রবা মহাক অদু শোয়দনা মশাগী হৈনরক্লবা মিংচৎ থিনি ডাই ওইবা ধর্ম্ম থোক্তবা লমচৎমা শিল্লবগী তুংদা অমুক পোকলুই। ৪৫।

অপাম্বা য়াউদনা ঈশ্বরদা কৎলবা, বেদনা তাকপা কর্ম্ম তৌরিবা মীনা জ্ঞান ভক্তিগী মশক ওইবা সিদ্ধবু ফংঙি, কর্ম্মগী মহৈ তাকপনা বেদগী মার্গদা চংনবনি, অপাম্বা পোক্লবা নত্তে। ৪৬।

জীবগী হকচাংনচিংবদা ঐনি খংজিবা অসিবু কুইদনা মাংহলনিং-লবা মহাক অদুনা, তন্ত্রনা তাক্লিবা নিয়ম অদুনা অমদি বেদগী মতুং ইন্না ওইরবসু ভগবান্ কেশববু পূজা তৌগনি। ৪৭।

লব্ধানুগ্রহ আচার্যাৎ তেন সন্দর্শিতাগমঃ।
মহাপুরুষমভ্যর্চ্চেন্মূর্ত্ত্যাভিমতয়াত্মনঃ ।৪৮।
শুচিঃ সম্মুখমাসীনঃ প্রাণসংযমনাদিভিঃ।
পিণ্ডং বিশোধ্য সন্ন্যাসকৃতরক্ষোঽর্চ্চয়েদ্ধরিম্ ।৪৯।
অর্চ্চাদৌ হৃদয়ে চাপি যথালব্ধোপচারকৈঃ।
দ্রব্যক্ষিত্যাত্মলিঙ্গানি নিষ্পাদ্য প্রোক্ষ্যচাসনম্ ।৫০।

আচার্য্যাৎ ( বেদ খংলবা গুরুগী মফমদগী ) লব্ধানুগ্রহ ( য়াথং ফংলবা ) তথা ( অমদি ) তেন ( আচার্যনা ) সংদর্শিতা গমঃ ( আগমা তাক্লিবা পুজা জপনচিংবা খংহনবিরবা ) সঃ ( মী অদুনা ) আত্মন ( মশাগী ) অভিমতয়া ( পামজরবা ) মুর্ত্ত্যা ( মুর্ত্তি অদুনা ) মহাপুরুষং ( পুরুষোত্তমবু ) অর্চ্চয়েৎ ( পুজা তৌগনি ) ।৪৮।

শুচি ( স্নানচিংবনা শেংলবা ) মুর্ত্তে ( শ্রীমুর্ত্তিগী ) সম্মুখম্ ( মমাংদা আসীন ( ফমলবা উপাসক অদুনা ) প্রাণসংযমনাদিভি ( প্রণায়াম ভূতশুদ্ধিনা চিংবনা ) পিণ্ড ( হকচাং অসিবু ) বিশোধ্য ( শেংদোক্লগা ) সন্ন্যাসকৃতরক্ষ ( করাঙ্গন্যাসনা চিংবনা ঙাক শেন্দুনা ) হরিম্ ( হরিবু ) পুজয়েৎ ( পুজা তৌগনি ) ।৪৯।

যথালব্ধোপচারকৈ ( মফম মতমগী মতুং ইন্না ফংলবা পুজাদা য়াগদবা, দ্রব্যশিংনা ) দ্রব্যক্ষিত্যাত্মলিঙ্গানি ( লৈবু পুষ্পশোধননা, তুলশী পত্রবু ঈশিংনা, পুজা তৌফম্বু তৈথোকপনা, পুক্লিংবু বিষ্ণু স্মরণনা, মূর্ত্তিবু তৈথোক নাম্থোকপনা ) নিষ্পাদ্য ( পুজাগী মতিক চাবা ওইহল্লগা ) আসনং চঃ ( আসনবুশু শুদ্ধি তৌরগা ) অর্চ্চাদৌ ( বিষ্ণু মুর্ত্তিনা চিংবদা ) অপি চ ( অমসুং ) হৃদয়ে ( হৃদিদা ) [ পুরুষোত্তমম্ অর্চ্চয়েৎ ] ( পুরুষোত্তম ভগবানবু পূজা তৌগনি ।৫০।

বেদ খংলবা শ্রীগুরুগী মফমদগী য়াথং ফংলবা অমদি আচার্য্যনা আগমনা তাক্লিবা পূজাজপচিংবা অদুবু খংহনবিরবা, মী অদুনা মশাগী পামজরবা পুরুষোত্তম মুর্ত্তি অদুবু পূজা তৌগনি। ৪৮।

স্নানচিংবনা শেংলবা শ্রীমূর্ত্তিগী মাং ওইনা ফমবা উপাশক অদুনা

পাদ্যাদীনুপকল্প্যাথ সন্নিধাপ্য সমাহিতঃ।
হৃদাদিভিঃ কৃতন্যাসো মূলমন্ত্রেণ চার্চ্চয়েৎ। ৫১।
সাঙ্গোপাঙ্গাং সপার্ষদাং তাং তাং মূর্ত্তিং স্বমন্ত্রতঃ।
পাদ্যার্ঘ্যাচমণীয়াদ্যৈঃ স্নানবাসো বিভূষণৈঃ। ৫২।
গন্ধমাল্যাক্ষত স্রগ্‌ভির্ধূপদীপোপহারকৈঃ।
সাঙ্গং সম্পূজ্য বিধিবৎ স্তবৈ স্তুত্বা নমেদ্ধরিম্। ৫৩।

---

তথা ( অদুম্না মফম মতমগী ওইনা ফংলবা পুজাগী দ্রব্যশিং অদু শেংদোক্লগা ) পাদ্যাদীন ( পাদ্যনা চিংবগী পাত্রবু ) উপকল্প্য ( শেম শারগা আসনদা ফমদুনা আচমন তৌরগা ), হৃদাদিভি ( হৃদিনা চিংববু ) মূলমন্ত্রেণ ( মুলমন্ত্রনা ) কৃতন্যাস ( ন্যাস তৌরবা ) সমাহিত ( পুজাদা পুক্নিং চংলবা পুজক অদুনা ) নিষ্পাদ্য ( হৃদিদা শ্রী মূর্ত্তিবু ধ্যান তৌরগা আবাহন তৌদুনা ) মূলমান্ত্রেণ ( মুল মন্ত্রনা ) অর্চ্চয়েৎ ( পুজা তৌগনি ) ।৫১।

---

সাঙ্গোপাঙ্গাং ( অঙ্গ, শ্রীচরণনচিংবা ) উপাঙ্গ ( সুদর্শননাচিংবা মথোয় অসিগা লোইনববা ) সপার্ষদাং ( পার্ষদ সুনন্দনচিংবগা লোইনববা ) তাং তাং ( অদু অদুগুম্বা ) মূর্ত্তিং ( অপাম অপাম্বা মুর্ত্তিবু) পাদ্যার্ঘ্যাচমণীয়াদ্যৈ ( পাদ্য অর্ঘ্য আচমণনা চিংবনা ) স্নান-বসো বিভূষনৈ ( স্নাননা) বাস (ফিমা )বিভূষনৈ (লৈতেং থিবিক্লা ) ধূপদীপোপহারকৈ ( ধুপ দীপ অমদি উপহার চান থক্লবনা ) বিধিবৎ ( মথং মনাও কাইদনা ) সাঙ্গং ( অঙ্গগা লোইননা ) সম্পূজ্য ( পুজা তৌরগা ) স্তবৈ ( মতিক মগুণব ) স্তুত্বা ( শোল্লগা ) নমেৎ ( খুরমগনি ) ।৫২। ।৫৩।

---

প্রানায়াম ভূতশুদ্ধিনচিংবমা হকচাং অসিবু শেংদোক্লগা অঙ্গন্যাস করন্যাসনচিংবনা ডাক শেন্দুনা শ্রীহরিবু পূজা তৌগনি। ৪৯।

গন্ধ পুষ্প ধুপ দীপ নৈবেদ্যনাচিংববু, পুজা তৌফম্বু, পুক্নিংবু, অপাম্বা মুর্ত্তিবু অমসুং আসনবু পুজাগী মতিক চাবা ওইহল্লগা ( শেংদোক্লগা ) মফম মতমগী মতুং ইন্না ফংলবা পূজাগী মপোৎ দ্রব্যশিংনা বিক্লুনা চিংবগী শ্রীমূর্ত্তিদা অমসুং হৃদিদা, পুষ্পমক্তগী অথোইবা ভগবানবু

আত্মানং তন্ময়ং ধ্যায়ন্ মূর্ত্তিং সম্পূজয়েদ্ধরেঃ।
শেষামাধায় শিরসা স্বধাম্নুদ্বাস্য সৎকৃতম্।৫৪।
এবমগ্ন্যর্ক তোয়াদাবতিথৌ হৃদয়ে চ যঃ
যজতীশ্বরমাত্মানমচিরাৎ মুচ্যতে হি সঃ ।৫৫।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ।

আত্মানং ( মশাবু ) তন্ময়ং ( ভগবৎকী মশাক্ত থল্লগা হৃদদা ভগবান্ লৈরে নিংলগা ) হরে ( হরিগী ) মূর্ত্তিং ( শ্রীমূর্ত্তিবু ) সংপূজয়েৎ ( নিংথিনা পূজা তৌগনি ) এবং ( অসুম্না লোইরগা , শেষাং ( নির্ম্মাল্য অদু ) শিরসা ( কোকথক্তা ) আধায় ( হাপ্লগা ) সৎকৃতং ( পূজা তৌ-রিবা শ্রীমূর্ত্তিবু ) স্বধাম্নি ( মহাক্কী লৈকমদা ) । হৃদ মন্দিরদা ) উদ্বাস্য ( থম্লগা পূজা লোইগনি ) ।৫৪।

এবং ( নিয়ম অসুম্না ) যঃ ( মী অদুনা ) অগ্ন্যর্কতোয়াদৌ ( মৈ, দা ঈশিংদা নুমিত্তা, অতিথৌ-অতিথিদা ) চ ( অমসুং ) হৃদয়ে হৃদদা) আত্মানং ( পুম্নমক্কী মশক ওইরবা ) ঈশ্বরম্ ( পুমমক্কী নিযম তৌরিবা ভগবানবু ) যজতি হি ( পূজা তৌজরিবা , সঃ ( মহাক অদু ) অচিরাৎ ( কুইদনা ) মুচ্যতে ( সংসারদগী লাস্লোকই ।৫৫।

পূজা তৌগনি ৫০।

অঙ্গ -উপাঙ্গ অমদি পার্ষদশিংগা লোইনরবা, পামজবা শ্রীমূর্ত্তিবু পাদ্য ঘ্যনচিংবনা, পাদ্য অর্ঘ্য আচমন ধূপ দীপ নৈবেদ্য তাম্বুলনাচিংবনা বিধি কায়দনা অঙ্গগা লোইননা পূজা তৌরগা স্তুতি তৌদুনা থুরম্নগনি ।৫২। ।৫৩।

পাদ্যাদি—মধুপর্ক, আচমনং, অক্ষতা, তিলক, অলঙ্কারে
নতু পূজায়াং নাক্ষতৈরর্চ্চয়েদ্বিষ্ণুং নকেতক্যা মহেশ্বরম ইতি
নিষেধাৎ, ( উপহার নৈবেদ্য )

মশাবু ভগবৎকী মশক্তি থল্লগা শ্রীমূর্ত্তিবু পূজা তৌগনি পূজা তৌবা লোইরগা শ্রীচরণগী নির্ম্মাল্য কোক্তা হাপ্লগা শ্রীমূর্ত্তি অদু মহাক্কী

# একাদশ স্কন্ধঃ

## চতুর্থঃ অধ্যায়ঃ

রাজোবাচঃ—

যানি য়ানীহ কর্ম্মানি যৈর্যৈঃ স্বচ্ছন্দজন্মভিঃ।
চক্রে করোতি কর্ত্তা বা হরিস্তানি ব্রুবন্তু নঃ।১।

রাজা উবাচ ( নিমিনা হায়খি ) যৈঃ যৈ. (অদুগুম্বা), স্বয় চন্দেন (ভক্তশিংগী ইচ্ছা অমদি মহাক্কী ইচ্ছানা মরম ওইদুনা) জন্মভি ( পোকখ্রবা অবতারশিং অদুনা ) ইহ ( লোক অসিদা ) যানি যানি ( অদুম-অদুম্বা) কর্ম্মানি ( কর্ম্ম থিবিক অদুবু ( হরি ( শ্রীহরিনা ) চক্রে ( তৌখ্রে ) করোতি ( তৌরি ) বা ( অমদি ) কর্ত্তা ( তৌরকখিগনি ) তংনি পুন্নমক অদুবু ) নঃ ( ঐখোয়গী ইফমদা ব্রুবন্তু ( হায়বিয়ু ) ।১।

লৈফনদা থমগনি। অস্নুমা পূজা লোইগনি ।৫৪।

নিয়ম অস্নুমা মী অদুনা ভুমিত্তা ঈশিংদা অতিথি অমস্তুং ঈদিদা পুম্নমক্কী অথোইবা সর্ব্বণিয়ামক ভগবানবু পজা তৌজবা মী অদুনা কুইদনা সংসারগী অরাবদগ' লাপ্পে'কই ।৫৫।

মতাং অসিদা শ্রীবেদব্যাসনা হবা মনাই পরমহংসশিংগী ব'রীনা তিল্লবা মহাপুরান ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতকি একাদশ স্কন্ধগী অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে।।

রাজা নিমিনা হায়খি। অদু অদুগুম্বা ভক্তশিংগী ইচ্ছা অমদি মহাক্কী ইচ্ছানা অবতার লৌখিবা, অদুগুম্বা মবতারশিং অদুনা লোক আসদা করম করম্বা থবকপু শ্রীহরিনা তৌগ্রবগে অমদি তৌরি তৌ-রকখিগদগে পুম্নমক অদু ঐখোয়গী ইফমদা হায়বিয়ু ।১।

ক্রমিলনা হায়খি। মী অদুমক্কা শ্রীভগবানগী গুণ থিবিকপু মতু ইম্না শিংথাগে নিংলবা মী অদু অঙাংগী বুদ্ধিনি, মতম অদুগাইদনা

দ্রুমিল উবাচ :—

যো বা অনন্তস্য গুণাননন্তান্

অনুক্রমিষ্যন্ স তু বালবুদ্ধিঃ।

রজাংসি ভূমের্গণয়েৎ কথঞ্চিৎ

কালেন নৈবাখিলশক্তিধাম্নঃ। ২।

ভূতৈর্যদা পঞ্চভিরাত্মসৃষ্টৈঃ

পুরং বিরাজং বিরচয্য তস্মিন্।

স্বাংশেন বিষ্টঃ পুরুষাভিধানম্

অবাপ নারায়ণঃ আদিদেবঃ ৩।

---

দ্রমিল উবাচ ( দ্রমিলনা হায়খি ) যঃ বা ( মী অদুনা ) অনন্তস্য ( ডমথৈ লৈতবা শ্রীভগবাননী ) অনন্তান ( ডমথৈ লৈতবা ) গুণান ( গুণ খিবিক অদুবু ) অনুক্রমিষ্যন ( মতুং মন্না শিংথানা শিংলবা ) স তু ( মহাক অদুনক ) বাল বুদ্ধি ( অঙাংগী ওয়াখল নাইবা ) কালেন ( মতম অয়াবা মরম ওইদুনা ) ভূম ( পৃথিবীগী ) রজাংসি ( মকুপ খিবিকপু ) গণয়েৎ [ কথা ] ( মশীং থিবা ঙমগনি ) অপি ( অদুবু ) অখিল শক্তিধাম্ন ( ডমথৈ লৈবা শক্তিনা থাজবা ভগবানগী গুণদি ) ন এব ( ওইথোক্তে ) । ২।

---

আদিদেব ( পুম্নমক্কী কারণ ওইরিবা ) নারায়ণ ( শ্রী হরিনা ) আত্মসৃষ্ট ( মহাক মশানা শেমখিবা ) পঞ্চভি ভূত ( পঞ্চ ভূতনা মরম ওইদুনা ) বিরাজং ( তোঙাল তোঙলনা ফোদোক্লিবা পক্ষা লৈবা ) পুরং ( শরীর অসিবু ) বিরচয্য ( শেমগা ) তস্মিন ( শরীর অদুদা ) স্বাংশেন ( মহাক্কী অংশনা অন্তর্যামী ওইনা ) বিষ্ট ( চংলবা ) যদা ( মতম অদুদা ) পুরুষাভিধানম ( পুরুষ হায়বা মিং থকি ) অবাপ ( লৌখি ) । ৩।

---

পৃথিবীগী মকুপ খিবিক মশীং থিবা ঙমগনি। অদুবু ভগবাননী গুণদি ডমথৈ লৈতে মরম অসিনা শোইবা নাইদে। ২।

পুম্নমক্কী কারণ ওইরবা নারায়ণ শ্রীহরিনা মহাক মশামক্না থাক-

যৎ কায় এষ ভুবনত্রয়সন্নিবেশো
মস্যেন্দ্রিয়ৈস্তনুভৃতামুভয়েন্দ্রিয়াণি।
জ্ঞানং স্বতঃ শ্বসনতো বলমোজ ঈহা
সত্ত্বাদিভিঃ স্থিতিলয়োদ্ভব আদিকর্ত্তা । ৪ ।

যৎকায়ে ( শ্রীহরিগী ব্রহ্মাণ্ড কৌবা অচৌবা হকচাং আসদা ) এষঃ ( অসিগুম্বা ) ভুবনত্রয়সন্নিবেশ ( মথক মখা মরোল অহুম অসি শেম্মি ) যস্য ( অন্তর্য্যামি পুরষ অসিগী ) ইন্দ্রিয়ৈ ( ইন্দ্রিয়শিংনা ) তনুভৃতাম্ ( হকচাং অমা পুদুনা লোরবা বাক্ত সমস্টী জীবাশিংগী ) উভয়েন্দ্রিয়ানি (জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম অনি অসিবু পাংথোক্লিবা ইন্দ্রিশিং ) স্বত ( এব ) ( মশাগী জ্ঞাননা জীবগী ) জ্ঞানং ( জ্ঞানবু ) শ্বসনতো পুরুষকি প্রাণদগী, জীবশিংগী ) বলং ( পাঙ্গল ) ওজ ( ইন্দ্রগী শক্তি ) ঈহা ( থবক অমদি ) সত্ত্বাদিভি ( সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা ) স্থিতিলয়োদ্ভবে ( লৈবা, মাংবা, পোকপদা ) আদিকর্ত্তা ( পুন্নক্কী অহানবা ওইবা মানা তৌদুনা লৈ ) । ৪ ।

---

তনথ্রবা আকাশনা চিংবা পনভু অদুনা থোঙ্গল থোঙ্গালনা যোংদোক্ল ।
ব্রহ্মাণ্ড কৌবা শরীর অসিবু শেমগা শরীর অদুদা মহাক্কী অংশনা অন্তর্যামী ওইনা চংলগা, মসি অদুদা 'পুরুষ' হায়বা মিং অসি লৌখি । ৩ ।

শ্রীহরিগী ব্রহ্মাণ্ড কৌবা অচৌবা হকচাং আসদা অসিগুম্বা মরোন অহুম অসিবু শেমখি । অন্তর্যামি পুরষ অসিগী ইন্দ্রিশিংনা হকচাং অমা লৌদুনা লৈরিবা (ব্যষ্টি) তোঙান তোঙানবা হকচাং (সমষ্টী) অপুম্বা অচৌবা হকচাং পুন্নমক অসিগী জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম অনি অসিবু পাংথোক্লিবা ইন্দ্রিশিং, পুরুষ অসিগী প্রাণনগী জীবশিংগী পাঙ্গল, ইন্দ্রিগী শক্তি থবক ( অমদি ) সত্ত্বনচিংবা গুণশিংনা লৈবা মাংবা, পোকপা অসিনা চিংবসি তৌদুনা লৈ । ৪ ।

জগৎ অসি সৃষ্টি তৌনবগীদমক ব্যস্টী সৃস্টিগী মমাংদা ব্রহ্মা রজগুণনা, সত্ত্ব গুণ বিষ্ণু, তমগুণ রুদ্রঃ ওইখি, সৃষ্টি, স্থিতি প্রলয়গী দমক, অসুম্না কল্প খুদিংদা প্রজাশিংদা পোকপা, হিংবা শিবা ঊচেল অসিদা লৈরি, অন্তর্যামি পুরষ অসি অহানবা পুরুষ অবতারনি । ২ ।

আদৌ অভুৎ ছতধৃতী রজসাস্য সর্গে
বিষ্ণুঃ স্থিতৌ ক্রতুপতিঃ দ্বিজধর্ম্মসেতুঃ।
রুদ্রোঽপ্যয়ায় তমসাপুরুষ স আদ্য
ইতুৎদ্ভবস্থিতিলয়াঃ সততং প্রজাসু ।৫।
ধর্মস্য দক্ষদুহিতর্য্যজনিষ্ট মুর্ত্ত্যাং
নারায়নো নর ঋষিপ্রবরঃ প্রশান্তঃ।
নৈষ্কর্ম্ম্যলক্ষণমুবাচ চচার কর্ম্ম
যোঽদ্যাপি চাস্ত ঋষিবর্য্যনিষেবিতাঙ্ঘ্রিঃ ।৬।

---

অস্য ( জগৎ অসিগী ) সর্গে ( সৃষ্টি তৌনবগীদমক ) আদৌ ( ব্যস্টিসৃস্টিগী তোঙাল তোঙাক্না শেম্বা অসিগী মমাংদা ) রজসা ( রজ গুণনা ) ছতধৃতী ( ব্রহ্মানা ) অভূৎ ( ওইখি ) স্থিতৌ ( লৈনবগী মরিদা ) সত্ত্ব গুণেন ( সত্ত্ব গুণনা ) দ্বিজ ধর্ম্ম সেতু ( দ্বিজশিং ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি বৈশ্যবু অমসুং মখোয়গী ধর্ম্মবু ঙাকপা ) ক্রতুপতি ( যজ্ঞগী মপু ) বিষ্ণু ( শ্রীবিষ্ণুনা ) অভূৎ ( ওইখি ) তথা ( অমদি ) অপ্যয়ায় ( সংসারগী দনক ) তমসা ( তম গুণনা ) রুদ্র, অভূৎ ( রুদ্র ওইখি ) ইতি ( অসুম্না ) সততং ( কপ্প খুদিংদা ) প্রজাসু ( প্রজাশিংদা ) উদ্ভবস্থিতিলয়া ( পোকপা শিববু [ভবন্তি] ওই ) সঃ [এব] ( মহাক অদুমক ) আদ্যঃ পুরুষ ( অহাণ্বা পুরুষ অবতারনি ) ।৫।

---

ধর্ম্মস্য ( ধর্ম্মগী [ভার্য্যা] ) দক্ষদুহিতৃ ( দক্ষপ্রজাপতিগী মচানুপী ) মূর্ত্ত্যাং ( মূর্ত্তিগী গভদা ) নারায়ণ ( নরায়ণ ) চ ( অমসুং ) নর ( নর ) ইতি ( মিং অনি অসিনা থংনরবা ) প্রশান্ত ( করিগুম্বা মরম অমনা মিপায়বা পোকত্রবা ) ঋষিপ্রবর ( ঋষিশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইনা ) আজনিষ্ট ( অবতার তৌখি ) ঋষিবর্য্যনিষেবিতাঙ্ঘ্রি ( নারদনচিংবা ঋষিশিং খিবিক্লা সেবা তৌরবা নর নারায়ণনা ) নৈষ্কর্ম্ম্যলক্ষণং ( মোক্ষদা অপ্পবা থেবহল্লিবা কর্ম্মবু মাংহনবা ) কর্ম্ম [আত্মতত্ত্ব] ( আত্মাগী অশেংবা মশকপু ) উবাচ ( তাকখি, স্বয়ং মশামক লোক অসি তম্বিনবগীদমক ) চচার ( চংখি ) যঃ ঋষি ( ঋষি অদুনা ) অদ্যাপি ( হৌজিক ফাওবা ) আস্তে ( বল্লদুদা লৈরি ) ।৬।

ইন্দ্রো বিশঙ্ক্য মম ধাম জিঘৃক্ষতীতি
কামং ন্যযুঙ্‌ক্ত সগনং সবদর্য্যুপাখ্যং
গত্বাপ্সরোগণবসন্তসুমন্দবাতৈঃ
স্ত্রীপ্রেক্ষণেষুভিরবিধ্যদতন্মহিজ্ঞঃ ।৭।

অয়ং তপস ( তপ অসিনা ) মম ধাম ( ঐগী মফম স্বর্গ অসিবু ) জিঘৃক্ষতি ( লৌগে নিংলে ) ইতি ( অসুম্না ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) বিশঙ্ক্য ( চিংনদুনা, তপ অদু থুগাইনবগী দমক ) সগণং ( লাপ্নীগা লোইননা ) কামং ( কাম দেববু ) ন্যযুঙ্‌ক্ত ( থাখি) অতৎ মহিজ্ঞঃ ( নর নারায়ণগী গুণ খংদ্রবা ) সঃ ( কাম দেবনা ) বদর্য্যুপাখ্যং ( বদরী হায়না হায়নরবা আশ্রম অদুদা ) অপ্সরোগণবসন্ত সমন্দবাতৈ ( বসন্তগী লিরি হুম্বা মুংশিংনা তিল্লবা, জগোই শাবীশিংগা লোইননা ) গত্বা ( মফম অদুদা চৎলগা ) স্ত্রীপ্রেক্ষণেষুভিঃ ( নুপীশিংনা য়েংবা অদুনা তেন ওইদুনা ) তম্ ( নর-নারায়ণবু ) অবিধ্যৎ ( খাখি ) ।৭।

ধর্ম্মগী নুপী দক্ষপ্রজাপতিগীনা মচানুপী মূর্ত্তিগী গর্ভদা নারায়ণ অমসুং নর মিং অসিনা খংনরবা, করিগুম্বা মরম অমনা মিপাইবা পোকহন্না ঙমদ্রবা, ঋষিশিংগী মরক্তা অ.থাইবা ওইনা অবতার তৌখি । নারদনচিংবা ঋষি খিবিক্তা সেবা তৌরবা নর নবায়ণনা মোক্ষদা অপনবা থোকহল্লিবা কর্ম্মবু মাংহন্না, আত্মতত্ত্ব ৎাকখি, মশামক্তা লোক অসি তম্বিন্নবগী দমক চৎখি । ঋষ অদুনা হৌজিক ফাউবা কর্ম্ম অদুদা লৈরি ।৬।

তপস্যা অসিনা ঐগী স্বর্গধাম অসি লৌগে নিংলে অসুম্না ইন্দ্রনা চিংনদুনা তপস্যা অদু থুগাইগে নিংদুনা লাপ্নীগা লোইমনা কামদেববু থাখি, নর নারায়নগী গুণ খংদ্রবা কামদেবনা বদরী হায়না কায়নববা আশ্রম অদুদা বসন্তগী লিরি হুম্বা মুংশিংনা তিল্লবা নুপীশিংগা লোইননা মফম অদুদা চংলগা নুপীশিংনা য়েংবা অদুতনা তেন ওইদুনা নর-নারায়ণবু থাখি ।৭।

ভগবান্ নারায়ণনা ইন্দ্রনা তৌরকপা অপরাধ খংদুনা নোকফেৎ

বিজ্ঞায় শক্রকৃত মক্রমমাদিদেবঃ
প্রাহ প্রহস্য গতবিস্ময় এজমানান্।
মা ভৈবিভো মদন মারুত দেববধ্বো
গৃহ্ণীত নো বলিমশূন্যমিমং কুরুধ্বম্ ।৮।
ইত্থং ব্রুবত্যভয়দে নরদেবদেবাঃ
সব্রীড়নম্রশিরসঃ সঘৃণং তমূচুঃ।
নৈতৎ বিভো ত্বয়ি পরেঽবিকৃতে বিচিত্রং
স্বারামধীরনিকরানত পাদপদ্মে ।৯।

---

আদিদেবঃ ( নর-নারায়ণনা ) শক্রকৃতম্ ( ইন্দ্রনা তৌরকপা ।
অক্রমং ( অপরাধ অদু ) বিজ্ঞায় ( খংলগা ) প্রহস্য নোকফেং তৌ
দুনা ) এজমানান্ ( মখোয়না তৌরুবা মরাণ অদুনা, শাপ তৌরকনি
খন্দুনা কিবনা নিক্রবা কাম দেবনচিংবদা ) প্রাহ ( হায়খি ) ভো হে
বিভো। (খোইদোকপা গুণনা তিল্লবা) মদন (কামদেব) মারুত (নুংশিৎ)
দেববধ্বো ( লাইশিংগী নুপী ) মা ভৈঃ (কিগনু) ( নখোইগী নবাল নত্তে)
নঃ ( ঐখোয়গী ) বলিং ( কন্দমূলনচিংবা দান অসিবু) গৃহ্ণীত ( অতিথি
ওইনা, লৌবিয়ু ) ইমং ( আশ্রম অসিবু ) অশূন্যং ( শূন্য নৈতবা )
কুরুধ্বম্ ( ওইহল্লু ) ।৮।

---

হে নরদেব ! ( রাজা নিমি ) অভয়দে ( অকিবা লৈহন্দ্রবা ; নর
নারায়ণনা ) ইত্থং ( অসুম্না ) ব্রুবতি [সতি] ( হায়রবদা ) সব্রীড়নম্রশি-
রসঃ ( ইকায়বগা লোইননা খুরুম্লবা ) দেবাঃ ( কামদেবনচিংবা খিবিক্রা )
সঘৃনং ( থৌজাল্ল তিল্লবা ) তং ( নারায়ণদা ) উচুঃ (হায়খি ) হে বিভো
( ভমথৈ লৈতবা গুণনা তিল্লবা ) স্বারামধীরনিকরানতপাদ পদ্মে ( আত্মা-
রাম ওইবা পুক্নিং লেপ্লবশিং অদুনা খুরুম্লবা নখোং থম্বাল অনিনা নহাক্কী
ওইবা ) অবিকৃতে ( কামক্রোধনচিংবা লৈত্রবা মরম অদুনা ) পরে ( বিকার
পোকত্রবা ) ত্বয়ি (নঙোন্দা) এতৎ ( মসিগুম্বা অপরাধ ওইরবা ঐখোয়বু
থৌজাল্লিবা অসি ) ন বিচিত্রং ( অঙকপা নত্তে ) ।৯।

---

তৌরগা শাপ তৌরকনি খন্দুনা কিবনা নিক্রবা কামদেবনা চিংববু হায়খি

ত্বাং সেবতাং সুরকৃতা বহবোঽন্তরায়াঃ
স্বৌকো বিলঙ্ঘ্য পরমং ব্রজতাং পদং তে।
নান্যস্য বর্হিষি বলীন্ দদতঃ স্বভাগান্
ধত্তে পদং ত্বমবিতা যদি বিঘ্নমূর্দ্ধ্নি ।১০।

(হে দেব !) ত্বাং (নহাকপু) সেবতাং (সেবা তৌজরিবশিংগী মফমদা) সুরকৃত: (ইন্দ্রনচিংবা দেবতানা তৌরকপা) বহব: (মথল মথা অয়াম্বা) অন্তরায়া: (য়েথায় থিঙ্গাইবা অপম্বা কয়ানা) ভবন্তি (ওই। অত এব (অদুগা) স্বৌক: (দেবতাশিংগী লৈফম স্বর্গলোকপু) বিলঙ্ঘ্য লাম্থোক্লগা) তে (নহাক্কী) পরমং (অথোইবা) পদং (মফম্বু) ব্রজতাং (চংলিবা ফংলিবা মীশিংদগী) অন্যস্য (তোঙানবা মহাকপু নিংদবা মীগী) বর্হিষি (যজ্ঞদা) স্বভাগান্ (ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মশাগী শরুক) পুরোডাশাদীন্ (পুরোডাশনচিংবা) বলীন্ (চানবশিংবু) দদতঃ (পীরিবা মীশিংগীদি) ন (বিঘ্ন লৈতে) যদি (নহাকপু সেবা তৌজবা মতম অদুদা) ত্বং (নহাক্না) আবিতা (করিগুম্বা ঙাকপিরবা) তদা (মতম মদুদা) অসৌ (নহাক্না ঙাকপিরিবা মহাক্না) বিঘ্নমূর্দ্ধি (বিঘ্নকয়াগী কোথক্তা) পদং (মখোংনা) ধত্তে (নেংলি — বিঘ্ন পুম্নমক মাংহল্লি, লাইনা লাম্থোকই) ।১০।

হে বিভো ! হে কামদেব, হে মুংশিং, হে লাইশিংগী মুপীশা. কিগনু নখোয়গী নরাল নত্তে। ঐখোয়গী দান অসি লৌবিয়ু, আশ্রম অসিবু শূন্য লৈতবা ওইহল্লু ।৮।

হে নিমি নিংথৌ ! অকিবা লৈহন্দ্রবা ভগবান্ নারায়ণ নর অনিনা অসুম্না হায়রবদা ইকায়খগা লোইননা থুরম্লবা কামদেবনচিংবা লাইশিংনা থৌজাম্না তিল্লবা নারায়ণদা অসুম্না হায়খি, হে বিভো হে ভগবান্ আত্মারাম ওইবা পুরিং লেপ্লবশিং অদুনা থুরম্লবা নখোং থম্বালমা নহাক্কী ওইবা কামক্রোধনচিংবা লৈত্রবা মরম অদুনা বিকার পোকত্রবা নভোম্দা অপরাধী ওইরবা ঐখোয়বু থৌজানবিবা অসি অঙকপা নত্তে

ক্ষুৎতৃট্ ত্রিকালগুণমারুতজৈহ্ব্য শৈশ্ন্যা
ন্নস্মানপারজলধীনতিবীর্য্য কেচিৎ।
ক্রোধস্য যান্তি বিফলস্য বশং পদেগো-
র্মজ্জন্তি দুশ্চরতপশ্চ বৃথোৎসৃজন্তি ।১১।

---

অস্মান্ ( ঐখোয়গী ওইবা ) ক্ষুৎ ( অরাম্বা ) তৃট্ ( খৌরাংবা ) ত্রিকালগুণা (মতম অহুমদা ওইবা অয়িংবা অশাবা নোংচুবা ) চ (অমসু ) মারুতঃ ( নুংশিৎ ) জৈহ্ব্যা ( রসনা ইন্দ্রিগী ভোগ্য খিবিক ) শৈশ্ন্যা ( বনিতা, স্রক্, চন্দন্না চিংবা ) কথন্তু তান্ ( মখোয়হুদিকরম্বা ) অপারজলধীন্ ( সমুদ্রগুম্না চাংজো লৈত্রবা ) তান এতান ( অসিগুম্বা ) অস্মান্ (ঐখোয়বু ) অতিতীর্য্য ( হুন্দোক্লম্লগা) কোচিৎ (কনাগুম্বশিংনা) গোঃ পদে ( যণ খোঙ্গুলগুম্না কৈস্থ লৈত্তব অশদা ) মজ্জন্তি ( তায়, লুপশিল্লি ) বিফলস্য ( কৈস্থ কাম্নদবা ) ক্রোধস্য ( অশাউবগী ) বশং ( মখাপোনবা ) যান্তি ( ফংভি ) চ ( অমসুং ) দুশ্চর ( যাম্না বানা হোৎনরবা ) তপ ( তপস্যা অহুশু ) বৃথা ( অরেম্বদা ) উৎসৃজন্তি ( মাংহল্লি )।১১।

---

হে দেব! নহাকপু সেবা তৌজরিবা মীশিংগী মফমদা ইন্দ্রনচি বা দেবতানা তৌরকপা মখল মথা অয়াম্বা বৈথায় থিঙ্গাইবা অপনবা কয়া ওই অহুগা দেবতাশিংগী লৈফম স্বর্গলোকপু লাস্লোক্লগা নহাক্কী অথোইব থামবু ফংলিবা মীশিংদগী তোঙানবা, নহাকপু নিংদবা মীগী যজ্ঞদা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী মশাগী শরুক পুরোডাশনচিংবা বলিবু ( চানববু ) পিন্নিবা মীশিংগীদি বিঘ্ন লৈতে। নহাকপু শেবা তৌজবা মতম অহুদা নহাক্লা কৱিগুম্বা ঙাকপিরবা, মতম অহুদা নহারা ঙাকপিরিবা মীহুনা বিঘ্ন কয়াগী কোথক্তা মখোংনা মেৎলি ( বিঘ্ন পুম্নক লাইনা লাস্লোই ।১০।

ঐখোয়গী ওইবা অরাম্বা থৌরাংবা মতম অহুমদা ওইরিবা অযি বা অশাবা, নোংচুবা, অমসুং মপান্দা শিৎলিবা নুংশিৎ, লৈয়েংগী ভোগ্য খিবিক, শিস্নাগী, বনিতা, স্রক্, চন্দনচিংবা খিবিক মখোয় অসিদি করম্বা

ইতি প্রগৃণতাং তেষাং স্ত্রিয়োঽত্যদ্ভুতদর্শনাঃ।
দর্শয়ামাস শুশ্রূষাং স্বর্চ্চিতাঃ কুর্ব্বতী বিভুঃ ।১২।
তে দেবানুচরা দৃষ্ট্বা স্ত্রিয়ঃ শ্রীরিব রূপিণীঃ
গন্ধেন মুমুহুস্তাসাং রূপোদার্য্যহতশ্রিয়ঃ ।১৩।

---

ইতি ( মথক্কা হায়খিবা অসুম্মা ) প্রগৃণতাং ( খাগচ্চরবা ) তেষাং ( কাম-নচিংবগী ) স্বলাবণ্য গর্ব্বোপশমায় ( মশাবু থাইদগী হেন্না নিংথি-বা ফজবনি খঙ্গা নাপল মাংহনবিগে হায়দুনা ) বিভুঃ ( ভগবান্ নারায়ণনা ) যোগবলেন ( যোগগী শক্তিনা ) অত্যদ্ভুতদর্শনা ( মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রাবী ) স্বর্চ্চিতা ( নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবী ) শুশ্রূষাং কুর্ব্বতী ( অতিথি সেবাদ মাই ওনশিল্লবী ) স্ত্রিয়ঃ (নুপী ময়াম্ব ) দর্শয়ামাস ( উহনখ্রে ) ।১২।

---

শ্রীঃ ইব ( লক্ষ্মীগুম্না ) রূপিণী ( মশক মতৌ ফজরবী ) স্ত্রিয়ঃ ( নুপী ময়াম অদু ) দৃষ্ট্বা ( উবমক্তদা ) রূপোদার্য্যহতশ্রিয়ঃ ( মথোয়গী ফজবা অদুনা মঙাল লৈত্রবা ) তে দেবানুচরা ( ইন্দ্রনচিংবা দেবতা য়াথং ইল্লিবা কামদেবনচিংবনা ) তাসাং ( নুপীশিং অদুগী ) গন্ধেন ( হকচাংগী নুংশিবা মনমনা ) মুমুহু ( অঙকপা শুম্মাংপা ঙংখি ।১৩।

---

সমুদ্রগুম্না চাংজো লৈত্রবা, ঐখোয়বু হন্দোক্লম্মগা, কনাগুম্বশিংনা যগ খেঙ্গুলগুম্না কৈস্নু লৈতবা বিষয় অমদা তায় মহুদগী কৈস্নু কাম্রদ্রবা অশাউবগী মথা পোল্লি অদুগা য়াম্না খানা হোৎনম্বা তপস্যা অদুশু অয়েম্বদা মা হল্লি ।১১।

মথক্কা হায়খিবা অসুম্না খাগচ্চরবা কাম দেবনচিংবগী মশাগী নাপল মাংহনবিগে নিংদুনা ভগবান্ নারায়ণনা যোগগী পাঙ্গলনা মমাংদা অমুক্তা উখিদ্রবী, নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবী, অতিথি সেবাদ মাই ওনশিল্লবী নুপী ময়াম্ব উহনখ্রে ।১২।

লক্ষ্মীগুম্না মশক মতৌ ফজরবী নুপী ময়াম অদু উবনক্তদা, মখোয়গী ফজবা অদুনা মঙাল লৈত্রবা, ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী য়াথং ইল্লিবা কাম-দেবনচিংববু, নুপীশিং অদুগী হকচাংগী নুংশিবা মনম্না শুম্মাংখি ।১৪।

তাণাহ দেবদেবেশঃ প্রণতান্‌প্রহসন্নিব।
তাসামেকতমাং বৃঙ্ক্ষ্বং সবর্ণাং স্বর্গভূষণাম্ ।১৪।
ওমিত্যাদেশমাদায় নত্বা তং সুরবন্দিণঃ।
উর্ব্বশীমপ্সরঃ শ্রেষ্ঠাং পুরস্কৃত্য দিবং যযুঃ ।১৫।
ইন্দ্রায়ানম্য সদসি শৃণ্বতাং ত্রিদিবৌকসাম্।
উচুর্ণারায়ণবলং শক্রস্তত্রাস বিস্মিতঃ ।১৬।

দেবদেবেশ ( লাইগী লাই ওইবা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মপুওইবা ভগবান্ নারায়ণনা ) প্রহসন্ ইব ( মোক্রবগুমনা ) প্রণতান্ ( মকোক নোল্লবা ) তান্ ( কামদেবনচিংবদা ) আহ ( হায়খি ) তাসাং [ স্ত্রীণাং মধ্যে ] ( মুপীশিং অসিগী মঙ্গুংদগী ) সবর্ণাং ( নশাগা জাতি চপ্নবা ) স্বর্গভূষণাং ( স্বর্গগী লৈতেং ওইবদা মতিক চাবা ) একতমাং ( মুপী অমখক্তং ) বৃঙ্ক্ষ্বম্ ( পিজো ) ।১৪।

সুরবন্দিণঃ ( ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মনাই কামদেবনচিংবনা ) আদেশং ( ভগবংকী য়াথং বু ) ওম্ ইতি ( ওম্ অসুম্না ) আদায় ( স্বীকার তৌরগা য়াথং ইঙ্গরে হায়রগা ) তং ( নারায়ণবু ) নত্বা ( খুরুমগা ) অপ্সরশ্রেষ্ঠাং ( অপ্সরা পুন্নমক্কী লুচিংবা ) উর্ব্বশীং ( মিং ক্যা থংনরবা, উর্ব্বশীবু ) আদায় ( লৌরগা ) পুরস্কৃত্য ( মাং থানা ) দিবং ( স্বর্গ লোকতা ) যযু ( মখোয় ময়াম চংখি ) ।১৫।

তত্র গত্বা ( মফম অদুদা চংলগা ) ত্রিদিবৌকসাং ( লাইশিংগী ) সদসি ( সভাদা ) ইন্দ্রায় ( ইন্দ্রবু ) আনম্য ( খুরুমগা ) শৃন্বতাং ( সভা অদু তানা ) নারায়ণবলং ( ভগবান্ নর নারায়ণগী তৌবঙম্বা অদুবু ) উচুঃ ( হায়খি ) শক্রঃ [শ্রুত্বা] ( ইন্দ্রনা মঙ্গতারগা ) তত্র ( সভা অদুদা) বিস্মিত আস ( অঙকপা ফংখি ) ।১৬।

ভগবান্ নারায়ণনা নোক্রবগুম্না মকোক নোল্লবা কামদেবনচিংবদা হায়খি— মুপীশিং অসিগী মঙ্গুংদগী সবর্ণা ওইবী স্বর্গগী লৈতেং ওইবদা মতিক চাবী মুপী অমতং নিজো ।১৪।

ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মনাই কামনচিংবনা ভগবান্ নারায়ণগী য়াথং

হংসস্বরূপ্যবদদচ্যুত আত্মযোগং
　　দত্তঃকুমার ঋষভো ভগবান্‌পিতা নঃ।
বিষ্ণুঃশিবায় জগতাং কলয়াবতীর্ণ—
　　স্তেনাহৃতা মধুভিদা শ্রুতয়ো হয়াস্যে ।১৭।

---

তথা ( অমদি )জগতাং ( অচৎ-চত্ত-প্রাণি পুম্নমক অসিগী ) শিবায় ( মঙ্গল ওইনবগীদমক ) অচ্যুতঃ ( করিগুম্বদস্থু মশাগী স্বরূপ থাদোক্তবা ) বিষ্ণুঃ ( পুম্নমক্তা লৈরবা. ভগবান্—ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণ পুম্নমক্তা তিল্লবা শ্রীবিষ্ণুনা ) হংসরূপী ( কাঙভগী মশক ওইনা ) দত্তঃ ( দত্তাত্রেয় ওইনা ) কুমার ( চতুঃ সনৎ ওইনা ) তথা ( অমদি ) নঃ ( কবিনচিংবা ঐথোয়গী) পিতা ( ইপা ) ঋষভঃ ( ঋষভ অস্নুম্না ) কলয়া ( অংশনা মুর্ত্তিশিং অসিদা ) অবতীর্ণ ( অবতার তৌবিরগা ) আত্মযোগং ( অধ্যাত্ম বিদ্যাবু ) অবদৎ ( উপদেশ তৌবিখি তাকখি ) তথা ( অমদি ) তেন ( বিষ্ণু অদুনা ) হয়াস্যে ( হয়গ্রীব অবতারদা ) মধুভিদা ( মধু কৌবা দৈত্যবু হাৎলগা ) তত্র ( পতালদগী ) শ্রুতয় ( শ্রুতিশিংবু [ বেদবু ] ) আহৃতা ( পুরকখি ) ।১৭।

---

লৌদুনা নারায়ণবু খুরম্নগা জগোই শাবী পুম্নমক্কী লুচিংবী উর্ব্বশীবু ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা মাং থানা পুদুনা স্বর্গলোকতা চৎখি ।১৫।

মক্কম অদুদা চৎলগা লাইশংগী সভাদা ইন্দ্রবু খুরম্নগা সভা অদু তানা ভগবান্ নর নারায়ণগী তৌবহৃস্বা শক্তিবু হায়খি। ইন্দ্রনা মদু তারগা সভা অদুদা অঙকপা ফংখি ।১৬।

অচৎ-চত্ত প্রাণি পুম্নমক অসিগী মঙ্গল ওইনবগীদমক, করিগুম্বদস্থু মশাগী স্বরূপ মাংদ্রবা অমদি পুম্নমক্তা লৈরবা ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণ পুম্ন-মক্তা তিল্লিবা শ্রীবিষ্ণুনা, হংস, ওইনা দত্তাত্রেয়, সনৎকুমারনচিংবা অমদি কবিনচিংবা ঐথোয়গী পিতা ঋষভ অসিনচিংবা মূর্ত্তিশিং অসিদা অবতার তৌদুনা অধ্যাত্ম বিদ্যা উপদেশ তৌবিখি। অমদি বিষ্ণু অদুনা হয়গ্রীব ওইনা অবতার তৌরগা মধু কৌবা হিংচাবা অদুবু হাৎলগা, পাতালদগী শ্রুতিশিংবু পুরকখি ।১৭।

গুপ্তোঽপ্যয়ে মনুরিলৌষধয়শ্চ মাৎস্যে
ক্রোড়ে হতো দিতিজ উদ্ধরতাম্ভসঃ ক্ষ্মাম্।
কৌর্ম্মে ধৃতোঽদ্রিরমৃতোন্মথনে স্বপৃষ্ঠে
গ্রহাৎ প্রসন্নমিভরাজমমুঞ্চাদার্ত্তম্ ।১৮।

(তথা) মাৎস্যে (অমদি মৎস্য অবতারদা শ্রীবিষ্ণুনা) অপ্যয়ে (প্রলয়গী মতমদা) মনু (সত্যব্রতবু) গুপ্ত (রক্ষা তৌখি) তথা (অমদি) ইলা (পৃথিবী) ওষধয়ঃ (ব্রিহিযবনচিংবগী বীজ—লৈবাক্কগী মংবা মরুমরাং খিবিকপু) চ (ঋষিশিংবুশু) গুপ্তাঃ (ঙাকখি) ক্রোড়ে (বরাহ অবতারদা) অম্ভস [সকাশাৎ] (ঈশিংদগী) ক্ষ্মাং (পৃথিবীবু) উদ্ধরতঃ (লৌথৎখিবা) তদা (মতম অদুদা) দিতিজঃ (দিতিগী মচা হিরণ্যাক্ষবু হতঃ (হাৎখি) অমৃতোন্মথনে (সমুদ্র নৈবদা) স্বপৃষ্ঠে কৌর্ম্মে (থেঙ্গুগী মশক লৌরবা বিষ্ণুগী নঙ্গন্দা) অদ্রি (চীং মন্দরাচলবু) ধৃতঃ (পুখি) তথা (অমদি) আর্ত্তম (অরাবা তারবা) অত এব (মরম অদুনা) প্রপন্নম্ (চংজরক্লবা) ইভরাজং (গজেন্দ্রবু=শামুবু) গ্রাহাৎ (গ্রাহদগী—লাইরেন্দগী) অমুঞ্চৎ (ঙাকপিখি) ।১৮।

শ্রীবিষ্ণুনা মৎসৎ অবতারদা প্রলয়গী মতমদা মনু সত্যব্রতবু, পৃথিবী, অমসুং ব্রিহিযবনচিংবগী বীজ—লৈবাক্কগী থোকপা মরুমরাংবু রক্ষা তৌখি, ঋষিশিংবুশু, বরাহ অবতারদা ঈশিংদগী পৃথিবীবু লৌথৎপা মতমদা দিতিগী মচা হিরণ্যাক্ষবু হাৎখি, অমৃতগীদমক সমুদ্রনৈবা মতমদা থেঙ্গুগী মশক লৌরবা শ্রীবিষ্ণুগী নঙ্গলদা মন্দারচীংদু পুখি, অমদি অরাবদা তারবা চংজরবা গজেন্দ্রবু—শামুবু গ্রহদগী—লাইরেন্দগী রক্ষা তৌবিখি ।১৮।

কাশ্যপ মুনিগী য়াথং ইন্দুনা শীং চরা চৎখিবা অদুদা, খুবিমুক্তা চাউবনা মরম ওইদুনা যণ খোঙ্গুল মুক্তা চাউবা কোম অদুদা সমুদ্রদা তাবগুম্না লুপ্লবা, অদু উবদা ইন্দ্রনা নোক্লবা, মরম অদুদগী পরমাত্মাবু স্তুতি তৌরবা বালিখিল্যনচিংবা ঋষি খিবিকপু অরাবা অদুদগী সাপ্তোকপিখি, অমদি বৃত্তাসুর হাংলুবনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মহত্যা পাপ পুরবা ইন্দ্রবু পাপ

সংস্তুগ্ধতোঽঙ্ঘিপতিতান্ শ্রমণানৃষীংশ্চ
শক্রাঞ্চ বৃত্রবধতস্তমসি প্রবিষ্টম্ ।
দেবস্ত্রিয়োঽসুরগৃহে পিহিতা অনাথা
জঘ্নেঽসুরেন্দ্রমভয়ায় সতাং নৃসিংহে ।১৯।

---

কশ্যপার্থং ( কশ্যপ মুণিগী য়াথং ইন্দুনা ) সম্মদাহবণে গতান্ ( শীং চম্বা চংখিবা ) তত্র চ ( অতুদা ) অঙ্ঘিপতিতান্ [ অঙ্গুষ্ঠ পরিমিতাকারত্বাং ]( থুবিমুক্তা চাউবনা মরম ওইদুনা ) গোখুরগর্ত্তে এব (মণ খাঙ্গুল-মুক্তা চাউবা ঈশিং অতুদা ) সমুদ্রপতনবৎ ( সমুদ্রদা তাবগুম্না ) নিমগ্নান ( পুংবা ) ইন্দ্রেন ( ইন্দ্রনসু ) উপহসিতান্ ( নোক্নবা ) অত এব ( মরম আনন্দগী ) আত্মানং ( পরমাত্মাবু ) স স্তুবত: ( স্তুতি তৌরবা) শ্রমণান্ ঋষীন্ ( বালিখিলানচিংবা ঋষি খিবিকপু ) ততঃ আপদঃ ( অবাবা অতুদগী ) অমোচযৎ ( লান্থোকপিখি ) তথা ( অমদি ) বৃত্রবধতঃ বৃত্রাসুর হাংলুবনা মরম ওইদুনা ) তমসি ( ব্রহ্মহত্যাগী পাপ্তা ) প্রবিষ্টং (চ শিল্ল বা পাপনৈরবা ইন্দ্রবু ) মোচয়ামাস ( পাপ অদু কোকপিখি ) তথা (লাই হিংচাবগী লালফমদা) দেবেষু পলায়িতেষু (লাইশিংনা চেনথ্রবদা,অসুরৈঃ ( হিংচাবশিংনা ) অসুরগৃহে ( মখোয়গী য়ুমদা ) নিরুদ্ধা ( থমথ্রবা ) অনাথা ( ঙাকপিনবা লৈত্রবা ) তাঃ ( দেবতাগী মুপীশিং অদুবু ) ভগবান্ ( শ্রীবিষ্ণুনা ) অমোচয়ৎ ( থাদোকপিখি ) তথা ( অমনা ) নৃসিংহে ( নরসিংহ অবতারদা ) সতাং ( প্রহ্লাদনচিংবা ভক্তশিংগী ) অভয়ায় ( কিদনবগীদমক ) অসুরেন্দ্রং ( হিরণ্যকশিপুবু ) জঘ্নে ( হাংখি ) ।১৯

---

অতুদগী কোকপিখি, অমদি লাই-হিংচাবা অনিগী লালফমদা লাইশিংনা চেনথ্রবদা হিংচাবশিংনা মখোয়গী য়ুমদা থমথ্রবা ঙাকপিনবা লৈত্রবা লাইগী মুপীশিং অদুবু শ্রীবিষ্ণুনা থাদোকপিখি, অমনা নরসিংহ অবতারদা প্রহ্লাদনচিংবা ভক্তশিংগী অকিবা লৈতনবগীদমক হিরণ্য কশিপুবু হাংখি ।১৯।

লাই হিংচাবগী লানফমদা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগীদমক হিংচাবগী

দেবাসুরে যুধি চ দৈত্যপতীন্ সুরার্থে
হত্বান্তরেষু ভুবনান্যদধাৎ কলাভিঃ।
ভূত্বাথ বামন ইমামহরদ্ বলেঃক্ষ্মাং
যাচ্ঞাচ্ছলেন সমদাদদিতেঃ সুতেভ্যঃ।২০।
নিঃক্ষত্রিয়ামকৃত গাং চ ত্রিঃসপ্তকৃত্বো
রামস্তু হৈহয়কুলাপ্যয়ভার্গবাগ্নিঃ।
সোঽব্ধিং ববন্ধ দশবক্ত্রমহন্ সলঙ্কং
সীতাপতির্জয়তি লোকমলঘ্নকীর্ত্তিঃ ২১।

---

দেবাসুরে ( লাই হিংচাবা অনিগী ) যুধি ( লানদা ) সুরার্থে (ইন্দ্রনচি বগী থবক পাংথোক্নবগীদমক ) দৈত্যপতীন্ ( দৈত্যগী মপুশিংবু) হত্বা ( হাৎলগা ) অন্তরেষু চ ( অতোপ্পা মন্নুঃ শিংগী মন্নুংদসু ) হত্বা ( হাৎলগা ) কলাভি. ( অদুগুম্বা অতারশিং অদুনা ) ভুবনানি ( পৃথিবী অসিবু ) অধাৎ ( ঙাকখি ) অথ ( অমনা ) বামনঃ ভূত্বা ( বামন ওইরগা) যাচ্ঞাচ্ছলেন ( ভিক্ষাগী লোনম্বনা ) বলেঃ ( বলিগী মফমদগী ) ইমাং (অসিগুম্বী) ক্ষ্মাং (পৃথিবী অসিবু) অহরৎ (লৌখি) তাং চ (পৃথিবী অসিবুশু) অদিতেঃ (অদিতিগী) সুতেভ্য (মচা ইন্দ্রনচিংবদা) অদাৎ (পিখি)।২০

---

তু ( তৌইগুম্বসুং ) হৈহয়কুলাপ্যয়ভার্গবাগ্নিঃ [হৈহয়ানাং কুলস্য ] ( হৈহয় ক্ষত্রিশিংগী শাগৈবু ) অপ্যয়ায় ( মাংহন্নবগীদমক ) ভার্গবঃ ( ভৃগুবংশদা পোক্লবা ) অগ্নিঃ ( মৈগুম্বা তেজ কল্লবা ) রামঃ ( পরশুরামনা ) ত্রিঃসপ্তকৃত ( তরেৎ অহুম কুনমাথোইরক হন্না ) গাং [ পৃথ্বীম্] ( পৃথিবী অসিবু ) নিঃ ক্ষত্রিয়াম্ ( ক্ষত্রিলৈত্রববু ) অকৃত ( তৌখি ) লোকমলঘ্নকীর্ত্তি ( লোক পুম্নমক্কী অমোৎপা পাপ খিবিকপু ) হন্তি ( মাংহল্লি ) ইতি ( অসিগুম্বা ) কীর্ত্তি ( মিংচৎনা মশাক্কী ওইবা ) সীতাপতিঃ ( শ্রীরামনা ) অব্ধিং ববন্ধ ( সমুদ্র থিংখি ) [ ততশ্চ] ( অদুগুম্না থিংলবা মতুংদা ) সলঙ্কং (লঙ্কাগা লোইননা) দশবক্ত্রং ( রাবণবু ) অহন্ ( হাৎখি ) [সঃ] জয়তি ( মিংচৎ অদু হৌজিক ফাওবা লৈরি ) ২১।

ভুমের্ভরাবতরণায় যদুষ্বজন্মা
জাতঃ করিষ্যতি সুরৈরপি দুষ্করাণি
বাদৈর্বিমোহয়তি যজ্ঞকৃতোঽতদর্হান
শূদ্রান্ কলৌ ক্ষিতিভুজোন্যহনিষ্যদন্তে ।২২।

---

অজন্মা ( কর্ম্মগী মথা পোন্না পোকপা লৈত্রবা, ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা ) ভুমে ( পৃথিবীগী ) ভরাবতরনায় ( অরুম্বা মাংহন্নবগীদমক ) যদুষু ( যদুবংশদা ) জাতঃ মনি তৌনা অবতার তৌদুনা, ) সুরৈ অপি ( লাই খিবিকনসু ) দুষ্কারানি ( তৌবা ঙম্মরোইদোবা ) দৈত্যবধ ( হি চাবা হাৎপা ) গোবর্দ্ধন উদ্ধরনাদীনি ( গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা অসিনচিংবা ) কর্ম্মানি ( কর্ম্ম খিবিক ) করিষ্যতি ( তৌরক্কনি ) [তথা বুদ্ধরূপে অবতীর্ণঃ সন্ ] ( বুদ্ধ ওইনা অবতার তৌদুনা ) অতদর্হান্ ( যজ্ঞ তৌবদ অধিকার লৈত্রবা ) অপি ( অদু ওইদুনশু ) যজ্ঞকৃতঃ ( যজ্ঞতৌরিবা দৈত্যশিংবু ) বাদৈ ( বেদগী বিরুদ্ধ ওইবা বিচারনা ) বিমোহযিষ্যতি ( যজ্ঞতৌরিবা অদুদগী খান্নকখিগনি ) কলৌ ( কলিযুক্কী) অন্তে ( অরোইবদা ) [ কল্কিরূপেন অবতীর্ণসন্ ] ( কল্কি ওইনা অবতার তৌদুনা ) শূদ্রান [ রাজ্যানর্হান্ ] ( নিংথৌ ওইবদা মতিক চাদ্রবা ) ক্ষিতিভুজঃ ( নিংথৌশিংবু ) ন্যহনিষ্যৎ ( হাৎলকখিগনি ) ।২২।

---

মপু নিংথৌ খিবিক হাৎলগা, অতোপ্পা মনুশিংগী মনূ দস্থু দৈত্যবু হাৎলগা অদুগুম্বা অবতারশিং অদুনা পৃথিবী অসিবু ঙাকখি। অমুক্তা বামন ওইরগা ভিক্ষাগী লৌনম্বনা বলিগী মফমদগী পৃথিবী অসিবু লৌরগা অদিতিগী মচা ইন্দ্রনচিংবদা পিখি ।২০।

তৌইগুম্বসুং ক্ষত্রিশিংগী শাগৈ মাংহন্নবগীদমক ভৃগুবংশদা পোকপা মৈগী মতৌগুম তেজ কল্লবা প্রশুরামনা কুনমাথোইরক হন্না পৃথিবী অসিদা ক্ষত্রিশিংবু হাৎখি। লোক পুম্নমক্কী পাপপু মাংহল্লবা মিংচৎনা মহাক্কী ওইবা সীতাপতি শ্রীরামনা সমুদ্র থিংখি, অদুগী তুংদা রাবণবু হাৎখি। মিংচৎ অদু হৌজিক ফাওবা লৈরি ।২১।

কর্ম্মগী মথা পোন্না পোকপা লৈত্রবা শ্রীবিষ্ণুনা পৃথিবী অসিগী অরুম্বা

এবং বিধানি কর্ম্মানি জন্মানি চ জগৎপতে ।
ভূরীনি ভূরিযশসো বর্নিতানি মহাভুজঃ ।২৩।
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংসাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যামেকাদশ স্কন্ধে চতুর্থোঽধ্যায় ।৪।

---

হে মহাভুজ ( অচৌবা খৌনানা তিল্লবা ) ভূরিযশঃ ( শাংথাবা ভমদ্রবা মিংচৎনা তিল্লবা ) জগৎপতে ( সংসারগী মপু ওইবা ভগবান্‌গী) এবং বিধানি ( অসুম্না তোঙাল তোঙাল্লবা, ) ভূরীনি ( যাম্নবা ) জন্মানি ( জন্ম খিবিক ) চ: [ ভূরীনি ] ( য়াম্নবা ) কর্ম্মানি ( কর্ম খিবিকপু) বর্নিতানি ( হায়রবা অসিনি ) ।২৩

---

মা হল্লবগীদমক স্বেচ্ছানা ( মনিং তৌনা ) যহুব শনা অবতার তৌহুনা লাই খিবিকসু তৌবঙম্বরোইদৌবা দৈত্যবধ, গোর্দ্ধন ধারণ আসন চংবা থবক কয়া তৌখিগনি, বুদ্ধ ওইনা অবতার তৌহুনা যজ্ঞ তৌবদা মখোয়গী অধিকার লৈত্রবসু যজ্ঞ তৌরিবা দৈত্যশিং বু বেদগী বিকল্প ওইবা রাহৈ কয়াদা মখোয়বু যজ্ঞ অতুদগী খান্নখিগনি, কলি যুগকী অরোইবদা কল্কি ওইনা অবতার তৌহুনা নিংথৌ ওইবদা মতিক চাদ্রবা শূদ্র-নিংথৌশিংবু হাংৎলখিগনি ।২২।

অচৌবা খৌনা লৈরবা ! শাংথাবা ভমদ্রবা মিংচৎনা মহাক্কী ওইবা সংসারগী মপু ভগবান্‌গী অসুম্না তোঙাল তোঙাম্বা য়ামবা জন্ম অমসুং কর্ম খিবিক মহাক্কী নফমদা হায়রবা অসিনি ২৩।

মত্তাং অসিদা পরমহংস শ্রীব্যাস দেবনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরানদা একাদশ স্কন্ধগী চতুর্থ অধ্যায় লোইরে ।৪।

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

### পঞ্চম অধ্যায়ঃ

—:(O):—

রাজোবাচ।

ভগবন্তং হরিং প্রায়ো ন ভজন্ত্যাত্মবিত্তমা।

তেষামশান্ত কামানাং কা নিষ্ঠা বিজিতাত্মনাম্ ।১।

রাজা উবাচ (রাজা নিমিনা হায়খি) হে আত্মবিত্তমাঃ! (জ্ঞান লৈবশিংগী মরক্তা অথোইবা) যে (মীশিং অছুনা) ভগবন্তং (ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণ খিবিক্তা তিল্লবা) হরিং (ভক্তশিংগী সংসারগী অবাবা মাংহম্বিরবা শ্রীহরিবু) প্রায়ঃ (অয়াম্বনা) ন ভজন্তি (নিংদে) অশান্তকামানাং (অপাম্বা লৌনিং চানিংবগী খোরাংবা কোকত্রিবা) অবিজিতাত্মনাং (মরম অছুনা ইন্দ্রিশিং অমসুং অন্তকরণগী মথা পোল্লবা) তেষাং (মথোয়শিং অছুগী) কা নিষ্ঠা (করি অরেপ্পা রাখল ফঙ্গনি) ।১।

রাজা নিমিনা হায়খি। জ্ঞান লৈবশিংগী মরক্তা অথোইবা মী অছুনা, ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণশিংনা লৈতেংলবা, ভক্তশিংগী সংসারগী অবাবা মাংহম্বিরবা শ্রীহরিবু অয়াম্বনা নিংদে, অপাম্বা লৌনিং চানিংবগী খোরাংবা কোকত্রিবা মরম অসিনা ইন্দ্রিশিংগী মথা পোল্লবা মথোয়শিং অছুগী করি অরেপ্পা রাখল ফঙ্গনি।১।

চমস উবাচ ঃ
মুখবাহূরুপাদেভ্যঃ পুরুষস্যাশ্রমৈঃ সহ।
চত্বারো জজ্ঞিরে বর্ণা গুণৈর্বিপ্রাদয়ঃ পৃথক্। ২।
য এষাং পুরুষং সাক্ষাদাত্মপ্রভবমীশ্বরম্।
ন ভজন্ত্যবজানন্তি স্থানাদ্ ভ্রষ্টাং পতন্ত্যধঃ। ৩।

---

চমস উবাচ ( চমসনা হায়খি ) পুরুষস্য ( বিরাট্ পুরুষগী ) মুখ-বাহুরুপাদেভ্যঃ ( মুখ-মাইথোং, বাহু পাম্বোম, উরু-কৈগন্ অমসুং পাদ-খোং অসিদগী ) গুণৈঃ ( সত্বনচিংবা গুণশিংনা থোকহল্লবা ) আশ্রমৈঃ ( ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা অসিগা ) সহ ( লোইননা ) পৃথক্ ( তোঙান তোঙান্না ) চত্বারঃ বর্ণা ( কাংলুপ মরিবু ) জজ্ঞিরে ( পোকখি ) । ২।

---

এষাং ( বর্ণ অমসুং আশ্রম অহুদা পোক্লবা মখোয়গী মনুংদা ) যে ( মখোয় অহুনা ) আত্মপ্রভবং ( আত্মন মশাগী, প্রভবঃ পোক্লকম ) যস্ম ৎ ( মঙোন্দগী ওইবা ) তম্ ( মশাগী পোক্লকম ওইবা ) ঈশ্বরং ( পুম্নমক অসিবু ভা'ক্লবা ) সাক্ষাৎ পুরুষঃ ( অথোইবা পুরুষ অসিবু ) অজ্ঞানাৎ ( খংদবদগী ) ন ভজন্তি ( নিংদে ) জ্ঞানত্বাপি ( খংলগনু ) অবজানন্তি ( থঙইদে ) তে ( মখোয় অহু ) স্থানাৎ ( মানা লৈরিবা অহুদগী ) ভ্রষ্টা সন্তং, ( নাম্বহুনা ) অধঃ ( নরক-তা ) পতন্তি ( তায় ) । ৩।

---

চমসনা হায়খি। বিরাট পুরুষ অসিগী মুখ বাহু উরু-পাদ অসিদগী সত্বনচিংবা গুণশিংনা থোকহল্লবা ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রম অসিগা লোইননা তোঙান তোঙান্না বর্ণ মরি পোকখি। ২।

বর্ণ অমসুং আশ্রম অহুদা পোক্লবা মখোয় অহুসী মনুংদা মখোয় অহুনা, মশাগী পোক্লকম ওইবা পুম্নমক অসিবুসু ভাক্লিবা অথোয়বা পুরুষ অসিবু খংদবদগী নিংদে, খংলবসু থঙইদে, মখোয় অহু মানা লৈরিবা বর্ণ অমদি আশ্রম অহুদগী নাম্বহুনা নরক-তা তায়। ৩।

খংবদা মাংলবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি বৈশ্য অসিদগী অমনা মুপী অমসুং

দূরে হরিকথাঃ কেচিদ্ দূরে চাচ্যুতকীর্ত্তনাঃ।
স্ত্রিয়ঃ শূদ্রাদয়শ্চৈব তেঽনুকম্প্যা ভবাদৃশাম্ ।৪।
বিপ্রো রাজন্যবৈশ্যো চ হরেঃ প্রাপ্তাঃ পদান্তিকম্ ।
শ্রৌতেন জন্মনাথাপি মুহ্যন্ত্যাম্নায় বাদিনঃ ।৫।

---

যে অজ্ঞা ( খংবদ রাৎলবা ) কেচিৎ ( ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি বৈশ্য মথোয় অসিদগী অমনা ) তথা ( অমদি ) স্ত্রীয় ( মুপী ) চ ( অমস্তুং ) শূদ্রাদয় ( শূদ্রনচিংবা ) যে ( মথোয় অসিবু ) হরিকথা ( শ্রীহরিগী জন্ম কর্ম্মগী বারীনা ) দূরে ( লাপ্প লৈবা ) অত এব ( মরম অদুনা ) অচ্যুতকীর্ত্তনা ( ভগবান্‌গী নাম অমস্তুং গুণ কীর্ত্তননা ) দূরে ( লাপ-থোক্লবা ) তে সর্ব্বে ( মথোয় অদুবু ) ভবাদৃশাম্ ( ভগবৎভক্ত মহাকূস্ব-শিংনা ) অনুকম্প্যা এব ( থৌজানবিগদবনি ) ।৪।

---

অথ বিপ্র ( ব্রাহ্মণ ) বা ( অমদি ) রাজন্যবৈশ্যো ( ক্ষত্রি বৈশ্য মথোয় অসিনা ) শ্রৌতেন ( উপনয়ণনচিংবা সংস্কারনা ) জন্মনা বা ( অথোয়বা বর্ণনা ওইরবসু ) হরেঃ ( শ্রীহরিগী ) পাদান্তিকম্ ( আরা-ধনানা চিংবনা শ্রীচরণ ফংবগী মতিক চাবসু ) প্রাপ্তা অপি ( ফংবা ওইদুনসু ) আম্নায় বদিনঃ ( কর্ম্ম কাণ্ডদা পুক্লিং চংগ্রবা মথোয়না ) মুহ্যন্তি ( ওমনা থংভি ) কর্ম্মানি কুর্ব্বন্তু ( মহৈত য়েংদুনা কর্ম্মতৌই ) ।৫।

---

শূদ্রনচিংবা মথোয় অসিবু শ্রীহরিগী জন্ম কর্ম্মগী বারীনা লাপ্পা লৈবা মরম অসিদগী ভগবান্‌গী নাম অমস্তুং গুণ কীর্ত্তনা লাপথোক্লবা মথোয় অদু ভগবৎভক্ত মথোয়শুপ্নগী থৌজানগী পাত্রমক্নি ।৪।

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রি বৈশ্য মথোয় অসিনা, উপনয়ন-মচিংবা সংস্কারনা অমদি অথোয়বা বর্ণনা ওইরবসু শ্রীহরিগী চরণ আরাধনানা চিংবনা ফংবগী মতিক চাবসু ফংবা ওইদুনসু কর্ম্মকাণ্ডদা মপুক্লিং চংগ্রবা মথোয়না ওমনা থংউবা অমদি মহৈত য়েংদুনা কর্ম্ম তৌই ।৫।

কর্ম্মগী মরমদা নিংথিনা থংজবা, হায়বদি কর্ম্ম অদুনা সংসারদা পুনর্শিন্নরগী মরম ওইদবা, অদুম্না থংজবা, পণ্ডিতশিংগী মফমদসু চংজরবা

কর্ম্মন্যকোবিদাঃ স্তব্ধা মুর্খাঃ পণ্ডিতমানিনঃ ।
বদন্তি চাটুকান্মূঢা যযা মাধ্ব্যা গিরোৎসুকাঃ ।৬।
রজসা ঘোরসঙ্কল্পাঃ কামুকা অহিমন্যবঃ।
দাম্ভিকা মানিনঃ পাপা বিহসন্ত্যচ্যুত প্রিয়ান্ ।৭।

কর্ম্মনি (কর্ম্মগী মরমদা) অকোবিদাঃ (নিংথিনা খংত্রবা) যথা কন্ধায় ন ভবতি (কর্ম্ম অহু তৌবনা সংসারদা পুশিন্নবগী মরম ওইদবা) তথা কর্ত্তুং অজ্ঞাঃ (অহুম্না তৌবা হৈতবা) স্তব্ধঃ [অনম্রঃ] (পণ্ডিতশিংগী মফমদা চংজত্রবা) মূর্খা (পংলবা) অপি (অহুম্না পংহুনশু) পণ্ডিতমানিনঃ (অথংবা অহৈবনি খল্লরবা) যযা (কর্ম্মকাণ্ডনা হায়রিবা) মাধ্ব্যা (তাবদ মুঙাইরবা) গিরা (বাহৈশিং অহুনা) উৎসুকাঃ [সন্তঃ] (হেন্না মিহৌরবা) মূর্খা (ওন্নবা খংলবা মখোয়না) চাতুকান্ [অপাম সোমং] (ঐখোয়না সোম থক্লনি) অমৃতং অভূম (শিদবা ওইগনি মসিনচিংবা) বদন্তি (মহৈ মহৈ হায়নৈ) ।৬।

রজসা (রজোগুণ) ঘোরসংকল্পঃ (হিংসাগী পুকচেল চেন্নবা) কামুকাঃ (অপান্বনা থুক্কংলবা) অহিমন্যবঃ (লিনগুম্না শাউগল্লবা) দাম্ভিকাঃ (মখোয়না তৌখোবকপা খুদিংদা মীগী রানবতা ওইবা) মানিনঃ (ফত্তমা চাউখোক্লবা) পাপাঃ (ফত্তবা থবক্তা তৌরবা মখোইনা) অচ্যুত প্রিয়ান্ (ভগবদ্ভক্তশিংবু) বিহসন্তি (নত্ত নত্তবা হায়হুনা নোক্লৈ) ।৭।

পংলবা ওইহুনসু অথংবা অহৈবনি খল্লরবা মখোয়না কর্ম্মকাণ্ডনা হায়রিবা তাবদ-মুঙাইরবা বাহৈশিং অহুনা হেন্না মিহৌবা পোক্লবা ওন্নবা খংলবা মখোয়না সোম থক্লনি অহুগা শিদবা ওইগনি স্বর্গদা শাম্নগনি অসিনচিংবা মখোয় মশেল হায়নৈ ।৬।

রজোগুণনা হেন্না নৈবগী হিংসাগী পুকচেল চেন্নবা অপান্বনা থুক্কংলবা, অহুনা মরম ওইহুনা লিনগুম্না শাউগল্লবা মখোয়মা তৌখোবকপা খুদিংদা মীগী রানবতা ওইবা ফত্তনা চাউখোক্লবা ফত্তবা থবক্তা তৌরবা মখোয়না ভগবদ্ভক্তশিংবু নত্ত নত্তবা হায়হুনা নোক্লৈ ।৭।

বদন্তি তেঽন্যোন্যমুপাসিতস্ত্রিয়ো
গৃহেষু মৈথুন্যপরেষু চাশিষঃ।
যজন্ত্যসৃষ্টান্নবিধানদক্ষিণং
বৃত্ত্যৈ পরং ঘ্নন্তি পশূনতদ্বিদঃ ॥৮॥
শ্রিয়া বিভূত্যাভিজনেন বিদ্যযা
ত্যাগেন রূপেন বলেন কর্ম্মনা।
জাতস্ময়েনান্ধধিয়ঃ মহেশ্বরান্
সতোঽবমন্যন্তি হরিপ্রিয়ান্ খলাঃ ॥৯॥

---

উপাসিতস্ত্রিয়ঃ—( নুপীশিংবু নিংথিনা সেবা তৌরবা ) তে ( মখোয় অহুনা ) মৈথুন্যপরেষু ( যুনদিন্নবনা অথোইবা ওইরবা ) গৃহেষু ( য়ুমবানবশিং অতুগী, মরক্তা ) অন্যোন্যম্ ( মহৈ মহৈ অমগা অমগা ) আশিষঃ ( থাগৎ বাহৈ ) বদন্তি ( হায়নৈ ) অসৃষ্টান্নবিধান দক্ষিণা ( শাস্ত্রগী বিধান লৈতবা, চান থক্নবা থোবাং তৌদনা, দক্ষিণা যাউদনা ) যজন্তি ( যজ্ঞ তৌ ই ) অতদ্বিদঃ ( তৌরিবা যজ্ঞ অতুদগী ওইরকপা হিংসাগী দোষদি খংদবা, ) তে ( মখোয় অহুনা ) বৃত্ত্যৈ পরং ( রসনা ইন্দ্রিয়গী মথা পোন্দুনা ) পশূন্ ঘ্নন্তি শাশিংবু হাংলি।৮॥

---

শ্রিয়া ( মরন মথুম্নচিংবনা ) বিভূত্যা ( অধিপতি অমা ওইবগী মতৌনা ) আভিজনেন ( খুংকন পাঙ্গলবনা ), বিদ্যয়া ( মহৈ-মশিংনা ) ত্যাগেন ( দান তৌবনা ) রূপেণ ( মশক-মতৌ ফজবনা ) বলেন ( তৌবা ঙম্বনা ) কর্ম্মনা ( তৌথোরকপা থবক্তা ) জাতস্ময়ে ( নাপল পোক্লবা অহুনা ) অন্ধধিয়ঃ ( বিচার মাংখ্রবা ) খলা ( পুকচেল ফংত্রবা মখোয়না মহেশ্বরান্ ( সাইগা লোইননা ) সতঃ ( সাধুশিং শ্রীহরিগী প্রিয়শিংবু ) অবমন্যন্তি ( উশিং থওইদে ) ॥৯॥

---

নুপীশিংবু নিংথিনা সেবা তৌরবা মখোয়না য়ুমদিন্নবনা অথোইবা ওইরবা য়ুমবানবশিং অতুগী মরক্তা মহৈ মহৈ অমগা অমগা থাগৎ বাহৈ হায়নৈ, শাস্ত্রগী বিধান য়াউদনা, চান থক্নবা থোবাং তৌদনা দক্ষিণা য়াউদনা যজ্ঞ তৌ-ই, তৌরিবা যজ্ঞ অতুদগী ওইরকপা হিংসাগী

সর্ব্বেষু শশ্বৎ তনুভৃৎস্ববস্থিতং
যথা খমাত্মানমভীষ্টমীশ্বরম্।
বেদোপগীতঞ্চ ন শৃণ্বতেঽবুধা
মনোরথানাং প্রবদন্তি বার্ত্তয়া ।১০॥
লোকে ব্যবায়ামিষ মদ্যসেবা
নিত্যাস্তু জন্তো র্ন হি তত্র চোদনা।
ব্যবস্থিতিস্তেষু বিবাহ যজ্ঞ
সুরাগ্রহৈরাসু নিবৃত্তিরিষ্টা ॥১১॥

---

যথা খম্ ( আকাসনা তৌবগুম্না ] শশ্বৎ ( মতম চুপ্পদা ) সর্ব্বেষু তনুভৃৎসু ( হকচাং পুহুনা লৈরিবা পুম্নমক্তা ) অবস্থিতং ( লৈরবা ) অভীষ্টম ( মশাগী পামজনিঙায় ওইরবা ) ঈশ্বরম ( পুম্নমক অসিবু ( সংসারবু ) নিয়ম তৌরিবা ) চ ( অমসুং ) বেদোপগীতং ( বেদনা তাক্লিবা ) আত্মানং ( পরমাত্মাবু অবুধাঃ ( খাখল থেল্লবা মীশিংনা ) শৃন্বনপি ( তাহুনশু ) শৃন্বতে ( তাদে খংদে ) মনোরথানাং (পুক্রিংগী অপাম্বা ) ব্যবায় শা ঙা ময়াইকাবনচিংবগী বার্ত্তয়া ( ৱারী ৱাতাইনা ) প্রবদন্তি [ কালং নয়ন্তি ] ( মতম মহাংহল্লি ) ॥১০॥

---

লোকে ( অ'ইবংপাল অসিদা ) ব্যবায়ামিষ মদ্যসেবা ( ব্যবায় মুপদিন্নবা, আমিষ শা-ঙা চাবা, মদ্যসেবা যু থকপা ) মথোয় অসি ) নিত্যাঃ ( রাগতঃ এব ) ( অপাম্বদগী শোয়দনা ফংলবনি ) তত্র ( বিষয় অসিদা শাস্ত্রনা ) জন্তোঃ ( প্রানিশিং অসিগী ) চোদনা হি ( মসি তৌগদবনি হায়না বিধি বিধান তৌবা ) ন অস্তি ( লৈতবনি ) তু ( তৌইগম্বসুং ) তেষু ( যুমবাববনাচিংবদা ) বিবাহ যজ্ঞ সুরাগ্রহৈঃ ( বিবাহগী বিষয় অদুত্তদা যুমদিন্নগনি ) সৌত্রামিত্র ( যজ্ঞগী মিংতদা যু থক্কনি অসুন্না ) ব্যাবস্থিতিঃ [এব] ( নিয়ম অদুতা তৌবনি ) আসু ( মথোয় অসিদা ) পরি সংখ্যায়া ( মশিং কক্কবনা ) নিবৃত্তিঃ ( মতুদগী হন্দোক্লকপা ) ইষ্টা ( পাম্বনি ) ।১১॥

---

দোষনি খংদবা মথোয় অদুনা রসনা ইন্দ্রিয়গী মখা পোন্দুনা শা-শিংবু হাৎলি ॥৮

ধনঞ্চ ধর্ম্মৈকফলং যতো বৈ
জ্ঞানং সবিজ্ঞানমনুপ্রশান্তি।
গৃহেষু যুঞ্জন্তি কলেবরস্য
মৃত্যুং ন পশ্যন্তি দুরন্তবীর্য্যম্ ॥১২॥

---

যতঃ [ নিষ্কামভগবদারাধনরূপাৎ ধর্ম্মাৎ ] ( অপাম্ব য়াউদনা ভগবৎ আরাধনা তৌবগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অসিদগী ) বৈ ( শোয়দনা) সবিজ্ঞানং ( অনুভূতিগা লোইনরবা ) জ্ঞানং [ দৃঢ়ংপরোক্ষ জ্ঞানং ( ভগবৎকী জ্ঞান অতুনা থমোয়দা চেংনা লৈরবা ) অনুপ্রশান্তি ( মতম অতুমক্তদা অথোইবা শান্তিনা [ ভবতি ] ওই ) তৎ ( অথোইবা শান্তি অতু ) ধর্ম্মৈক ফলং ( ধর্ম্মতগী ওইবা মহৈনি ) চ ধনং ( ভগবৎ সেবা তৌগনবা লন অতুনা ) গৃহেষু ( য়ুমদা ) কলেবরস্য ( হকচাংগী-দমক্তা ) যুঞ্জন্তি ( শিজৈ ),[ অগে ] তে অন্ধাঃ (মথোইতু উন-উদ্রবনি মথোয়তুনা ) দুরন্তবীর্য্যাং মৃত্যুং ( থিংবা ঙমদ্রবা অশিববু ) ন পশ্যন্তি ( উদে ) ॥১২॥

---

অথু = ধন [illegible] চংবা সম্পত্তিনা, শুংকন পাঙ্গলবনা, বিদ্যানা, দান তৌবনা, মশক মতৌ ফজবনা, মপাঙ্গল কনবনা; তৌথেরকপা থবক্তা শাপল পোক্লবা মরম অতুনা, বিচার লৈত্রবা পুকচেল ফৎত্রবা মথোয়না লাংগা লোইননা শ্রীহরিগী মনাইশিংবু উশিৎ থওইদে ॥৯॥

---

আকাশনা তৌবগুম্না মতম চুপ্পদা হকচাং পুতুনা লৈরিবা পুম্ন-মক্তা লৈরবা, মশাগী পামজনিঙায় ওইরবা পুম্নমক অসিবু নিয়ম তৌরিবা, অমসুং বেদনা তাক্লিবা মশাবু ( আত্মাবু ), শাথল থেল্লবা মীশিংনা তাতুনশু তাদে থংদে। পুক্লিংগী অপাম্বা ব্যবায় আমিষ মদ্যনচিংবগী শা, ঙা ময়াইকাবা চিঞ্জাকনচিংবগী ৱারী ৱাতাইনা মতম মাংহল্লি ॥১০॥

---

তাইবংপাল অসিদা য়ুনদিম্নবা। শা-ঙা চাবা, য়ু থকপা মখোয় অসি অপাম্বদগী শোয়না ফংলবনি, বিষয় অসিদা শাস্ত্রনা প্রাণশিং অসিগী মরীদা মসি তৌগদবনি হায়না বিধি বিধান তৌবা লৈতবনি।

যৎ ঘ্রাণভক্ষো বিহিতঃ সুরায়া—
তথা পশোরালভনং ন হিংসা ।
এবং ব্যবায় প্রজয়া ন রত্যা
ইমং বিশুদ্ধং ন বিদুঃ স্বধর্ম্মম্ ।১৩

যৎ [ হেতো ] ( মরম আসদগী ) সুরায়া ( যুপাচংবা ময়াইক বগী ঘ্রানভক্ষঃ ( মনম নম্বা অদুতবু ) বিহিতঃ ( যজ্ঞদা বিধান তৌবনি) ন পানং ( থকপবু তৌদে )। তথা ( মনম নম্বতবু বিধান তৌবা অদুগুম্না ) পশোঃ আলভনং দেবতাগীদমক্তা শা হাৎপা অদুতবু বিধান তৌবনি ) ন হিসা ( হিংসাগীদমক বিধান তৌবা নত্তে ) এবং ( অদুম্না ) প্রজয়া ( মচাগীদমক্তা ) ব্যবায়ঃ ( নুপিম্নবগী বিধান তৌবনি ) ন রত্যা ( নুঙাইনবগীদমক নত্তে ) ইমং ( অসিগুম্বা ) বিশুদ্ধং ( শেংলবা ) স্বধর্ম্মং ( মশাগী ধর্ম্ম অসিবু ) ন বিদুঃ [ মনোরথধব দিনঃ ] ( অপাম্বগী মথা পোল্লিবা মীনা থদে ) ॥১৩॥

তৌইগুম্বসু ব্যাপায়না চংবদা লু হাপবী অদুগী মফমদক্তা থুমাপগাগনি, সৌত্রামিত্র যজ্ঞতদা যু থক্কনি অদুম্না নিযম অদুত তৌবনি, মথোয় অসিদা মশী কক্ৰুবনা মথোয় অদুদগী হন্দোক্লকপা পাম্নে ।১১

অপাম্বা য়াউদনা ভগবৎ আরাধনা তৌবগী মশক ওইবা ধর্ম্ম অসিদগী শোম্বদনা অনুভূতিগা লোইনববা ভগবৎকী জ্ঞান অদুনা থম্নোয়দা চেৎনা লৈরবা মতম অদুমক্তদা অথোইবা শান্তি ফংঙি, শান্তি অদু ধর্ম্মতগী এৱবা মহৈনি. ভগবানগী সেবা তৌনগদবা লন অদুনা মশাগীদমক্তা শিজিন্নে। মিং তাংলবা উনা উনা উদ্রবা মথোয় অদুনা থিংবা ওমদ্রবা অশিববু ঔদে । ১২ ।

মরম অসিদগী সুরাগী। মনম নম্বা অদুতবু যজ্ঞদা বিধান তৌবনি, থক্কবা নত্তে। অদুগুম্না যজ্ঞদা দেবতাগীদমক্তা শা হাৎপা বিধান তৌবনি, হিংসাগী নত্তে, মচাগীদমক্তা বিবাহ বিধান তৌনি, নুঙাইনবগী নত্তে। অসিগুম্বা শেংলবা মশাগী ধর্ম্ম অসিবু অপাম্বগী মথা পোল্লিবা মীনা থংদে ॥১৩॥

যে ত্বনেবংবিদোঽসন্তঃ স্তব্ধাঃ সদভিমানিনঃ।
পশূন্ দ্রুহ্যন্তি বিশ্রব্ধাঃ প্রেত্য খাদন্তি তে চ তান্ ।।১৪
দ্বিষন্তঃ পরকায়েষু স্বাত্মানং হরিমীশ্বরম্।
মৃতকে সানুবন্ধেঽস্মিন্ বদ্ধস্নেহাঃ পতন্ত্যধঃ ।।১৫

তু ( তৌইগুম্বসু্‌ং ) যে ( মখোয় অতুনা ) অনেবংবিদঃ ( অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিবু খংদ্রবা ) স্তব্ধাঃ ( মকোক কোন্দ্রবা ) যেস্তঃ ( মরম অসিনা ) সদভিমানিনঃ ( ঐ-লৈ. অসুম্না নাপল তৌরবা, ( অতঃ ) মরম অসিদগী ) অসন্তঃ ( পাপনা থমোই অতু চুথ্রবা ) বিশ্রব্ধা ( মশিনা ঐগী অপাম্বা থুংলবনি অসুম্না থাজরবা মখোয়না ) পশূন্ ( শা শিংবু ) দ্রুহ্যন্তি ( হৎলি ) তান্ চ ( অতুম্না শা হাৎলিবা মখোয় অতুবু ) প্রেত্য ( শিরগা ) তে ( শা শিংতুনা ) খাদন্তি ( চায় ) ।।১৪

পরকায়েষু [ স্থিতান্ ] ( অতোপ্পগী হকচাংদা লৈরবা ) স্বাত্মানং ( মশাগী আত্মা ওইবা ) ঈশ্বরম্ ( পুম্নমক অসিবু নিয়ম তৌরিবা ) হরিং ( শ্রীহরিবু ) দ্বিষন্তঃ ( য়েক্লরিবা, [ তথা ] অতুম্না য়েক্লরগা ) সানুবন্ধে ( মতু মচানা চিংবগা লোইননা ) মৃতকে ( শোইদনা শিরগদবা ( অশিরগা মাম্নরবা ) অস্মিন্ [ দেহে ] হকচাং অসিদা ) বদ্ধস্নেহা ( নুংশিব ধীম্নবা ) তে ( মখোয় অতুনা ) অধঃ পতন্তি ( নরকতা তাই ।।১৫

তৌইগুম্বসু্‌ং মখোয় অতুনা অসিগুম্বা ধর্ম অসিবু খংদ্রবা, মকোক কোন্দ্রবা, মরম অসিনা ঐ লৈ অসুম্না নাপল তৌরবা মরম অসিদগী থমোয় অতু পাপ্পা চুথ্রবা, মসিনা ঐগী অপাম্বা থুংলবনি অসুম্না থাজরবা মখোয়না শা-শিংবু হাৎলি। অসুম্না শা হাৎলিবা মখোয় অতুবু শিরবা তুংদা শা-শিং অতুনা চায় ।১৪

অতোপ্পগী হকচাংদা লৈরবা, মশাগী অত্মা ওইবা, পুম্নমক অসবু নিয়ম তৌরিবা, শ্রীহরিবু য়েক্লরিবা, অতুম্নদি য়েক্লরগা মতু মচানচিংবগা লোইননা শোয়দনা শিরগদবা হকচাং অসিদা নুংশিবা থম্নবা মখোয় অদো নরকতা তাই ।।১৫

যে কৈবল্যমসম্প্রাপ্তা যে চাতীতাশ্চ মূঢ়তাম্ ।
ত্রৈবর্গিকা হ্যক্ষনিকা আত্মানং ঘাতয়ন্তি তে ॥১৬
এত আত্মহনোঽশান্তা অজ্ঞানে জ্ঞানমানিনঃ ।
সীদন্ত্যকৃতকৃত্যা বৈ কালধ্বস্ত মনোরথাঃ ॥১৭
হিত্বাত্মমায়ারচিতা গৃহাপত্যসুহৃচ্ছ্রিয়ঃ ।
তমো বিশন্ত্যনিচ্ছন্তো বাসুদেব পরাঙ্মুখাঃ ॥১৮

যে চ ( মখোয় অদুনা ) কৈবল্য ( তত্ত্বজ্ঞান অদুবুদি ) অসম্প্রাপ্তা ( ফংদ্রবা ) মূঢ়তাং চ অতীতাঃ ( ইথংমক খংদবদি নত্তবা; অদুনা ) শুদ্ধাঃ ( নাপল তৌরবা ) হি ( মরম অদুনা ) অক্ষনিকা ( মিকুপ অমত্তং ফাউবা শান্তি ফংদ্রবা ) যে ( অদুগুম্বা ) ত্রৈবর্গিকা ( ধর্ম্ম, অর্থ কাম অহুম অসিনা পুক্রিং লুপশিল্লবা ) তে ( মখোয় অদুনা ) আত্মানং ( মশাবু ) ঘাতয়ন্তি ( হাংজ মখোইদু আত্মঘাতিনি ) ॥১৬

কালধ্বস্ত মনোরথা ( মতম্না পুক্রিংগী অপাম্বদু মাংহনখ্রবা ) অজ্ঞানে ( খংদবদা হৌজিক হিংলিঙৈগী অমদি শিরবা তুংদা ফংগদবা মুডাইবা, মদু খম্বতনা ) জ্ঞানমানিনঃ ( অশিংবা অহৈবনি নিংলবা, ( ভ্রান্তাঃ ) অদুনা কক্‌ডউনরবা ) আত্মহণঃ ( মশাগী য়েক্লবা ওইরবা ) অশান্তা ( অপাম মীৎৌবনা শান্তি ফংদ্রবা ) অকৃতকৃত্যাঃ ( তৌরোই-দৌবা অদুতা তৌরবা ) এত ( মখোয় অসিনা ) বৈ ( শোইদনা ) সীদন্তি ( অৱাবদা ) তাই ।। ১৭

বাসুদেব পারাঙ্মুখা ( ঈশ্বরদগী মাইওন্থোক্লবা মীশিংনা ) আত্ম-মায়ারচিতা ( ভগবৎকী মায়ানা থোকহল্লবা ) গৃহাপত্যসুহৃচ্ছ্রিয়ঃ ( মতু মচা মুংশিরবা, মরূপ লন থুম্মচিংবা সম্পত্তি পুন্নমক অসি ) অনিচ্ছন্তঃ [ এব ] ( থাদোক্লিংদবমক ওইদুনশু ) হিত্বা ( হুন্দোক্লগা ) তমঃ [ নরকং ] ( মন্নবা নরকতা ) বিশন্তি ( চংশিল্লি ) । ১৮

মখোয অদুনা তত্ত্বজ্ঞান অদুবুদি ফংদ্রবা ইথংমক খংদবদ নত্তবা মরম অদুনা নাপল তৌরবা, মিকুপ অমত্তং ফাউবা পুক্রিং লৈতাদ্রবা, মখোয় অদুনা ধর্ম্ম অর্থ কাম হায়ব্বিবা অহুম অসিতদা পুক্রিং চংলবা মখোই অদো মশাবু হাৎচরবনি । আত্মঘাতিনি ॥১৬

রাজোবাচঃ—

কস্মিন্ কালে স ভগবান্ কিং বর্ণঃ কিদৃশো নৃভিঃ।
নাম্না বা কেন বিধিনা পূজ্যতে তদিহোচ্যতাম্ ॥১৯

করভাজন উবাচ।

কৃতং ত্রেতা দ্বাপরঞ্চ কলিরিত্যেষু কেশবঃ।
নানাবর্ণাভিধাকরো নানৈব বিধিনেজ্যতে ॥২০

---

রাজা উবাচ ( নিমিনা হায়খি ) হে ভগবন্ ! ( ভগবান্ ওইবা জগদীশ্বরনা ) কস্মিন্ কালে ( করম্বা মতমদা ) কিং বর্ণঃ ( করম্বা কুচু ওইখি ) কীদৃশ ( আকারঃ ) ( করম্বা শক্তম্ লৌখি ) বা ( অমদি ) নাম্না ( মিংনা করিনো ) নৃভিঃ ( মীশিংনা ) কেন বিধিনা ( করম্বা বিধাম্না ) পূজা তৌই ) তৎ [ সর্ব্বম্ ] ( পুম্নমক অদু ) ইহ ( হৌজিক ঐখোয়গী ইফমদা ) উচ্যতাম্ ( হায়বিয়ু ) ॥১৯

---

করভাজন উবাচ ( আর্যভনা হায়খি ) কৃতং সত্য ( ত্রেতা দ্বাপর কলি, চ ইতি ( সত্যনচিংবা যুগ অসুম্না খংলবা ) এষু ( যুগেষু কালেষু ) ( যুগ অমসুং মতম অসিদা ) নানাবর্ণাভিধাকারঃ ( তোঙাল তোঙালবা বর্ণ, তোঙান তোঙাম্বা শক্তম্ অমসুং মিং লৌরবা ) কেশবঃ ( কেশববু ) নানা এব বিধিনা ( তোঙান তোঙাল্লবা বিধাননা পূজ্যতে ( পূজা তৌই ) ॥২০

---

মতম্না পুক্নিংগী অশাম্বদু মাংহনগ্রবা, হৌজিক হিংলিঙৈগী অমদি শিম্নবা তুংদা ফংগদবা মুঙাইবা অদু খঙতনা অশিংবা অহৈবা শক্লবা, কক্ঙাউনরবা, মশাগী যেক্লবা ওইরবা অপাম মীহৌবনা শান্তি ফংত্রবা, তৌরোইদোবা অদুঙা তৌরবা মখোয় অদুনা শোইদনা অম্নাবদা তাই ॥১৭

ঈশ্বরদগী মাই ও-স্থাক্লবা মীশিংনা ভগবৎকী মায়ানা খোকহল্লে, মতু-মচা মরুপ লন-থুম্নচিংবা সম্পত্তি পুম্নমক অসি থাদোক্লিংদবা ওইহুনগু হুন্দোক্লগা মম্রবা নরকতা চংশিল্লি ॥১৮

---

রাজা নিমিনা হায়খি। ( হে ভগবন্! ) জগদীশ্বরনা করম্বা মতমদা

**কৃতে শুক্লশ্চতুর্বাহুর্জটিলো বাল্কলাম্বরঃ।**
**কৃষ্ণাজিনোপবীতাক্ষান্ বিভ্রদ্দণ্ড কমণ্ডলুঃ। ২১**
**মনুষ্যাস্তু তদা শান্তা নির্বৈরাঃ সুহৃদঃ সমাঃ।**
**যজন্তি তপসা দেবং শমেন চ দমেন চ ॥২২**

---

কৃতে ( সত্য যুগতা ভগবান্‌না ) শুক্লং ( কুচুনা অঙৌবা ) চতুর্বাহুঃ ( পাম্বোম মরি পানবা ) জটীল ( জটা পুবা ) বল্কলাম্বর [ কিনা উকু শেংগা ] কৃষ্ণাজিনোপবীতং [ শ'বং মউন্না নগুণ্ ওইবা ] দণ্ড-কমণ্ডলু [ চৈগু অমসুং কমণ্ডলুবু ] বিভ্রৎ [ ধারনতৌবা ব্রহ্মচারিগী রূপ ওইনা ] [ অবতীর্ণঃ ] [ অবতার তৌই ]। ২১

---

তদা ( সত্য যুগ অহুদা ) মনুষ্যাঃ তু (ভগবৎ আরাধনা তৌরিবা মীশিংনা ) সমাঃ [ সর্বত্র ] পুন্নমক্তা মান্নবা ওই ) নির্বৈরাঃ ( য়েক্নবা লৈতে ) শান্তাঃ ( অপাম মিহৌবা লৈতে ) সুহৃদঃ ( শেংলবা পুক্‌চেল্লা পুন্নমকী কনবা খল্লি ) শমেন ( অন্ত করণ লাকশিনবনা ) দমেন চ ( মপানগী ইন্দ্রিয়শিং লাকশিনবনা ) তপসা চ ( ধ্যান যোগনা, ( দেবং ) ভগবান্‌বু ) যজন্তি ( আরাধনা তৌই )। ২২

---

করম্বা কুচু ওইখি, করম্বা শক্তম লৌখি. অমদি মিংনা করি কৌরি নো ? মীশিংনা করম্বা বিধান্না পূজা তৌই, পুন্নমক অদু হৌজিক ঐখোইগী ইকয়দা হায়বিয়ু ॥১৯

---

করভাজননা হায়খি। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর কলি হায়রিবা যুগ মরি অসিদা তোঙান তোঙান্‌বা কুচু অমসুং মিং মূর্তি লৌরবা কেশব ( কত্তবা মীশিংবু লাকশিন্দুনা ভক্তশিংবু ঙাকপিরিবা ) ভগবান্‌বু তোঙান তোঙান্‌বা বিধি বিধান্না পূজা তৌই ॥২০

---

সত্য যুগতা ভগবান অসি কুচুনা অঙৌবা পাম্বোম মরি পানবা জটা পুবা উকু শেংগা শবেং মউন্না নগুণ্ ওইবা চৈগু অমসুং কমণ্ডলু পায়বা ব্রহ্মচারীগী রূপতা অবতার তৌই ॥২১

---

সত্যযুগতা ভগবৎ আরাধনা তৌরিবা মীশিংনা পুন্নমক্তা মান্ননা য়েংই য়েক্নবা লৈতে অপাম মীহৌবনা পুক্নিং লাংদে পুন্নমকী কনবা

হংসঃ সুপর্ণো বৈকুণ্ঠো ধর্মো যোগেশ্বরোঽমলঃ।
ঈশ্বরঃ পুরুষোঽব্যক্তঃ পরমাত্মেতি গীয়তে ॥২৩
ত্রেতায়াং রক্তবর্ণোঽসৌ চতুর্বাহুস্ত্রিমেখলঃ।
হিরণ্যকেশস্ত্রয্যাত্মা স্রুক্ স্রুবাদ্যুপলক্ষণঃ ॥২৪
তং তদা মনুজা দেবং সর্বদেবময়ং হরিম্।
যজন্তি বিদ্যয়া ত্রয্যা ধর্মিষ্ঠা ব্রহ্মবাদিনঃ ।২৫

---

কৃতে ভগবান্ ( সত্যযুগতা ভগবান্‌বু ) হংসঃ সুপর্ণঃ, বৈকুণ্ঠঃ ধর্ম্মঃ যোগেশ্বরঃ অমলঃ ঈশ্বরঃ পুরুষঃ অব্যক্তঃ পরমাত্মা, ইতি নামভিঃ ( মিংশিং অমিনা ) গীয়তে ( শকই ব্যবহার তৌই ) ॥২৩

---

ত্রেতায়াং ( ত্রেতা যুগতা ) অসৌ ভগবান্ ( সত্য যুগতা অবস্থার তৌখিবা ভগবান্ অদুনা ) রক্তবর্ণঃ ( অঙাংবা কুচু ) চতুর্বাহু ( পাম্বোম মরি পানবা ত্রিমেখলঃ ( মচা অহুম্না তাবা যজ্ঞগী অঙ্গ ওইবা মেখলানা মহাক্কী ওইবা ) হিরণ্য কেশঃ ( শম্না য়োংমচু ওইবা ) ত্রয্যাত্মা ( ঋকনচিংবা বেদ অহুম্না তাকপা মূর্ত্তি ওইবা ) স্রুক্ স্রুবাদি উপলক্ষণঃ ( স্রুক স্রুবনা চিংবগী চিহ্ন লৈবা ওইখি ) ॥২৪

---

তদা ( ত্রেতাদা ) ব্রহ্মবাদিনঃ ( বেদনা তাক্লিবা অর্থদু খংলবা ) ধর্ম্মিষ্ঠাঃ ( স্বধর্ম্মদা লৈরবা ) মনুজাঃ ( মীশিং অদুনা ) সর্ব্বদেবময়ং ( ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী মবুংঙো অন্তর্য্যামী ওইরবা ) তং দেবং হরিং ( শ্রীহরিবু ) ত্রয্যা বিদ্যয়া কর্ম্মনা ( বেদ অহুম্না তাকপা বিধিনা ) যজন্তি ( আরাধনা তৌই ) ॥২৫

---

খল্লি, পুক্নিং লাকশিনবনা, মগ্‌নগী ইন্দ্রিয় লাকশিনবনা অমসুং ধ্যানযোগনা ভগবান্‌বু আরাধনা তৌই ॥২২

সত্যযুগ্তা হংসঃ সুপর্ণঃ বৈকুণ্ঠঃ ধর্ম্মঃ যোগেশ্বরঃ অমলঃ ঈশ্বরঃ পুরুষঃ অব্যক্তঃ পরমাত্মা হায়না মিংশিং অমিনা ভগবান্‌বু খংই, শকই শোল্লি ॥২৩

সত্যদা অবতার তৌখিবা ভগবান্ অদুনা ত্রেতাদা অঙাংবা কুচুদা, পাম্বোম মরি পানবা, মচা অহুম্না তাবা যজ্ঞগী অঙ্গ ওইবা

বিষ্ণুর্যজ্ঞঃ পৃশ্নিগর্ভঃ সর্ব্বদেব, উরুক্রমঃ।
বৃষাকপির্জয়ন্তশ্চ উরুগায় ইতীর্য্যতে।।২৬
দ্বাপরে ভগবান্ শ্যামঃ পীতবাসা নিজায়ুধঃ।
শ্রীবৎসাদিভিরঙ্কৈশ্চ লক্ষণৈরুপলক্ষিতঃ। ২৭

তদা ( ত্রেতাদ ভগবানবু পুরুষত্রো শিন্না লৈবদগী ) বিষ্ণুঃ, ( যজ্ঞদা লৈবদগী ) যজ্ঞঃ ( পৃশ্নিগী মচা ওইবদগী ) পৃশ্নিগর্ভঃ ( ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী অন্তর্যামী ওইবদগী ) সর্ব্বদেবঃ ( অয়াম্বা মথল মথা লীলানা মহাক্কী ওইবদগী ) উরুক্রমঃ ( ভক্তগী অপাম্বা পিনবা, অৱাবা মাং হন্বিবদগী ) বৃষাকপিঃ ( মতম্ চুম্লদা জয় ওইবদগী ) জয়ন্তঃ ( মহাক্কী অচৌবা মতীক মগুণ শকপদগী ) উরুগায়ঃ ইতি ( মিংশিং অসিনা ইর্য্যতে ( হায়রী )। ২৬

দ্বাপরে ( দ্বাপর যুগতা ) ভগবান্ ( শ্রীহরিবুনা ) শ্যাম. ( অতশী পুষ্প ) ( ৱান্দেংখোইবী মপানগুম্না নিংথিবা বর্ণ ) পীতবাসাঃ ( স়ৰ্য্যগী কিরণগুম্বা স্নামচুগী ফি শেৎপা ) নিজায়ুধঃ ( মশাগী থূৎলই চক্রনা চিংবা পাযবা ) শ্রীবৎসাদিভিঃ শ্রীবৎস হায়না খংনবা, থবাক্কী য়েৎথংবা শকক্কী ত্তু-শিং অহুনা য়েং ওইনা লৈবা ) সঃ [ কর চরণাদি গদা পদ্মাদীন্যস্ত্রৈঃ চিহ্নৈঃ ]( খোং অমস্তুং খুত্তা লৈবা পদ্মনচিংবা চিহ্ন [ খুদম ] না লৈ'তলবা অবতার তৌই ) ।।২৭

মেখলা য়েৎপা. শম ভাংতক তৌবা ঝকুনচিবা বেদ অহুম্না ভাকপা. মুর্ত্তি ওইবা, স্রুক স্রুবনচিংবা চিহ্ন লৈবা ওই। ২৪

ত্রেতাগা বেদনা তাক্লিবা অর্থতু খংলবা স্বধর্ম্মদা লৈরবা মীশিংনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মবুংডো অন্তর্যামী ওইরবা শ্রীহরিবু বেদ অহুমদা তাক্লবা কর্ম্মনা যরম ওইহুনা আরাধনা তৌই।।২৫

ত্রেতাদা ভগবান্ শ্রীহরিবু বিষ্ণুঃ যজ্ঞঃ, পৃশ্নিগর্ভঃ, সর্ব্বদেবঃ, উরুক্রমঃ; বৃষাকপিঃ, জয়ন্তঃ, উরুগায়ঃ, অসিনচিংবা মিংদা নিংলৈ ।।২৬।।

দ্বাপরদা শ্যামবর্ণ ওইবা সনাফীগে থোনবা চক্রনচিংবা মশাগী

তং তদা পুরুষং মর্ত্ত্যা মহারাজোপলক্ষণম্ ।
যজন্তি বেদ তন্ত্রাভ্যাং পরং জিজ্ঞাসবঃ নৃপ ॥২৮

নমস্তে বাসুদেবায় নমঃ সঙ্কর্ষণায় চ ।
প্রদ্যুম্নায়ানিরুদ্ধায় তুভ্যং ভগবতে নমঃ ॥২৯

নারায়ণায় ঋষয়ে পুরুষায় মহাত্মনে ।
বিশ্বেশ্বরায় বিশ্বায় সর্ব্বভুতাত্মনে নমঃ ॥৩০

---

হে নৃপ ! ( নিমি নিংথৌ ) তদা ( মতম অদুদা ) জিজ্ঞাসবঃ ( তত্ত্বজ্ঞান হংন্নিংলবা ) মর্ত্ত্যা ( মীশিংনা ) মহারাজোপলক্ষণং ( নিংথৌরেলগী ছত্র চামরনাচিংবনা মহাক্কী ওইরবা ) তং পুরুষং পরং ( পুরুষ পুম্নমক্কী অথোয়বা ভগবানবু ) বেদ তন্ত্রাভ্যাং ( বেদদা অমদি তন্ত্রদা তাক্লিবা বিধাননা ) যজন্তি ( পূজা আরাধনা তৌই ॥২৮

---

বাসুদেবায় তে নমঃ ( বাসুদেবনু খুরমজরি ) নমঃ সঙ্কর্ষণায় চ ( সঙ্কর্ষণদুসু খুরমজরি ) প্রদ্যুম্নায় অনিরুদ্ধায় ( প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ কৌবা ) তুভ্যং ভগবতে ( ভগবান্ ওইবা নখোয়গী নফমদগী ) নমঃ ( খুকমজৈ ) ॥২৯

---

নারায়নায ঋষয়ে ( নারায়ণ ঋষিবু ) মহাত্মনে পুরুষায় ( মহাত্মা পুরুষবু ) বিশ্বেশ্বরায় ( সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় তৌরিবা ) বিশ্বায় ( সংসারগী মশক ওইরিবা ) সর্ব্বভুতাত্মনে ( জীব পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামি ওইবা ভগবান্বু ) নমঃ ( খুকমজৈ ) ॥৩০

---

খুংগাই পায়বা শ্রীবৎসাচক্র কৈবা থম্বালনচিংবা চিহ্ননা লৈতেংবা কৌস্তুভ মনি থোনবা ভগবাননা অবতার তৌই ॥২৭

হে নিমি নিংথৌ দ্বাপরগী মতমদা তত্ত্বজ্ঞান হংনিংলবা মীশিংনা নিংথৌরলগী ওইবা ছত্র চামরনচিংবনা মহাক্কী ওইবা পরম পুরুষ ভগবানবু বেদ অমসুং তন্ত্রগী বিধান মতুং ইন্না পূজা আরাধনা তৌই ॥২৮

ব্যূহ মরিদা লৈরিবা, বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অনিরুদ্ধ কৌবা ভগবান্বু খুকমজৈ ॥২৯

ইতি দ্বাপর উর্ব্বীশ স্তুবন্তি জগদীশ্বরম্।
নানাতন্ত্রবিধানেন কলাবপি যথা শৃণু ॥৩১
কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ ॥৩২

হে উর্ব্বীশ ( পৃথিবীগী মপু ) ইতি ( অসুম্না ) দ্বাপরে ( দ্বাপরদা ) জগদীশ্বরম্ ( জগৎকী ঈশ্বরবু ) স্তুবন্তি ( স্তুতিতৌনৈ ) কলৌ অপি ( কলিদগী ) যথা ( দ্বাপরদা তৌবা অহুম্না ) নানা তন্ত্রবিধানেন ( তন্ত্রনা তাক্লিবা বিধানবা প্রধান ওইনা ) তং ( ভগবান্‌বু ) যজন্তি ( পূজা তৌই ) তথা ( মহু হায়গে শৃণু ( তারো ) ।৩১

তদা ( কলিযুগতা ) সুমেধসঃ হি ( অফ-ফত্তবগী বিচার লৈরবা মীশিংনা ) ত্বিষা ( অঙ্গগী কান্তিনা, ইবুঙোগী কুচুনা ) অকৃষ্ণম্ ( ইন্দ্র-নীলমনিগুম্না ফজবা কৃষ্ণবর্ণং ( মূরৈনবা ) সঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদম অঙ্গানি ( হৃদিনাচিংবা অঙ্গশিবিক ) উপাঙ্গানি ( কৌস্তুভনচিংবা। অস্ত্রানি ( সুদর্শনরচিংবা ) পার্ষদাঃ ( সুনন্দনচিংবা লোইনরবা শ্রীকৃষ্ণবু ) সং-কীর্ত্তনপ্রায়ৈঃ ( সংকীর্ত্তনগী নাম শোম্বা ) স্‌স্তুতিশ্চ ( নিংথিনা স্তুতি তৌবা অসিনা মপুং ওহবা ) যজ্ঞৈঃ ( যজ্ঞনা ) যজন্তি ( আরাধনা তৌই ) ॥৩২

নারায়ণ ঋষি, মহাত্মা পুরুষ, সৃষ্টী স্থিতি প্রলয় তৌরিবা সং-সারগী মশক ওইরিবা জীব পুম্নমকী অন্তর্য্যামি ওইবা শ্রীভগবান্‌বু থুকমজৈ। ৩০

পৃথিবীগী মপু! দ্বাপরদা জগদীশ্বরবু অসুম্না স্তুতি তৌনৈ, কলি-দগী অতুম্না তন্ত্রনা তক্লিবা বিধান অতুগী মতুং ইন্না পূজা তৌই, মহু হায়গে তারো ॥৩১

কলিদা অফ ফত্তগী বিচার তৌরবা মীশিংনা, অঙ্গকান্তিনা ইন্দ্র-নীলমনিগুম্না ফজরবা, হকচাং লৌবিরবা কৌস্তুভমনিনচিংবা থোন্‌বা সুদর্শনচিংবা থৃংলাইপাম্নরিবা সুনন্দনাচিংবা পার্ষদ লোম্নরবা শ্রীকৃষ্ণবু নাম সঙ্কীর্ত্তন স্তুতি পাঠনচিংবা যজ্ঞনা আরাধনা তৌই ॥৩২

ধ্যেয়ং সদা পরিভবঘ্নমভীষ্ট দোহং
তীর্থাস্পদং শিব বিরিঞ্চিনুতং শরন্যম্ ।
ভৃত্যার্ত্তিহং প্রণতপাল ভবাব্ধিপোতং
বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দম্ ।।৩৩
ত্যক্ত্বা সুদুস্ত্যজ সুরেপ্সিত রাজ্যলক্ষ্মীং
ধর্ম্মিষ্ঠ আর্য্যবচসা যদগাদরণ্যম্ ।
মায়ামৃগং দয়িতয়েপ্সিতমন্বধাবৎ
বন্দে মহাপুরুষ তে চরণারবিন্দম্ ।৩৪

---

হে প্রণতপাল ( ভক্তবু রক্ষা তৌবিরিবা হে মহাপুরুষ ) সদা ( মতম চুপ্পদা ) ধ্যেযং ( নিংগদবা ওইবা ) পরিভবঘ্ন ( ইন্দ্রিযকুটুম্বা-দিভিঃ যঃ পরিভবঃ তিরস্কারঃ তং হন্তি তৎ ) ( ইন্দ্রিয়শিং অমসুং মতু মচানা চিংবনা মহাক অহৎনা পীরিবা অন্নাবা অহুবু মা হনবীরিবা ) অভীষ্টদোহং ( ভক্তগী অপাম্বত্ত পীনবিনবা ) তীর্থাস্পদং ( গঙ্গানা শ্রীচরণদগী পোকপা ) শিববিরিঞ্চিনুতং ( শিব অমসুং ব্রহ্মানা স্তুতি তৌরিবা ) শরণ্যম ( চংক্ষম ওইবা ) ভৃত্যার্ত্তিহং ( মনাইশিংগী অৱাবা কোকপিবা ) ভবাব্ধিপোতং ( সংসার সমুদ্রসি লাম্বোক্লবগী হি ওইবা ) তে ( ইবুংঙো নহাক্কী ) চরণারবিন্দম্ ( শ্রীচরণ অসিবু ) বন্দে ( খুরুম-জরি ) ।।৩৩

---

হে মহাপুরুষঃ [ যঃ ভগবান্ ] ( ইবুংঙো নহাক্না ) সুদুস্ত্যজং ( থাদোক্পদা য়াম্না ৱানা থোক্লবা ) সুরেপ্সিতং ( লাইশাউবনা পাম্লবা ) রাজ্যলক্ষ্মীং ( নিংথৌগী মুঙাইববু ) ত্যক্ত্বা [ পিতুঃ বচসা ] ( দশরথ মপা-না বাশকপ্রবা সত্যবু ঙাক্লবগীদমক থাদোক্লগা ) যৎ অরণ্যং ( বন অহুদা ) অগাৎ ( চংখি ) দয়িতয়েপ্সিতং ( সীতাগী নিংবা থুংনবগীদমক ) মায়ামৃগং ( সনাগী শজি ওইরবা মারীচবু ) অন্বধাবৎ ( তুংইন্না তান্নখি ) তে ( ইবুঙঙো নহাক্কী ) চরণারবিন্দং ( শ্রীচরণ অসি অহুবু ) বন্দে ( খুরুম-জরি ) ।৩৪

---

ভক্তবু রক্ষা তৌবিরিবা ! হে মহাপুরুষ ! মতম চুপ্পদা নিংগদবা

এবং যুগানুরূপাভ্যাং ভগবান্ যুগবর্ত্তিভিঃ ।
মনুজৈরিজ্যতে রাজন্ শ্রেয়সামীশ্বরো হরিঃ ॥৩৫
কলিং সভাজয়ন্ত্যার্য্যা গুণজ্ঞাঃ সারভাগিনঃ
যত্র সঙ্কীর্ত্তনেনৈব সর্ব্ব- স্বার্থোঽভিলভ্যতে ॥৩৬

হে রাজন্ ( নিমি নিংথৌ ) শ্রেয়সাং ( ধর্ম্ম অর্থ কাম, মোক্ষ হায়রিবা মথল মরিগী ওইবা পুরুষার্থ অসিগী ) ঈশ্বরঃ ( মপু ওইবা ) হরিঃ ( ভগবান্ শ্রীহরিবু ) এবং ( মথক্তা হায়খ্রিবা অসুম্না ) যুগ স্বরূপাভ্যাং ( যুগ যুগকী মতু-ইনবা মিং অমসুং শকুনা মরম ওইদুনা ) যুগবর্ত্তিভিঃ ( যুগকী মতুং ইল্লবা ) মনুজৈঃ ( মীওইবশিংনা ) ইজ্যতে ( পূজা, আরাধনা তৌই ॥৩৫

গুণজ্ঞা, ( গুণশিংবু নিংখিনা খংলবা ) সারভাগিনঃ ( মচি ওইবা অতুতবু লৌরবা ) আর্য্যাঃ ( বিচার লৈববা অহলশিংনা ) কলি [ এব ] ( কলি অসতবু ) সভাজয়ন্তি ( প্রসংসা তৌই থাগৎলি ) যত্র ( কলি অসিদা ) সঙ্কীর্ত্তনেন এব ( সংকীর্ত্তন অসিতনা শোযদনা ) সর্ব্বার্থ- ( পুরুষার্থ মরিবু ) অভিলভ্যতে ( ফংই ) ॥৩৬

ওইবা, ইন্দ্রিয়শিং অমাদ মতুমচানচিংবনা মকাক অতুদা পীরিবা, অরাব অতুবু মাংহনবীরিবা, ভক্তগী অপাম্বতু পীনবিবা, গঙ্গানা শ্রীচরণদগী পোকপা, শিব অমসুং ব্রহ্মানা স্তুতি তৌবিবা, চংশকম ওইবা ননাইশিংগী অরাবা কোকপীবা সংসার সমুদ্রসি লাম্থোকবা হি ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী শ্রীচরণ অনিবু খুরুমজরি । ৩৩

হে মহ পুরুষ । ইবুঙো নহাক্না থাদোকপদা যাম্না রানা থোক্লবা লাইমরুসু পাম্নবা নিংথৌগী মুভাইবমু পিতৃসত্য ভাক্রবগীদমক থাদোক্লগা বনদা চৎথ, সীতাগী অনিংবা থুংনবগীদমক সনাগী শক্তি ওইরবা মরীচবু তুং ইম্না ৩ মখি, অসিমক ওইবা ইবুঙো নহাক্কী শ্রীচরণ অনিবু খুরুমজরি ॥৩৪

হে রাজন্! ধর্ম্মনচিংবা পুরুষার্থ মরি অসিগী মধ্যু ওইবা

ন হ্যতঃ পরমো লাভো দেহিনাং ভ্রাম্যতামিহ।
যতো বিন্দেত পরমাং শান্তিং নশ্যতি সংসৃতিঃ ॥৩৭
কৃতাদিষু প্রজা রাজন্ কলাবিচ্ছন্তি সম্ভবম্।
কলৌ খলু ভবিষ্যন্তি নারায়ণ পরায়ণা ॥৩৮

ইহ ( সংসার ঈচেল অসিদা ) ভ্রাম্যতাম্ ( পোকপা শিবগী মথা পোল্লা কোয়না চৎলিবা জীবশিং অসিগী মফমদা ) অতঃ ( নামসংকীর্ত্তন অসিদগী অহোপ্পা ) পরমঃ ( অহেন্বা ) লাভঃ ( ফঙ্গদবা অমা ) ন বিদ্যতে ( লৈতে ) যতঃ হি ( নামসংকীর্ত্তন অসিমক্তদগী শিরবগী তুংদা ) পরমাং ( পুম্নমক্তগী অহেন্ব মুক্তিগী মশক ওইবা ) শন্তিং ( শান্তিবু ) বিন্দেত ( ফঙ্গনি ) তসা ( শান্তি ফংলবা জীব অদুগী ) সংসৃতিঃ ( সংসারদা চত্তুনা লৈবসি ) নশ্যতি ( মাংডি অমুক পোক্তে ) ॥৩৭

হে রাজন! ( নিংথৌ ) কৃতাদিষু ( সত্য-নচিংবা যুগমশিং অসিদা পোকপা, প্রজাঃ মীশিংনা ) কলৌ ( কলিদা ) সম্ভবম্ ( পোক-পবু ইচ্ছন্তি ( পাম্মী, মরমদি কলিদ মুক্তি ফংনবগী উপায়, লায়না থোকই ) কলৌ ( কলিদা ) নারায়ণ পরায়ণঃ ( নারায়নগী শ্রীচরণদা চংজবা ) জনা ( মী কয়া ) ভবিষ্যন্তি ( যাম্না ংইরকশিগনি ) ॥৩৮

শ্রীহরিবু মথক্তা হায়থিবা অসুম্না যুগ যুগকী ওইবা মিং অমসুং মশকনা মরম ওইদুনা যুগকী মতুং ইন্নবা মীশিংনা পূজা তৌই ॥৩৫

গুণশিংবু নিংথিনা খংলবা, মাচ ওইবা অদুতবু লৌরবা, বিচারনা তিন্নবা অহলশিংনা কাল অসিতবু প্রশংসা তৌরম্মি থাগৎলমই, কলি অসিদা সংকীর্ত্তন অসিতনা শোয়দনা পুরুষার্থ ( ধর্ম্ম, অর্থ কাম মোক্ষ ফংবা ঙম্মী ॥৩৬

সংসার ঈচেল অসিদা পোকপ শিবগী মথা পোম্না কোয়না চৎলিব জীবশিং অসগী মফমদা নামসংকীর্ত্তন অসিদগী অহোপ্পা অহেন্বা ফঙ্গদব অমা লৈতে, নামসংকীর্ত্তন অসিমক্তদগী ( শিবগী তুংদা ) মুক্তিগী মশক ওইবা শান্তি ফঙ্গনি, শান্তি ফংলবা জীব অদুগী সংসারদা চত্তুনা লৈবসি মাংডি ( অমুক পোক্তে ) ॥৩৭

ক্বচিৎ ক্বচিন্মহারাজ দ্রবিড়েষু চ ভূরিশঃ।
তাম্রপর্ণী নদী যত্র কৃতমালা পয়স্বিনী।
কাবেরী চ মহাপুণ্যা প্রতীচী চ মহানদী ॥৩৯

যে পিবন্তি জলং তাসাং মনুজা মনুজেশ্বর।
প্রায়ো ভক্তা ভগবতি বাসুদেবেঽমলাশয়াঃ ॥৪০

---

হে মহারাজ ( নিমি নিংথৌ ) যত্র ক্বচিৎ ক্বচিৎ ( করি করি-গুম্বা মফমদা ) চ ( অমদি ) দ্রবিড়েষু ( দ্রাবিড়নচিংবা দেশদা ) তাম্রপর্ণি কৃতমালা পয়স্বিনী অসিনচিংবা ) নদী ( তুরেল ) চ ( অমসুং ) মহাপুণ্যা ( শেংলবা ) কাবেরী, প্রতীচী ( কাবেরী প্রতীচী কৌবী ) চ ( অমদি) মহানদী ( মহানদী অসিনচিংবা ) ভূরিশঃ নদ্যঃ ( তুরেন ময়াম্না ( সন্থি ) লৈ ) ॥৩৯

হেমনুজেশ্বর ( হে নিংথৌ ) যে মনুজাঃ ( মীশিং অদুনা ) তাসাং ( হায়রিবা তুরেলশিং অসিগী ) জলং ( ঈশিং অদুবু ) পিবন্তি ( থক্লি ) [ তে ] প্রায়ো ( মখোয় অয়াম্বনা ) অমলশয়াঃ [ সন্তঃ ] ( পাপ কোক্কুনা ) ভগবতি ( ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্না তিল্লবা ) বাসুদেবে ( শ্রীহরিগী ) ভক্তাঃ ( ভক্ত ওই ) ॥৪০

---

হে রাজন্। যুগ মরি অসিদা পোকপা মীশিংনা কলিদ পোকপা পাম্মে, কলিদ মুক্তি ফংনবগী উপায় য়াম্না লাই, কলিদা ভগবান্ নারায়ণগী শ্রীচরণদা চংজবা মী য়াম্না পোক্লক্কনি ॥৩৮

হে মহারাজ নিমি করি করিগুম্বা মফমদা অমদি দ্রাবিড়নচিংবা মফমদা, তাম্রপর্ণি, কৃতমালা, পয়স্বিনী মিংশিং অসিনা থংমরবা তুরেন, অমদি য়াম্না শেংলবা কাবেরী, প্রতীচী অমসুং মহানদী অসিনচিংবা তুরেন ময়াম লৈ ॥৩৯

হে মনুবা পোকপশিংগী মরুংদা অথোয়বা। মীশিং অদুনা হায়রিবা তুরেনশিং অসিগী ঈশিংবু থক্লি, মখোয় অদু অয়াম্বনা পাপ কোক্কুনা ঐশ্বর্য্য পুম্নমক্কী মপু শ্রীহরিগী ভক্ত ওই ॥৪০

দেবর্ষিভূতাপ্তনৃনাং পিতৃণাং
　　　　ন কিঙ্করো নায়মৃনী চ রাজন্ ।
সর্ব্বাত্মনা যঃ শরণং শরণ্যং
　　　　গতো মুকুন্দং পরিহৃত্য কর্ত্তম্ ॥৪১
স্বপাদমূলং ভজতঃ প্রিয়স্য, ত্যক্ত্বান্যভাবস্য হরিঃ পরেশঃ ।
বিকর্ম্ম যচ্চোৎপতিতং কথঞ্চিৎ ধুনোতি সর্ব্বং হৃদি
　　　　　　　　　　　　সন্নিবিষ্টঃ ॥৪২

---

হে রাজন্ ( হে নিংথৌ ) যঃ ( মী অদুনা ) কর্ত্তম্ ( অহঙ্কারবু ) পরিহৃত্য ( থাদোক্লগা ) শরণ্যং ( চংজফম ওইরবা ) মুকুন্দং ( মুক্তি পিনবিরবা ) ভগবন্তং ( শ্রীভগবান্‌বু ) সর্ব্বাত্মনা ( বাখল পুম্নমক্লা ) শরণংগতঃ ( চংজবা ওন্নবা ) সঃ ( মহাক্লা ) ( লাইশিংগী ) ঋষয়ঃ ( ঋষি-শিংগী ) ভূতাঃ ( প্রানিশিংগী ) আপ্তাঃ ( ফনবা তৌবিবশিংগী ) পোষ্যাঃ ( য়োক্কদবশিংগী ) নরা ( অতোপ্পশিংগী ) চ ( অমসুং ) পিতৃণাং ( পিতৃলোক্কী ) কিঙ্করঃ ( মথা পোনবা ) ন ( ওইদে ) অয়ং ( মী অদু ) ঋনী চ ন ( লমনশু তোন্দ্রে ) । ৪১

---

পরেশঃ হরিঃ ( পুম্নমক্কগী অথোয়বা শ্রীভগবান হরিনা ) ত্যক্তঃ অন্যভাবস্য ( ভগবান্‌দগী তোঙাম্বা বাখল থাদোক্লবা ) স্বপাদমূলং ( মহাক্কী চরণতবু ) ভজতঃ ( নি ঙশিবা ) প্রিয়স্য [ ভক্তস্য ] ( নুং-শিরবা ভক্ত অদুগী ) হৃদি ( থ:মোয়দা ) সন্নিবিষ্টঃ [ সন্ ] ( ইবুঙো মানা চংথোন্না লৈবিদুনা ) কথঞ্চিৎ উৎপতিতং ( কর্ম্মশুম্বদা থোকখিবা ) যৎ চ ( অদুগুম্বা ) বিকর্ম্মঃ ( শাস্ত্রনা য়াদবা কর্ম্মশিংদগী ) তৎ সর্ব্বং ( মদুদগী ওইরকপা পাপ পুম্নমক অদুবু ) ধুনোতি ( মাংহন্লি ) ॥৪২

---

হে রাজন্ ! মী অদুনা অহঙ্কার থাদোক্লগা চংজগদবা মুক্তি পি-নরবা ভগবান্‌বু বাখল পুম্নমক্লা চংজবা ওন্নবা মহাক্লা দেবতানচিং-বশিং পুম্নমক অসিগী মনাই ওইদ্রে অমসুং লমন তোন্দ্রে মরমদি ( জ্ঞান অমসুং ভক্তিনা মরম ওইদুনা শ্রীভগবান্দা চংজখ্রবনি ॥৪১

পুম্নমক্কগী অথোয়বা শ্রীহরিনা, ভগবান্‌দগী তোঙাম্বা বাখল

নারদ উবাচ।

ধর্ম্মান্ ভগবতানিত্থং শ্রুত্বাথ মিথিলেশ্বরঃ।
জায়ন্তেয়ান্ মুনীন্ প্রীতঃ সোপাধ্যায়ো হ্যপূজয়ৎ ॥৪৩
ততোঽন্তর্দ্দধিরে সিদ্ধাঃ সর্ব্বলোকস্যপশ্যতঃ।
রাজা ধর্ম্মানুপাতিষ্ঠন্নবাপ পরমাং গতিম্ ॥৪৪
ত্বমপ্যেতান্ মহাভাগ ধর্ম্মান্ ভাগবতান্ শ্রুতান্।
আস্থিতঃ শ্রদ্ধয়া যুক্তো নিঃসঙ্গো যাস্যসে পরম্ ॥৪৫

---

নারদঃ উবাচ ( নারদনা হায়খি ) সোপাধ্যায়ঃ ( ঋত্বিগ্ শিংগা লোয়নরবা ) মিথিলেশ্বর ( নিংথৌ নিমিনা ) হি ইত্থং ( মতৌ অসুম্না ) ভগবতান্ ধর্ম্মান্ ( ভাগবত ধর্ম্মবু ) শ্রুত্বা ( তারগা ) প্রীতঃ [ সন ] ( অপেথা ওইদুনা ) জায়ন্তেয়ান্ ( জয়ন্তীগী মচা ) মুনীন্ ( কবিন-চিংবা মুনীশিংবু ) অপূজয়ৎ ( পূজা তৌখি ) ॥৪৩

---

ততঃ ( পূজা হেক লোয়বগী মতুংদা ) সিদ্ধাঃ ( কবিনচিংবনা ঋষি-শিং অদু ) সর্ব্বলোকস্য পশ্যতঃ ( লৈমিবা মীয়াম অদুনা উন-উনা ) অন্তর্দ্দধিরে ( মাংখ্রে ) রাজা ( নিমিনা ) ধর্ম্মান্ উপাতিষ্ঠন্ ( ভাগবত ধর্ম্মগী তুং ইল্লদুনা ) পরমাং ( মোক্ষ হায়না খংনরবা গতি মফম অদুবু ) অবাপ ( ফংখি ) ॥৪৪

---

হে মহাভাগ ( লাইবক ফরবা ) ত্বম্ অপি ( নহাকসু ) নিঃসঙ্গ ( অপাম্বা য়াউদনা ) শ্রদ্ধয়া চ ( থাজবনসু ) যুক্তঃ ( তিন্দুনা ) শ্রুতান্ ( ঐগী তাখ্রিবা ) এতান্ ( অফবা থোকহল্লবা ) ভাগবতান্ ধর্ম্মান্ ( ভাগবত ধর্ম্ম অসিবু ) আস্থিতঃ ( অনুষ্ঠান তৌরবদি ভাগবত ধর্ম্মদা চংজরবদি তুং ইল্লরবদি ) পরং পদং ( মোক্ষবু ) যাস্যসে ( ফংগনি ) ॥৪৫

থাগোক্লবা, মহাক্কী চরণতবু নিংজরিবা নুংশিরবা ভক্তগী থমোয়দা ইবুংঙো মানা নিংথিনা লৈবিদুনা, কল্লিগুমদা থোকখিবা, অদুগুম্বা, শাস্ত্রনা য়াদবা বিকর্ম্ম অদু তৌরবদগী ) ওইরকপা পাপ পুম্নমক মাংহল্লি ॥৪২

ঋত্বিগ্ শিংগা লোইনরবা নিমিনা অসুম্না ভাগবত ধর্ম্ম তারগা

যুবয়োঃ খলু দম্পত্যোর্যশসা পুরিতং জগৎ ।
পুত্রতামগমং যদ্ বাং ভগবানীশ্বরো হরি ॥৪৬
দর্শনালিঙ্গনালাপৈঃ শয়নাসন ভোজনৈঃ ।
আত্মা বাং পাবিতঃ কৃষ্ণে পুত্রস্নেহং প্রকুর্ব্বতোঃ ॥৪৭

যুবয়োঃ দম্পত্যোঃ ( নপু ননাই নথোয় অনিগী ) যশসা ( মিং চৎনা ) খলু ( চেপ্পা ) জগৎ পুরিতম্ ( জগৎ অসি থুংলে ) যৎ ( মরমদি ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্যনচিংবা গুণনা মপুংফারবা, ) ঈশ্বর ( পুম্নমক অসিবু নিয়ম তৌবিবা ) হরিঃ ( হরিবু ) বাং ( নপোয় অনিগী ) পুত্রতং ( নচা ওইনা ) অগমৎ ( ফংলরি ) ॥৪৬

কৃষ্ণে ( কৃষ্ণদা ) দর্শনালিঙ্গনালাপৈঃ ( উবা ) আলিঙ্গনৈঃ ( কোথা ) আলাপৈঃ ( ৱারীশানবা ) শয়নৈঃ (লোয়নদুনা তুম্বা)আসনৈঃ ( ফমিন্নবা ) ভোজনৈঃ ( চামিন্নবা অসিনচিংবা অসিনা) পুত্রস্নেহং ( মচাগী মুংশিববু ) প্রকুর্ব্বতোঃ ( তৌরিবা ) বাং [ যুবয়ো ] ( নথোয় অনিগী ) আত্মা ( পুক্নং অদু ) পাবিতঃ ( শেংলবনি, মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ফংবদা মতিক চংলে ওইরে । ॥৪৭

অপেপ্পা ওইদুনা জয়ন্তীগী মচাশিং কাবনচিংবা মুনিশিংবু পুজা তৌখি ৪৩

পুজা লোয়বগী রেক মতুদা কবিরর্চিংবা ঋষিশিংনা, সভাদ লৈরিবা মীয়াম অদু উন-উনা অন্তর্ধান ওইখ্রে । রাজা নিমিনা ভাগবত ধর্ম্মগী তুং ইন্নদুনা মোক্ষ ফায়না থাদবা মফমদু ফংখি ॥৪৪

লাইবক ফরবা বসুদেব নিংথম ওইনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ঐ-ভোন্দগী তাংখ্রবা মঙ্গল পিনরবা ভাগবত ধর্ম্ম অসিবু তুংইন্নরবা নহাক্নসু অথোইবা থুবম য়ঙ্গনি । ৪৫

নপু ননাই নথোয় অনিগী মিংচৎনা জগৎ অসি থুংলি, মরমদি গুণ পুম্বনা তিন্নবা ঈশ্বর শ্রীহরিবু নচা ওইনা ফংলরি । ৪৬

শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবা; অমদি পামজবা, মহাক লোয়ননা ৱারী শাবা ফমিন্নবা, চামিন্নবা, তুম্মিন্নবা অসিনচিংবমা থোয়দাক চেন্দোক্না শ্রীকৃষ্ণদা মচাগী মুংশবা অদুবু তৌরবা নথোয় অনিগী পুক্নং অদু শেংলবনি মরম অদুনা কৃষ্ণ স্বরূপ ফংবদা মতিক চারবনি ॥৪৭

বৈরেন যং নৃপতয়ঃ শিশুপাল পৌণ্ড্র—
শাল্বাদয়ো গতি বিলাস বিলোকনাদ্যৈঃ।
ধ্যায়ন্ত আকৃতধিয়ঃ শয়নাসনাদৌ
তৎ সাম্যমাপুরনুরক্তধিয়াং পুনঃ কিম্ ॥৪৮
মাপত্যবুদ্ধিমকৃথাঃ কৃষ্ণে সর্ব্বাত্মনীশ্বরে।
মায়ামনুষ্য ভাবেন গূঢ়ৈশ্বর্য্যে পরেঽব্যয়ে।৪৯

গতি বিলাস, বিলোকনাদ্যৈঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) গতি (খোংথাং) বিলাসঃ (তৌরকপা থবক) বিলোকনঃ (য়েংলকপা মিংয়েং পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা) অকৃতধিয়ঃ (কৃষ্ণগী মশক ওইরবা পুক্নিং না মখোয়গী ওইরবা) শিশুপাল পৌণ্ড্র শাল্বাদয়ঃ (শিশুপাল, দন্তবক্র শাল্বনচিংবা) নৃপতয়ঃ (নিংথৌশিংনা) শয়নাসনাদৌ (তুম্বা চাব থকপা পুন্নমক্তা) যং (শ্রীকৃষ্ণবু) বৈরেন (য়েরবা ওইনা) ধ্যায়ন্তঃ (নিংলবা মখোয়না সাম্যং (সারূপ্য মুক্তিবু) আপুঃ (ফংখি) তৎ অনুরক্তধিয়াং (শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিজরবা নখোয়গী নফমদদি) কিং পুনঃ (অমূক করি হায়গনি) ।৪৮

মায়ামনুষ্যভাবেন [মহাক্না ইচ্ছানা মীওইবগী শকুম্ লৌবরবা] গূঢ়ৈশ্বর্য্যে [ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি লোত্ত না থম্লবা] সর্ব্বাত্মনি [পুন্নমক্না হৌরকফম ওইরবা] অব্যয় [বিকার লৈত্রবা] ঈশ্বরে [সৃষ্টীন চিংবা তৌরিবা] পরে [প্রকৃতিবু নিয়ম তৌরিবা, খুদম চন্দুনা থম্লিবা] কৃষ্ণে] শ্রীকৃষ্ণে [শ্রীকৃষ্ণদা] অপত্যবুদ্ধিং [ইচানি হায়বা খাখল] মা অকৃথাঃ [তৌগনু] ।৪৯

শ্রীকৃষ্ণগী খোংথাং, তৌরকপা থবক, য়েংলকপা মিংয়েং, অসিনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইরবা পুকনিংনা মখোয়গী ওইরবা শিশুপাল, দন্তবক্র, শাল্বনচিংবা নিংথৌশিংনা তুম্বা চাব থকপা পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু য়েরবা ওইনা নিংলবা মখোয়না সারূপ্য মুক্তি ফংখি। শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিনা নিংলবা নখোয়গী নফমদদি অমুক করি হায়গনি ।৪৮

মহাক্না ইচ্ছানা মীওইবগী শকম লৌবিরবা, ঈশ্বরগী গুণ পুন্নমক

ভূভারাসুর রাজন্যহন্তবে গুপ্তয়ে সতাম্।
অবতীর্ণস্য নির্বৃত্যৈ যশো লোকে বিতন্যতে ॥৫০

শ্রীশুক উবাচ

এতৎ শ্রুত্বা মহাভাগো বসুদেবোঽতিবিস্মিতঃ।
দেবকী চ মহাভাগা জহতুর্মোহমাত্মনঃ ॥৫১
ইতিহাসমিমং পুণ্যং ধারয়েৎ যঃ সমাহিতঃ।
স বিধূয়েহ শামলং ব্রহ্মভূয়ায় কল্পতে ॥৫২

---

ভূভারাসুর রাজন্য হন্তবে ( পৃথিবীগী অকন্থা ওইরিবা হিংচাবগী পুকচেল চেল্লবা নিংথৌশিং মাংহন্নবগীদমক ) সতাং ( অফবা মীশিংবু ) গুপ্তয়ে কন্নবগীদমক ) লোকে ( লোক অসিদা ) অবতীর্ণস্য ( অবতত্তার তৌবিরবা ) অস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) যশো ( মিংচৎপু ) নির্বৃত্যৈ ( সংসারগী আবাব কোক্লবগীদমক ) বিতন্যতে ( শন্দোক্লি ) ॥৫০

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হায়খি ) এতৎ শ্রুত্বা ( নারদগী রা তারগা ) অতিবিস্মিতঃ ( থোইদোক্ল ঙক্লবা ) মহাভাগ ( লাইবক ফরবা ) দেবকী চ ( দেবকীনশু ) আত্মনঃ ( মশাগী ) মোহং ( দেহনচিংবদা ঐ ঐগী খংলম্বা অদু ) জহতুঃ ( থাদোকখ্রে ) ॥৫১

---

যঃ ( মী অদুনা ) সমাহিতঃ ( মপুক্লিং চংনা ) পুণ্যং ( পুণ্যচেল্লবা ) ইমং ইতিহাসং ( অসিগুম্বা রান্বী অসিবু ) ধারয়েৎ ( নিংশিংদুনা লৈরবা ) সঃ ( মহাক্লা ) ইহ ( মপোক অসিদা ) শামলং বিধূয় ( পাপ পুম্নমক কোক্তুনা ) ব্রহ্মভূয়ায় ( মুক্তিগীদমক্তা ) কল্পতে ( থোরাংলবনি ) ॥৫২

---

লোক্তুনা থম্লবা, পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা, বিকার লৈতবা সৃষ্টীনচিংবা তৌরিবা প্রকৃতিবু খুদুম চন্দুনা থম্লিবা শ্রীকৃষ্ণদা ইচানি হায়বা বাখল তৌগদু ॥৪৯

পৃথিবীগী ভার ওইরিবা হিংচাবগী পুকচেল চেল্লবা নিংথৌশিংবু মাংহন্নবগীদমক, অফবা মীশিংবুস্থ য়োক্লবগী লোক অসিদা অবতার তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মিংচৎপু সংসারগী অবাবা কোক্লবগীদমক শন্দোক্লি ॥৫০

শ্রীশুকদেবনা হায়খি নারদগী ময়া ভারগা থোইদোক্ত ভক্লবা লাই-বক ফরবা বসুদেবনা.১লাইরক ফবগী দেবকীনশু মশাগী অঙকপহু থাদোকখ্রে ॥৫১

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং

বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ।৫

মী অহুনা পুক্লিং চংনা শেংলবা, পুণ্যগী ঈচেল ওইরবা ইতি-হাস (য়ারী) অসিবু ভাজরগা পুক্লিদা থমজরবা মহাক্না, মপোক অসিমক্তদা (শামলং=মোক্ষপ্রতিবন্ধক পাপং পুণ্যঞ্চ) মোক্ষদা অপথা থোকহল্লিবা পাপ অমসুং পুণ্যবু মাংহল্লগা মোক্ষ ফংবা ঙম্মি ॥৫২

মতাং অসিদা বেদব্যাসনা লেংবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা মহাপুরাণগী একাদশ স্কন্ধগী পঞ্চম অধ্যায় লোইরে ।৫

———

# শ্রীমদ্ভাগবতম

## একাদশ স্কন্ধঃ

### ষষ্ঠঃ অধ্যায়ঃ

শ্রীশুক উবাচ।

অথ ব্রহ্মাত্মজৈর্দেবৈঃ প্রজেশৈরাবৃতোঽভ্যগাৎ।
ভবশ্চ ভূতভব্যেশো যযৌ ভূতগণৈর্বৃতঃ ॥১
ইন্দ্রো মরুদ্ভির্ভগবান্ আদিত্যা বসবোঽশ্বিনৌ।
ঋভবোঽঙ্গিরসো রুদ্রা বিশ্বে সাধ্যাশ্চ দেবতাঃ ॥২
গন্ধর্বাপ্সরসো নাগাঃ সিদ্ধা চারণ গুহ্যকাঃ।
ঋষয়ঃ পিতরশ্চৈব সবিদ্যাধর কিন্নরাঃ ॥৩

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হায়খি ) অথ ( আসগী তুংদা ) আত্মজৈঃ ( সনকনচিংবা ঋষি ) দেবৈঃ ( ইন্দ্রনচিংবা দেবতা ) প্রজেশৈঃ ( মরিচীনচিংবা প্রজাপতি পুম্নমক অসিনা ) বৃতঃ ( ইকোয় কোয়শিল্লবা ) ব্রহ্মা ( ব্রহ্মানা ) ভূতগণৈঃ ( ভূতশিংনা ) বৃতঃ ( কোয়শিল্লবা ) ভূত ভব্যেশঃ ( হৌরবা অমসুং লাকদৌবা অনি অসিগী মপু ) ভব চ ( রুদ্রশুং = মহাদেবসু ) যযৌ ( দ্বারকাদ লাকখি ) ॥১

---

এবং ( অমসুং ) মরুদ্ভিঃ [ বৃতঃ ] ( মরুৎশিংনা কোয়রবা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র ) আদিত্যা ( আদিত্যনচিংবা গ্রহ ) বসবঃ ( বসু নিপান্ ) অশ্বিনৌ ( অশ্বিনী কুমার ) ঋভবঃ ( ঋভুনচিংবা ঋষি ) অঙ্গিরসঃ ( অঙ্গিরস মুনি ) রুদ্রা ( রুদ্রশিং = একাদশরুদ্র ) সাধ্যাঃ ( সাধ্যশিং ) বিশ্বেদেবাঃ ( বিশ্বদেবতাশিং ) গন্ধর্বা ( গন্ধর্বশিং ) অপ্সরসঃ ( অপ্সারাশিং = জগোইশাবীশিং ) নাগাঃ ( নাগশিং ) সিদ্ধ চারণ গুহ্যকাঃ ( সিদ্ধশিং চারণশিং গুহ্যকশিং ) সবিদ্যাধর ( বিদ্যাধরগা লোইনবা ) কিন্নরা ( কিন্নরশিং ) চ পিতরঃ এব ( অমসুং পিতৃশিং ) সর্বে ( পুম্নমক

দ্বারকামুপসঞ্জগ্মুঃ সর্ব্বেকৃষ্ণদিদৃক্ষবঃ।
বপুষা যেন ভগবান্ নরলোকমনোরমঃ।
যশো বিতেনে লোকেষু সর্ব্বলোকমলাপহম্ ॥৪
তস্যাং বিভ্রাজমানায়াং সমৃদ্ধায়াং মহর্দ্ধিভিঃ।
ব্যচক্ষতাবিতৃপ্তাক্ষাঃ কৃষ্ণমদ্ভুতদর্শনম্ ॥৫

---

অসিনা ) কৃষ্ণং দিদৃক্ষবঃ ( শ্রীকৃষ্ণ উবিংতুনা ) দ্বারকাম ( দ্বারকাদা ) উপজগ্মুঃ ( থুংলরে ) যেন বপুষা ( শ্রীবিগ্রহ অদুনা ) সর্ব্বলোকমনোরমঃ [ সন্ ] ( লোক পুম্নমক্কী নুঙায়নবা ওইবা ) সর্ব্বলোকমলাপহঃ ( লোকপুম্নমক্কী পাপ মাংহল্লবা ) যশঃ ( মিংচৎনা ) লোকেষু ( লোকপুম্নমক অসিদা শন্দোকখি ) তং দিদৃক্ষব আজগ্মুঃ ( শ্রীরূপ অদু য়েংনিংতুনা লাকখি ) ॥১—৪॥

---

অবিতৃপ্তাক্ষা ( ইবুঙঙো মহাক্কী শ্রীরূপ দর্শন তৌজবদা পেন্না লৈত্রবা মিৎ অনিনা মথোয়গী ওইরবা ব্রহ্মানচিংবনা ) মহর্দ্ধিভিঃ মহতীভিঃ ] ( য়েংবদ ফজরবা ) ( ঋদ্ধিভিঃ ) ( মপুং মরৈ ফারবা ) [ ভোগ্য ভোগোপকরনৈঃ ] ( চান-থক্রবশিং অদুনা ) সমৃদ্ধায়াং ( থম্ন লৈরবা ) [ অত এব ] ( মরম অসিনা ) বিভ্রাজমানয়াং ( নিংথিনা ফজরবা তস্যাং ( দ্বারকা অদুদা ) অদ্ভুতদর্শনম্ ( য়াম্না ফজরবা শকম্না ইবুঙো মহাক্কী ওইবা ) কৃষ্ণং ( শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু ) ব্যচক্ষত ( উজগে ) ।৫

---

শ্রীশুকনা হায়খি নারদনা তাকপা অদুনা মরম ওইদুনা বসুদেব দেবকীগী অঙকপা কোক্লবগী মতুংদা, সনকনচিংবা ঋষি, ইন্দ্রনচিংবা দেবতা, মরীচিনচিংবা প্রজাপতি পুম্নমক অসিনা ইকোয় কোয়শিল্লবা ব্রহ্মানা অমসুং ভূত খিবিক্কা লোয়ননবা মহাদেবনা দ্বারকাদ লাকখি ॥১

শ্রীরূপ অদুনা য়েংবগী পেন্না নাইত্রবা লোক পুম্নমক্কী পাপ মাংহল্লবা মিংচৎনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনিংদুনা ইন্দ্রমচিংবনা দ্বারকাদ লাকখি ॥২—৪

ইবুঙঙো মহাক্কী শ্রীরূপ দর্শন তৌজবদা অপেন্বা লৈত্রবা মিৎ

স্বর্গোদ্যানোপগৈর্মাল্যৈশ্ছাদয়ন্তো যদূত্তমম্ ।
গীর্ভিশ্চিত্রপদার্থাভিস্তুষ্টুবুর্জগদীশ্বরম্ ॥৬

দেবা ঊচুঃ

নতাঃ স্ম তে নাথ পদারবিন্দং
বুদ্ধীন্দ্রিয় প্রাণ মনোবচোভিঃ ।
যচ্চিন্ত্যতেঽন্তর্হৃদি ভাবযুক্তৈঃ
মুমুক্ষুভিঃ কর্ম্মময়োরুপাশাৎ ॥৭

---

স্বর্গোদ্যানোপগৈঃ ( স্বর্গগী অমরাপুরদা লৈরবা ) মাল্যৈঃ ( লৈ থিবিক্না ) যদূত্তমং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ছাদয়ন্তঃ ( চায়থরক্রবা ) চিত্রপদার্থাভিঃ ( পুক্নিং হুনা ফজরবা পদ অমসুং অর্থ থিবিক্না তিল্লবা ) গীর্ভিঃ ( শব্দশিংনা ) জগদীশ্বরম্ ( জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণবু ) তুষ্টুবুঃ ( লৈশি লৈথোকখি ) । ৬

---

দেবাঃ ঊচুঃ ( ব্রহ্মানচিংবনা হায়জখি ) হে নাথ ! বুদ্ধীন্দ্রয় প্রানমনোবচোভিঃ ( বুদ্ধি ইন্দ্রিয়শিং প্রাণ মনঃ অমদি বাহৈ পুন্নমক অসিনা ) তে ( ইবুঙো নহাক্কী ) পদারবিন্দং ( নখোং থম্বাল অসিবু ) [ বয়ং ] নতাঃ স্ম ( ঐখোয়না খুরমজরি ) কর্ম্মময়োরুপাশাৎ ( কর্ম্মগী মশক ওইবা সংসার অসিদা কল্লা পুল্লিবা অসিগী ) মুমুক্ষুভিঃ ( লাম্থোক্লিংলিবা ) জনৈঃ ( মীশিংনা ) ভাবনিষ্ঠৈঃ ( ভক্তিযোগদা লৈ-হুনা ) যৎ ( শ্রীচরণ অসিবু ) অন্তর্হৃদি ( থমোয় মুংদা ) চিন্ত্যতে ( নিংজৈ ) । ৭

---

অসিনা মথোয়গী ওইরবা ব্রহ্মানচিংবনা, য়েংবদ ফজরবা মপুং মরৈ ফারবা চান-থক্রবশিং অহুনা থম লৈরবা, মরম অহুনা নিংথিনা ফজরবা দ্বারকাদো অহুদা, মমাংদা ওইথিদ্রিবা তুংদসু ওইরক্রোইদোবা ফজরবা শক্তম্না মক্তাক্কী ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু উরক্রে ॥৫

স্বর্গগী লৈথিবিক্না চায়থরক্রবা শ্রীকৃষ্ণবু পুক্নিং হুনা ফজরবা পদ অমসুং অর্থনা তিল্লবা বাহৈ থিবিক্না জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌখি । ৬

ত্বং মায়য়া ত্রিগুণয়াত্মনি দুর্বিভাব্যং
'ব্যক্তং সৃজস্যবসি লুম্পসি তদ্গুণস্থঃ।
নৈতৈর্ভবানজিত কর্ম্মভিরজ্যতে বৈ
যৎস্বে সুখেঽব্যবহিতেঽভিরতোঽনবদ্যঃ ॥৮

হে অজিত। ( মায়াগী মথা পোল্লবা. )'ত্বং [ তু ] ( নহাকমক্না ) তৎ গুণস্থঃ ( মায়াগী সত্বনচিংবা গুণদ নিয়ম তৌদুনা লৈরগা ) দুর্বিভব্যম্ ( খল্লুদুনসু খংব ঙমদ্রবা ) ত্রিগুণয়া মায়য়া ( গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়ানা মরম ওইদুনা ) আত্মনি ( নহাক নশামক্তা য়ুমফম ওইদুনা ) ব্যক্ত্যং ( ফোংদোক্লিবা মহলোকনচিংবা জগৎ অসিবু ) সৃজসি ( নহাক্না শেম্লি ) অবসি ( য়োক্লি ) লুম্পসি ( মাংহল্লি বৈ ( লেপ্পা সৃষ্টীনচিংবসি তৌদুনশু ) এতৈঃ ( সৃষ্টীনচিংবা কর্ম্মনা ) ভবান্ ( নহাকপু ) ন অজ্যতে ( ফাজিনবা পুনশিনবা ঙমদে ) যৎ [ যস্মাৎ ] ( মরম অসিদগী ) স্বে ( নশাগী স্বরূপতা ) অব্যবহিতে ( করিগুম্বা অমনা মরক খন্দনা ) সুখে ( মরম্নাই মুঙাইবদা ) অভিরতঃ [ অসি ] পুক্নিং চংবা লৈ ) অতঃ ( মরম অসিনা ) অনবদ্যঃ ( [ অবিদ্যা ] খংদবা ) অস্মিতা ( অহঙ্কার ) রাগ ( চুশবা ) দ্বেষ ( য়েক্নবা ) অভিনিবেশ ( চশিনখিবা মশা ওইশিনখিবা অসিনচিংবা দোষ লৈতবা নহাক্নি ) ।'৮

ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনা হায়রজখি হে নাথ। বুদ্ধি ইন্দ্রিয় প্রাণ মনঃ বচ পুন্নমক অসিনা নহাক্কী নখোং থম্মাল অনিবু ঐখোয়না খুরমজরি, কর্ম্মগী মশক ওইবা সংসারনা কম্না পুল্লিবা অসিদগী লাম্বোক্লিংবা মীশিংনা ভক্তি যোগদা লৈদুনা শ্রীচরণ অনিবু খমোয়রুংদা লিংজৈ ॥৭

বর্ণ'গুম্বা অমগী মথা পোল্লবা। হে কৃষ্ণ। নহাকমক্না মায়াগী সত্বনচিংবা গুণদা নিয়ম তৌদুনা লৈরগা, খল্লুদুনসু খংবা ঙমদ্রবা গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়ানা মরম ওইদুনা ফোংদোক্লিবা মহলোকনচিংবা জগৎ অসিবু শেম্লি য়োক্লি মাংহল্লি, সৃষ্টীনচিংবসি নহাক্না

শুদ্ধির্নৃণাং ন তু তথেড্য দুরাশয়ানাং
বিদ্যাশ্রুতাধ্যয়ন দান তপঃ ক্রিয়াভিঃ।
সত্ত্বাত্মন মৃষভ তে যশসি প্রবৃদ্ধ
সচ্ছ্রদ্ধয়া শ্রবণসম্ভৃতয়া যথা স্যাৎ ॥৯

স্যান্নস্তবাঙ্ঘ্রিরশুভাশয় ধূমকেতুঃ
ক্ষেমায় যো মুনিভিরাদ্র'হৃদোহ্যমানঃ।
য সাত্বতৈঃ সমবিভূতয় আত্মবদ্ভিঃ
বূ্যহেহর্চিতঃ সবনশঃ স্বরতিক্রমায় ।১০

---

হে ঈড্য ( স্তুতি তৌগদবা ওইবা ) ঋষভ ( অখোয়বা ) দুরাশয়ানাং ( ফত্তবা ৱাখল্লা থল্লবা ) নৃণাং ( মীশিংগী ) বিদ্যা শ্রুত্যধ্যয়ন দান তপঃ ক্রিয়াভিঃ ( বিদ্যা হৈবা, বেদতম্বা, দান তৌবা, অৱাবা থা বা, কর্ম্মশিং অসিনা ) তথা ( অদুম্না ) শুদ্ধিঃ ( পুকনিং শেংবা ) ন [ ভবতি ] ( ওইবা ঙমদে ) তু ( তৌইগুম্বসুং ) সত্ত্বাত্মনাং স্বত্তগী মশক ওইরবা ) তে ( নহাক্কী ) যশসি ( মিংচৎ অসি ) শ্রবন সম্ভৃতয়া ( তাক্তব অদুতনা মপুং ফারক্লবা ) প্রবৃদ্ধয়া ( য়াম্না হেনগৎ লক্লবা ) শ্রদ্ধয়া ( শ্রদ্ধা অদুতনা ) যথা স্যাৎ ( পুকনিং শেংই ) ॥৯

---

তব অঙ্ঘ্রিঃ ( নহাক্কী নখোং থম্বাল অনিনা ) নঃ ( ঐখোয়গী ) অশুভাশয়ধূমকেতুঃ স্যাৎ ( পুক্নিংদা লৈবা বিষয়গী অপাম্বশিংবু মংহন্থা মৈ ওইসনু ) যঃ ( অমদি ) ক্ষেমায় ( মোক্ষগীদমক্তা ) মুনিভিঃ ( মুনিশিংনা ) আদ্র'হৃদা ( প্রেম্না থুম্লবা থমোয়দা ) উহ্যমানঃ ( শ্রীচরণবু নিংলিবা ) যঃ অমনা ) তত্র ( মদুদা ) আত্মবদ্ভিঃ ( জ্ঞানীশিংনা ) চ ( অমসুং ) সাত্বতৈঃ ভক্তৈঃ ( সাত্বতভক্তশিংনা ) স্বরতিক্রমায় ( স্বর্গলোক লান্থোক্লুনা বৈকুণ্ঠ ফংনবগীদমক ) সমবিভুতয়ে ( মান্নবা ঐশ্বর্য্য ফংবগীদমক ) সবনশঃ ( ত্রিসন্ধ্যাদা ) বূ্যহে ( বাসুদেবনচিংবা বূ্যহ মরিদা লৈদুনা ) অর্চ্চিতঃ ( পুজা তৌই ) ।১০

---

তৌবা ওইদুনশুং নহাকপু কর্ম্মশিং অসিনা পুঙ্গিনবা ঙমদে মরম অসিদগী নশাগী স্বরূপতা কবিগুম্বা অমনা মরক থন্দনা আত্মারাম ওইনা লৈ, মরম অসিনা ইবুঙো নঙোন্দদি রাগ দ্বেষনচিংবা লৈতবনি ।৮

যশ্চিন্ত্যতে প্রয়তপাণিভিরধ্বরাগ্নৌ
ত্রয্যা নিরুক্তবিধিনেশ হবির্গৃহীত্বা।
অধ্যাত্মযোগ উত যোগিভিরাত্মমায়াং
জিজ্ঞাসুভিঃ পরমভাগবতৈঃ পরীষ্টঃ ॥১১

হে ঈশ। ( হে ভগবন্ ) প্রয়তপাণিভি: ( নিয়মগী যথা পোল্লবা খুৎ অহুনা ) হবি: ( হোম তৌনববু ) গৃহীত্বা ( লৌরগ ) অধ্বর গৌ ( যজ্ঞগী মৈদা ) ত্রয্যা নিরুক্তবিধিনা ( ঋক, যজু, সাম, বেদ অহুম অসিগী তাৎপর্য্য নিংথিনা হায়খিবা নিয়মগী মতুং ইন্না ) ইন্দ্রাদিরূ-পেন ( ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মশক ওইনা ) য: চ ( ইবুঙো নহাক মকপু ) যাজ্ঞিকৈঃ ( যজ্ঞগী ব্রাহ্মনশিংনা ) চিন্ত্যতে [ আরাধয়ন্তি ] ( আরাধনা তৌই — নিংই ) কিঞ্চ ( তৌইগুম্বসুং ) অধ্যাত্ম যোগে ( আত্মজ্ঞানগী মতিক চাব যোগদা লৈরবা ) আত্মমায়'ং ( নহাক্কী ম'থাবু ) জিজ্ঞাসুভিঃ ( খংনি'লিবা ) যোগিভি ( যোগিশিংনা ) [ য: চ চিন্ত্যতে ] ( নহক্কবু নিংঙি ) উত ( অমসুং ) পরম ভগবতৈ: ( অপাম্ব লৈত্রবা ভক্তশিংনা ) য: ( ইবুঙো নহাকপু ) পরীষ্ট: ( পুন্নযক্না ) পূজিত: ( পুজা তৌই ) সোঽস্মান্ ( ইবুঙো নহাক্না ঐখোয়গী ) ধূমকেতু ( অপাম্বা ম'ংহনবা মৈবু ) স্যাৎ ( ওইসনু ) ॥১১

হে অ.থায়বা স্তুতি তৌফম ওইবা ! ফত্তবা বাখল্না থল্লবা মীশিংগীদি বিদ্যা হৈবা বেদতম্বা, দান তৌবা, তপস্যা তৌবা কর্ম্মশিং অসিনা অচুম্না পুক্নিং শেংবা ওইবা ঙমদে তৌইগুম্বসুং সত্ত্বগুণতগী মশক ওইববা নহাক্কী মিংচৎ অসি তাজবা অচুতনা মপুং ফারক্লবা য়াম্না হেনগৎ-লক্লবা শ্রদ্ধা অচুতনা পুকনিংবু শেংহল্লি ॥৯

মহাক্কী নখোং থম্বাল অনিনা ঐখোয়গী পুক্নিংদা লৈবা বিষয়গী অপাম্বশিংবু মাংহনবা মৈ ওইসনু, মোক্ষগীদমক মুনিশিংনা প্রেম্না থুম্লবা থম্মোয়দা শ্রীচরণবু নিংলি, অমনা জ্ঞানীশিংনা অমসুং সাত্বত ভক্ত-শিংনা, শ্রীচরণদা স্বর্গলোক কাম্বোক্তুনা, বৈকুণ্ঠ ফংনবগীদমক মাম্নবা ঐশ্বর্য্য ফংনবগীদমক, সন্ধ্যা অহুনদা বাসুদেব সঙ্কর্ষন, প্রদ্যুম্ন অনিরুদ্ধ ব্যূহ মখি অসিদা পূজা তৌই ॥১০

পর্য্যুষ্টয়া তব বিভো বনমালয়েয়ং
সংস্পর্ধিনী ভগবতী প্রতিপত্নিবচ্ছ্রীঃ
যঃ সুপ্রণীতমমুয়ার্হণমাদদন্নো
ভূয়াৎ সদাঙ্ঘ্রিরশুভাশয়ধূমকেতুঃ ।১২

হে বিভো (হে ভগবন্) প্রতিপত্নিবৎ (লোম্নবী মুপীগুম্না) [নিত্যঃ] সংস্পর্ধিনী (মতম চুপ্পদা কল্লক মিহৌ-চাওরবী) ভগবতী (নহাক্কী ওম্নবী) ইয়ং শ্রীঃ (লক্ষ্মী অসি লৈনা-লৈনা) যঃ [ভবান্] (ইবুঙো নহাক্না) অমুয়া (অসিগুম্বা) ভক্তৈঃ অর্পিতায়া (ভক্তশিংনা কৎলবা) পর্য্যুষ্টয়া (ঙরাংগী ওইবা লৈমন চল্লবা) বনমালয়া (বনমালা অসিনা, মরম ওয়দুনা) সুপ্রনীতম্ [সুষ্ঠু সম্পাদিতং যথা] (ভক্তশিংগী কুংলবা প্রেম ভাবনা থল্লবা) অর্হনম্ (পুজা অদুবু) আদদৎ (লৌবিগি) [অসিগুম্বা] তব (নহাক্কী) অঙ্ঘ্রিঃ (শ্রীচরণনা) নঃ (ঐখোইগী) অশুভাশয়ধুমকেতুঃ (ফত্তবা মাথলবু ঙাক্লবা মৈবু) ভুয়াৎ (ওইসনু) ।১২

হে ভগবন্। নিয়মগী মথা পোল্লবা থুৎনা হোম তৌনবা হবিঃ লৌরগা যজ্ঞগী মৈদা বেদগী বিধি মতুং ইন্না ইন্দ্রনচিংবা দেবতানা মশক ওইনা যজ্ঞপুরুষ ভগবান্ অদুমকপু যজ্ঞগী ব্রাহ্মণশিংনা নিংদুনা আরাধনা তৌই, তৌইগুম্বনুং আত্মতত্ত্বগী মতিক চাবা যোগনা লৈনা যোগীশিংনা নহাক্কী মায়াবু থংনিংদুনা নহাক্তবু নিংঙি, অমসুং নিরপেক্ষ ভক্তশিংনা পুন্নমক্না ইবুঙো নহাকপু পুজা তৌই অদুগুম্বা ইবুঙো মহাক্না ঐখোয়গী অপাম্বা মাংহন্নবা মৈ ওইসনু ।।১১

হে বিভো। লোম্নবী মুপীগুম্না মতম চুপ্পদা কল্লক-মিহৌ চাওরবী, নহাক্কীগু ওয়বী লক্ষ্মী অসি লৈন-লৈনা, নহাক্না অসিগুম্বা ভক্তশিংনা কৎলবা; ঙরংগীসু ওইরবা, মল্লবা লৈমল চল্লবা বনমালা অসিনা মরম ওইদুনা, ভক্তশিংগী কুংলবা প্রেম ভাবনা থল্লবা পুজা অদুবু আদরগা লোয়ননা লৌবিথি। অসিগুম্বা নহাক্কী শ্রীচরণনা ঐখোয়গী বিষয়গী অপাম্ব অসিবু চাক্লবা মৈ ওয়শনু ।।১২

কেতুস্ত্রিবিক্রমযুত স্ত্রিপতৎ পতাকো
যস্তে ভয়াভয়করোঽসুরদেবচম্বোঃ
স্বর্গায় সাধুষু খলেষ্বিতরায় ভূমন্
পাদঃ পুনাতু ভগবন্ ভজতামঘং নঃ ।।১৩
নস্ত্যোতগাব ইব যস্য বশে ভবন্তি
ব্রহ্মাদয়স্তনুভৃতো মিথুরর্দ্দ্যমানাঃ।
কালস্যতে প্রকৃতি পুরুষয়োঃ পরস্য
শংনস্তনোতু চরণঃ পুরুষোত্তমস্য ।।১৪

---

হে ভূমন্! হে নতিক চাওবা! যঃ [ অঙ্ঘ্রি ] ( শ্রীচরণ অদুনা, কেতুঃ পুন্নমকপু জয় তৌবা ধ্বজনি ) ত্রিবিক্রমে ( বামন অবতারদা ) যুতঃ ( ত্তোঙমদবা লৈতবা শক্তিনা ত্তিথনি ) ত্রিপতৎপতাকঃ ( মরোল অহুমদা চেল্লিবা গঙ্গামক্না ফিরান ওইবনি ) [ তথা ] ( অমদি ) অসুর দেব চম্বোঃ ( হিংচাবা লাই অনিগী সেনা অনিদা ) ভয় = অভয়করঃ ( অকিব কিদবা থোকহল্লনি = হিংচাবগী মফমদা অকিবা, দেবতাগীনা কিদবা থোকহল্লনি ) [ যথা ] ( অসিগুম্না ) সাধুষু ( অফবশিংগী মফমদা ) স্বর্গায় ( স্বর্গগী ) খলেষু ( ফত্তবশিংগী মফমদনা ) ইতরায় ( লৈথা তানবগী ) [ ভবতি ] ( ওই ) তে [ পাদঃ ] ( নহাক্কী পাদপদ্মবু ) ভজতাং ( নিংজরিবা ) নেঽঘং ( ঐখোয়গী পাপপু ) পুনাতু ( শেংদোকপিয় ) ।।১৩

---

হে বিভো (হে নতিক চাওবা) মিথুঃ ( মহৈ মহৈ অমনা অমবু ) অর্দ্যমানাঃ ( অরাবা পিনরিবা ) তনুভৃতঃ ( জীবশিং অসিনা ) ব্রহ্মাদয়োঃ [ অপি ] ( ব্রহ্মানচিংবা ফাওবসু ) যস্য বশে ( ইবুঙো নহাক্কী নথাদা ) ভবন্তি ( লেবা ঙাক্তনি ) নসিওতাঃ ( নারেং থাংলবা ) গাব ইব ( যন লাবগুম্না মনিং তৌবা ঙমদবনি ) কালস্য [ নিয়ন্তঃ ] ( নিয়ম তৌরিবা কালগী মশক ওইবা ) প্রকৃতি পুরুষয়োঃ ( প্রকৃতি অমসুং পুরুষ অনি অসিদগীসু ) পরস্য [ শ্রেষ্ঠস্য ] ( অহেথা ) তে পুরুষোত্তমস্য ( পুরুষোত্তম ভগবান্ নহাক্কী ) চরণঃ ( শ্রীচরণ অনিনা ) নঃ ( নহাকপু নিংজরিবা ঐখোয়গী ) মাং [ কল্যানং ] ( য়াইফবা অদু ) তনোতু ( থোকহনবিসনু ) ।।১৪

অস্যাসি হেতুরুদয় স্থিতিসংযমানা—
মব্যক্ত জীবমহতামপি কালমাহুঃ।
সোঽয়ং ত্রিণাভিরখিলাপচয়ে প্রবৃত্তঃ
কালো গভীররয় উত্তমপুষস্ত্বম্।।১৫

---

অস্য (জগৎ অসিগী) উদয়স্থিতি সংযমানাং (সৃষ্টী স্থিতি প্রলয় অচিংবগী হেতু থোক্নবগী মরম অহু) [ত্বম] অসি (নহাক্কি) অব্যক্ত-জীবমহতাং অপি—(অব্যক্ত=প্রকৃতি, জীব—পুরুষ, মহান্=মহৎতত্ত্ব, কৌবা মথোয় অসিবুস্থ) কালং [নিয়ন্তারং] (নিয়ম তৌরিবা কালবুস্থু) ত্বাম্ আহুঃ (মহাক্কি হায়নৈ) অয়ং [সংবৎসরাত্মকঃ] (অসিগুম্বা চহিগী মশক ওইরিবা) ত্রিণাভিঃ [ত্রীণি চাতুর্মাস্যানি] থা মরিনা) নাভয়ঃ (শরুক ওইবা—কোয়শিনবা) ত্রীণি যস্য (অহুম্না মাগী ওইবা [চহি]) গভীররয়ঃ (অকনবা শাফুনা মহাক্কী ওইবা) অখিলস্য (জগৎ অসিগী) অপচয়ে (মাংনবগীদমক) প্রবৃত্তঃ (লেপ্তুনা লৈরিবা) কালঃ (কালগী মশক ওইবা) সঃ [অপি] (মহাক অহুগু) ত্বম্ [এব] (নহাক-মক্কি) অতঃ (মরম আসনা] ত্বম্ (নহাক অসি) উত্তমপুরুষঃ (পুন্নমক্তগী হেথা মহাপুরুষনি) ।।১৫

---

অমাং অতা লৈত্রবা মতম পুন্নমক্তা লৈবা ইবুঙো, শ্রীচরণ অহুনা জয় ওইবগী ফিরানিনি, বামন অবতারদা শ্রীচরন্দা শক্তি পুম্বনা তিনখিবনি মরোন অহুমদা চেল্লিবা গঙ্গানা ধ্বজ ওইবনি, অমদি হিং-চাবশিংগী মক্ষমদা অঁকিবা শিবনি, সাধুশিংগীনা মুক্তাইনবা ওইবনি, হে ভগবন, মহাক্কী পাদপদ্মবু নিংজরিবা ঐখোয়গী পাপ পুন্নমক শেংদোকপিয়ু ।।১৩

হে বিভো। মহৈ মহৈ অমনা অমবু অরাবা পিনরিবা জীবশিং অসিনা, ব্রহ্মানচিংবা ফাওবসু ইবুঙো নহাক্কী নখাদ লৈব ঙাক্তনি, মথোইশিংসি নারেং থাংলবা ষণ লাবগুম্না মনিং তৌবা ঙমদবনি। কালগী মশক ওইবা প্রকৃতি পুরুষ অনি অসিদগীগু অথোয়বা ওইবা

তত্তঃ পুমান্ সমধিগম্য যয়াস্য বীর্য্যং
ধত্তে মহান্তমিব গর্ভমমোঘ বীর্য্যঃ।
সোঽয়ং তয়ানুগত আত্মন আণ্ডকোষং
হৈমং সসর্জ্জ বহিরাবরণৈরুপেতম্ ॥১৬

হে পুরুষোত্তম। পুমান্ ( অহানবা ওইবা পুরুষ অদুনা) ত্বত্তঃ ( ইবুঙো নঙোন্দগী ) বীর্য্যং ( শক্তিবু ) সমধিগম্য ( ফংলগা ) যয়া ( শক্তি অদুনা ) অমোঘঃ বীর্য্যঃ [ সর্ব্বতঃ সন্ ] ( থবক খুদিংমক ঙম্বা ওইদুনা) অস্য ( জগৎ অসিগী ) গর্ভং ইব ( গর্ভগী মতৌগুম্না মহান্তং ( মহৎতত্ত্ববু ) প্রকৃতৌ ( মুল প্রকৃতিদা ) ধত্তে ( পোকহনখি ) সঃ অয়ং ( পুরুষ অসিনা ) যয়া ( শক্তি অদুনা ) অনুগতঃ [ সন্ ] ( তিনবা ওইদুনা ) আত্মনঃ [ সকাশাৎ ] ( মহাক মশাদগী ) বহিঃ ( মপান্দা ) সপ্তভিঃ আবরনৈঃ ( কুয়োম তরেৎনা ) উপেতম্ তিল্লবা —য়োমশিল্লবা ) হৈমং ( স্নাগী ওইবা ) আণ্ডকোষং ( ব্রহ্মাণ্ডগী মশক অসিবু ) সসর্জ্জ ( শেমখি ) ॥১৬

---

পুরুষোত্তম্ ভগবান নহাক্কী শ্রীচরণ অ'ননা নহাকপু নি'জ'রবা ঐখে য়গী য়াইফবা অদু থোকহনাবসনু ॥১৪

জগৎ অসিগী সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়নচিংবগী মরমম্নু নহাক্কি অব্যক্তপ্রকৃতি, জীব, পুরুষ, মহৎতত্ত্ব, মখোয় অসিবু নিয়ম তৌরবা অদু পণ্ডিতশিনা নহাক্কি হায়রম্মি চক্কিগী মশক ওইরিবা থা মরিনা কোয়শিনবা অহুম্না মহাক্কী ওইবা কল্লবা শাফুনা তিনবা, জগৎ অসিগী মাংনবগীদমক লেপ্তুনা লৈদুনা লৈরিবা কালগী মশক ওইবা মহাক অদুসু নহাক মক্কি, মরম অসিদগী নহাক্কা পুম্নমক্কগী হেনবা মহাপুরুষনি।১৫

হে পুরুষোত্তম। অহানবা পুরুষ অদুনা ইবুঙো নঙোন্দগী শক্তি ফংলগা শক্তি অদুনা থবক খুদিংমক ঙম্বা ওইদুনা, জগৎ অসিগী গর্ভগী মতৌগুম্না মহৎতত্ত্ববু মুল প্রকৃতিদা হাপখি, পুরুষ অসিনা শক্তি অদুনা তিনবা ওইদুনা মহাক মশাগী মপান্দা কুয়োম তরেৎবা তিল্লবা স্নাগী ওইবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশক অসিবু শেমখি ॥১৬

তৎ তস্থুষশ্চ জগতশ্চ ভবানধীশো
যন্মায়য়োত্থগুণবিক্রিয়য়োপনীতান্।
অর্থান্ জুষন্নপি হৃষীকপতে ন লিপ্তো
যেঽন্যে স্বতঃ পরিহৃতাদপি বিভ্যতিস্ম ॥১৭

যৎ (সৃষ্টী তৌরুবা মখম অহূদগী) মায়য়া [প্রকৃতিনা মরম ওইহুনা) উত্থগুণবিক্রিয়য়া [উত্থা উর্জ্জৃম্ভিতা যা গুণবিক্রিয়া ইন্দ্রিয় বৃত্তিঃ তয়া] হৌগৎলক্লবা গুণশিংগী মশক ওইবা ইন্দ্রিয়শিংগী (বৃত্তি:) বিষয়, অহুনা) উপনীতান্ [প্রাপ্তান্] (ফংলবা) অর্থান্ [শব্দাদি-বিষয়ান্] শব্দনচিংবা বিষযশিং অসিবু) জুষন [জুষমান অপি দূরাদেব সাক্ষিতয়া অনভবন্ অপি]—(অয়াপ্পদগী সাক্ষি ওইনা খংবা ওইহুনশু ভোগ তৌবা ওইহুনশু) তৈঃ (বিষয়শিং অসিনা) ন লিপ্তঃ (ইবুঙো নঙোন্দ পকশিন্দে মরমদি) তেষ্, অনাসক্তঃ ত্বম্ (বিষয়শিং অহূনা নহাক্কী অপাম্বা লৈতে) অপি চ (তৌইগুম্বসুং) অন্যে (অতোপ্পা) জীবাঃ (জীবশিং) তে (মখোয় অহুনদি) স্বতঃ (মশাগী ওইনা) পরিহৃতাৎ [অধ্যাসপ্রপুত্বে বস্তুতঃ সম্বন্ধরহিতাৎ অপি বিষয় বর্গাৎ] (তশেংবদি মরী লৈনদবনি অহু ওইহুনশু বিষয়শিং অসিগী ক'ক্লুপনি খল্লুবদগী=মহাক্কী নত্তবদা মাগীনি খযদগী) বিভ্যতিস্ম (অকিবা ফংভি) হে হৃষিকপতে (ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইবা) তৎ (মরম অসিদগী) তস্থুষঃ (চত্তবা প্রাণীশিংগী) জগতশ্চ (অমসুং অচৎপা জীবশিংগীসু) ভবন্ এব (নহাক্তনা) অধীশঃ (নিয়ম তৌরিবা মপুনি) ॥১৭

সৃষ্টী তৌরুবা মরমদগী প্রকৃতিনা মরম ওইহুনা হৌগৎলক্লবা গুণশিংগী মশক ওইরিবা ইন্দ্রিয়শিংগী বৃত্তি অহুনা ফংলবা শব্দনচিংবা বিষয়শিং অসিবু ভোগ তৌবা ওইহুনশুং বিষয়শিং অসিনা ইবুঙো নঙোন্দা পকশিন্দে মরমদি বিষয়শিং অহূদা নহাক্কী অপাম্বা লৈতে তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা জীবশিং অহুনদি মহাক্কী নত্তবদা মাগীনি খা-বদগী অকিবা ফংভি! হে হৃষিকপতে। মরম অসিদগী চত্তবা প্রানি-শিংগী অমসুং অচৎপা জীবশিংগী নহাক্তনা নিয়ম তৌরিবা মপুনি ১৭

স্মায়াবলোকলবদর্শিত ভাবহারি-
ভ্রূমণ্ডলপ্রহিতসৌরত মন্ত্র সৌণ্ডৈঃ।
পত্ন্যস্তু ষোড়শসহস্রমনঙ্গবাণৈ-
র্যস্যেন্দ্রিয়ং বিমথিতুং করণৈর্ন বিভ্ব্যঃ ॥১৮

বিভ্ব্যস্তবামৃতকথোদবহাস্ত্রিলোক্যাঃ
পাদাবনেজসরিতঃ শমলানি হন্তুম্।

স্মায়াশলোকস্য (মোমোন মোকপা মিৎয়েংগী) লবেন (অকহা মিৎয়েংনা) দর্শিতঃ (উহনখ্রবা) যঃ ভাবঃ (অহুগুম্বা পুক্লিংগী অপাম্বা তেন (অপাম্বা অহুনা) মনোহারি (পুক্লিং হুরবা) যৎ ভ্রূমণ্ডলং (পিশুমগী অকোয়বা) তেন (মহুনা) প্রহিতাঃ (থোইদোক্লা ফেংদোকখ্রবা) যে সৌরতমন্ত্রাঃ (কামগী ওইবা অহুগুম্বা য়ারী য়াতায়শিং) তৈঃ (য়ারীশিং অহুনা) শৌণ্ডৈঃ (ময়াই কারবা) অনঙ্গবাণৈঃ (কামগী তেন খিবিক্লা) করণৈঃ [অপি] (থাবা ওইদুনশু) ষোড়শ সহস্রং পত্ন্যঃ (নৈমা লিশিং তরাতরুক্লা) যস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) ইন্দ্রিয়ং (পুক্লিং অহুবু) বিমথিতুং (লাংতক্নহন্নবগী হোৎনবদা) ন বিভ্ব্যঃ (ঙমখিদে মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ অসি করিগুম্বা অমত্তগা শকশিন্নদবনি)।১৮

তব (নহাক্কী) অমৃতকথোদবহাঃ (অমৃত ওইরবা) কথা [জন্মাদি নিবর্ত্তকা প্রত্যাকৃষ্ট্যা] (অবতারনচিংবা অহুবু থংহল্লিবা) [তদেব] (য়ারী অহুমক্তা) উদবহাঃ [উদকং বহন্তীতি তথা ভূতাঃ কীর্তিনদ্যঃ] (ঈচেলগী মশক ওইরবা মিংচৎকী তুরেলশিংনা) তথা অমনা) পাদাবনেজ সরিতঃ (পাদ প্রক্ষাল অহুদগী পোক্লবা গঙ্গনা) ত্রিলোক্যা (মরোন অহুমদা লৈরিবা জাবশিংগী) শমলানি (পাপ খিবিকপু) হন্তুং (মাংথবু) বিভ্ব্যঃ (ঙম্নবা) [অতএব] (মরম অসিদগী) শুচিষদঃ (চিত্তশুদ্ধিগী=পুকনিং শেংনবগীদমক্তা হোৎনরবা মীশিংনা) অনুশ্রবং [গুর্বোঃ উচ্চারণং অনুশ্রূয়তে বেদঃ তত্রভবং কীর্তিরূপং

আনুশ্রবং শ্রুতিভিরঙ্ঘ্রিজমঙ্গসঙ্গৈঃ
তীর্থদ্বয়ং শুচিষদস্ত উপস্পৃশন্তি ॥১৯

শ্রীশুক উবাচ।
ইত্যভিষ্টূয় বিবুধৈঃ সেশঃ শতধৃতির্হরিম্।
অভ্যভাষত গোবিন্দং প্রণম্যাম্বরমাশ্রিতঃ ॥২০

তীর্থ ] ( বেদদা লৈবা মিংচৎকী মশক ওইবা তীর্থ অদুবু ) শ্রুতিভিঃ ( তাবনা মরম ওইদুনা ) অঙ্ঘ্রিজং ( গঙ্গানচিংবা অদুবু ) অঙ্গসঙ্গৈঃ ( স্নান-নচিংবনা ) তীর্থদ্বয়ং ( তীর্থ অনি অসিবু ) তে ( মথোয় অদুনা ) উপস্পৃশন্তি ( সেবা তৌরি ) ॥১৯

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুনা হায়খি ) সেশঃ ( মহাদেবগা লোইনরবা ) শতধৃতিঃ ( ব্রহ্মানা ) বিবুধৈঃ ( ইন্দ্রনচিংবা লাইখিবিক্কা লোইননা ) ইতি ( অসুম্না ) হরিম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) অভিষ্টূয় ( স্তুতি তৌদুনা ) প্রনম্য ( খুরুম্নগা ) অম্বরং আশ্রিত্য ( আকাশদা লৈদুনা ) গোবিন্দম্ ( শ্রীগোবিন্দগী মফমদা ) অভ্যভাষতঃ ( মথাদা হায়রকদোরিবসি হায়জখি ) ॥২০

মোমোন নোকপা মিংয়েংগী অকনবা মিংয়েংনা উহনপ্রবা, অদুগুম্বা পুক্নিংগী অপাম্বা অদুনা পুক্নিং হুরবা পিশুমগী অকোয়বা নিংথিরবা অদুনা থোইদোক্লা ফোংদোকপ্রবা, অদুগুম্বা কামগী ওইবা য়ারী বাতাইশিং অদুনা ময়াই কারবা কামগী তেন থিবিক্লা থাবা ওইদুনগুং শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং অদুবু লাংতকহনবগী হোৎনবদা লৈম লিশিং ( ১৬) তরাতরুক অদুনা ওমখিদে ॥১৮

ইবুঙো নহাক্কী অমৃত ওইরবা অবতারনচিংবা অদুবু খংহল্লিবা য়ারী অদুমক্লা, ঈচেলগী মশক ওইরবা মিংচৎকী তুরেলশিংনা, অমদি শ্রীপাদদগী পোক্লবা গঙ্গাবা মরোল অদুমদা লৈরিবা জীবশিংগী পাপ খিবিকপু মংহনবা ঙম্নবা, মরম অসিদগী চিত্তশুদ্ধিগী—পুকনিং শেংনবগীদমক্তা হোৎনরবা মীশিংনা বেদদা লৈবা মিংচৎকী মশক ওইবা

ব্রহ্মোবাচ।

ভূমের্ভারাবতারায় পুরা বিজ্ঞাপিতঃ প্রভো।
ত্বমস্মাভিরশেষাত্মন্ তৎ তথৈবোপপাদিতম্ ।২১
ধর্ম্মশ্চ স্থাপিতঃ সৎসু সত্যসন্ধেষু বৈ ত্বয়া।
কীর্ত্তিশ্চ দিক্ষু বিক্ষিপ্তা সর্ব্বলোকমলাপহা ।।২২

ব্রহ্মা উবাচ (ব্রহ্মানা হায়রম্খি) হে অশেষাত্মন্ প্রভো (পুম্ন-মক্কী আত্মা ওইরিবা হে ভগবন্) ভূমেঃ(পৃথিবী অসিগী) ভারাবতারায় (অরুম্বা অহু মংহনবিনবগীদমক্তা) অস্মাভিঃ (ঐখোয়না) পুরা (অসিগী মমাংদা) ত্বম্ (ইবুঙোম্বী নকমদা) যথা (অহুম্না) বিজ্ঞা-পিতঃ (প্রার্থনা তৌরখিবা) তৎ (মহুবু) তথৈব (মহুমক ওইনা) ত্বয়া (নহাক্না) উপপাদিতম্ (থোকহনবিরে)।২১

ত্বয়া (ইবুঙো মহাক্না) বৈ (লেপ্পমক) সত্যসন্ধেষু [সত্যো ত্বয়ি] (পরংব্রহ্ম মঙোন্দা) সন্ধা [অভিসন্ধি] পুক্নিং থি (কপনা) যেষাং (মখোইগী ওইবা) [তেষু] সৎসু (সাধুশিং অহুগী মকমদা) ধর্ম্মঃ (ধর্ম্মবু) স্থাপিত; (থম্বিরম্রে) তথা (অমসুং) সর্ব্বলোকমলপহা [সর্ব্বেষাংলোকানাং শ্রবণকীর্ত্তনাদিপরাণাং জনানাং] (নহাক্কী লিলা অমদি গুণ তাকপা অমসুং নাম শকচ-শোঙ্গবা মীশিংগী মলানি [পাপানি] (পাপ থিবিকপু) অপহন্তি (মাংহনবিবা) কীর্ত্তিঃ চ (মিংচৎ অহুবুশু) দিক্ষু (মাইকৈ পুম্নমক্তা) বিখিপ্তা [বিস্তারিতা] (শন্দোকপিরম্রে) ।।২২

তীর্থ অহুবু তাবনা মরুম ওইহুনা, গঙ্গান চিংবা অহুবুনা স্নানন চিংবনা, কীর্ত্তন চিংবা অনি অসিবু মথক্তা হায়খ্রিবা মখোয় অসিনা সেবা তৌরি ।।১৯

শ্রীশুকনা হায়খি। মহাদেবগা লোইনরবা ব্রহ্মানা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগা লোইনমা মথক্তা হায়খিবা অসুম্না শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌহুনা। খুরম্লগা আকাশদা লৈহুনা শ্রীগোবিন্দদা হায়রখি ।।২০

পুম্নমক্কী মশক ওইরিবা হে প্রভো, পৃথিবী অসিগী অরুম্বা কোকহনবিনবগীদমক ঐখোয়না মমাংদৈদা ইবুঙো নহাক্কী নকমদা অহুম্না

**অবতীর্য্য যদোর্বংশে বিভ্রদ্রূপমনুত্তমম্ ।**
**কার্ম্মাণ্যুদ্দামবৃত্তানি হিতায় জগতোঽকৃথাঃ ॥২৩**
**যানি তে চরিতানীশ মনুষ্যাঃ সাধবঃ কলৌ ।**
**শৃন্বন্তঃ কীর্ত্তয়ন্তশ্চ তরিষ্যন্ত্যঞ্জসা তমঃ ॥২৪**

---

অনুত্তমম্ [ ন বিদ্যতে উত্তম' যস্মাৎ তৎ ] ( মহুদগী অমুক অহেবা অমা লৈত্রবা ) রূপং [ মনোহরং ] ( পুক্রিং হুনবগী মশক ওইবা ) বপুঃ ( হকচাং অহুবু ) বিভ্রৎ ( যদোঃ বংশে ( যদুগী শাগৈদা ) অবতীর্য্য ( অবতার তৌবিরগা ) জগতঃ হিতায় ( জগৎ কল্যানগীদমক ) উদ্দামবৃত্তানি [ উৎদামানি উৎকটানি বৃত্তানি বিক্রমানি যেষাং ] ( য়াম্না কল্লবা পাঙ্গল ( থৌনা ) অহুনা মথোয় অহুদা ওইবা ) [ তানি ] কর্ম্মানি ( থবকশিং অহুবু ) অকৃথাঃ ( নহাক্না তৌবিরে ) ॥২৩

---

হে ঈশ ! ( পুম্নমকপু খুদুম চল্লিবা কৃষ্ণ ) সাধবঃ [ সদাচারনিষ্ঠঃ ] ( নিংথিব লমচৎনা তিল্লবা [ অমশা ] অতোপ্পগী ফনবতা থল্লবা ) মনুষ্যাঃ ( মী ওইবশিংনা ) যানি =( অসিগুম্বা ) তে ( নহাক্কী ) চরিতানি ( লিলা খিরিক অসিবু ) শৃন্বন্তঃ ( তাজরিবা ) চ কীর্ত্তয়ন্তঃ ( অমসুং শোঞ্জরিবা ) তে ( মথোয় অহুনা ) অঞ্জসা [ অনায়াসেন ] ( ইরা-রাদনা ) তমঃ [ জন্মমরনাদি সংসার কারণং ] ( পোকপা শিবনচিংবা সংসারগী করণ ( মরম ) ওইরিবা ) অজ্ঞান ( মশাবু কাউবা অসিবু ) তরিষ্যন্তি ( লাম্হোক্লককনি ) ।২৪

---

প্রার্থনা তৌজখিবা পুম্নমক অহু, মহুমক ওইনা ইবুঙো নহাক্না হৌজিক পাংথোকহল্লিরে ॥২১

ইবুঙো নহাক্না লেম্নমক, পরংব্রহ্ম নঙোন্দা পুক্রিং থিংজিল্লবা সাধুশিংগী মফমদা ধর্ম্ম থম্বিরম্লে অমনা নহাক্কী লিলা অমদি নগুণবু তাজরবা অমসুং নাম শকচ-শেঙ্গবা মীশিংগী পাপ থিবিকপু মাংহল্লিবা মিংচং অহুম্নু মাইকৈ পুম্নমক্তা শন্দোক্পিরম্লে ॥২২

মহুদগী অমুক অহেনবা অমা লৈত্রবা পুক্রিং হুনবগী মশক ওইবা হকচাং লৌবিরগা যদুগী শাগৈদা অবতার তৌবিদুনা জগৎ কল্যানগীদমক

যদুবংশেঽবতীর্ণস্য ভবতঃ পুরুষোত্তম।
শরচ্ছতং ব্যতীতায় পঞ্চবিংশাধিকং প্রভো ॥২৫
নাধুনা তেঽখিলাধার দেবকার্য্যাবশেষিতম্।
কুলঞ্চ বিপ্রশাপেন নষ্টপ্রায়মভূদিদম্ ॥২৬
ততঃ স্বধাম পরমং বিশস্ব যদি মন্যসে।
সলোকান্ লোকপালান্নঃ পাহি বৈকুণ্ঠ কিঙ্করান্ ॥২৭

---

হে প্রভো (হে পুরুষোত্তম) যদুবংশে (যদুগী শাগৈদা) অবতীর্ণস্য (অবতার তৌরিবা) ভবতঃ (ইবুঙো নহাক্কী) পঞ্চবিংশধিকং (২৫ না হেনবা) শরচ্ছতং [বয়শতং] চহি ১০০না) ব্যতীতায় = অতিক্রান্তং (হেন্দোকপবু) অভূৎ (ওইখ্রে) ॥২৫

---

হে অখিলাধার! অধুনা (হৌজিক অসি) তে (নহাক্কী দেবকার্য্যাবশেষিতম্ (লাইশিংগী থবক্তা অমুক অরেম্বা লৈগৌদ্রে, [ভূমি ভারস্য নিরাকৃতত্ত্বাৎ] ইদং কুলঞ্চ (যদুবংশ অসুসু) বিপ্রশাপেন (ব্রাহ্মণগী শাপনা মরম ওইদুনা) নষ্টপ্রায়ম (মাংবগা মান্নবা) অভূৎ (ওইরে) ॥২৬

---

হে বৈকুণ্ঠ! [বিগত কুণ্ঠ] (হে পাপ লৈতবা) ততঃ [তস্মাৎ অবতার কার্য্যস্য সিদ্ধত্বাৎ] (অসিগী তুংদা) যদি (অসুম্না) মন্যসে (নিংলবা) [তহি] অদু ওইরবদি) পরমং [পরমোৎকৃষ্টং] (পুম্নমক্কী অহেনবা) স্বধাম (নহাক্কী ধাম বৈকুণ্ঠতা) বিশস্ব [যাহি] (লেংবিরো) তথা (অদুগা) সলোকান্ [লোকৈঃ সহিতান্] (লোক পুম্নমক্কা লোইনরবা) নঃ (ঐখোয় অসিবু লোকপালান (লোকপুম্নমকপু ভারিবা) কিঙ্করান (ননাইশিংবু) পাহি (ঙাকপিয়ু) ॥২৭

---

আংোঙ্গ্না অমণা লাকশিল্লা ভমদ্রবা পাঙ্গল থৌনান ১খোয়গী ওইবা ক সনচিংবা হাংশগী থবক অদুবু নহাক্ক তৌবিগ্রে ॥২৩

হে ঈশ! অতোম্নগী ফম্নবতা থল্লবা, মীওইবাশিংনা অসিগুম্না নহাক্কী লিলাশিং অসিবু তাজরবা অমদি শকচ-শোঙ্করিবা মখোয় অদুনা লাইনা অমম্বা সংসার অসিবু লম্থোরক্কনি ॥২৪

শ্রীশুক উবাচ।

সংস্তুতো ভগবানিত্থং বিবুধৈঃ পদ্মজাদিভিঃ।
প্রতিনন্দ্যাহ তান্ রাজন্ মায়ামনুজ ঈশ্বরঃ ॥

শ্রীভগবানুবাচ !

অবধারিতমেতন্মে যদাত্থ বিবুধেশ্বর।
কৃতং বঃ কার্য্যমখিলং ভূমের্ভারোঽবতারিতঃ ॥২৮

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হ'য়খি ) পদ্মজাদিভিঃ ( ব্রহ্মান-চিংবা ) বিবুধৈঃ ( লাইশিংনা ) মায়ামনুজঃ [ স্বেচ্ছয়া গৃহীত মনুষ্য দেহঃ ] ( ইবুঙো মহাক্কী ইচ্ছাতনা মীগী শক্তম লৌখিরবা ) ঈশ্বর পুম্নমকপু থুত্নম চল্লবা ) ভগবান্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ইত্থম্ ( অসুম্না ) সংস্তুতঃ ( স্তুতি তৌদুনা প্রতিনন্দ্য ( নুঙাম্বহল্লবা ) তান্ ( ব্রহ্মানচিংবগী মফমদা ) আহ ( হায়খি ) ॥

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি ) হে বিবুধেশ্বর ( হে ব্রহ্মণ ) যৎ [ সর্ব্বং কার্য্যং নিষ্পন্নম্ ইতি ] ( থবক পুম্নমক পাংথোক্লে অসুম্না আহু ( নহাক্ক হায়রি ) তৎ [ এতৎ ] ( মতু ) মে অবধারিতং ( ঐনসু খংলবনি ) বঃ ( দেবতা নখোয়গী ) অখিলং কার্য্যং ( থবক পুম্নমক ) কৃতং ( তৌগ্রবনি ) যতঃ ( অমসুং ) ভূমেঃ ভার ( পৃথিবীগী অক্কংবু ) অবতারিতঃ ( লৌথোক্লবনি ॥২৮

---

নিপালক্কগী অথোয়বা প্র.ভা ! যদুগী শাগৈদা অবতার তৌরিবা ইবুঙো নহাক্কী চহি ( ১২৫ ) চামকুনমক্তা হৌখ্রে ॥২৫

হে কৃষ্ণ! হৌজিক নহাক্কা নফমদা লাইশিংগী থবক লেমহৌবা লৈত্রে। যদুবংশ অসিশু ব্রাহ্মণগী শাপনা মাংবগা মাংলনা লৈরে।২৬

হে বৈকুণ্ঠ! অসিগী তু.দা অদুম্না নিলবা, অদু শুইরবদি নহাক্কী ধাম বৈকুণ্ঠদা লেংবিরো, অদুগা লেক পুম্নমক অসিগা লোইননা ঐখোয়বু অমসুং ননাইশিংবু ঙাকপিযু।২৭

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি হে ব্রহ্মণ্, থবক পুম্নমক পাংথোক্লে অসুম্না

তদিদং যাদবকুলং বীর্য্যশৌর্য্য শ্রিয়োদ্ধতং।
লোকং জিঘৃক্ষং রুদ্ধংমে বেলয়েব মহার্ণবঃ ॥২৯
যদ্যসংহৃত্য দৃপ্তানাং যদূনাং বিপুলং কুলং।
গন্তাস্ম্যনেন লোকোঽয়ম্ উদ্বেলেন বিনঙ্ক্ষ্যতি। ৩০

বীর্য্যশৌর্য্যশ্রিয়োদ্ধতং [ বীর্য্যং ] ( পাঙ্গল, লাম্ন্থেংনবদা মতিক চাবা,[ শৌর্য্যং ] থৌরা- অকিবা লৈতবা, [ শ্রিয়ং ] লন থুম্নচিংবা সম্পত্তি। তাভিঃ ( মথোয অসিনা মরম ওইদুনা ) উদ্ধত.( ময়াই কারবা ) অতএব ( মরম অসিনা ) লোকং ( সংসার অসিবু ) জিঘৃক্ষং জয় তৌনিংলবা যদিদং [ যাদবকুলং ] ( যদুগী শাগৈ অসিবু ) মে { ময়া ]( ঐহাক্না ) বেলয়া ( লৈরায়না ) মহার্ণব ইব ( অচৌবা সমুদ্রবু ভাকপগুম ) সর্ব্বতঃ ( পুম্নমক্তা ) রুদ্ধং ( খিংদুনা থম্লি ) ॥২৯

[ অতঃ ] ( মরম অসিদগী ) দৃপ্তানাং ( নাপল তৌরবা ) যদূনাং ( যদুশিংগী ) বিপুলং কুলং ( চাওরবা শাগৈ অসিবু ) যদি ( অস্নুম্না ) অসংহৃত্য ( সংহার তৌরমদনা ঐনা লোক অসিদগী ) গন্তাস্মি ( চৎথিবা থোক্লবা [ তদা ] ( মতম অদুদা ) উদ্বেলেন ( মথোযগী মর্য্যাদা লাংথোক্লবা ) অনেন ( যদু শাগৈ অসিনা ) অয়ম লোকঃ ( ভূঃ লোক —পৃথিবী অসিবু ) বিনঙ্ক্ষ্যতি ( মাংহল্লকনি ) ॥৩০

নহাক্না হায়রি, মদু ঐস্থু থংলবনি অমস্তুং পৃথিবীগী অক্কয়ঙ্ক লৌথোক্ল- বনি ।।২৮

লাম্ন্থেংনবদা মতিক চাবা পাঙ্গল; অকিবা লৈতবা মথৌনা, লন থুমগী সম্পত্তিনচিংবা অসিনা ময়াই কারবা, মরম অসিমক্না সংসার অসিবু জয় তৌনিংলবা যদুগী শাগৈ অসিবু ঐহাক্না, লৈরায়না অ- চৌবা সমুদ্রবু ভাকপগুম পুম্নমক্না খিংদুনা থম্লি ॥২৯

নাপল তৌরবা যদুশিংগী চাওরবা শাগৈ অসিবু অস্নুম্না সংহার তৌরমদনা ঐনা লোক অসিদগী চৎথিবা থোক্লবা মতম অদুদা, মথোয়গী মর্য্যাদা লাংথোক্লবা যদু শাগৈ অসিনা ভূঃ লোক—পৃথিবী অসিবু মাং- হল্লকনি। ৩০

ইদানীং নাশ আরব্ধঃ কুলস্য দ্বিজশাপতঃ।
যাস্যামি ভবনং ব্রহ্মণ্ এতদন্তে তবানঘ ॥৩১

শ্রীশুক উবাচ।

ইত্যুক্তো লোকনাথেন স্বয়ম্ভূঃ প্রণিপত্যতম্।
সহ দেবগণৈর্দেবঃ স্বধাম সমপদ্যত ॥৩২
অথ তস্যাং মহোৎপাতান্ দ্বারবত্যাং সমুত্থিতান্।
বিলোক্য ভগবানাহ যদুবৃদ্ধান্ সমাগতান্ ॥৩৩

---

হে অনঘ ( হে ব্রহ্মন্ ) ইদানীং ( হৌজিক অসিদা ) দ্বিজশাপতঃ ( ব্রাহ্মণশিংগী শাপতগী ) [ অস্য ] কুলস্য ( শাগৈ অসিগী ) নাশ আরব্ধঃ ( মাংবা হৌরক্লে ) এতৎ অন্তে ( অসিগী অরোইবদা ) [ বৈকুণ্ঠং যাস্যন্ ] ( বৈকুণ্ঠ চত্তুনা ) তব ভবনং ( নহাক্কী ব্রহ্মলোকস্তু ) যাস্যামি ( চৎকনি ) ॥৩১

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হায়খি ) লোকনাথেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ইতি ( অসুম্না ) উক্তঃ ( হায়রবদা স্বয়ম্ভূঃ ( ব্রহ্মানা ) তম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) প্রণিপত্য ( খুরম্নগা ) দেবগণৈঃ সহ ( লাইয়ামগা লোইনরবা ) দেব ( ব্রহ্মানা ) স্বধাম ( ব্রহ্মলোক ভাম্না ) সমপদ্যত ( চৎখি ) ॥৩২

---

অথ ( ব্রহ্মানা চৎপ্রবা অতুগী তুংদা ) তস্যাং দ্বারবত্যাং ( দ্বারকা অতুদা ) সমুত্থিতান্ ( হৌগৎলবা ) মহোৎপাতান্ ( ফত্তবা থুদম খিবিক অতুবু ) বিলোক্য ( উরবা ) ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ) সমাগতান্ ( মনাক্তা লাক্লবা ) যদুবৃদ্ধান্ ( যদুগী অহলশিং অতুদা ) আহ ( হায়খি ) ॥৩৩

---

হৌজিক ব্রহ্মণশিংগী শাপনা শাগৈ অসিগী মাংবা হৌরক্লে হে অনঘ ! হে ব্রহ্মন ! শাগৈ অসিনা মাংলবগী তুংদা বৈকুণ্ঠ চত্তুনা নহাক্কী ব্রহ্মলোকস্তু চৎকনি ॥৩১

শ্রীশুকদেবনা হায়খি। শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হায়রবদা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু খুরম্নগা লাইয়ামগা লোইননা ব্রহ্মলোকতা চৎখি ॥৩২

ব্রহ্মা চৎপ্রবদা দ্বারকাদা ফত্তবা থুদম উরক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা লাকলিবা যদুগী অহনশিংদা হায়খি। ৩৩

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি। ঐখোয়গী শাগৈ অসিগী মফমদা ব্রহ্মণশিংগী

শ্রীভগবানুবাচ।

এতে বৈ সুমহোৎপাতা ব্যুত্তিষ্ঠন্তীহ সর্ব্বতঃ।
সাপশ্চ নঃ কুলস্যাসীৎ ব্রাহ্মণেভ্যো দুরত্যয়ঃ ॥৩৭
ন বস্তব্যমিহাস্মাভির্জিজীবিষুভিরার্য্যকাঃ।
প্রভাসং সুমহৎ পুণ্যং যাস্যামোহদ্যৈব মা চিরম্ ॥৩৫
যত্র স্নাত্বা দক্ষশাপাদ গৃহীতো যক্ষ্মণোড়ুরাট্।
বিমুক্তঃ কিল্বিষাৎ সদ্যো ভেজে ভুয়ঃ কলোদয়ম্ ॥৩৬

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীকৃষ্ণনা হাযখি ) নঃ অস্মাকং ঐখোয়গী) কুলস্য ( শ কৈগে অসিগী মফমদা ) ব্রাহ্মণেভ্যঃ ( ব্রহ্মাণশিংগী ) দুরত্যয় ( লাম্থোকপা ঙমত্রবা ) শাপঃ আসীৎ ( শাপ লৈখি ) অতঃ ( মরম অসিদগী ) এতে সুমহোৎপাতাঃ (ফত্রবা খুদমশিং অসিন। ) বৈ ( লেপ্পা ) ইহ ( হৌজিক অসিদা ) সর্ব্বতঃ ( মফম পুম্নমক্তা ) উত্তিষ্ঠন্তি ( থোয়দোক হেন্দোক্লা ওইরক্লে ) ॥৩৭

---

[ অতঃ ] ( মরম অসিদগী, হে আর্য্যকা ( অফবা অচুম্বত পাম্নবশা ) জিজীবিষুভিঃ ( শিনিংঙ্গিবা ঐখোয় পুম্বনা ) ইহ ( দ্বারকা অসিদা ) ন বস্তব্যং ( লৈফম থোক্তে ) অদ্য এব ( ঙসিমক ) সুমহৎ ( থোয়দোক-হেন্দোক্লা ) পুণ্যং ( শেংলবা ) প্রভাসং ( প্রভাস তীর্থদা ) যাস্যাম ( ঐখোয় চৎলসি ) চিরং [ অতঃ বিলম্বং ] ( অসিদগী অমুক শম্থবা ) মা [ কার্যী ] ( তৌরগনুসি ) । ৩৫

---

দক্ষশাপাৎ ( দক্ষপ্রজাপতিগী শাপতগী ) যক্ষ্মনা ( ক্ষয়রোগনা যক্ষ্মা কৌবা লোংকী অনাদুনা ) গৃহীতঃ ( গ্রাস তৌগ্রবা ) উড়ুরাট্ ( চন্দ্রনা ) যত্র ( প্রভাস অতুদা ) স্নাত্বা ( স্নান তৌরগা ) কিল্বিষাৎ ( ক্ষয়রোগদগী ) বিমুক্তঃ সন্ ( কোকপা ওইতুনা ) ভুয়ঃ ( অমুক ) সদ্যঃ এব ( থুদক অতুমক্তা ) কলোদয়ম্ [ কলাবৃদ্ধিং ] ( চন্দ্রগী কলা অতু হেনগৎপা ) ভেজে ( ফংখি ) ॥৩৬

---

লাম্থোকপা ঙমত্রবা শাপ লৈখি। মরম অসিদগী ফত্তবা খুদম কয়ানা হৌজিক অসিদা মফম পুম্নমক্তা ওইরক্লে ॥৩৪

বয়ঞ্চ তস্মিন্ আপ্লুত্য তর্পয়িত্বা পিতৄন্ সুরান্।
ভোজয়িত্বোশিজো বিপ্রান্ নানাগুণবতান্ধসা ॥৩৭
তেষু দানানি পাত্রেষু শ্রদ্ধয়োপ্ত্বা মহান্তি বৈ।
বৃজিনানি তরিষ্যামো দানৈর্নৌভিরিবার্ণবম্ ॥৩৮

---

বয়ম্ [ অপি ] ( ঐখোয় পুম্নমক্লসু ) তস্মিন্ ( প্রভাস তীর্থদা ) আপ্লুত্য ( স্নান তৌরগা ) পিতৄন্ ( পিতৃ খিবিক ) সুরান্ চ ( দেবতাশিংবুসু ) তর্পয়িত্বা ( পেনজল্লগা ) নানাগুণবতা ( মথল মথলগী রসনা তিল্লবা) অন্ধসা (অন্ননা) উশিজ = কমনীয়ান্ উত্তমান্ (পাম্নিংঙায় ওইবা অথোইবা ) বিপ্রান্ ( ব্রাহ্মণশিংবু ) ভোজয়িত্বা ( পিজ পিথল্লগা পেলহনগনি ) ॥৩৭

---

তেষু [ ইদৃশেষু ] অসিগুম্বা ) পাত্রেষু ( সৎপাত্র ওইরবা ) বিপ্রেষু ( ব্রাহ্মণশিংদা ) শ্রদ্ধয়া [ যুক্তসন্ ] ( শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ) বৈ ( লেপ্পা ) দানানি ( অম্নচিংবা অদুবু ) উপ্ত্বা ( দান তৌরবদি ) মহান্তি ( অচৌবা মহৈ ফংডি ) নৌভিঃ ( হিশিং অদুনা ) অর্ণবম্ ইব ( সমুদ্রগা'ম্বগুম ) দানৈ ( দানশিং অদুনা ) বৃজিনানি ( অরাবা খিবিকপু ) তরিষ্যাম ( ঐখোয়না লাম্থোকনি ) । ৩৮

---

হে যাদবঃ শিনিংড্রিবা ঐখোয় পুম্বনা দ্বারকা অসিদা লৈফম থোক্তে, ওসিমক য়াম্না শেংলবা প্রভাস থগুদা (তীর্থদা) চৎলসি অসিদগী অমুক পম্থবা তৌরগমুসি ।'৩৫

দক্ষপ্রজাপতিগী শাপতগী ক্ষয়রোগনা যক্ষ্মা কৌবা অনাবনা গ্রাস তৌরবা চন্দ্রনা প্রভাসগী তীর্থদা স্নান তৌরগা ক্ষয়রোগদগী মুক্ত ওইদুনা অমুক হন্না থুদক অদুমক্তদা কলা মপুং ফাবা ( পুর্নিমা ) ওইখি ॥৩৬

ঐখোয় পুম্নমক্লসু প্রভাস তীর্থদা স্নান তৌরগা মতুদা পিতৃশিং অমসুং দেবতাশিংবুসু পেলহল্লগা মথল মথলগী রসনা তিল্লবা অন্ননা অথোয়বা ব্রাহ্মণশিংবু পেলহনগনি ॥৩৭

শ্রীশুক উবাচ।

এবং ভগবতাদিষ্টা যাদবাঃ কুরুনন্দন।
গন্তুং কৃতধিয়স্তীর্থং স্যন্দনান্ সমযুযুজন্ ॥৩৯
তন্নিরীক্ষ্যোদ্ধবো রাজন্ শ্রুত্বা ভগবতোদিতম্।
দৃষ্ট্বারিষ্টানি ঘোরাণি নিত্যং কৃষ্ণমনুব্রতঃ ॥৪০

শ্রীশুকঃ উবাচ (শ্রীশুকদেবনা হায়খি) হে কুরুনন্দন! (হে পরীক্ষিৎ) ভগবতা (শ্রীকৃষ্ণনা) এবং (অসুম্না) আদিষ্টাঃ (য়াথংপিরবা) যাদবাঃ (যদুশিংনা) তীর্থং গন্তুং (প্রভাস তীর্থদা চৎনবগীদমক) কৃতধিয়ঃ সন্তঃ (লেপ্পরম্লুনা) স্যন্দনান্ (দোলাইশিং অদুবু) সমযুযুজন্ (শগোল পানশিনখি) ॥৩৯

হে রাজন্ (হে পরীক্ষিৎ) ঘোরানি (অকিবা ফংলবা) অরিষ্টানি (উৎপাত খিবিকপু) দৃষ্ট্বা (উরগা) ভগবতা (শ্রীকৃষ্ণনা) উদিতম্ (হায়খিবদু) শ্রুত্বা (তারগা) তৎ (প্রভাস তীর্থদা চৎনবা থোৱাংদুবু) উদ্ধব (উদ্ধবনা) নিরীক্ষ্য (উরগা) নিত্যং (তংন থানবা লৈতনা) কৃষ্ণম্ অনুব্রতঃ (শ্রীকৃষ্ণগী তুং ইন্দুনা লৈজখি) ॥৪০

অসিগুম্বা সৎপাত্র ওইবা ব্রাহ্মণশিংদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা অন্নচিংবা দান তৌরবদি লেপ্পা অচৌবা মহৈ ফংঙি। হিশিংনা সমুদ্র লাখগুম দান্ অদুনা মরম ওইদুনা অরাবা কয়া লাম্থোকই ॥৩৮

হে কুরুনন্দন! শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না য়াথং পিরবা যদুশিংনা প্রভাস তীর্থদা চৎনবগীদমক লেপ্পরম্লুনা দোলাইশিং অদুদা শগোল পানশিনখ্রে ॥৩৯

হে রাজন্! অকিবা ফংলবা উপদ্রবশিং অদুবু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবশিং অদু তারগা, প্রভাসতা চৎনবগী তৌরিবা থোৱাংদু উরগা তংন-থানবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী তুং ইন্দুনা লৈজরবা উদ্ধবনা, জগৎ পুরমক অসিগী লাইগীসু লাই ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ অনিবু থংকোক

বিবিক্ত উপসঙ্গম্য জগতামীশ্বরেশ্বরম্ ।
প্রণম্যশিরসা পাদৌ প্রাঞ্জলিস্তমভাষত ॥৪১

উদ্ধব উবাচ ।

দেবদেবেশ যোগেশ পুণ্যশ্রবণকীর্ত্তন ।
সংহৃত্যৈতৎকুলংনূনং লোকং সংত্যক্ষ্যতে ভবান্ ।
বিপ্রশাপং সমর্থোঽপি প্রত্যহন্ ন যদীশ্বরঃ ॥৪২

নাহং তবাঙ্ঘ্রিকমলং ক্ষণার্দ্ধমপি কেশব ।
ত্যক্তুং সমুৎসহে নাথ স্বধাম নয় মামপি ॥৪৩

---

জগতাম্ ( জগৎ পুম্নমক অসিগী ) ঈশ্বরেশ্বরম্ ( লাইগীশু লাই ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ) বিবিক্তে ( অচিকপা মফমদা ) উপসংগম্য ( চৎলগা ) তস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) চরণেন ( শ্রীচরণ অশিবু ) শিরসা প্রণম্য ( কোক শোক্লা খুরুমজরগা ) কৃতাঞ্জলি ( মখুৎ লোম্নহুনা ) অভাষত ( হায়ক্লখি ) ॥৪১

---

উদ্ধবঃ উবাচ ( উদ্ধবনা হায়খি ) হে দেবদেবেশ ! হে যোগেশ ! হে পুন্যশ্রবণকীর্ত্তন ! এতৎ কূলং ( যদুবংশ অসিবু ) সংহৃত্য ( সংহার তৌরগা ) নুন্ ( শোয়দনা ) ভবান্ ( ইবুঙো নহাক্না ) [ ইমং ] লোকং ( মনুষ্য লোক অসিবু ) সংত্যক্ষ্যতে ( থাদোক্লগনি ) ঈশ্বরঃ ( ঈশ্বর ওইবা নহাক্না ) সমর্থঃ অপি ( তৌবা ঙম্বা ওইহুনশু ) বিপ্রশাপং ( ব্রাহ্মণগী শাপ অদুব ) ন প্রত্যহন্ ( মাংহনখিদ্রে ) ॥৪২

---

হে কেশব ( হে কৃষ্ণ ) তব ( ইবুঙো নহাক্কী ) অঙ্ঘ্রিকমলং ( শ্রীচরণ অনিবু ) অহং ( ঐনা ) ক্ষণার্দ্ধং অপি ( মিৎকুপ অমগী তংখায় সাওবা ) ত্যক্তুম্ ( থাদোকপবু ) ন উৎসহে ( থাংবা ঙম্লোই ) অতঃ ( মরম অসিনা ) হে নাথ ( হে কৃষ্ণ ) মামপি ( ঐবাকপুশু ) স্বধামে ( নহাক্কী থামদা ) নয় ( পুবিয়ু ) ॥৪৩

---

শোক্লা খুরুমজরগা মী লৈতবা মফমদা মখুৎ লোম্নজহুনা হায়ক্লখি ॥৪০।৪১

তব বিক্রীড়িতং কৃষ্ণ নৃণাং পরমমঙ্গলম্।
কর্ণপীয়ূষমাস্বাদ্য ত্যজন্ত্যন্য স্পৃহাং জনাঃ। ৪৪

শয্যাসনাটনস্থান স্নানক্রীড়াশনাদিষু।
কথং ত্বাম্ প্রিয়মাত্মানং বয়ং ভক্তাস্ত্যজেম হি। ৪৫

কৃষ্ণ (হে কৃষ্ণ) নৃণাং (মীওইবশিংগী) কর্ণপীয়ূষং (নাকোংগী অমৃতগা মান্নবা) পরম মঙ্গলং (অথোয়বা মঙ্গলগী মশক ওইবা) তব (নহাক্কী) বিক্রীড়িতং (শান্নখিবা লীলা খিবিক অদুবু) আস্বাদ্য (তাজরগা) জনাঃ (মীশিংনা) অন্যস্পৃহাং (বিষয়গী থৌন্নাংবদু) ত্যজন্তি (থা-দোকই) ।।৪৪

[অতঃ] (ঐবু পুবিন্নি হায়রবগী মরমদি) ভক্তাঃ (নহাক্কবু নিংজদুনা লৈরিবা ঐথোয়না (ঐনা) শয্যাসনাটনস্থান স্নানক্রীড়াশনা দিষু=শয্যাসনে (অমত্তদা হিপমিন্নবা) অটনে (কোয়না চৎমিন্নবা) স্থানে (লৈমিন্নবা) স্নানে (ইরুজবা) ক্রীড়ায়াং (শান্ন-থোৎনবদা) অশনে (চাবদা) [তেষ্] (পুম্নমক অসিদা) ত্বাং (ইবুঙো নহাক্কপু) নিত্যং [সেবিতসন্ত'] (তৎতনা সেবা তৌজরিবা) বয়ং (ঐথোয়না [ঐনা]) আত্মনং অপি (ইশা অসিদগীসু) প্রিয়ং (হেন্না নুংশি-জরবা) ত্বাং (নহাক অসিবু) কথং (করম্না) ত্যজেমহি (থাদোক্ক-দগে) ।।৪৫

লাইগীসু লাইওইবা শেংলবা মিংচৎনা নহাক্কী ওইরিবা। হে যোগেশ্বর। যদুবংশ অসিবু সংহার তৌরগা, শোয়দনা ইবুঙো নহাক্কা মনুষ্য লোক অসিবু থাদোক্লগনি মরমদি ঈশ্বর ওইবা নহাক্কা ঙমহনগু ব্রাহ্মণগী শাপ অদুবু মাংহনখিদ্রে ।।৪২

হে কেশব। ইবুঙো নহাক্কী শ্রীচরণ অসিবু ঐনা মিংকুপকী তংখাই ফাওবা থাদোকপা ঙমজরোই, হে নাথ! মরম অসিনা ঐবুশু নহাক্কী ধামদা পুবিযু ।।৪৩

হে কৃষ্ণ। মী ওইবশিংগী নাকোংগী অমৃত ওইরবা মঙ্গলগী মশক

ত্বয়োপভূক্তস্রগ্‌ গন্ধ বাসোঽলঙ্কার চর্চ্চিতাঃ।
উচ্ছিষ্ট ভোজিনো দাস স্তব মায়াং জয়েম হি ॥৪৬
বাতরশনা য ঋষয়ঃ শ্রমণা ঊর্দ্ধমন্থিনঃ।
ব্রহ্মাখ্যং ধাম তে যান্তি শান্তাঃ সন্ন্যাসিনোঽমলাঃ ॥৪৭

ত্বয়া ( নহাক্না ) উপভুক্তাঃ ( শিজিন্নরদুনা থাদোক্লম্বা ) স্রগ্‌ গন্ধ বাসোঽলঙ্কারচর্চ্চিতাঃ ( লৈগী পম্বেং চন্দন ফিরোন অলঙ্কারনচিংবা অসিবু ) অর্চ্চিতাঃ ( সেবা তৌজরিবা অমদি ) উচ্ছিষ্ট ভোজিনঃ ( নহাক্কী অরেম্বা চারিবা ) দাসা ( ননাই ওইরবা ) বয়ং ( ঐখোয়না ) তব ( নহাক্কী ) মায়াং ( মায়া অদুবুদি ) জয়েম হি ( শোয়দনা জয় ওইগনি ) তু তৌইগুম্বসুং নহাকপুদি করম্না থাদোকনি ) ॥৪৬

বাতরশনাঃ ( মাইকৈনা ফিজোন ওইরবা ) শ্রমনাঃ ( ভিক্ষা তৌরিবা ) ঊর্দ্ধমন্থিনঃ ( ব্রহ্মচারি ওইপ্রবা ) অমলা ( পাপ পুণ্য য়াউদ্রবা ) শান্তাঃ ( অশান্বনচিংবা লৈত্রবা ) সন্ন্যাসিনঃ ( ভগবত্তা নিংথিনা কংথোকপ্রবা ) [ চ ] ( অমসুং ) ত্যক্তভোগাঃ ( ভোগ্য পুম্নমক থাদোক্রবা ঋষয়ঃ ( ঋষিশিং ) তে ( মখোয়না ) ব্রহ্ম হায়বা মিং অসিনা থংনরিবা অমাং অতা লৈত্রবা ) ধাম ( ধাম অদুবু ) যান্তি ( ফংঙি ) ॥৪৭

ওইবা ইবুঙো নহাক্কী শাম্নখবা লীলা থিবক অদুবু আস্বাদন তৌজরগা মীশিংনা বিষয়গী খোৱাংবা কোকই ॥৪৪

ঐহাকপু পুম্বিয়ু হায়জবগী মরমদি নহাক্কবু নিংজদ্রনা লৈরিবা ঐনা তুম্বা, চৎপা, ফম্বা, লৈবা, শান্নবা চাবা পুম্নমক অসিদা ইবুঙো নহাক্কবু তংতনা সেবা তৌবা ইশাদগীসু হেম্না মুংশিজরবা নহাক অসিবু করম্না থাদোকপা ঙমগনি ॥৪৫

নহাক্না থাদোক্লম্বা শ্রগ্‌ গন্ধনচিংবা অদুবু সেবা তৌজরিবা অমদি নহাক্কী অরেম্বা চারিবা ননাই ওইরবা ঐখোয়না নহাক্কী মায়া অসিবুদি শোয়দনা জয় তৌরগনি, অদুবু নহাকপুদি করম্না থাদোকপা ঙমগনি ॥৪৬

মাইকৈনা ফিজোল ওইপ্রবা, ভিক্ষারি, রেত ( কাম ) না থক্তা

বয়ন্তিহ মহাযোগিন্ ভ্রমন্তঃ কর্ম্মবর্ত্মসু।
ত্বদ্বার্ত্তয়া তরিষ্যামস্তাবকৈর্দুস্তরং তমঃ ॥৪৮

স্মরন্তঃ কীর্ত্তয়ন্তস্তে কৃতানি গদিতানি চ।
গত্যুৎস্মিতেক্ষণ ক্ষ্বেলি যন্নৃলোক বিড়ম্বনম্ ॥৪৯

হে মহাযোগিন্! বয়ং তু (ঐখোয়দি) ইহ (সংসাব অসিদা কর্ম্মবর্ত্মসু (কর্ম্মশিংগী লম্বীদা) ভ্রমন্তঃ (কোয়না চৎনা) তাবকৈঃ (নহাক্কী) কৃতানি (ওইবা ভক্তশিংগ লোইননা) তে (নহাক্কা) কৃতানি (তৌখিবা, লীলা কর্ম্মশিং) গদিতানি (ৱাংবি শকপিবিবা) তথা (অমনা) গতি (নহাক্কী খোংথাং উৎস্মিতেক্ষণা (থোয়দোক্না মেমোন নোক্ল য়েংবিবা) ক্ষ্বেলি (ময়াম তিন্নদুনা হরাওনা নোকপা) চ (অমসুং) যৎ (অস্মুম্না) নৃলোক বিড়ম্বনং (মী ওইবগী হকচাং লৌবিরম্বা) তৎ চ (মসি পুম্নমকপু) স্মরন্তঃ (নিংশিংজদুনা) চ (অমসুং) কীর্ত্তয়ন্তঃ (গুণশিংবু কীর্ত্তন তৌদুনা) ত্বৎ বার্ত্তযা (নহাক্ক প্রেমগী মশক ওইবা ৱা-পাও অসিতনা) দুস্তরং (লাম্বদা রানা থোক্লবা) তমঃ (অমম্বা সংসার অসিবু) তরিষ্যামি (লাইনা লাস্থোক্কনি) তু কথং তাক্কেম হি (তৌইগুম্বসুং ইবুঙো নহাকপুদি করম্না থাদোক্কনি) ॥৪৮।৪৯

লৈগ্রবা, পাপ পুণ্য লৈত্রবা, অপাম্বনচিবা লেএবা, ঈশ্বরদা পুম্নমক কৎপ্রবা অমাদ ভোগ্য পুম্নমক থাদোক্লবা ঋষশি, মখোয় অসনা ইবুঙো নহাক্কী বৈকুণ্ঠ ধামদা চৎলি।৪৭

হে মহাযোগিন্। ঐখোয়বুদি সংসার অসিদা কর্ম্মশিংগী লম্বীদা কোয়না চত্তুনা নহাক্কী ওইবা ভক্তশিংগা লোয়ননা নহাক্কা তৌখিবা (লিলা কর্ম্ম) ৱাংবি শকপিখিবা, (অমমা) নহাক্কী খোংথা, থোয় দোক্লা মোমোন নোক্কনা য়েংবিখিবা, ময়াম তিন্নদুনা হরাওনা নোকপা অমসুং অস্মুম্না মীওইবগী হকচাং লৌবিরম্বা, মসি পুম্নমকপু নিংশিংজদুনা অমসুং গুণশিংবু কীর্ত্তন তৌজদুনা, নহাক্কী প্রেমগী মশক ওইবা বার্ত্তা অসিতনা লাম্বদা রানা থোক্লবা অমম্বা সংসার অসিবুদি লাইনা লাস্থোক্কনি, অদুবু ইবুঙো নহকপুদি করম্না থাদোক্কনি।৪৯

শ্রীশুক উবাচ।

এবং বিজ্ঞাপিতো রাজন্ ভগবান্ দেবকীসুতঃ।
একান্তিনং প্রিয়ং ভৃত্যমুদ্ধবং সমভাষত॥৫০

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াশিক্যাং একাদশ স্কন্ধে ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ॥৬

---

হে রাজন্! হে পরীক্ষিৎ। এবং (মতৌ অস্নুম্না উদ্ধবনা) বিজ্ঞাপিতঃ (খোয়দোকপা সুংশিবগা লোইননা খংহল্লবা) ভগবান্ (শ্রীকৃষ্ণনা একান্তিনং (অমত্তা ওইনা চংজবা) প্রিয়ং (মুংশিরবা) ভৃত্যম্ (মনাইশু ওইরবা) উদ্ধবং প্রতি (উদ্ধককী মফমদা) অভাষত (হায়-খি।৫০

---

হে রাজন্! মতৌ অস্নুম্না উদ্ধবনা খোয়দোকপা সুংশিবগা লোইননা খংহল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা অমত্তা ওইনা চংজবা মুংশিরবা মনাইশু ওইরবা উদ্ধবকী মফমদা মথাগী বাসি হায়খি।৫০

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরানগী একাদশ স্কন্ধগী ষষ্ঠ অধ্যায় লোইরে॥১১৬

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

### সপ্তম অধ্যায়ঃ

শ্রীভগবানুবাচ।

যদাত্থ মাং মহাভাগ তচ্চিকীর্ষিতমেব মে।
ব্রহ্মা ভবো লোকপালাঃ স্বর্বাসং মেঽভিকাঙ্ক্ষিণঃ।।১

ময়া নিষ্পাদিতং হ্যত্র দেবকার্য্যমশেষতঃ।
যদর্থমবতীর্ণোঽহমংশেন ব্রহ্মণর্থিতঃ।।২

---

শ্রীভগবানুবাচ (শ্রীভগবান্না হয়খি) হে মহাভাগ (হে লাইবক ফরবা উদ্ধব) মাং [প্রতি] (ঐগী ইফমদা) যৎ (মতুং) আত্থ (নহাক্না হায়খি) তৎ (মতু) মে (ঐনা) চিকীর্ষিতম (তৌগে নিংবনি) যত (মতুগী মরমদি) ব্রহ্মা (প্রজাপতিব্রহ্মা) ভবঃ (মহাদেব অপি (অমস্তুং) লোকপালাঃ (ইন্দ্রনচিংবা মখোয়সিনা) মে (ঐগী) স্বর্বাসং (বৈকুণ্ঠদা লৈবনু অভিকাঙ্ক্ষিনঃ (পাম্নহুনা) বর্ত্তন্তে (লৈরি) ।।১

---

ব্রহ্মণা (প্রজাপতি ব্রহ্মানা) অর্থিতঃ (হায়জরবদা) অহং (ঐনা) অংশেন (ইনাই ভক্তশিংগা লোইননা) যদর্থম্ (দেবতাশিংগী অপাম্বা থোক্লবগী অমদি পৃথিবীগী অরান্বা লৌথোক্লবগীদবক) অবতীর্ণঃ (অবতার হৌই) তৎ দেবকার্য্যং (দেবতাশিংগী থবক অদু) অত্র (হৌজিক) ময়া (ঐনা) অশেষতঃ (থাকহৌবা লৈতনা) নিষ্পাদিতম হি (পাংথোক্লবমক্কি) ।।

---

শ্রীভগবান্না হায়খ হে লাইবক ফরবা উদ্ধব, নংনা ঐগী ইফমদা হায়রবা অদু ঐগী আপ্বনি, মতুংগী মরমদি প্রজাপতি ব্রহ্মা মহাদেব অমসুং ইন্দ্রনচিংবা লোকপালশিংনা ঐগী বৈকুণ্ঠদা লৈবনু পাম্নহুনা লৈরি ।।১

কুলং বৈ শাপনির্দগ্ধং নঙ্ক্ষ্যত্যন্যোন্যবিগ্রহাৎ।
সমুদ্রঃ সপ্তমেংহ্নোতাং পুরীঞ্চ প্লাবয়িষ্যতি ।৩
যর্হ্যেবায়ং ময়া ত্যক্তো লোকোঽয়ং নষ্টমঙ্গলঃ।
ভবিষ্যত্যচিরাৎ সাধো কলিনাপি নিরাকৃতঃ ॥৪
ন বস্তব্যং ত্বয়ৈবেহ ময়া ত্যক্তে মহীতলে।
জনোঽধর্মরুচির্ভদ্র ভবিষ্যতি কলৌ যুগে ।৫

---

শাপনির্দগ্ধং ( ব্রাহ্মণগী শাপনা মরম ওইহনা চাকবা ) কুলং বৈ ( শাগৈ অসিশু ) অন্যোন্যবিগ্রহাৎ ( মহৈ মহৈ থৎনবদগী ) নঙ্ক্ষ্যতি ( মাংলগনি ) এতাং পুরীঞ্চ ( দ্বারকা অসিশু ) সপ্তমে অহ্নি ( তরেৎনি শুমৎ ইকুইরা ) সমুদ্রঃ ( সমুদ্রনা ) প্লাবয়িষ্যতি ( লাকশিনগ্রগনি ) ॥৩

হে সাধো ( হে উদ্ধব ) অয়ং লোকঃ ( অসিগুম্বা লোক অসে ) যর্হি এব ( শোযনমক ) ময়া ( ঐনা ) ত্যক্তঃ ভবিষ্যতি ( থাদোক্ল-গানি ) [ তদা ] ( ঐনা থাদোক্লবা মতম অদুদা ) অচিরাৎ ( কুন্দনা খঙৌদনা ) কলিনা ( কলিন ) নিরাকৃতঃ সন্ ( থুদুম চনখিদুনা ) নষ্টমঙ্গল ( মঙ্গল লৈতবা মুভায়বা লৈতববু ) ভবিষ্যতি ( ওইরগনি ) ।৪

হে ভদ্র ( পুকচেল যাক্লবা উদ্ধব ) ময়া ত্যক্তে ( ঐনা থাদোক্লবা ) মহীতলে ( পৃথিবী অসিদা ) চ ( অমসুং ) কলৌ যুগে ( কলি কৌবা যুগ অসিদা ) জনঃ ( মী ওইবনা ) অধর্মরুচি ( ধর্ম নত্তবতা পাম্ববু ) ভবিষ্যতি ( ওইরক্লগনি ) [ অতঃ ] ( মরম অসিনা ) ত্বয়া ( নহাক্লা ) ইহ ( মফম অসিদা ) ন বস্তব্যম্ এব ( লৈগদৌরমক ওইদ্রবনি ) ॥৫

---

প্রজাপতি ব্রহ্মা'না হায়জরবদা ঐনা ইনা'ই ভক্তশিংগা লোইননা দেবতাশিংগীদমক অমদি পৃথিবী অসিগী অরুম্বা কোক্কবগীদমক অবতার লোইহ, হৌজিক দেবতাশিংগী কার্য্য অহু থাকহৌ'রা কৈদনা ঐনা পাংথোক্লবগদ্রি ॥২

ব্রাহ্মণগী শাপনা মরম ওইদুনা শাগৈ অসিশু মথোয় মশেন মহৈ মহৈ থৎনবদগী মাংলগনি, দ্বারকাপুরী অসিশু ঙসি তরেৎনি

**ত্বন্তু সর্ব্বং পরিত্যজ্য স্নেহং স্বজনবন্ধুষু।**
**ময্যাবেশ্য মনঃ সম্যক্ সমদৃগ্ বিচরস্ব গাম্ ।৬**
**যদিদং মনসা বাচা চক্ষুর্ভ্যাং শ্রবণাদিভিঃ।**
**নশ্বরং গৃহ্যমাণঞ্চ বিদ্ধি মায়া মনোময়ম্**

তু ( মরম অসিদগী ) ত্বম্ ( নহাক্না ) স্বজনবন্ধুষু ( নহাক্কী ওইবা মী অমসুং শাগৈ ঙায়নচিংবগী মফমদা লৈবা ) সর্ব্বং স্নেহং ( পুংশিবা পুন্নমকপু ) পরিত্যজ্য ( থাদোক্লগা ) মনঃ ( পুক্নিংবু ) ময়ি ( কৃষ্ণ ঐ ঙোন্দা ) সম্যক্ ( চংখোন্না ) আবেশ্য ( হাপ্লগা ) সমদৃক্ ( মান্নবা মিৎয়েং য়েংদুনা ) গাম্ ( পৃথিবী অসিবু ) বিচরস্ব ( কোয়না চৎলু ) ।৬

মনসা ( পুক্নিং [ মন ] না ) বাচা ( বাহৈনা ) চক্ষুভ্র্যাং ( মিৎ অনিনা ) শ্রবণাদিভিঃ ( নাকোংনচিংবনা ) গৃহ্যমানং ( লৌরিবা ) নশ্বরং ( মাংব নায়বা ) ইদং ( পৃথিবীনচিংবা বিষয়শিংশি ) যৎ ( অদুন্না [ জাগ্রৎ অবস্থাদা ] ) মায়ামময়ম্ ( ঐগী মায়ানা থোক্হল্লবনি ) তৎ ( মদুমা ) [ স্বপ্ন অবস্থাদা ] মনোময়ম্ ( জীবগী মনঃ ন [ পুকনিংনা ] থোকহনবনি ) হায়না ( তুং ) বিদ্ধি ( নংনা খঙ ) ।৭

শুবা মুমিত্তা সমুদ্রনা লাকশিনগ্রগনি ।৩

হে উদ্ধব ! নম লোক অসি ঐনা শোয়দনা থ'দোক্লগনি, মতম অদুদা থংহৌদনা কলিনা থুদুম চনখিদুনা মীওইবগী মুঙাইবা থিবিক মাংলগনি ।৪

হে পুকচেল ফজরবা উদ্ধব। ঐনা থাদোক্লবা পৃথিবী অসিদা অমদি কলি হায়না কৌবা যুগ অসিদা মীওইবনা ধর্ম্ম নত্তবা অদুত্তা পামবক্লগনি। মরম অসিনা, নহাক্না মফম অসিদা লৈরগনু ।।৫

মরম অসিদগী হে উদ্ধব, নহাক্কী ওইব মী, শাগৈ ঙায়নচিংবগী পুংশিবা পুন্নমক থাদোক্লগা ( কৃষ্ণ ) ঐঙোনদা পুক্নিং অদু নিংথিনা হাপ্লগা পুন্নমক্তা মান্নবা মিৎয়েং থমদুনা পৃথিবী অসিদা কোয়না চৎলু ।।৬

পুক্নিংনচিংবা ইন্দ্রিয়শি না লৌরিবা পৃথিবীনচিংবা বিষয় পুন্নমক অসি জাগ্রৎ অবস্থাদনা (তুমদবা মতমদনা) ঐগী মায়ানা,স্বপ্নদনা (মং মংবগী মতমদনা)

পুংসোঽযুক্তস্য নানার্থো ভ্রমঃ স গুণদোষভাক্।
কর্ম্মাকর্ম্ম বিকর্ম্মেতি গুণদোষধিয়ো ভিদা ॥৮
তস্মাদ্ যুক্তেন্দ্রিয়গ্রামো যুক্তচিত্ত ইদং জগৎ।
আত্মনীক্ষস্ব বিততমাত্মানং ময্যধীশ্বরে ॥৯
জ্ঞান বিজ্ঞানসংযুক্ত আত্মভূতঃ শরীরিণাম্।
আত্মানুভবতুষ্টাত্মা নান্তরায়ৈঃ বিহন্যসে ॥১০

---

অযুক্তস্য ( মহাক্কী অন্তকরণ মনঃ বুদ্ধিশচিংবত্থু ঈশ্বর ঐৎতোন্দা নিংথিনা হাপত্রিবা মহাক অত্থুগী ) নানার্থঃ ভ্রমঃ ( মায়দবা ভ্রম অসি ) ( ভবতি ওই ) সঃ ( পুমান এব ) ( মী অত্থুতবা ) গুণ দোষভক্ ( পুণ্য পাপকী শরুক ওই ) পুংসঃ [ এব ] ( পুণ্য অমসুং পাপকী শরুক ওইরিবা মী অত্থুগী মফমদতা ) গুণদোষধিয়ঃ ( গুণদোষ অনিগী খাখল ওইবগী মফমদা ) কর্ম্মাকর্ম্ম বিকর্ম্মাঃ ( কর্ম্ম, অকর্ম্ম, বিকর্ম্ম হায়বা ) ইতি ভিদা ( ভেদজ্ঞান অসি ওই ) ।৮

---

তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) যুক্তেন্দ্রিয়গ্রামঃ ( মিৎ নাকোংনাচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসি থুত্থম চল্লগা ) যুক্তচিত্তঃ সন্ ( পুক্কিং লাকশিন্দুনা ) ইদম্ জগৎ ( দেহনচিংবা জগৎ পুম্নমক অসি ) আত্মনি ( জীবগী মশক ওইবা আত্মাদা ) তথা ( অমনা ) আত্মানম অপি ( জীবাত্মা অসিশু ) অধীশ্বরে ময়ি ( পুম্নমক্কী মপু ওইবা ঐৎতোন্দা ) বিততং ( শিন্ন-থুনা লৈবনি অস্মুনা ) ঈক্ষস্ব ( য়েংঙু ) ।৯

---

জ্ঞানবিজ্ঞানসংযুক্তঃ ( বেদগী তাৎপর্য্য ওইবা ) পরোক্ষজ্ঞান ( ঈশ্বর ফংনবা অরেপ্প জ্ঞান অত্থু নিংথিনা লৌশিনখ্রা অত্থুদগী ওই-রকপা বিজ্ঞান [ অনুভব ] অত্থুনা মপুং ফানা ভিল্লবা ) আত্মানু-ভবতুষ্টাত্মা ( আত্মদর্শন অত্থুনা পুক্কিং পেল্লবা ) শরীরিণাং ( দেহ লৌত্থুনা লৈরিবশিংগী ) আত্মভূতঃ ( আত্মা ওইরবা ) ত্বং ( নহাক্না ) অন্তরায়ৈঃ ( দেবতাশিংনা তৌরকপা য়ৈথাইবশিং অত্থুনা মরম ওইত্থুনা ) ন বিহন্যসে ( অকায়বগী মশক ওইরোই ) ॥১০

---

জীবগী পুকনিংনা কল্পনা তৌবনি হায়রদা নংদা থংউ ॥৭

দোষবুদ্ধ্যোভয়াতীতো নিষেধান্ন নিবর্ত্ততে ।
গুণবুদ্ধ্যা চ বিহিতং ন করোতি যথার্ভকঃ ।।১১
সর্ব্বভূতসুহৃচ্ছান্তো জ্ঞান বিজ্ঞাননিশ্চয়ঃ ।
পশ্যন্ মদাত্মকং বিশ্বং ন বিপদ্যেত বৈ পুনঃ ।।১২

উভয়াতীতঃ ( পাপ অমসুং পুণ্যনা শোক্ত্রবা যে মীনা ) নিষেধাৎ (শাস্ত্রনা খিংবা থবক্তগী দোষগী বুদ্ধিনা ) ন নিবর্ত্ততে ( হন্দোক্ত ) চ ( অমসুং ) বিহিতং [ কর্ম্ম ] ( তৌ হায়না তাক্লিবা কর্ম্ম অদুবুনা ) গুণবুদ্ধ্যা ( গুণগী মরম ওইনা ) ন করোতি ( তৌদে ) অর্ভকঃ যথা ( মচুদি অঙাংনা শাস্ত্রবগুমই ) ।।১১

সর্ব্বভূতসুহৃৎ ( জীব পুম্নমক্কী ফনবা খল্লিবা ) শান্তঃ ( পুক্নিং লেংদ্রবা ) জ্ঞান বিজ্ঞাননিশ্চয়ঃ ( পরোক্ষজ্ঞান অপরোক্ষজ্ঞান নিংথিনা থংলবা ) [ যোগী ] ( ভক্ত অদুনা ) বিশ্বং ( সংসার অসিবু ) মদাত্মকং ( কৃষ্ণ ঐগী স্বরূপ ওইনা ) বৈ ( লেপ্পা ) পশ্যন্ ( উদুনা ) পুনঃ ( অমুক হন্না ) ন বিপদ্যেত ( অরাবা ফংদ্রে ) ।।১২

মহাক্কী অন্তরণ অদু ঈশ্বর ঐঙোন্দা নিংথিনা হাপত্রিবা মহাক অদুগী মফমদা মায়নবা ভ্রম্ অসি ওই, মী অদুতনা পাপ পুণ্যগী শরুক ওই, অসিগুম্বা মীগী মফমদতা পাপ পুণ্যগী রাথল ওইবা কর্ম্ম অকর্ম্মগী ভেদজ্ঞান অসি ওই । ৮

মরম অসিদগী মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসি থুদুম চল্লগা লাকশিন্দুনা দেহনচিংবা জগৎ অসি জীবাত্মাদা লৈবনি অমসুং জীবাত্মা অসিনা পুম্নমক্কী মপু ওইবা ঐঙোন্দা শিন্থুংনা লৈবনি অসুম্না য়েংবা তম্মু ।।৯

বেদগী তাৎপর্য্য ওইবা ঈশ্বর ফংনবগী অরেপ্পা জ্ঞান অদু নিংথিনা লৌশিম্বা অদুদগী ওইরকপা অনুভব অদুনা মপুং ফাবা তিল্লবা আত্মদর্শন অদুনা পুক্নিং পেল্লবা, দেহ লোৎদুনা লৈরিবশিংগী আত্মা ওইরবা নহাক্না, দেবতাশিংনা তৌরকপা য়ৈথাইবশিং অদুনা মরম ওইদুনা অকায় অতোই থোক্লরোই ।।১০

শ্রীশুক উবাচ।

ইত্যাদিষ্টো ভগবতা মহাভগবতো নৃপ।
উদ্ধবঃ প্রনিপত্যাহ তত্ত্বজিজ্ঞাসুরচ্যুতম্ ॥১৩

উদ্ধব উবাচ।

যোগেশ যোগবিন্যাস যোগত্মন্ যোগসম্ভব।
নিঃশ্রেয়সায় মে প্রোক্তস্ত্যাগঃ সন্ন্যাসলক্ষণঃ ।১৪

---

শ্রীশুক উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হায়খি ) হে নৃপ ( হে পরীক্ষিৎ ) ইতি ( অসুম্না ) ভগবতা ( শ্রীভগবাননা ) আদিষ্টঃ ( থংহল্লবা ) মহা ভাগবতঃ ( অথোইবা ভক্ত ) উদ্ধব ( উদ্ধবনা ) তত্ত্বং ( আত্ম তত্ত্ববু ) জিজ্ঞাসুঃ ( হংনিংহুনা ) অচ্যুতং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) প্রণিপত্য ( খুরমজহুনা ) অহ ( হায়জখি ) ॥১৩

---

উদ্ধবঃ উবাচ ( উদ্ধবনা হায়জখি ) যোগেশ ( হে যোগগী মপু ) যোগবিন্যাস ( যোগগী লম্বী তাকপিবা ) যোগাত্মন্ ( যোগমক ওইবা ) যোগসম্ভব ( যোগগী পোক্রফম ওইবা হে কৃষ্ণ ) মে ( ঐহাকী) নিঃশ্রেয়সায় ( মোক্ষ ফংনবগীদমক ) অয়ং সন্ন্যাসলক্ষণঃ ( সংন্ন্যাসগী লক্ষণ অসিবু ) ত্যাগঃ চ ( ত্যাগকী লক্ষণবুশু ) প্রোক্তঃ ( হায়রিব্রে ) ॥১৪

পাপ পুণ্যনা শোকপা ওমত্রবা যোগীনা শাস্ত্রগী বাংমদা স্বভাবকী ওইবা কর্ম তৌই ॥১১

জীব পুম্বগী ফনবা খল্লবা পুক্লিং লেংত্রবা ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান্ অমসুং অনুভব তৌরবা ভক্ত অহুনা .সংসার অসিবু ঐগী স্বরূপ্নি অসুম্না উই; মহাক অদু সংসারদা অমুক হন্না পোক্তে ॥১২

শ্রীশুকনা হায়খি হে পরীক্ষিৎ! শ্রীভগবান্‌না অসুম্না তাক-পিরবদা পরম ভক্ত ওইবা উদ্ধবনা আত্মজ্ঞান ফংনিংলহুনা শ্রীকৃষ্ণবু খুরমজরগা হায়জখি ॥১৩

উদ্ধবনা হায়খি হে যোগগী মপু ওইবিরিবা, হে যোগগী লম্বী তাকপিরিবা, হে যোগমক্কি মশক ওইবিরিবা, হে যোগগী পোক্রফম ওইবা হে কৃষ্ণ! নহাকী ননাই ওইবা ঐবু লানবীগে=মোক্ষ

ত্যাগোঽয়ং দুষ্করো ভূমন্ কামানাং বিষয়াত্মভিঃ।
সুতরাং ত্বয়ি সর্ব্বাত্মন্নভক্তৈরিতি মে মতিঃ ॥১৫

সোঽহং মমাহমিতি মূঢ়মতির্বিগাঢ়—
স্ত্বন্মায়য়া বিরচিতাত্মনি সানুবন্ধে।
তত্ত্বঞ্জসা নিগদিতং ভবতা যথাহং
সংসাধয়ামি ভগবন্ননুশাধি ভৃত্যম্ ।১৬

হে সর্ব্বাত্মন্, হে ভূমন্। (হে জগৎ পুম্বমক অসিগী মশক ওইরিবা ইবুঙো) বিষয়াত্মভি, (বিষয়দা পুকনিং লুপশিল্লবা) অভক্তৈ (ইবুঙো নংবু নিংদবশিংনমি) ত্বয়ি (ইবুঙো নহাকপু ফংনবগী মরীদা) কামানাম্ (অপাম্বগী মশক ওইবা বিষয়শিং অসিগী) অয়ং (অসি-গুম্বা) ত্যাগঃ (থাদোক্পা হায়বা অসি) দুষ্করঃ ইতি (তৌবা ঙমলোই হায়বসি) মে মতি (ঐগী মতম্নি=ঐগী থাজবনি) ।১৫

সোঽহং (উদ্ধব কৌবা ঐ অসিদি) মূঢ়মতি (জ্ঞান তৈতবনি পাংলমনি) ত্বন্মায়য়া (নহাক্কী মায়ানা) বিরচিতে (শেম্লবা) সানুবন্ধে (ইচা অমসুং ইতুনচিংবগা লোইনরবা) আত্মনি (শরীর অসদা) মমাহম্ (ঐগী অমদি ঐ) ইতি (অসুম্না) বিগাঢ় (লুপপিন্দুনা লৈরবনি) [অতঃ] (মরম অসিনা হে ভগবন্) ভবতা (ইবুঙো নহাক্না) নিগদিতং (তাকপিখিবা তৎ তু (মতুমক) যথা (অসুম্না) অঞ্জসা (লাইনা) অহং (ঐনা) সংসাধয়ামি (নিংথিনা পাংথোক-চবা ঙমগদৌবা [তথা] অতুম্না) ভৃত্যং [মাং] (ননাই ওইবা ঐবু) অনুশাধি (তাকপি- তম্বিয়ু) ।।১৬

মংহ-বাগে হায়বগী মমক সন্ন্যাসকি লক্ষণ অমদি ত্যাগকি লক্ষণ=সংসারবু থাদোক্নুনা ইবুঙো নঙোন্দা চংজনবগী রাকমবুসু ইবুঙো নংনা হায়-বিগ্রে ।।১৪

পুম্বমক্কী মশক লৌরিবা! হে ভূমন্! নহাক্কী নফমদা ভক্তি লৈত্রবা, মরম অতুমক্না থোয়দোক হেন্দোক্লা বিষয়গী মুক্তি ওইগ্রবা মীশিংনা, অপাম্বশিং অসিগী থাদোকপা হায়বা অসিবু তৌবা ঙম্মোয় হায়বসি ঐগী থাজবনি ।।১৫

সত্যস্ত্ব তে স্বদৃশ আত্মন আত্মনোঽন্যং
বক্তারমীশ বিবুধেষ্বপি নানুচক্ষে।
সর্ব্বে বিমোহিতধিয়স্তব মায়য়েমে
ব্রহ্মাদয়স্তনুভৃতো বহিরর্থ ভাবাঃ ॥১৭

---

হে ইশ ( হে পুম্নমকপু শাসন তৌরিবা কৃষ্ণ ) সত্যস্য ( সং ওই-রবা ) আত্মনঃ ( পরমাত্মা ওইবা ) তে ( ইবুঙো নহাক্কী ) আত্মনঃ অন্যং ( উজরিবা শক্তম অসিদগী তেঙ্গাবা ) বক্তারং ( তাকপিবা ওস্বা অমবু ) বিবুধেষু অপি ( লাইশিংগী মরক্তস্থ ) ন অনুচক্ষে ( ঐনা উবা ফংজদে ) যতঃ ( মরমদি ) তব ( নহাক্কী ) মায়য়া ( মায়ানা মরম ওইদুনা ) বহিঃ অর্থভাবাঃ ( মপানগী বিষয়তা উদুনা লৈরবা ) তনুভৃতঃ ( হকচাং পুদুনা লৈরিবা ) ইমে ( অসিগুম্বা ) ব্রহ্মাদয়ঃ ( ব্রহ্মাদগী হৌদুনা ) সর্বে [ বয়ং ] ( ঐখোয় পুম্নমক অসি ) বিমোহিতধিয ( থোযদোক্লা বুদ্ধি গুমহৎপ্রে ) ॥১৭

---

( নহাক্কি পুম্নমক থাদোক্লগা পৃথিবী অসিবু কোয়না চৎলু ) অস্তুম্না তাকপিরিবা ঐ অসিদি জ্ঞান লৈতবনি, অপংবনি, নহাক্কী মায়ানা শেম্নবা ইচা অমম্থং ইতুনচিংবগা লোইনরবা শরীর অসিদা ঐ অস্তুম্না পুনশিন্দুনা লৈরবনি, মরম অসিনা হে ভগবন্ ! ইবুঙো নহাক্না তাকপিখিবা অচুম্বক, অচুম্না লাযনা ঐ অসিনা নিংথিনা পাংথোকচবা ঙমগদোব' অতুম্না নমাই ওইবা ঐবু তাকপি তম্বিয়ু ।১৬

পুম্নমক অসিবু য়োকাপিরিবা হে কৃষ্ণ ! সং ওইরবা পরমাত্মা ওইবা ইবুঙো নহাক্কী উজরিবা শক্তম অসিদগী তোঙানবা অচেনবা গুরু অমবু লাইশিংগী মরক্তস্থ ঐনা উবা ফংজদে, মরমদি নহাক্কী মায়ানা মরম ওইদুনা মপানগী বিষয়শিং অসিতা উদুনা লৈরবা হকচা পুদুনা লৈরবা অসিগুম্ব ব্রহ্মাদগী হৌদুনা ঐখোয় পুম্নমক বুদ্ধি অসি নিংথিনা গুমহৎপ্রে ॥১৭

মরম অসিদগী অবাবগী মপৈনা চাক্লবা, বুদ্ধি লৈতাবা ওমদ্রবা ঐনা, হে ভগবন্ ! লেম্নমক করিগুম্বা অমনা ওন্থবা ওমদ্রবা, দেশ কালনা

তস্মাদ্ভবন্তমনবদ্যমনন্ত পারং
সর্ব্বজ্ঞমীশ্বরমকুণ্ঠ বিকুণ্ঠধিষ্ণ্যম্।
নির্ব্বিণ্ণধীরহমু হ বৃজিনাভিতপ্তো
নারায়ণং নরসখং শরণং প্রপদ্যে ।১৮

শ্রীভগবানুবাচ।

প্রায়েণ মনুজা লোকে লোকতত্ত্ববিচক্ষণাঃ।
সমুদ্ধরন্তি হ্যাত্মানমাত্মনৈবা শুভাশয়াৎ ।১৯

---

তস্মাৎ (মরম অসিদগী) বৃজিনাভিতপ্তঃ (অরাবগী (পাপকী) মপৈনা চান্নবা) নির্ব্বিণ্ণধী (বুদ্ধি লৈতাবা ওমত্রবা) অহং (ঐনা) উ (হে ভগবন্) হ (লেপ্না) অনবদ্যম (করিগুম্বা অমবা থুমজিবা [ওকহথা] ওমত্রবা) অনন্ত পারং (দেশ কালনচিংবনা মরক থন্দ্রবা) সর্ব্বজ্ঞম্ (পুম্নমক থংলি উরিবা) ঈশ্বরম্ (পুম্নমক অসিবু থুহম চল্লিবা) অকুণ্ঠ বিকুণ্ঠধিষ্ণ্যম্ (কালনা চিংবনা মাংহনবা ওমত্রবা বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈবা) নরসখং (জীবগী কান্নবা তৌবিরিবা) নারায়ণং (জীবগী তুংফম ওইরিবা) ভবন্তম্ (নহাক্কী শ্রীচরণদ) শরণং প্রপদ্যে (চংজরি) ॥১৮

---

শ্রীভগবান্ উবাচ (শ্রীভগবান্না হায়রি হে উদ্ধব) লোকে (সংসার অসিদা) লোকতত্ত্ববিচক্ষণাঃ (সংসারগী অচুম্বা মশক য়েংশিল্লিবা) মনুজাঃ (মনুগী মচাশিংনা) আত্মনা এব (বিচারবুদ্ধি অহুত্না) আত্মানং (ইন্দ্রিয়শিং অসিবু) অশুভাশয়াৎ (বিষয় ভুম্না চংশিল্লা অহদগী) প্রায়েন (মপুং ফানা) সমুদ্ধরন্তি (য়াম্না চংথোক্না লৌথিল্লি) ॥১৯

---

চিংবনা মরক থন্দ্রবা. পুম্নমক অসিবু থংলি-উরিবা, পুম্নমকপু থুহম চল্লিবা. কালনচিংবনা মাংহবা ওমত্রবা বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈরিবা, জীবগী কান্নবা তৌবিরিবা, জীবগী তুংনকন ওইরিবা মহাক্কী শ্রীচরণদা চংজরি ॥১৮

শ্রীভগবান্না হায়রি হে উদ্ধব। সংসার অসিদা, সংসার অসিগী

আত্মনো গুরুরাত্মৈব পুরুষস্য বিশেষতঃ।
যৎ প্রত্যক্ষানুমানাভ্যাং শ্রেয়োঽসাবনুবিন্দতে ॥২০
পুরুষত্বে চ মাং ধীরাঃ সাংখ্যযোগবিশারদাঃ।
আবিস্তরাং প্রপশ্যন্তি সর্ব্বশক্ত্যুপবৃংহিতম্ ॥২১

আত্মনঃ (জীবগী) বিশেষত (বিশেষ ওইনা) পুরুষস্য (পুরুষগী মফমদা) আত্মা এব (বুদ্ধি অসিতনা) গুরুঃ (গুরুনি অথোয়বনি) যৎ (মতুগী মরমদি) অসৌ [আত্মা] (বুদ্ধি অসিনা) প্রত্যক্ষানু-মানাভ্যাং (প্রত্যক্ষ=মিংনা উবা অমসুং অনুমানগা ভাবনা শাবনা মরম ওইদুনা) শ্রেয়ঃ (অথোয়বা পুরুষার্থগী মশক ওইবা আত্মাবু) অনুবিন্দতে (থংবা ঙম্মি) ॥২০

চ (অমসুং) পুরুষত্বে [প্রাপ্তে] (পুরুষ=মীওইবগী মপোক ফংলিবা অসিদা) সাংখ্য যোগবিশারদাঃ (জ্ঞান অমসুং ভক্তিযোগদা হৈ শিংলবা) ধীরাঃ (অপাম্বা অশাওবনচিংবা লৈতবা মীশিংনা) সর্ব্ব শক্ত্যুপবৃংহিতম্ (শক্তি পুম্নমক্না মপুং ফানা লৈরবা) মাং [আত্ম-স্বরূপ] (আত্মস্বরূপ ওইবা) আবিস্তরাং (মফম খুদিংমক্তা) প্রপ-শ্যন্তি (উদুনা লৈ) ॥২১

অচুম্বা মশক য়েংশিনবা মনুগী মচাশিংনা বিচারবুদ্ধি অদুতনা ইন্দ্রিয়-শি অসিবু বিষয়ভমা চংশিনবা অদুদগী মপুং ফানা, য়াম্না নিংথিনা লৌশিল্লি ॥১৯

হে উদ্ধব। জীবগী, থোয়দোক্লা পুরুষগী মফমদা বুদ্ধি অসিতনা অথোয়বনি, মসিগী মরমদি বুদ্ধি অসিনা প্রত্যক্ষ অমদি অনুমান অসি অসিনা মরম ওইদুনা অথোয়বা পুরুসার্থ ওইবা আত্মাবু থংঙি। ২০

অমসুং হে উদ্ধব। মী ওইবগী মপোক অসিদা, জ্ঞান অমসুং ভক্তি-যোগবু নিংথিনা থংলবা কাম ক্রোধ লৈতবা মীশিংনা শক্তি পুম্নমক্না তিল্লবা, আত্মস্বরূপ ওইবা কৃষ্ণ ঐবু মফম পুম্নমক্তা উদুনা লৈ ॥২১

হকচাং পুদুনা লৈবা জীবগী মনুংদা, মথোং অনিদগী মথোং ময়াম পানবা, অমদি মথোং ইপান থান্দবা ফাওবগী মনুংদা, মী ওইবগী

এক দ্বি ত্রি চতুষ্পাদো বহুপাদস্তথাপদঃ।
বহ্ব্যঃ সন্তি পুরঃ সৃষ্টাস্তাসাং মে পৌরুষী প্রিয়া ২২
অত্র মাং মৃগয়ন্ত্যদ্ধা যুক্তা হেতুভিরীশ্বরম্।
গৃহ্যমাণৈগুণৈর্লিঙ্গৈরগ্রাহ্যমনুমানতঃ ॥২৩

এক দ্বি ত্রি চতুঃ পাদ ( খোং অমা পানবা; অনি পানবা অহুম পানবা, মরি পানবা, ) বহুপাদঃ ( খোং ময়াম পানবা ) তথা ( অমর্দি ) অপদ ( মখোং ইপান পান্দবা ) বহ্ব্যঃ ( কয়ামুক ওইবা মখোং পানবা ) পুরঃ ( শরীর ময়াম ) সৃষ্টাঃ সন্তি ( শেমহুনা লৈরি ) তাসাং [ মধ্যে ] ( মখোয়গী মনুংদা ) মানুষী ( মী ওইবগী শরীরনা ) মে প্রিয়া ( ঐগী অপাম্বনি ) ॥২২

অত্র [ পৌরুষ্যাং পুরিস্থিতা ] ( মীগী শরীর অসিদা লৈরিবা ) অদ্ধা ( সাক্ষাৎ তশেংনা ) অগ্রাহ্যম্ [ গ্রাহকেভ্যো ব্যতিরিক্তং ] ( মিৎনা চিংবা ইন্দ্রিয়দগী তোঙানবা মরম অতুনা থংবা ঙমদবা ) মাং [ কৃষ্ণরূপিণং অপি ] ( কৃষ্ণগী মশক ওইবা ওইহুনত্ত ) ঈশ্বরম্ [ সর্ব্বনিয়ামকং ] ( পুম্নমক অসিবু খুহুম চল্লিবা ঐবু ) যুক্তাঃ [ ভক্তিযোগবন্তঃ ] ( ভক্তি যোগনা তিল্লবা মীশিংনা ) হেতুভিঃ [ শ্রবণকীর্ত্তনাদ্যৈঃ ] ( ঐগী গুণ শক্‌পা শোনবনা ) গৃহ্যমানৈ গুণৈ [ বুদ্ধ্যাদিভিঃ ] ( বুদ্ধিনচিংব গুণা ) লিঙ্গৈঃ [ চিহ্নৈঃ ] ( খুদমশিংনা মরম ওইহুনা ) অনুমানিত; ( অনুমানা ) [ মাং ] ( কৃষ্ণ ঐবু ) মৃগয়ন্তি ( থিরি ) ।২৩

হকচাংনা ঐগী অপাম্বনি ॥২২

মীগী হকচাং অসিদা লৈরিবা মিৎনচিংবা ইন্দ্রিয়দগী তোঙানবা মরমনা তশেংনা থংবদি ঙমদবা কৃষ্ণগী মশক ওইবা ওইহুনত্ত পুম্নমক অসিবুদি খুহুম চল্লিবা ঐবু, ভক্তিযোগনা তিল্লবা মীশিংনা ঐগী গুণ শক্‌পা শোনবনা মরম ওইহুনা বুদ্ধিনচিংবা গুণনা মরম ওইহুনা, খুদমশিংনা ( সৃষ্টীনচিংবনা ) মরম ওইনা কৃষ্ণ ঐবু থিরি ॥২৩

বুদ্ধি অসিত্তনা প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমান প্রমান অনি অসিনা মরম ওইহুনা অথোয়বা পুরুষার্থ ওইবা আত্মাবু ফংবা ঙম্মি হায়ব অসিদা,

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্ ।
অবধূতস্য সংবাদং যদোরমিততেজসঃ ॥২৪
অবধূতং দ্বিজংকঞ্চিচ্চরন্তমকুতো ভয়ম্ ।
কবিং নিরীক্ষ্য তরুণং যদুঃ প্রপচ্ছ ধর্ম্মবিৎ ॥২৫

যদুরুবাচ ।

কুতো বুদ্ধিরিয়ং ব্রহ্মন্নকর্ত্তুঃ সুবিশারদা ।
যমাসাদ্য ভবাঁল্লোকং বিদ্বাংশ্চরতি বালবৎ ॥২৬

অত্র ( বুদ্ধি অসিতনা প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমান্না মরম ওইদুনা অথোয়বা পুরুষার্থ ওইবা আত্মাবু কংবা ভপ্নি হায়বা অসিদা ) অমিত তেজসঃ ( বুদ্ধি লৌশিংদা চাংদম্লিংঙাই লৈতবা ) যদোঃ ( যদুগা ) অবধূতস্য ( সংসারগী বিষয় অমনা রাহনবা ভমজ্রবা ব্রাহ্মণ অমগা মথোয় অনিগী ) সংবাদং ( ঙাংনখিবা ) পুরাতনং ( মমাংঙৈদগী লাক্লবা ) ইমং ইতিহাসং ( ৱারী অসিনা ) উদাহরন্তি ( প্রমান ওইনা পিরি ) ॥২৪

ধর্ম্মবিৎ ( ধর্ম্ম খংলবা ) যদুঃ ( যদুনা ) কঞ্চিৎ তরুণং ( কনাগুম্বা মথোং কারকপা ) কবিং [ ক্রান্তদর্শি ] ( য়াম্না শাংনা উরবা ) অকুতোভয়ং ( অকিবা অমত্তা লৈত্রবা ) চরন্তং ( মরম খংদুনা কোইনা চৎলিবা ) অবধূতং ( পরিচয় লৈত্রবা সন্ন্যাসী ) দ্বিজং ( দ্বিজ ব্রাহ্মণ অদুবু ) নিরীক্ষ্য ( উরগা ) পপ্রচ্ছ ( হংজখি ) ॥২৫

যদুঃ উবাচ ( যদুনা হায়জখি হে ব্রাহ্মণ ) অকর্ত্তুঃ ( ইন্দ্রিয়শিং অসিগী পেন্নবা ওইবা কর্ম্ম অমতা তৌদ্রবা নহাক্কী ) সুবিশারদা ( নিংথিনা হৈ-শিংলবা ) ইয়ং বুদ্ধিঃ ( বুদ্ধি [ জ্ঞান ] অসি ) কুতঃ [ জাতা ] ( করম্না পোকখিবা ) যাম্ ( বুদ্ধি অদুবু ) আসাদ্য ( ফংলগা ) বিদ্বান্ ( থোয়দোক্না খংলবা ) ভবান্ ( নহাক্না ) বালবৎ ( অঙাংগী মতৌগুম ) লোকং ( লোক অসিদা ) চরতি ( চৎলি ) ॥২৬

বুদ্ধি লৌশিংদা চাংদম্লিংঙায় লৈতবা যদুগা অমদি সংসারগী বিষয় অমনা রাহনবা ভমজ্রবা ব্রাহ্মণ অমগা মথোয় অনিগী ঙাংনখিবা মমাংঙৈদগী লাক্লবা ৱারী ( ইতিহাস ) অসিনা প্রমাণ ওইনা পিরি ॥২৪

প্রায়োধর্ম্মার্থকামেষু বিবিৎসায়াঞ্চ মানবাঃ।
হেতুনৈব সমীহন্তে আয়ুষো যশসঃ শ্রিয়ঃ ॥২৭
ত্বন্তু কল্পঃ কবির্দক্ষঃ সুভগোঽমিতভাষণঃ।
ন কর্ত্তা নেহসে কিঞ্চিৎজড়োন্মত্তপিশাচবৎ ॥২৮
জনেষু দহ্যমানেষু কাম লোভদবাগ্নিনা।
ন তপ্যসেঽগ্নিনা মুক্তো গঙ্গাম্ভঃস্থ ইব দ্বিপঃ ॥২৯

---

হে দ্বিজ ( হে ব্রাহ্মণ ) প্রায়ঃ ( সাধারণ ওইনা ) মানবাঃ ( মী ওইবশিংনা ) আয়ুষঃ ( পুন্সিবু ) যশসঃ ( মিংচৎপু ) তথা ( অমদি ) শ্রিয়ঃ ( ঐশ্বর্য্যবু ) হেতুনা এব ( পান্নহুনা ) ধর্ম্মার্থকামেষু ( ধর্ম্ম অর্থ কামদা ) তথা ( অমদি ) বিবিৎসায়াং ( আত্মবিচারদা ) সমীহন্তে ( চংশিন্নরি ) ॥১৭

---

তু ( ত্তৌইগুম্বমনুং ) ত্বম ( নহাক্না ) কল্পঃ ( ঊস্না ) কবি ( জ্ঞান লৈবা ) দক্ষঃ ( হৈ-শিংবা ) সুভগঃ ( নিংথিজবা ফজবা ) মিতভাষনঃ ( অচুম্বত ৱাংবা ) [ অপি ] ( ওইহুনস্তু ) জড়োন্মত্তপিশাচবৎ ( অককপা ময়াইকাবা লমচৎ নাইদবা ) কিঞ্চিৎ ( করিগুম্বা অমত্তমু ) ন ঈহসে ( নহাক্না নিংদে ) অতঃ ( মরম অসিনা ) ন কর্ত্তা ( কর্ত্তা ওইদে ) ॥২৮

---

জনেষু ( মীওইবাশিং অসি ) কাম লোভদবাগ্নিনা ( অপাম মিহৌবা লৈম্নেনা ) দহ্যমানেষু ( চাক্লবদা ) গঙ্গাম্ভঃস্থ ( গঙ্গাগী ঈশিংদা লৈরবা ) দ্বিপঃ ইব ( শমুগুম্না ) অগ্নিনা — অগ্নিনা যুক্তঃ [ সন্ ] মৈমুংদা ( লৈবমক ওইহুনা ) ন তপ্যসে ( নহাক্তি মৈশা লাংদে ) । ২৯

---

ধর্ম্ম লৈরবা যহুনা কনাগুম্বা মথোৎ কারকপা জ্ঞান য়াম্না লৈরবা, মরম অহুবা অকিবা লৈত্রবা, মরম থংহুনা কৌইনা চংলিবা পরিচয় থংত্রবা সন্যাসী, দ্বিজ ব্রাহ্মণ অহুবু ঊরগা হংজখি । ২৫

যহুনা হায়জখি হে ব্রহ্মণ! ইন্দ্রিয়শিংগী পেম্নবা ওইবা কর্ম্ম ত্তৌত্রবা নহাক্নী, নিংথিনা হৈ-শিংলবা জ্ঞান অসি করম্না পোকখি, বুদ্ধি অসিবু কংলবা বিদ্বন্ ওইবা নহাক্না অঙাংগুম্না লোক অসিদা চংলি ॥২৬

হে দ্বিজ! চাওরাক্না মীওইবশিংনা পুন্সি, মিংচৎ ঐশ্বর্য্য পান্নহুনা

ত্বং হি নঃ পৃচ্ছতাং ব্রহ্মন্নাত্মন্যানন্দকারণম্।
ব্রুহি স্পর্শবিহীনস্য ভবতঃ কেবলাত্মনঃ ॥৩০

শ্রীভগবানুবাচ।

যদুনৈবং মহাভাগো ব্রহ্মণ্যেন সুমেধসা
পৃষ্টঃ সভাজিতঃ প্রাহ প্রশ্রয়াবনতং দ্বিজঃ ॥৩১

( হে ব্রাহ্মণ ) স্পর্শবিহীনস্য ( সংসারগী অবাবনা শোক্তবা ) কেবলাত্মনঃ ( অন্তকরন য়াম্না শেংলবা ) ভবতঃ ( নহাক্কী ) আত্মনি ( পুকনিংদা ) আনন্দকারণং ( মুঙায়বা অতুগী মরমবু ) পৃচ্ছতাং ( হংজরিবা ) নঃ ( ঐখোয়গী ইফমদা ) ব্রুহি ( হায়বিয় ) ॥৩০

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবাননা হায়খি ) ব্রহ্মণ্যেন ( ব্রাহ্মণগী ভক্ত ওইবা ) সুমেধসা ( নিংথিবা মেধা লৈরবা ) যদুনা ( যদুকৌবা নিংথৌনা ) এবং ( অসুম্না ) সভাজিতঃ ( ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা ) পৃষ্টঃ ( হংজরবা ) মহাভাগঃ ( মত্তিক মগুণ লৈরবা ) দ্বিজঃ ( অবধূত অদুনা ) প্রশ্রয়াবনতং ( খোয়দোক্লা মরু লুরুবা ) নৃপং নিংথৌ যদুগী মফমদা ) প্রাহ ( মরিক চুম্না হায়খি ) ॥৩১

ধর্ম্ম অর্থ কামদা অমদি আত্মবিচারদা চংশিন্নৈ ॥২৭

তৌইশুম্বসুং নহাক্না ভবা, জ্ঞান লৈবা, হৈ-শিংবা, ফজবা অচুম্বডা ভাংবা ওইদুনসু জড় উন্মত্ত পিশাচশুম্না = অকুকপা, ময়াইকাবা, লমচং নাইদ্রবশুম্না কবিমদা খন্দে মরম অসিনা অকর্ত্তানি তৌদবশুম্বনি ॥২৮

পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইশিং অসি অপাম মিহৌবগী লম্নোনা চাক্লবদগু, নহাক্তি গঙ্গাগী ঈশিংদা লৈবা শামুশুম্না মৈশা লাংদে ॥২৯

হে ব্রাহ্মণ ! সংসারগী অবাবনা শোক্তবা, অন্তকরণ ভক্ত তরুরবা নহাক্কী পুকনিংদা মুঙায়রিবা অতুগী মরম হংজরিবা ঐখোয়গী ইফমদা হায়বিয় ৩০

শ্রীভগবান্‌না হায়খি ব্রাহ্মণগী ভক্ত ওইবা নিংথিরা মেধা লৈরবা যদুনা মতৌ অসুম্না ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা হংজরবদা, মত্তিক মগুণ চাওরবা ব্রাহ্মণ অদুনা, খোয়দোক্লা মরুলুরুবা নিংথৌ যদুগী

ব্রাহ্মণ উবাচ।

সন্তি মে গুরবো রাজন্ বহবো বুদ্ধ্যুপাশ্রিতাঃ।
যতো বুদ্ধিমুপাদায় মুক্তোঽটামীহ তান্ শৃণু॥৩২
পৃথিবী বায়ুরাকাশমাপোঽগ্নিশ্চন্দ্রমা রবিঃ।
কপোতোঽজগরঃ সিন্ধুঃ পতঙ্গো মধুকৃৎ গজঃ॥৩৩
মধুহা হরিণো মীনঃ পিঙ্গলা কুররোঽর্ভকঃ।
কুমারীশরকৃৎ সর্প উর্ণনাভিঃ সুপেশকৃৎ॥৩৪

---

ব্রাহ্মণঃ উবাচ (ব্রাহ্মণনা হায়খি) হে রাজন্ (হে নিংথৌ) বুদ্ধ্যুপাশ্রিতাঃ (বুদ্ধি অদুতনা লৌশিনথ্রবা) বহবঃ (তোঙান তোঙানবা) গুরবঃ (গুরু ময়াম) মে (ঐগী) সন্তি (লৈ) যতঃ (মখোয় অদুদগী) বুদ্ধিম্ উপাদায় (বুদ্ধি অসি লৌরগা) মুক্তঃ [সন্] (মথল অহুমগী অৱাবা কোক্তুনা) অটামি (সংসার অসিদা কোয়না চৎলি) তান্ (গুরুশিং অদুবু) ইহ (হৌজিক হায়রগে) শৃণ (তারো)॥৩২

---

পৃথিবী [পৃথ্বী] বায়ুঃ (নুংশিৎ) আকাশম্ (আকাশ) আপঃ (ঈশিং) অগ্নি (মৈ) চন্দ্রঃ (থা) রবি (নুমিৎ) কপোতঃ (লমথুমু) অজগর (লাইরেন) সিন্ধুঃ (সমুদ্র) পতঙ্গঃ (মৈবানবী) মধুকৃৎ (হুমিংখোয়) গজঃ (শামু) মধুহা (খোয়মু) হরিণঃ (শজি) মীনঃ (ঙা) পিঙ্গলা (বেশ্যা অমগী মমিং) কুররঃ (মখোন থাম্না হৌবা উচেক) অর্ভকঃ (অঙাং নিপামচা) কুমারী (নুপীমচা) শরকৃৎ (তেন শাবা থাংজম) সর্প (লিন) উর্ণনাভিঃ (খি) সুপেশকৃৎ (য়েংবদা য়াম্না ফজবা তৌল মথল অমা)।৩৩॥৩৪

---

মক্ষমদা য়াম্না মরিক চুম্না হায়খি॥৩১

ব্রাহ্মণনা হায়খি, হে রাজন্! বুদ্ধি অসিতনা লৌশিন্নথ্রবা তোঙান তোঙানবা গুরুশিং ঐগী লৈ, মখোয় অদুদগী বুদ্ধি অসি লৌরগা মথল অহুমগী অৱাবসি কোক্তুনা সংসারদা কোয়না চৎলি, গুরুশিং অদু হৌজিক হায়রগে তারো॥৩২

এতে মে গুরবো রাজন্ চতুর্বিংশতিরাশ্রিতাঃ।
শিক্ষাবৃত্তিভিরেতেষাং অম্বশিক্ষমিহাত্মনঃ ।।৩৫

হে রাজন্ ( হে যত্ন নিংথৌ ) মে আশ্রিতাঃ ( ঐনা চংজরিবা ) এতে ( হায়গ্রিবা ) চতুর্বিংশতিঃ গুরবঃ ( গুরু কুনগমরি অসিনা ) ইহ ( সংসার অসিদা ) এতেষাং ( মখোয়শিং অসিগী ) বৃত্তিভিঃ ( হিংনবগী ওইবা পাম্বৈ অতুনা মরম ওইতুনা ) আত্মনঃ ( ইশাগী ) শিক্ষাঃ ( খংগদৌবা বিষয়শিং অতুবু ) অম্বশিক্ষং ( ঐনা তম্মি ) ।।৩৫

স্বামীপাদ শ্রীধরঃ —

কপোত মীন হরিণ কুমারী গজ পন্নগাঃ। পতঙ্গ কুররশ্চাষ্টৌ হেয়ার্থে গুরবঃ মতা।। মধুকৃন্মধুহর্ত্তা চ পিঙ্গলা চ দ্বয়োস্ত্রয়ঃ। উপাদেয়ার্থবিজ্ঞানে শেষাঃ পৃথ্ব্যাদয় মতা। তদবান্তরভেদাশ্চ তত্র তত্র স্ফুটীকৃতঃ ।।

কপোতঃ (লমথুমু) মীনঃ ( ঙা) হরিণঃ ( শজি) কুমারী ( মুপীমচা ) গজঃ ( শামু ) পন্নগঃ ( লিন ) পতঙ্গঃ ( মৈরাম্বী ) কুররঃ ( ক্রৌঞ্চপক্ষী = উরেংকোম্বৌ) অষ্টঃ( নিপাল অসি ) হেয়ার্থে ( থাদোক্লবগীদমক্তা ওইবা ) গুরবঃ ( গুরুশিংনি অসুমা ) মতাঃ ( হাইব্রে ) চ ( অহুগা ) মধুকৃৎ ( হয়িংখোয় মধুহর্ত্তাঃ ( খোয়মু ) চ ( অমদি ) পিঙ্গলা ( পিঙ্গলা কৌবী বেশ্যা অমা ) ত্রয়ঃ ( অহুম অসিনা ) দ্বয়োঃ হেয় উপাদেয় ( অনিমক্কী [ গুরব ] গুরুনি ) শেষ : ( লেমহৌরিবা ) পৃথ্ব্যাদয়ঃ ( পৃথিবীনচিংবা পুম্নমক অসি ) উপাদেয় অর্থবিজ্ঞানে ( লৌনবা তম্নবগীদমক্তা ওইবা প্রয়োজন অহু নিংথিনা খংনবগী মরীদা ) মতাঃ ( গুরুনি হায়ব্রে ) চ ( অহুগা ) তৎ ( মহুদা ) অবান্তরভেদাঃ ( অমগা অমগা মান্নদবা অহুদি ) তত্র তত্র ( মফম মফম অহুদা ) স্ফুটীকৃতঃ ( ফোংদোকব্রে ) ।৩৫

১। লমথুমু, ঙা, শজি, শামু, মুপীমচা, লিন, মৈরাম্বী, উরেংকোম্বৌ = ( কুরর = ক্রৌঞ্চপক্ষী ) মখোই নিপাল অসিনা থাদোক্লবগী-দমক্তা ওইবা গুরুনি হায়ব্রে।

২। হয়িংখোই, খোইমু, পিঙ্গলা ( মতম অহুগী য়ান্না মনিং চংগী

যতো যদনুশিক্ষামি যথা বা নাহুষাত্মজ ।
তৎ তথা পুরুষব্যাঘ্র নিবোধ কথয়ামি তে ।।৩৬
ভূতৈরাক্রম্যমাণোঽপি ধীরো দৈববশানুগৈঃ ।
তদ্বিদ্বান্নচলেন্মার্গাদন্বশিক্ষং ক্ষিতেব্রতং ।।৩৭

---

হে পুরুষব্যাঘ্র ( নিপামচক্তগী অথোয়বা ) নাহুষাত্মজ ( নিংথৌ নহুষগী মচা ) যতঃ ( গুরু অদুদগী ) যদ্ ( থংগদৌবা বিষয় অদুবু অনুশিক্ষামি ( ঐনা তমখিবা ) তৎ ( বিষয় অদু ) তথা ( মতৌমা ) তে ( নহাক্তীদমক্তা ) কথয়ামি ( হায়রগে ) তৎ নিবোধ ( মদু নং খঙজো ) ।।৩৬

---

দৈববশানুগৈঃ ( লাইশিংগী মখাপোন্ন লৈরবা ) ভূতৈঃ ( প্রাণি-শিংনা ) আক্রম্যমাণঃ [ সন্ ] ( অৱাবা পীরবা ) অপি ( ওইদুনও ) ধীরঃ ( পুক্নিং তপ্পবা মীহুনা । তৎ ( মদু = ঈশ্বরনা তঙ্গহু ) বিদ্বান্ ( খংহুনা ) মার্গাৎ ( মানা চৎলিবা লম্বী অদুদগী ) ন চলেৎ ( লে দে ) [ ইতি ] ব্রতং ( ব্রত অসি ) ক্ষিতেঃ ( পৃথিবীদগী ) অন্বশিক্ষং ( ঐনা তম্মি ) ।।৩৭

---

পিঙ্গলা কৌধী বেশ্যা মখোই অহুন অসিনা থাদোক্নবা অমদি লো-শিন্নবা অনিগী গুরুনি ।

৩। লেমহৌরিবা পৃথিনচিংবা = লৈপাক, নুংশিৎ, আকাশ, ঈশিং, মৈ, থা, নুমিৎ, লাইরেন, সমুদ্র, নিপামচা, থাং-তেন শাবা মী, গি, যেংবদা ফজবা ভৌল, মখোই তরাহুমদোই অসিনা উপাদেয়নি হায়-বদি :—অর্থবিজ্ঞান লৌনবা তমবগীদমক ওইবা গুরুশিংনি হায়রে৹ মতুমক্তি মকম মফম অদুদা ( স্ফুটীকৃত ) ফোংদোকরে ।।৩৩ ৩৪

হে রাজন্ । ঐনা চংজরিবা, হায়রিবা গুরু কুনগমরি অসি নখোয় মখোয়গী হিংনবগী পান্থে অহুনঃ মরম ওইহুনা, ঐ ইশানা থংগদৌবা বিষয়শিং অদুবু তম্মি ।৩৫

হে নহুষগী মচা । গুরু অদুদগী থংগদৌবা হিরম অদু ঐনা তম-খিবা মতুমক নহাক্তী নফমদা হায়রগে তারো ।।৩৬

শশ্বৎ পরার্থসর্ব্বেহঃ পরার্থৈকান্তসম্ভবঃ।
সাধুঃ শিক্ষেত ভূভৃত্তো নগশিষ্যঃ পরাত্মতাং ॥৩৮
প্রাণবৃত্ত্যৈব সন্তুষ্যেন্মুনির্নৈবেন্দ্রিয়প্রিয়ৈঃ।
জ্ঞানং যথা ন নশ্যেত নাবকীর্য্যেত বাঙ্মনঃ ॥৩৯

---

সাধুঃ [ সাধ্নোতি পরোপকারং ] ( সাধু ওইবা মীহুনা ) শশ্বৎ ( মতম চুপ্পদা ) ভূভৃত্তোঃ ( চীংদগী ) পরার্থসর্ব্বেহঃ ( জীবশিংগী কান্নবা হোৎনহুনা ) পরার্থৈকান্তসম্ভবঃ ( অতোপ্পগীদমক্তা হিংহুনা ) নগশিষ্য ( উগী শিষ ওইহুনা ) পরাত্মতাং ( অতোপ্পগী মতেং পাংবা অমসুং মখোয়গী মখা পোনবা ) শিক্ষেত ( তমগদবা ) ওই ॥৩৮

---

মুনি ( যোগী অহুনা ) প্রাণবৃত্ত্যা এব ( হিংবগী মতিক মখিক চাবা আহার অহুতনা ) সন্তুষ্যেৎ ( নিংথিনা পেম্মোকনি ) ন ইন্দ্রিয় প্রিয়ৈঃ ( ইন্দ্রিয়শিংগী পেম্নবা তৌরোয় ) যথা ( অহুম্না ) জ্ঞানং ন নশ্যেৎ ( জ্ঞান মাংলোইদোবা [ চ ] ( অমসুং ) বাক্ ( ৱাহৈ ) মনঃ ( পুক্নিং ) ন অবকীর্য্যেত ( চোইহল্লোয়দোবা ) [ তথাহযেৎ ] ( মহু ফাওবদং লৌগনি ॥৩৯

---

লাইগী মখা পোন্না লৈরবা প্রাণিশিংনা অবাবা পীরবা ওইহুনসুং মহুবু ঈশ্বরনা তম্বনি থংহুনা পুক্নিং তপথনা থম্নগা ঐগী লম্বী কায়দনা চৎলি; মসি পৃথিবীদগী তম্বনি ॥৩৭

সাধুনা মতম পুম্নমক্তা চীংদগী তমগনি, জীবশিংগী কান্নবা হোৎনবা, মখোয়গীদমক্তা হিংবা, উগী শিষ্য ওইহুনা তমগদবা ওই, অতোপ্পগী মতেং পাংবা, অমসুং মখা পোপ্পা তমগদবা ওই ॥৩৮

যোগী অহুনা হিংনবগী মতিক চাবা আহার অহুতনা নিংথিনা পেনগনি ইন্দ্রিয়শিংগী পেম্নবা তৌরোয়, অহুম্না জ্ঞান মাংলোইদোবা অমসুং পুক্নিং ৱাহৈ চোয়রোইদোবা, মহু ফাওবদং লৌগনি ।৩৯

পুম্নমক্তা, স্থংশিংনা তৌবগুমনা গুণদোষ অনিমক্তা থাদোক্লবা পুক্নিংনা মহাক্তী ওইবা যোগীনা মাম্নদবা ৱসনা ভিন্নবা বিষয় খিবিক্তা চংশিনবা ভোগ তৌবা ওইহুনগু মহুদা লুপশিল্লোইদোবনি ॥৪০

বিষয়েষ্বাবিশন্ যোগী নানাধর্ম্মেষু সর্ব্বতঃ।
গুণদোষব্যপেতাত্মা ন বিষজ্জেত বায়ুবৎ ।৪০
পার্থিবেষ্বিহ দেহেষু প্রবিষ্টস্তৎ গুনাশ্রয়ঃ ॥
গুণৈর্ন যুজ্যতে যোগী গন্ধৈর্বায়ুরিবাত্মদৃক্ ।৪১
অন্তর্হিতশ্চ স্থিরজঙ্গমেষু ব্রহ্মাত্মভাবেন সমন্বয়েন।
ব্যাপ্ত্যাব্যবচ্ছেদমসঙ্গমাত্মনো মুনির্নভস্ত্বং বিততস্য
ভাবয়েৎ ৪২

---

সর্ব্বতঃ ( পুম্নমক্তা ) বায়ুবৎ ( মুংশিংনা তৌবগুম্ ) গুণদোষ-ব্যপেতাত্মা ( গুণদোষ অনিমক্তা থাদোক্লবা পুক্লিংনা মহক্কী ওইবা ) যোগীনা ( যোগীনা ) নানাধর্ম্মেষু ( মাম্নদবা রসনা তিম্লবা ) বিষয়েষু ( বিষয় খিবিক্তা ) আবিশন্ [ অপি ] ( চংশিনবা — ভোগ তৌবা ওই-ত্নুনস্তু ) ন বিষজ্জেত ( মত্তুনা লুপশিন্দে ) ।৪০

---

ইহ ( সংসার অসিদা ) বায়ুঃ ( মুংশিং অহুবু ) গন্ধৈঃ ( গন্ধ থিবিক্লা ) ন যুজ্যতে ( তিনশিল্লবা পকশিনবা ভমদবা ) ইব [ তথা ] ( অহুগুম্না ) পার্থিবেষু ( পঞ্চভুতকী ওইবা ) দেহেষু ( দেহশিং অসিদা ) প্রবিষ্ট ( চংশিন্দুনা লৈরবা ) তৎ ( দেহ অহুগী ) গুণাশ্রয়ঃ ( বাল যৌবনচিংবা গুণশিংগী তুংনফম ওইবা ) আত্মদৃক্ ( যোগী = আত্মদর্শি যোগী অহুবু ) গুণৈঃ ( বাল যৌবনচিংবা গুণনা ) ন যুজ্যতে ( শোক্লবা পুনশিনবা ভমদে ) ।৪১

---

অন্তর্হিতঃ চ ( দেহগী মনুংদা লৈবা ওইত্নুনস্তু ) মুনিঃ ( জ্ঞান লৈরবা মী অহুনা ) বিততস্য ( পুম্নমক্তা শিন থুংনা লৈরিবা ) আত্মনঃ ( আত্মস্বরূপ অহুগী ) ব্রহ্মাত্মভাবেন ( ব্রহ্মমক্তি হায়বা বাখল অসিনা ) স্থিরজঙ্গমেষু ( অচৎ চত্তা জীব পুম্নমক্তা ) সমন্বয়েন ( চপমান্নবা ) ব্যাপ্ত্যা ( শিন থুংলিবনা মরম ওইত্নুনা ) নভস্ত্বং [ আকাশগুম্না ] অব্যবচ্ছেদং [ কক্থৎ তুপথৎপা য়াদবনু ] অসঙ্গঞ্চ [ করিগুম্না অমত্তগম্নু পকশিন্ন-দ্রবনু ] ভাবয়েৎ [ ভাবনা তৌগনি ] ।৪২

সংসার অসিদা মুংশিং অহুবু গন্ধ থিবিক্লা তিনশিনবা ভমদে।

তেজোঽবন্নময়ৈর্ভাবৈর্মেঘাদ্যৈর্বায়ুনেরিতৈঃ।
ন স্পৃশ্যতে নভস্তদ্বৎ কালসৃষ্টৈর্গুণৈঃ পুমান্ ॥৪৩
স্বচ্ছঃ প্রকৃতিতঃ স্নিগ্ধো মাধুর্য্যাত্তীর্থভূর্নৃপঃ।
মুনিঃ পুনাত্যপাং মিত্রমীক্ষোপস্পর্শকীর্ত্তনৈঃ ॥৪৪

---

বায়ুনা ( নুংশিংনা ) ঈরিতৈঃ ( পুররুবা ) মেঘাদ্যৈঃ ( নোংনচিংবনা ) নভঃ ( আকাশবু ) ন স্পৃশ্যতে ( শোকহৌবা ঙমদে ) তদ্বৎ ( মতুগুম্না ) তেজোঽবন্নময়ৈঃ ( মৈ লৈপাক্লচিংবা পঞ্চভূতকী ওইবা ) ভাবৈ ( শরীরশিংনা [ চ ] ( অমদি ) কালসৃষ্টৈ ( মতম্না পুররুবা ) গুণৈঃ ( বাল যৌবনচিংবনা ) পুমান্ ( জীব অসিবু ) ন স্পৃশ্যতে ( শোকপা ঙমদে ) ॥৪৩

---

হে নৃপঃ ( হে যদু নিংথৌ ) প্রকৃতিতঃ ( মশাগী ওইনা ) স্বচ্ছ ( শুরু তরুবা ) স্নিগ্ধঃ ( পুন্নমকপু নুংশিবীবা ) মাধুর্য্যঃ ( তাংথোরকপদা নুংশিবা ) তীর্থভূ ( তীর্থগুম্না শেংলবা ) মুনিঃ ( মুনিনা ) ঈক্ষোপস্পর্শকীর্ত্তনৈঃ ( আত্মদর্শন অঙ্গ স্পর্শ অমসুং তত্ত্ব উপদেশনা মরম ওইদুনা ) পুনাতি [ লোকং ] ( সংসার অসিবু শেংদোকপি ) অপাং মিত্রম্ [ ইব ] ( মতমক্তি গঙ্গাজলগী মতৌগুম্বনি ) ॥৪৪

---

মতুগুম্না পঞ্চভূতকী ওইবা শরীর অসিদা চংশিল্লুনা লৈরবা বাল যৌবন নচিংবা গুণশিংগী তুংনফম ওইবা আত্মদর্শি যোগী অদুবু বালনচিংবা গুণশিংনা শোক্ত্রবা অমদি পুনশিনবা ঙমদে ॥৪১

দেহগী মমুংদা লৈবা ওইদুনশু জ্ঞান লৈরবা মী অদুনা, পুন্নমক্তা শিন থুংনা লৈরবা আত্মস্বরূপ অদুবু, ব্রহ্মমক্তি হায়রবা বাখল অসিনা অচৎ চত্তা জীব পুন্নমক্তা চপ মান্নবা শিন থুংশিনবা মরম ওইদুনা, আকাশগুম্না ককথৎ তুপথৎপা য়াদববু করিগুম্বা অমত্তগম্থ পকশিন্নদবনি হায়না, খনগনি। ৪২

নুংশিংনা পুররুবা নোংনচিংবনা অকাশবু শোক্ত্রবা ঙমদবা অদুগুম্না, লৈপাক্লচিংবা পঞ্চভূতকী হকচাংশিংনা অমদি মতম্না পুররুবা বাল যৌবননচিংবা গুণশিংনা জীববু পুন্দে ॥৪৩

তেজস্বী তপসা দীপ্তো দুর্দ্ধর্ষোদর ভাজন:।
সর্ব্বভক্ষোঽপি যুক্তাত্মা নাদত্তে মলমগ্নিবৎ ॥৪৫
কচিচ্ছন্ন কচিৎ স্পষ্ট উপাস্যঃ শ্রেয় ইচ্ছতাম্।
ভুঙ্‌ক্তে সর্ব্বত্র দাতৃণাং দহন্ প্রাগুত্তরাশুভম্ ।৪৬

---

তপসা ( তপস্যা তৌবনা ) দীপ্ত: ( ভাল্লবা ) তেজস্বী ( মতিক মগুণ লৈরবা ) যুক্তাত্মা ( আত্মস্বরূপ কাওব্রবা ) দুর্দ্ধর্ষ: ( অকিবা লাংতক্লবা লৈত্রবা ) উদর ভাজন: ( পুক্কী শরুক্তমক লৌরবা ) মুনি: ( মুনিনা ) সর্ব্বভক্ষ: ( অফংবা অমা [ লৌবা ] চাবা ) অপি ( ওই হুনগু ) অগ্নিবৎ ( মৈগুম্না ) মালং ( পাপ পুণ্যবু ) ন অ দত্তে ( লৌদে ) ॥৪৫

---

শ্রেয়: ( য়াইফবা ) ইচ্ছত ম্ ( পাম্লিব শংগী ) উপাস্য ( নিংগদবা দেবতাগী মশক ওইরিবা ) বহ্নি: ( মৈনা ) কচিৎ ( কৱিগুম্বদা ) ছন্ন ( থুপ্না ) কচিৎ ( কৱিগুম্বদনা ) স্পষ্ট ( ফোংদোক্লা ) দাতৃণং ( হোম তৌরিবশিংগী ) প্রাগ্ উত্তরাশুভম্ ( হৌগ্রবা অমদি ওইরকদৌরিবা পাপকী মপৈবু ) দহন্ ( মাংহন্দুনা ) সর্ব্বত্র ( পুম্নমক্তা ) ভুঙ্‌ক্তে ( পুরোডাশনচিংবত্থ ভোগ তৌই ) [ তদ্বৎ মুনি] (মুনিশিংশু মহুনি ) ॥৪৬

---

হে যদু ! মশাগী ওইনা তরু তরুবা, পুম্নমকপু হুংশিবা, তীর্থগী মশক ওইবা মুনিনা অ ত্মদর্শন তৌবা অঙ্গস্পর্শ অমদি তত্ত্বউপদেশ অসিনা মরম ওইহুনা লোক অসিবু শেংদোকপি, মহুমক্তি গঙ্গাজলগী মতৌগুম্বনি ॥৪৪

তপস্যানা লংলবা মতিক মগুণ লৈরবা, আত্মস্বরূপগুা লৈরিবা, অকিবা লাংতক্লবা লৈত্রবা, পুক্কী শরুক্তমক লৌরবা মুনি অহুনা অফংবা অমা চাহুনগু পাপ পুণ্য লৈতে, মহু মৈনা তৌবগুম্বনি ॥৪৫

য়াইফবা পাম্লবশিংগী নিংগদবা দেবতাগী মশক ওইরবা মৈনা কৱিগুম্বদা থুপ্না, কৱিগুম্বদনা ফোংদোক্লা, হোম তৌরিবশিংগী হৌগ্রবা অমদি ওইরকদৌরিবা পাপশিংবু মাংহন্দুনা, পুম্নমক্তা পুরোডাশনচিংবত্থ ভোগ তৌই ( মুনিশু মহুনি ) ॥৪৬

স্বমায়য়া সৃষ্টমিদং সদসল্লক্ষণং বিভুঃ।
প্রবিষ্ট ঈয়তে তত্তৎ স্বরূপোঽগ্নিরিবৈধসি ॥৪৭
বিসর্গাদ্যাঃ শ্মশানান্তা ভাবা দেহস্য নাত্মনঃ।
কলানামিব চন্দ্রস্য কালেনাব্যক্তবর্ত্মনা ॥৪৮
কালেন হ্যোঘবেগেন ভূতানাং প্রভবাপ্যয়ৌ।
নিত্যাবপি ন দৃশ্যেতে আত্মনোঽগ্নের্যথার্চিষাম্ ॥৪৯

এধসি [ স্থিত ] শীংদা লৈরবা অগ্নিঃ ( মৈনা ) [ মত্থনগী ] তত্তৎ স্বরূপঃ ( মশাগী মশকপু ) ঈয়তে ( ফোংদোকই ) [ যথা ] ইব ( অসিগুম্মহুনা ) স্বমায়য়া ( প্রকৃতিনা মরম ওইহুনা ) সৃষ্টং ( শেম্লবা ) ইদং ( অসিগুম্বা ) সদসল্লক্ষণং ( সৎ অসৎকী মশক ওইবা জীবনা ( ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় চিংবগী হকচাংদা ) প্রবিষ্ট ( চংহুনা লৈরবা ) বিভু ( পুম্নমক্তা লৈরিবা ভগবাননা ) [ শ্রবণ কীর্ত্তন নচিংবা ভক্তিগী অভ্যাসনা ] ঈয়তে ( ফোংদোকই ) ॥৪৭

চন্দ্রস্য ( থাগী মফমদা ) কলানাং ইব ( প্রতিপদ দ্বিতীয়ানচিংবনা থংনবা কলাশিংনা তৌবগুম্না ) অব্যক্তবর্ত্মনা কালেন ( থংবদা শুরবা মতমগী খোংচৎনা ) দেহস্য ( শরীর অসিগী ) বিসর্গাদ্যা ( পোকপদগী হৌহুনা ) শ্মশানান্তা ( শিবনা লোম্বা ) ভাবা ( বাল যৌবনচিংবশি ) [ ভবন্তি ] ওই ন আত্মনঃ ( আত্মাগীদি ওটদে ) ॥৪৮

অগ্নে ( মৈগী ) অর্চিষাং ( মৈরিশিংগী ) যথা ( অহুম্না মিকপথুদিংগী পোকপা মাংবা ওইবা ) তথা ( মহুম্না ) ওঘবেগেন কালেন ( অকনবা মতমগী থিংঙমদ্রবা খোংচৎনা ) আত্মনঃ ( আত্মসম্বন্ধী ওইবা ) ভূতানাং ( শরীরশিং অসিগী ) ভবাপ্যয়ৌ ( পোকপা শিবা অনি অসি ) হি ( শোয়দনা ) নিত্যৌ অপি ( থাদোকপা য়াদবা ওইহুনগু ন দৃশ্যতে ( উদে ) ॥৪৯

শীংদা লৈরবা মৈনা তরুবদগী মশাগী মশক ফোংদোকই, অসিগুম্মহুনা মশাগী প্রকৃতিনা শেম্লবা অচুম অরানগী মশক ওইবা, ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবগী হকচাংদা চংহুনা লৈরবা, সর্ব্বব্যাপী ওইবা

গুণৈর্গুণানুপাদত্তে যথা কালং বিমুঞ্চতি।
ন তেষু যুজ্যতে যোগী গোভির্গাইব গোপতিঃ ॥৫০
বুধ্যতে স্বেন ভেদেন ব্যক্তিস্থ ইব তৎগতঃ।
লক্ষ্যতে স্থূলমতিভিরাত্মা চাবস্থিতোঽর্কবৎ ॥৫১

গোপতি ( মঙালগী মপু সুর্য্যনা ) গোভি ( মঙালশিংনা মরম ওইদুনা ) গা ( ঈশিং খিবিকপু ) যথাকালং ( মতম চানা ওলাংথানা চিংবদা ) উপাদত্তে ( চিংথংলি ) [ চ ] অদুগা নোংজুখাদা ) বিমুঞ্চতি ( চুহল্লি ) ইব [ তথা ] ( মদুগুম্না ) যোগী ( যোগীনা ) গুণৈ ( ইন্দ্রিয় শিংনা ) গুণান্ ( বিষয়শিংবু ) উপাদত্তে ( লৌই ) যথাকালং ( অপাম্ব-শিং লাক্লবদা ) বিমুঞ্চতি ( পীথোকই ) তেষু ( লৌশিনবা পীথোকপা অসিমক্তা ) ন যুজ্যতে ( লুপশিনবা লৈতে ) ॥৫০

জলে অবস্থিতঃ ( ঈশিংদা মমি তাব্রিবা ) অর্কবৎ ( নুমিৎকুম্না ) স্বেন ভেদেন ( স্বরূপশক্তি মায়াশক্তি, জীবশক্তিগী ) ভেদ ( খেন্নবা মতুং ইন্না ) ব্যক্তিস্থঃ ( পোৎশক্তা লৈবা মনিগুম্না লৈরবা ) আত্মা ( আত্মাবু ) স্থূলমতিভিঃ ( অপোবা বুদ্ধিশিংনা ) তৎ গতঃ ইব ( শরীরদা লৈবা ওইনা ) লক্ষ্যতে ( নিংই ) বুধ্যতে চ ( খংঙি ) ॥৫১

আত্মানা ভক্তিগী অভ্যাসনা ফোংদোকই ॥৪৭

থাগী মফমদা প্রতিপদনচিংবা কলাশিংনা তৌবা অদুগুম্না, শরীর অসিগী পোকপদগী হৌদুনা শিবনা লোম্বা ফাওবদা ওইরিবা বাল যৌবন নচিংবা বিকারশিং অসি থংবদা লুরবা মতমগী থোংচৎনা ওই-বনি, মসি পুম্বসি আত্মাগীদি ওইদে ॥৪৮

মৈগী মৈরিশিংনা মিকুপ খুদিংগী পোকপা মাংবা ওইবা, অদুম্না মতমগী থিংঙমদ্রবা থোংচৎনা আত্মসম্বন্ধি ওইবা শরীরশিং অসিগী, পোকপা শিবা অনি অসি শোয়দনা ওইবা ওইদুনগু উবা ঙমদে ॥৪৯

সুর্য্যনা মাগী মঙালশিংনা ঈশিং খিবিকপু ওলাংথানচিংবদা চিংথংলি অদুগা নোংজুখাদা চুহল্লি, অসিগুম্না যোগীনা ইন্দ্রিয়শিংনা বিষয়শিংবু লৌশিল্লি, অপাম্বশিং লাক্লবদা পীথোকই, অনি অনিদা

নাতিস্নেহঃ প্রসঙ্গো বা কর্ত্তব্যঃ ক্বাপি কেনচিৎ ।
কুর্ব্বন্ বিন্দেতসন্তাপং কপোত ইব দীনধীঃ ॥৫২
কপোতঃ কশ্চনারণ্যে কৃতনীড়ো বনস্পতৌ ।
কপোত্যা ভার্য্যয়া সার্দ্ধং উবাস কতিচিৎ সমাঃ ॥৫৩
কপোতৌ স্নেহগুণিত হৃদয়ৌ গৃহধর্ম্মিণৌ ।
দৃষ্টিং দৃষ্ট্যাঙ্গমঙ্গেন বুদ্ধিং বুদ্ধ্যা ববন্ধতুঃ ॥৫৪

---

ক অপি ( করিগুম্বদগু ) কেনচিৎ ( কনাগুম্বনম্ভু ) অতিস্নেহ ( হেঞ্জিন্না মুংশিবা ) বা ( অমদি ) প্রসঙ্গ ( মহুদা পুক্লিং চংবা ) ন কর্ত্তব্য ( তৌরোইদৌবনি ) কুর্ব্বন্ ( তৌবা থোক্লবদি ) দীনধী ( বুদ্ধি য়ামদ্রবা ) কপোত ইব ( লমথুম্নগুম্না ) সন্তাপং ( মৈচাকপু ) বিন্দেত ( ফংগনি ) ॥৫২

---

অরণ্যে ( বন অমদা ) বনস্পতৌ ( অচৌবা উ অমদা ) কৃতনীড় ( মহুম শারবা ) কশ্চন কপোত ( কনাগুম্বা লমথুম্ন অমনা ) ভার্য্যা মহাক্কী মুপী ) কপোত্যা লমথুম্ন অমোম অমগা ) সার্দ্ধং ( লোয়ননা ) কতিচিৎ সমা ( চহি কযামুক ) উবাস ( লৈখি ) ॥৫৩

---

স্নেহ গুনিতহৃদয়ৌ ( মুংশিবনা পুনশিল্লবা থমোয়না মথোয়নিগী ওইবা ) গৃহধর্ম্মণো ( য়ুম্বানবগী ধর্ম্মদা লৈরবা ) কপোতৌ ( লমথুম্ন অনিনা ) দৃষ্ট্যা ( য়েংবনা ) দৃষ্টীং ( মিৎ অহুবু ) অঙ্গেন ( হকচাংনা ) অঙ্গং ( হকচাংবু ) বুদ্ধ্যা ( বুদ্ধিনা ) বুদ্ধিং ( বুদ্ধিবু ) ববন্ধতুঃ ( পুন্নখি ) ॥৫৪

---

লুপশিন্দে ( পুক্লিং চংশিন্দে ) ॥৫০

ঈশিদা মমি তারিবা ম্নমিৎকুম্না, আত্মশক্তিনচিংবগী খেন্নবা মতুং ইম্না লৈরবা আত্মাবু, বুদ্ধি অপোৌবশিংনা হকচাংদা লৈবা ওইনা নিংই, থংম্ন থংঙি ॥৫১

করিগুম্বদগু কনাগুম্বনা হেঞ্জিন্না মুংশিবা; মহুদা পুক্লিং চংবা তৌরোইদবনি, তৌরবদি লমথুম্নগুম্না মৈচাক ফঙ্গনি ।৫২

বন অমদা অচৌবা উ অমদা মহুম শারবা কনাগুম্বা লমথুম্ন

শয্যাসনাটন স্থান বার্ত্তা ক্রীড়াশনাদিকম্ ।
মিথুনীভূয় বিস্রব্ধৌ চেরতুর্বনরাজিষু ॥৫৫
যং যং বাঞ্ছতি সা রাজন্ তর্পয়ন্ত্যনুকম্পিতা ।
তং তং সমনয়ৎ কামং কৃচ্ছ্রেণাপ্যজিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৫৬

---

বিস্রব্ধৌ (হেজিন্না মুংশিনরবা) [ বিশ্বস্ত ] ( চিংনদবা থাজনরবা ) মথোয় অনিনা ) বনরাজিষু ( বনগী মনুংদা ) শয্যা হিপ্পা ) আসন ( ফম্বা ) অটন ( কোয়বা ) স্থান ( লৈবা ) বার্ত্তা ( ৱারী শাবা ) ক্রীড়া ( শান্নবা ) অশনাদিকং ( চাবনা চিংবদা ) মিথুনী ভূয় ( অমত্তা ওইনা ) চেরতুঃ ( তৌখি ) ॥৫৫

---

হে রাজন্ ( হে যদু নিংথৌ ) অনুকম্পিতা ( য়াম্না নুংশিনা ) তর্পয়ন্তী ( পেনগল্লবী ) সা কপোতী ( লংথুম্ব অমোম অহুনা ) য যং ( মদু মদুবু ) বাঞ্ছতি ( পাম্বা ) তং তং কামং ( অপাম্ব অপাম্বা অদুবু কপোত ( লংথুমুলাবা ) অজিতেন্দ্রিয় ( নুংশিবগী মথা পোল্লবা লমথুম্ব অহুনা ) কৃচ্ছ্রেণ অপি ( য়াম্না ৱানা ওইরবসু ) সমানয়ৎ ( পুরকখি ) ॥৫৬

---

অমনা মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা চহি কয়ামুক লৈখি ॥৫৩

নুংশিবনা পুনশিন্নরবা য়ুম্বানবগী থর্মদা লৈরবা লমথুম্ব অনিনা য়েংনবনা, অঙ্গসঙ্গনা অমদি আসক্তিনা পুনথি হায়বদি হকচাংনা হকচাংবু, পুকনিংনা পুকনিংবু পুন্দুনা চান্ন-চিন্ননা লৈখি ।৫৪

হেজিন্না নুংশিনরবা মথোয় অনিনা বন অদুগী মনুংদা হিপ্পা, ফম্বা, কোয়বা, চৎপা; লৈবা, ৱারী শাবা, শান্নবা, চাবা অশিনচিংবদা অমত্তা ওইনা তৌখি ।৫৫

হে রাজন, হে যদু নিংথৌ, য়াম্না নুংশিনা পেনহল্লবী লমথুম্ব অমোম অহুনা মদু মদুবু পাম্বা, মদু মদুবু নুংশিবগী মথা পোল্লবা থুমুলাবা অহুনা য়াম্না ৱানা ওইরবসু পুরকখি ॥৫৬

মতম্না লাক্লবদা ইহান্ হাথা গর্ভ লৌরবী মপুরোয়বা নিংলবী

কপোতী প্রথমং গর্ভং গৃহ্নন্তী কাল আগতে।
অণ্ডানিং সুষুবে নীড়ে স্বপত্যুঃ সন্নিধৌ সতী ॥৫৭

তেষু কালে ব্যজায়ন্ত রচিতাবয়বা হরেঃ
শক্তিভিঃ দুর্বিভাব্যাভিঃ কোমলাঙ্গতনূরুহাঃ ॥৫৮

প্রজাঃ পুপুষতুঃ প্রীতৌ দম্পতী পুত্রবৎসলৌ।
শৃণ্বন্তৌ কূজিতং তাসাং নির্বৃতৌ কলভাষিতৈঃ ॥৫৯

---

কালে আগতে [সতি] (মতম্মা লাক্লবদা) প্রথমং গর্ভং (ইহান হাম্বা গর্ভবু) গৃহ্নন্তী (লৌরবী) সতী (মপুরোয়বা নিংলবী) কপোতী (লমথুনু অমোম অহুনা) নীড়ে (মহুমদা) স্বপত্যুঃ (মহাক্কী মপুরোইবগী) সন্নিধৌ (মনাক্তা) অণ্ডানি (মরুমশিং অহু) সুষুবে (কোকখ্রে)।৫৭

---

তেষু (মরুমশিং অহুদা) [যথা] কালে (মতম চানা) হরেঃ (শ্রীহরিগী) দুর্বিভাব্যাভিঃ (খংঙমদ্রবা) শক্তিভি (শক্তিশিংনা) রচিতাবয়বা (মওং মতৌ শেমলবা) কোমলাঙ্গ তনুরুহাঃ (থোংলনৌরবা মশা পাল্লবা [শাবকা] মচাশিং) ব্যজায়ন্ত (পোকখ্রে) ॥৫৮

---

তাসাং (মচাশিংগী) কলভাষিতৈঃ (মুংশিরবা খোম্থোক্লা) নির্বৃতৌ (নুঙাইরবা অমসুং পোংথারবা) চ (অমদি) কূজিতং (খোংলিবা অহুবু) শৃণ্বন্তৌ (তারবা) পুত্রবৎসলৌ (মচা মুংশিরবা) দম্পতী (থুনু মতে মনাও অনিনা অপেনবগা লোইননা) প্রজাঃ (মচাশিং অহুবু) পুপুষতু (য়োকখি)।৫৯

---

লমথুনু অমোম অহুনা, মহুমদা মহাক্কী মপুরোইবগী মনাক্তা মরুমশিং অহু কোকখ্রে।৫৭

মরুমশিং অহুদা মতম চানা শ্রীহরিগী খংঙমদ্রবা শক্তিশিংনা মওং মতৌ শেমলবা থোং নৌরবা মশা পাল্লবা মচাশিং পোকখ্রে ॥৫৮

মচাশিংগী মুংশিরবা খোম্থোক্লা অমাবা নৈত্রবা অমদি খোংলিবা অহুবু তারিবা। মচা মুংশিরবা লমথুনু মতে মনাও অনিনা অপেনবগা লোইননা মচাশিং অহুবু য়োকখি ॥৫৯

তাসাং পতত্রৈঃ সুস্পর্শৈঃ কুজিতৈর্মুগ্ধচেষ্টিতৈঃ ।
প্রত্যুদ্‌গমৈরদীনানাং পিতরৌ মুদমাপতুঃ ॥৬০
স্নেহানুবন্ধহৃদয়াবন্যোন্যং বিষ্ণু মায়য়া ।
বিমোহিতৌ দীনধিয়ৌ শিশুন্‌ পুপুষতুঃ প্রজাঃ ॥৬১

---

অদীনানাং ( হরাউ তয়াম্লবা ) তাসাং ( মচাশিং অহুদগী ) সুস্পর্শৈঃ ( শোক্লবদা হুংঙায়রবা ) প্রত্যুদ্‌গমৈ ( হৌগৎলকপদা ঙায়-রিবা ) পতত্রৈঃ ( মশাশিং অহুনা মরম ওইহুনা ) মুগ্ধচেষ্টিতৈঃ ( অঙাং ওইবগী শাম্লবা অমদি ) কুজিতৈঃ ( খোংাঙলবা অহুনা মরম ওইহুনা ) পিতরৌ ( মপা মমা অনিনা ) মুদম্‌ আপতুঃ ( অহুনা মরম ওইহুনা যাম্না হরাওজখি ) ॥৬০

---

বিষ্ণুমায়য়া শ্রীভগবান্‌গী মায়ানা মরম ওইহুনা ) বিমোহিতৌ ( অতোপ্পা অমা খংখিদ্রবা ) ( মরম অহুদগী ) অন্যোন্যং ( মহৈ মহৈ স্নেহানুবন্ধহৃদয়ৌ ( হুংশিনবগী মতুং ইন্না থমোয় পুন্‌শিন্নরবা ) দীন-ধিয়ৌ ( মচা য়োকপগী রাখন্তনা অতৈ খল্লদ্রবা ) [ তৌ ] ( লমখুন্নু মতৈ মনাও অনিনা ) শিশুন্‌ ( পিক্লিবা ) প্রজা ( মচাশিং অহুবু ) পুপুষতুঃ ( য়োকখি ) ॥৬১

---

হরাউ তয়াম্লবা অঙাংশিং অহুগী শোক্লবদা হুঙায়রবা হৌগৎ লকপদা ঙায়রিবা মশাশিং অহুনা মরম ওইহুনা অঙাং ওইবগী শাম্লবা, ( অমদি ) খোংলিবা অহুনা মরম ওইহুনা মমা মপা অনিনা য়াম্নমক হরাওজখি ॥৬০

শ্রীভগবানগী মায়ানা মরম ওইহুনা অতোপ্পা অমা খংখিদ্রবা, মরম অহুদগী মহৈ মহৈ হুংশিনবগী মতুং ইন্না থমোয পুনশিন্নরবা মচা য়োকপগী রাখলভদা লৈরবা খুন্নু মতৈ মনাও অনিনা পিক্লিবা মচাশিং অহুবু য়োকখি ॥৬১

নোংমগী লুমিত্তা মচা পোক্লবা খুন্নু অনি অহুনা মচাশিংগী অচা অথক থিনবগীদমক চংখি, চিঙাক পাদলবা মখোয় অনিনা মতম কয়ামুক বন অমগী মফম পুন্নমক্তা পায়খি ॥৬২

একদা জগ্মতুস্তাসামন্নার্থং তৌ কুটুম্বিনৌ।
পরিতঃ কাননে তস্মিন্নর্থিনৌ চেরতুশ্চিরম্ ॥৬২
দৃষ্ট্বা তাঁল্লুব্ধকঃ কশ্চিৎ যদৃচ্ছাতো বনেচরঃ।
জগৃহে জালমাতত্য চরতঃ স্বালয়ান্তিকে ॥৬৩
কপোতশ্চ কপোতী চ প্রজাপোষে সদোৎসুকৌ।
গতৌ পোষণমাদায় স্বনীড়মুপজগ্মতুঃ ॥৬৪

---

একদা (নোংমগী মুমিত্তা) কুটুম্বিনৌ (মচা পোক্লবা) তৌ (খুমু অনি অহুনা) তাসাং (মচাশিংশী) অন্নার্থং (অচাঅথক থিনব-গীদমক) জগ্মতুঃ (চৎখি) অর্থিনৌ (চিঞ্জাক পান্নবা মখোয় অনিনা) চিরং (মতম কয়ামুক চংনা) তস্মিন্ কাননে (বন অদুগী) পরিতঃ (মকম পুম্নমক্তা) চেরতুঃ (পায়খি) ॥৬২

---

[ইতি অবসরে] (অহাংবা মতম অসিদা) যদৃচ্ছাত (মনিংতম্না) বনেচরঃ (বন অদুদা চৎলিবা) কশ্চিৎ (কনাগুম্বা) লুব্ধকঃ (ব্যাধ অমনা) স্বালয়ান্তিকে (মহুম অদুগী মনাক্তা) চরতঃ (শান্নরিবা) তান্ (মচাশিং অদুমু) দৃষ্ট্বা (উরগা) জালম্ আতত্য (লাং শন্দোক্লুনা) জগৃহে (ফাখ্রে) ॥৬৩

---

প্রজাপোষে (মচাশিংমু য়োক-থাকপদা) সদোৎসুকৌ সন্তৌ (মতম চুপ্পা থন্দুনা লৈরবা) গতৌ (চিঞ্জাক থিবা চৎলিবা) কপোত কপোতী চ (খুমু মতৈ মনাও অনিনা) পোষণম্ আদায় (চিঞ্জাক থিরুরগা) স্বনীড়ং (মখোয়গী মকোন্দা) জগ্মতুঃ (থুংলখি) ।৬৪

---

অহাংবা মতম অসিদা মনিংতম্না বন অদুদা চৎলিবা কনাগুম্বা ব্যাধ অমনা মহুম অদুগী মনাক্তা চৎলম্মি. শান্নরিবা লমখুমু মচাশিং অদুমু উরদুনা লাং শন্দোক্লুনা ফাখ্রে ।৬৩

মচাশিং অদু য়োক থাকপদা মতম চুপ্পা থন্দুনা লৈরবা, চানবা থিবা চৎলিবা খুমু মতৈ মনাও অনিনা, চানবা চিঞ্জাক কয়া থিরুরগা মখোয়গী মকোন্দা থুংলখি ॥৬৪

লমখুমু অমোম অদুনা লাংদা পুদুনা লৈপ্রবা, অদাং ওইরিবা

কপোতী স্বাত্মজান্ বীক্ষ্য বালকান্ জালসংবৃতান্ ।
তানভ্যধাবৎ ক্রোশন্তী ক্রোশতো ভৃশদুঃখিতা ॥৬৫
সাসকৃৎ স্নেহগুণিতা দীনচিত্তাজমায়য়া ।
স্বয়ঞ্চাবধ্যত শিচা বদ্ধান্ পশ্যন্ত্যপস্মৃতিঃ ॥৬৬
কপোতশ্চাত্মজান্ বদ্ধানাত্মনোঽপ্যধিকান্ প্রিয়ান্ ।
ভার্য্যাঞ্চাত্মসমাং দীনো বিললাপাতিদুঃখিতঃ ॥৬৭

---

কপোতী ( লমখুঙ্গু অমোম অদুনা ) জালসম্বৃতান ( লাংদ থুদুনা লৈরিবা ) বালকান্ ( অঙাং ওইরিবা ) স্বাত্মজান্ ( মচাশিং অদুবু ) বীক্ষ্য ( উরগা ) ভৃশদুঃখিতা ( হায়ফম থংদনা বাররী ) ক্রোশন্তী ( লাও-খোংলবী মমা অদুনা ) ক্রোশতঃ ( মমা উবদগী লাও খোংদুনা কপ্লবা ) তান্ ( মচাশিং অদুগী মাইকৈদা ) অভ্যধবৎ ( পায়শিনখ্রে ) ॥৬৫

---

অজমায়য়া ( শ্রীভগবানগী মায়ানা ) অসকৃৎ ( থোয়দোক্না ) স্নেহগুণিতা ( হেন্না লুংশিন্নবী ) বদ্ধান্ ( ফাখ্রবা মচাশিংবু ) পশ্যন্তী ( উরিবী ) দীনচিত্তা ( পুক্নিং বাববী ) অপস্মৃত ( জ্ঞান মাংলবী ) সঃ ( খুম্নু অমোমদো ) স্বয়ং চ ( মশামকপুস্থু ) শিচা ( লালনা মরম ওইদুনা ) অবধ্যত ( ফাখ্রে ) ।৬৬

---

দীনঃ কপোত ( পাঙ্গল থোক্রবা ) লমখুম্নু লাবা অদুনা বদ্ধান্ ( ফা-পুনখ্রবা ) আত্মনঃ অপি ( মশাদগীশু ) অধিকান্ ( হেন্না ) প্রিয়ান ( লুংশিন্নবা ) আত্মজান্ ( মচাশিং ) তথা ( অমদি ) আত্ম-সমাং ( মশামক্না মান্নবা ) ভার্য্যাং চ ( নুপি অদুবুশু ) দৃষ্ট্বা ( উরগা ) অতিদুঃখিতঃ সন্ ( হাংচমদ্রবা অরাবা ওইদুনা ) বিললাপ ( বিলাপ তৌখি কপখি ) ॥৬৭

---

মচাশিং অদুবু উরগা, হায়কপ থংদনা বাররী লাও খোংলবী মমা অদুনা, মমা উবদগী লাও-খোংদুনা কপ্লবা মচাশিংগী মাইকৈদা পায়-শিনখ্রে ॥৬৫

শ্রীভগবানগী মায়ানা মরম ওইদুনা থোয়দোক্না লুংশিন্না হেন্নবা

অহো মে পশ্যতাপায়মল্পপুণ্যস্য দুর্ম্মতেঃ।
অতৃপ্তস্যাকৃতার্থস্য গৃহস্ত্রৈবর্গিকো হতঃ ॥৬৮
অনুরূপা'নুকূলা চ যস্য মে পতিদেবতা।
শূন্যে গৃহে মাং সংত্যজ্য পুত্রৈঃ স্বর্যাতি সাধুভিঃ ॥৬৯

---

অহো ( ওস্থোকপা লাইবক্তি ) অল্পপুণ্যস্য ( পুণ্যগী শরুক য়াম-দ্রবা ) দুর্ম্মতেঃ ( পূকচেল ফত্রবা ) মে ( ঐগী ) অপায়ম্ ( পুম্নমক মাংজবাস ) পশ্যত ( য়েংউ ) অতৃপ্তস্য ( মুংঙায়বা মপুং ফাদ্রিবা ) অকৃতার্থস্য ( তৌকম থোকপা তৌদ্রিবা ) মম ( ঐহাক অসিগী ) ত্রৈবর্গিকঃ ( ধর্ম্ম অর্থ কামগী ওইবা গৃহঃ ভার্য্যা অসি ) হতঃ ( হাং-পিত্রে ) ॥৬৮

---

যস্য মে ( মপ ক্তা কায়শিবা তৌদ্রিবা অসিগুম্বা ঐ অসিগী ) পতি-দেবতা ( মপুরে'ইবা ঐতবু পুম্নমক্তগী অথোয়বনি খল্লবী ) চ ( অমসুং ) অনুকূলা ( ঐগী মুঙায়নবতা হোংনজবী ) অনুরূপা ( মথোক কা-ব্ধনপগী ফজবনা তিল্লবী ) পত্নী ( মুপী অসিনা ) শূন্যে গৃহে ( হাংলবা যুম অসিদা ) মাং ( ঐবু ) সংত্যজ্য ( হুন্দোক্লগা ) সাধুভিঃ ( ফব্রবা মুংশিরবা ) পুত্রৈঃ সহ ( ইচাশিংগা লোইননা ) স্বর্যাতি ( স্বর্গদা চংখ্রে ) ।৬৯

---

কাগ্রবা মচাশিং অহুবু উরিবী পুক্লিং য়ারবী জ্ঞান মাংলবী থুমু অমোম অহুমকপুণ্ড লাংনা মরম ওইহুনা কাগ্রে ॥৬৬

পাঙ্গল থোক্তবা লমথুমু লাবা অহুনা কাবি পুনবিগ্রবা মশাদ-গীশু হেনা মুংশিরবা মচাশিং অহুবু অমদি মশামকা য়ায়রবা মহাকী মুপীবুশু উবগা, হায়ওমদনা য়াবা ওইহুনা বিলাপ তৌথি কপখি ॥৬৭

ওস্থোকপগী লাইবক্তি, পুণ্যগী শরুক য়ানম্রবা পুকচেল ফত্রবা ঐগী, পুম্নমক্ মাংলিবসি য়েংউ, মুঙায়বা মপুং ফাদ্রিবা তৌকম থোকপা তৌদ্রিবা, ঐহাক অসিগী ধর্ম্ম অর্থ কামগী ওইবা মুপী অসি চংখ্রে মাংখ্রে ॥৬৮

অসিগুম্বা ঐ অসিগী, মপুরোইবা ঐতবু লাইনিংখল্লবী, অমসুং

সোঽহং শূন্যে গৃহে দীনো মৃতদারো মৃতপ্রজঃ।
জিজীবিষে কিমর্থং বা বিধুরো দুঃখজীবিতঃ ॥৭০
তাংস্তথৈবাবৃতান্ শিগ্ভির্মৃত্যুগ্রস্তান্ বিচেষ্টতঃ।
স্বয়ঞ্চ কৃপণঃ শিক্ষু পশ্যন্নপ্যবুধোঽপতৎ ॥ ৭১

দীনঃ ( তোল্লবা ) মৃতপ্রজঃ ( ইচাপুম্বা শিরবা ) বা মৃতদারঃ ( ইতুশু শিরবা ) দুঃখজীবিতঃ ( য়ানা হিংগদৌরবা ) বিধুরঃ ( অৱা-বনা থল্লবা ) সঃ অহং ( অসিগুম্বা ঐসিনা ) শূন্যে গৃহে ( হাংলবা য়ুম অসি ) কিমর্থং ( করিগীদমক্তা ) জিজীবিষে ( হিংদুনা লৈখিনি ) ॥৭০

তথা এবম্ ( মতৌ অসুম্না ) শিগ্ভি ( জালশিংনা মরম ওইদুনা ) আবৃতান্ ( ফাপ্রবা ) বিচেষ্টতঃ ( মপাঙ্গল থোক্ত্রবা ) মৃত্যুগ্রস্তান্ ( অশিবগী খয়াত্তা তাপ্রবা ) তান্ ( মতু মচাশিং অদুবু ) পশ্যন্ অপি ( য়েংদুনা লৈরিবা ) অবুধঃ ( জ্ঞান মাংলবা ) কৃপণঃ ( তোল্লবা লমথুদুনা ) স্বয়ং চ ( মশামকশু ) শিক্ষু ( জাল অদুদা ) অপতৎ ( তাখি ) ।৭১

ঐগী মুত্তায়নবতা হোৎনজরবী, মখোক কারকপগী ফজরবী, লোইনবী অসিনা হাংলবা য়ুম অসিদা ঐবু হুন্দোক্লগা মুংশিরবা ইচাশিংগা লোয়ননা স্বর্গদা চৎখ্রে ।৬৯

তোল্লবা, ইচা পুম্বা শিগ্রবা অমদি ইতুশু শিগ্রবা, য়ানা হিং-গদৌরব', অৱাবনা থল্লবা অসিগুম্বা ঐহাকসিনা হাংলবা য়ুম অসিদা করিগীদমক হিংদুনা লৈখিগনি । ৭০

মতৌ অসুম্না জালশিংনা মরম ওইদুনা ফাপ্রবা মপাঙ্গল থোক্ত্রবা অশিবগী খয়াত্তা তরবা মতু মচাশিং অদুবু য়েংদুনা লৈরিবা জ্ঞান মাংলবা তোল্লবা লমথুদুনা মশামকশু জালে অদুদা তাখ্রে ॥৭১

মুংশি খংত্রবা শাদানবা অদুনা, মতু মচাশিংগীদমক্তা থল্লিবা জ্ঞান মাংলবা লমথুদ্ন অদুবু, মচাশিং অমদি মহাক্কী মুপী অদুবুশু কারগা অপাম্বা থুংলদুনা হরাউনা ময়ুমদা হকখ্রে ॥৭২

তং লব্ধা লুব্ধকঃ ক্রূরঃ কপোতং গৃহমেধিনম্ ।
কপোতকান্ কপোতীঞ্চ সিদ্ধার্থঃ প্রযযৌগৃহম্ ॥৭২
এবং কুটুম্ব্যশান্তাত্মা দ্বন্দ্বারামঃ পতত্রিবৎ ।
পুষ্ণন্ কুটুম্বং কৃপণঃ সানুবন্ধোঽবসীদতি ॥৭৩
যঃ প্রাপ্য মানুষং লোকং মুক্তিদ্বারমপাবৃতম্ ।
গৃহেষু খগবৎ সক্তাস্তমারূঢ়চ্যুতং বিদুঃ ॥৭৪
ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং
বৈয়াসিক্যাং একাদশ স্কন্ধে সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

ক্রূরঃ ( মুংশি হৈত্রবা ) লুব্ধকঃ ( ব্যাধ [ শাদানবা ] অহুনা ) গৃহমেধিনং ( মতু মচাগীদমক্তা খল্লিবা ) তং ( জ্ঞান মাংলবা ) কপোত ( লমখুমু অহুবু ) কপোতকান্ ( মচাশিং অহুবু ) কপোতীং চ ( অমসুং মহাক্কী মুপীবুসু ) লব্ধা ( ফংলগা ) সিদ্ধার্থঃ সন্ ( অপাম্বা থুংলহুনা ) গৃহং ( ময়ুমদা ) প্রযযৌ ( হল্লাউনা হনখ্রে ) ॥৭২

---

এবং ( মত্তৌ অসুম্না ) অশান্তাত্মা ( পুক্নিং লাংতক্লবা ) দ্বন্দ্বারামঃ ( সংসারদা পুক্নিং চংলিবা ) কুটুম্বী [ ভর্য্যা ] ( মুপী ) কুটুম্বং ( মহাক্কী ওইবা মী মচানচিংবা অহুবু ) পুষ্ণন্ ( য়োক থাক্লিবা ) সানুবন্ধঃ ( মুংশিবা অতুগী তুংইন্না পুনশিল্লবা ) কৃপণঃ ( তোল্লবা মহাক্কা ) পতত্রিবৎ ( উচেক লবখুমুনা তৌবগুম্ অবসীদতি ( অরাবা ফংই ) ॥৭৩

---

যং ( মী অহুনা ) মুক্তিদ্বারং ( মুক্তিগী লম্বি ওইবা ) অপাবৃতং ( হাংদোক্লুনা লৈরবা ) মানুষং লোকং ( মী ওইবগী মপোক অশিবু ) প্রাপ্য ( ফংলগা ) খগবৎ ( উচেক্নুম্না ) গৃহেষু ( মতু মচানচিংবদা সক্তঃ ( পুক্নিং চংহুনা লৈরবা ) তম্ ( মহাক অহুবু ) আরূঢ়চ্যুতং ( মুক্তিদগী তারক্লিবনি হায়না ) বিদু ( খঙ্ঙু ) ॥৭৪

---

মত্তৌ অসুম্না পুক্নিং লাংতক্লরিবা, সংসারদা পুক্নিং চংলিবা, মহাক্কী মুপী অমদি মহাক্কী ওইবা মচা মশুশিং অহুতবু য়োক-থাক্লিবা, মুংশিবা অতুগী মতুং ইন্না পুনশিনগ্রবা তোল্লবা মহাক্কা, উচেক লমখুমুনা তৌবগুম অরাবা ফংই ॥৭৩

মী অহুনা মুক্তিগী লম্বীশিবু হাংদোক্লুনা লৈরবা মী ওইবগী মপোক ফংলগা, উচেক্নুম্না মতু মচানচিংবদা পুক্নিং চংহুনা লৈরবা, মহাক অহুবু মুক্তিদগী তারক্লবনি হায়না খঙ্ঙু ।৭৪

শ্রীমহর্ষি বেদব্যাসনা ইবা পরমহংসশিংগী ওইবা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা মহাপুরাণগী একাদশ স্কন্ধদা সপ্তম অধ্যায়না মতাংসিদা লোইরে ॥

---

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

### অষ্টমোঽধ্যায়ঃ।

ব্রাহ্মণ উবাচ।

সুখমৈন্দ্রিয়কং রাজন্ স্বর্গে নরক এব চ।
দেহিনাং যদ্ যথা দুঃখং তস্মান্নেচ্ছেত তদ্বুধঃ ॥১
গ্রাসং সুমৃষ্টং বিরসং মহান্তং স্তোকমেব বা।
যদৃচ্ছয়ৈবাপতিতং গ্রসেদাজগরোঽক্রিয়ঃ ॥২

---

ব্রাহ্মণঃ উবাচ ( দত্তাত্রেয়না হায়খি ) হে রাজন্ ( হে যদু নিংথৌ ) দেহিনাং ( থবাই পাশিং অসিগী ) যং ( অতুম্না মথক্কী মপোক্কা ওইথিবা ) যথা ( মদুগী মতুং ইন্না ) স্বর্গে ( স্বর্গদা ইন্দ্রনচিংবগী ) নরকে চ ( নরকতা ওরুচিংবগী মপোক্কত্ত ) সুখং দুঃখং ( অরা নুঙাইয় অনি অসি ) [ ভবতি ] এব ( শোয়দনা ওইবনি ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) বুধঃ ( অথংবা জ্ঞান লৈবশিংনা ) তৎ ( ইন্দ্রিযগী ওইবা অরা-নুঙাইযববু ) ন ঈচ্ছেত ( মদু খঙ্গোইদবনি ) ।১

---

যদৃচ্ছয়া এব ( হাযঙকবা অমদি থিকবা য়াওদনা ) আপতিতং ( ফংলবা ) গ্রাসং অন্ন ( চানবা অন্নবু ) সুমৃষ্টং ( য়াম্না হাউবা ) বা ( অমদি ) বিরসং মহাও য়াওদ্রবসু ) মহান্তং ( য়াম্না য়াম্বা ) স্তোকং এব ( খজিকং ওইরবসু ) অক্রিয়ঃ — উদাসীন ( অত্তেম্না অমা থল্লদ্রবা ) আজগরঃ ( লাইরেনগী মতৌগুম লৈতুনা ) গ্রসেৎ ( চাগনি ) ।২

---

দত্তাত্রেয়না হায়খি হে যদু নিংথৌ থবায় পানবশিং অসিগী

শয়ীতাহানি ভূরীনি নিরাহারোঽনুপক্রমঃ।
যদি নোপনমেৎ গ্রাসো মহাহিরিব দিষ্টভুক্ ॥৩
ওজঃ সহোবলযুতং বিভ্রৎদেহং অকর্ম্মকম্।
শয়ানো বীতনিদ্রশ্চ নেহেতেন্দ্রিয়বান্ অপি ॥৪

যদি ( কুমিৎ অহুদা ) গ্রাসঃ ( চানবা অহু ) ন উপনমেৎ ( পু-রুকত্রবা অহু ওইরবদি ) দিষ্টভুক্ ( ঈশ্বরনা তমলকপা চাহুনা লেনজবা ) মহাহিঃ ইব ( অচৌবলিন [ লাইরেন ] গুম্না ) অনুপক্রমঃ ( হোৎনরুবা তৌদনা ) ভূরীনি অহানি ( কুমিৎ কয়ানিমুক ) শয়ীত ( তাহুনা লৈগনি ) ॥৩

ওজঃ সহোবলযুতং ( মখোইশিং অহুদি ইন্দ্রিয়শিংগী, পুক্নিংগী, হকচাংগী; মপাঙ্গল লৈহুনগু ) অকর্ম্মকম্ ( থবক তৌদ্রবা ) দেহং ( হক-চাং অহুবু ) বিভ্রৎ ( পুহুনা ) শয়ানঃ ( হিপতুনা ) বীতনিদ্রঃ ভবেৎ ( তুমদনা লৈগনি ) ইন্দ্রিয়বান্ অপি ( মপাঙ্গল থোনা লৈহুনগু ) ন ইহেত ( চানবগীদমক হোৎনরোই ) ॥৪

অহুম্না মথক্কী মপোক্তা ওইশিবা মহুগী মতুং ইন্না, স্বর্গদনা ইন্দ্রন-চিংবগী, নরকতা ওক্রুচিংবগী মফমদসু, অৱা-নুঙাই অনি অসি শোয়দনা ওইবনি, মরম অসিনা জ্ঞান লৈবশিংনা অৱা-নুঙাইগী মফমদা করিসু খল্লুদে, মহু খল্লোইদবনি ॥১

হায়জবা অমদি থিরুবা তৌদনা ফংলবা চানবা অহু অহাওবা অমদি হাওতবা, অয়াম্বা-য়ামদবা থিদনা অতোপ্পা অমা খল্লদবা ভগ-বানতবু নিংলবা, লাইরেনগুম লৈরবা সন্ন্যাসী অহুনা চাগনি, ( ফংদ্রেগা তোকনি ) ॥২

কুমিৎ অহুদা চানবা অহু করিমত্তা ফংদ্রবা, অহু ওইরবদি ভগ-বাননা তমলকপা অহুতা চাহুনা লেঞ্জবা অচৌবা লিনগুম্না হোৎনরুবা তৌদনা কুমিৎ কয়ানিমুক হিপতুনা তুমদনা লৈগনি ॥৩

মখোয়শিং অহুদি ইন্দ্রিয়শিংগী পুকনিং [ মনঃ ] গী হকচাংগী পাঙ্গল লৈহুনগু, থবক তৌদ্রবা হকচাং অহু পুহুনা হিপতুনা তুমদনা

মুনিঃ প্রসন্নগম্ভীরো দুর্বিগাহ্যো দুরত্যয়ঃ।
অনন্তপারো হ্যক্ষোভ্যঃ স্তিমিতোদ ইবার্ণবঃ ॥৫
সমৃদ্ধকামো হীনো বা নারায়ণপরো মুনিঃ।
নোৎসর্পেত ন শুষ্যেত সরিদ্ভিরিব সাগরঃ ॥৬

প্রসন্নগম্ভীরঃ ( মাইথোং মকা লাম্বা, বুদ্ধি শৌশি, লৈবা, কনা গুম্বা অমত্তনদি ) অভিপ্রায় ( নিংলিবা অহুবুদি খংবা ঙমদবা ) দুর্বিগাহ্যঃ [ মরম অদুনা ] ( পুক্নিংগী অরেপ্পা খংদ্রবা ) দুরত্যয়ঃ ( কনানা নমহৎপা লাম্বোকপা ঙমদবা ) অক্ষোভ্যঃ ( অপাম্বা লৈতবদগী বিকার পোক্কবা ) মুনিঃ ( যতি অদুনা ) অনন্তপারঃ ( মতম অমদি ঙমখৈ লেপ্পা ঙমদ্রবা ) স্তিমিতোদ ( লেংদ্রবা ঈশিং ) অর্ণবঃ ইব ( সমুদ্রগুম্বা [ ভবেৎ ] ওইগনি ) ॥৫

নারায়ণপরঃ [ সন্ ]( শ্রীহরিদা চংজদুনা, মুনি ওইদুনা সমৃদ্ধকামঃ ( মপুং ফানা অপাম্বদু ফংবদা ) বা ( অমদি ) হীন ( মদু ফংদবদা ) ন উৎসর্পেত ( হৱাওরোইদৌবনি ) ন শুষ্যেত ( ৱাবা তৌরোযদৌবনি ) সরিদ্ভিঃ ( তুরেন খিবিক্না চেনশিনবদা ) সাগরঃ ইব ( সমুদ্রনা হেনগদ্রে মযেং তাদে অদুগুম্বা ওয়গনি ) ।৬

লৈগনি, পাঙ্গল থোনা লৈবা ওইদুনগু চাব ফ নবগীদমক করি অমত্তা হোৎনরোইদবনি ॥৪

মাইথোং মকাদি লাম্বা, নিংলিবা অদুবুদি খংবা ঙমদবা, মরম অদুনা পুক্নিংগী অরেপ্পা খংদ্রবা [ অদুনা ] লাম্বোকপা ঙমদবা অপাম্বা লৈতবা মরমনা, বিকার = মাইথোং লাংশিনবা লৈত্রবা যতি অদুনা, মতম অমদি মফম্না ঙমখৈ লেপ্পা ঙমদ্রবা সমুদ্রগুম্বা ওইগনি ॥৫

শ্রীহরিদা পুক্নিং হাপতুনা মুনি ওইদুনা শ্রীহরিতবু নিংবনা স্বভাব ওইদুনা, মপুং ফানা অপাম্বদু ফংবদা, হৱাওবা অমসুং অৱাবা তৌদনা মাম্নবা রাখনদা লৈগনি, তুরেনশিংনা চেনশিনবদা সমুদ্রনা হেনগদ্রে মযেং তাদে, মশিগুম্ব সমত্ব যোগ ওইগনি ) ॥৬

দৃষ্ট্বা স্ত্রিয়ং দেবমায়াং তদ্ভাবৈরজিতেন্দ্রিয়ঃ ।
প্রলোভিতঃ পতত্যন্ধে তমস্যগ্নৌ পতঙ্গবৎ ॥৭
যোষিদ্ধিরণ্যাভরণাম্বরাদি- ।
দ্রব্যেষু মায়ারচিতেষু মূঢ়ঃ ।
প্রলোভিতাত্মা হ্যুপভোগবুদ্ধ্যা
পতঙ্গবন্নশ্যতি নষ্টদৃষ্টিঃ ॥৮

অজিতেন্দ্রিয়ঃ ( ইন্দ্রিয়বু জয় তৌদ্রিবা মীনা ) দেবমায়াং ( লাইনা ম'য়া তৌহুনা শারক্লবা ) স্ত্রিয়ং ( নুপীবু ) দৃষ্ট্বা ( উরগা ) তৎ ভাবৈঃ ( নুপীগী ভাবনা ) প্রলোভিতঃ সন্ ( মিহৌহুনা চংলগা ) অন্ধে ( অমম্বা ) তমসি ( নরকতা ) পততি ( তাই ) অগ্নৌ ( মৈঙিদা ) পতঙ্গবৎ ( মৈরানবীনা পায়শিনরগুম্বনি ) ॥৭

মায়ারচিতেষু ( মায়ানা থোকহল্লবা ) যোষিৎ ( মপুং ফারবা নুপী ) হিরণ্য ( সনা ) আভরণ ( শেৎন চানবা ) অম্বরাদিষু ( ফিরোন্নচিংবদা ) উপভোগবুদ্ধ্যা ( চাগনি থক্বনি হায়বা বুদ্ধিনা ) প্রলোভিতাত্মা ( পুক্নিং লৈতাদ্রবা ) মূঢ়ঃ ( পংলবা অহুবা ) নষ্টদৃষ্টীঃ সন্ ( মিৎ তাংবা ওইহুনা ) পতঙ্গবৎ ( মৈরানবীগুম্না ) নশ্যতি ( মাংই ) ॥৮

ইন্দ্রিয় থুহুম চনদ্রিবা; অপাম্বগী মথা পোল্লবা মীনা, লাইনা মায়া তৌহুনা শারক্লবা নুপী উরগা, মহুগী ভাবনা মিহৌহুনা চংলগা, অমম্বা নরক অহুদা তাই, নিংথিনা চাক্লিবা মৈদা মৈরানবীনা পায়শিনবা অহুগুম্বনি ॥৭

মায়ানা মরম ওইহুনা থোকহল্লবা মপুং ফারবা, নুপী, সনা লুপা, শেৎন চানবা ফিরোন্নচিংবদা, চাগনি থকনি হায়বা বুদ্ধিনা পুক্নিং লৈতাদ্রবা পংলবা মহাক্না মমিৎ তাংহুনা মৈরানবীগুম্না মাংই ॥৮

মতম চুপ্পদা ভগবানবু কাওদ্রবা মহাক্না, ময়ম পাল্লিবশিংবু অরাবা পিদনা; অহুক্না হকচাং অসিনা লৈগদবা ওইবা মহুক্তমক, থয় থরতং চানবা অহু লৌগনি, অসুম্না খোঁইমু ওইবা লমচৎ অসিদা হকচাং অসি থাদোকপা ফাওবা লৈগনি ॥৯

স্তোকং স্তোকংগ্রসেৎ গ্রাসং দেহোবর্ত্তেত যাবতা।
গৃহানহিংসন্নাতিষ্ঠেদ্‌ বৃত্তিং মাধুকরীং মুনিঃ ।৯
অণুভ্যশ্চ মহদ্ভ্যশ্চ শাস্ত্রেভ্যঃ কুশলোনরঃ।
সর্ব্বতঃ সারমাদদ্যাৎ পুষ্পেভ্য ইব ষট্‌পদঃ ॥১০
সায়ন্তনং শ্বস্তনংবা ন সংগৃহ্ণীত ভিক্ষিতম্।
পাণিপাত্রোদরমাত্রো মক্ষিকেব ন সংগ্রহী ॥১১

মুনিঃ [ মননশীল ] ( মতম চুমদা ভগবানবু খল্লবা অদুনা ) গৃহান ( য়ুম পালিবশিংবু ) অহিংসন্ ( অহাবা পিদনা ) যাবতা ( অদুক্কা ওইবা ) দেহঃ ( হকচাং অসিনা ) বর্ত্তেত ( লৈগদবা [ হিংবা ] ওইবা ) তাবতা ( মতুক্তমক ) স্তোকং স্তোকং ( খর খরতং ) গ্রাসং ( চানবা অদু ) গ্রসেৎ ( লৌগনি ) এবং ( অমসুম্না ) মাধুকরীং ( খোইমুগী ওইবা ) বৃত্তিং [ ধর্ম্ম ] ( লমচৎ অসিদা ) আতিষ্ঠেৎ ( শিব ফাওবা লৈগনি ) ॥৯

চ ( অমসুং ) ষট্‌পদঃ ( খোয়মুনা ) পুষ্পেভ্যঃ ( লৈশিংদগী ) সারং ইব ( লৈহি লৌবগুম্না ) সর্ব্বতঃ ( পুম্নমক্তগী ) কুশল; নরঃ ( হৈ শিংলবা মীনা ) অণুভ্যঃ ( অপিকপা ) চ ( অমসুং ) মহদ্ভ্যঃ ( অচৌবা ) শাস্ত্রেভ্যঃ ( শাস্ত্রশিংদগী ) সারং ( মশাগা চাম্নবা অফবা অদুক্তমক ) আদদ্যাৎ ( লৌগনি ) ॥১০

ভিক্ষিতং ( ভিক্ষাগী অন্ন অদু ) সায়ন্তনং ( মুমিদাংবায়গী ) বা ( অমদি ) শ্বস্তনং ( হয়েংগী ) ন সংগৃহ্ণীত ( লৌ.স্নায়দবনি ) পাণিপাত্রঃ ভবেৎ ( খুৎনা ভিক্ষা লৌনবা পাত্র ওইগনি ) উদরমাত্রঃ ভবেৎ ( পুক থম্নবা অদুক্তমক লৌগনি ) মক্ষিকা ইব ( হয়িংখোয়গুম্না ) ন সংগ্রহী ভবেৎ ( পৈশিল্লোইদবনি ) ॥১১

খোয়মুনা লৈশিংদগী লৈহি লৌবগুম্না, পুম্নমক্তা হৈ-শিংলবা মীনা অপিকপা অমসুং অচৌবা শাস্ত্রশিংদগী ( শাস্তং = অজ্ঞাতং জ্ঞাপকং শাস্ত্রম্ [ আত্মতত্ত্ব ] মশাগী মশক তাক্লিবদু অদুম্না মশাগা চানবা অদুক্তমক লৌগনি ॥১০

সায়ন্তনং শ্বস্তনংবা ন সংগৃহ্নীত ভিক্ষুকঃ।
মক্ষিকা ইব সংগৃহ্নন্ সহ তেন বিনশ্যতি ॥১২
পদাপি যুবতীং ভিক্ষুর্ন স্পৃশেৎ দারবীমপি।
স্পৃশন্ করীব বধ্যেত করিণ্যা অঙ্গসঙ্গতঃ ॥১৩
নাধিগচ্ছেৎ স্ত্রিয়ং প্রাজ্ঞঃ কর্হিচিন্মৃত্যুমাত্মনঃ।
বলাধিকৈঃ স হন্যেত গজৈরন্যৈর্গজো যথা ॥১৪

ভিক্ষুকঃ (ভিক্ষারী অহুনা) সায়ন্তনং (নুমিদাংবাইগী) বা (অমদি) শ্বস্তনং (হয়েংগীদমক) ন সংগৃহ্নীত (লৌশিল্লোইদৌবনি) সংগৃহ্নন্ চেৎ (শৌশিনবা থে'ক্লবদি) মক্ষিকা ইব (হয়িংখোয়গুম্না) তেন সহ (পোৎ অদুগা লে'ইননা) নশ্যতি (মাংঙি) ॥১২

ভিক্ষু (ভিক্ষারী অহুনা) যুবতীং (মথোক কারকপী নুপীবু) দারবীং অপি (উনা শাবম্ন ওইসমু) পদা অপি (খোংনা ফাওবা) ন স্পৃশেৎ (শোক্লোইদবানি) স্পৃশন্ চেৎ (শোকলুববদি) করিণ্যা (শামু অমোমগী) অঙ্গসঙ্গতঃ (মশাগ শোক্লবদা) করী ইব (লাবনা তৌবগুম) বধ্যেত (পুনখিনি. মাঙ্গনি) ॥১৩

প্রাজ্ঞঃ (জ্ঞান লৈবা মীনা) কর্হিচিৎ (করিগুম্বদগু) আত্মনঃ মৃত্যুং (মশাগী মোংফম ওইরিবা) স্ত্রিয়ং (নুপীবু) ন অধিগচ্ছেৎ (হেজিন্না থল্লোইদবনি তিন্নরোইদবনি) বলাধিকৈঃ (পাঙ্গল হেনবা) অন্যৈঃগজৈঃ (অতোপপা শামুশিংনা) গজঃ যথা (অশোনবা অহুবু হাৎপা) তথা (মদুগুম্না) সঃ হন্যেত (মহাক মাঙনি) ॥১৪

নুমিদংবাইগী অমদি হয়েংগীদমক ভিক্ষা লৌরোয়দবনি, ভিক্ষা লৌবদা খুংনা পাত্র ওইগনি, পুক থনগদোবা অহুতমক লৌগনি, হয়িংথে য়গুম্না পৈশিল্লোইদবনি ॥১১

ভিক্ষারী অহুনা নুমিদাংয়াইগী অমদি হয়েংগীদমক ভিক্ষা লৌরোই-দৌবনি, লৌবা থোক্লবদি হয়িংখোয়গুম্না পোৎ অদুগা লোইননা মাংঙিও। ১২

ভিক্ষারী অহুনা মথোক কারকপী নুপীবু, উনা শাবমু ওইসমু

ন দেয়ং নোপভোগ্যঞ্চ লুব্ধৈর্যদ্দুঃখসঞ্চিতম্।
ভুঙ্ক্তে তদপি তচ্চান্যো মধুহেবার্থবিন্মধু ॥১৫
সুদুঃখোপার্জিতৈর্বিত্তৈরাশাসানাং গৃহাশিষঃ।
মধুহেবাগ্রতো ভুঙ্ক্তে যতির্বৈ গৃহমেধিনাম্ ॥১৬

লুব্ধৈঃ ( অপাস্বপী নথা পোল্লবশিংনা ) দুঃখসঞ্চিতং ( য়ানা তাঙ্গরবা ) যৎ ( অহুগুম্ব লনু ) তৎ অপি ( মহুস্থ ) ন দেয়ং ( দান তৌনবস্থু ওইবরোই ) ন উপভোগ্যং চ ( মানা মহাক্কা ) ভোগ ( তৌন-বস্থু চানবস্থু নত্তে ) অর্থবিৎ ( হৈ শিংলবা ) মধুহা ( খোয়হি লৌবনা মধু ইব ( খোয়হি লৌথিব্য অহুম্মা ) তৎ চ ( য়ানা তাললুরিবা লন অহুগু ) অন্যঃ ( অতোপ্পা অমনা ) ভুঙ্ক্তে ( ভোগ তৌই ) ॥১৫

সুদুঃখোপার্জিতৈঃ ( য়াম্না য়ান্য তাল্লুরবা ) বিত্তৈঃ ( লননা মরম ওইহুনা ) গৃহাশিষঃ ( য়ুম পানবদা হৈশিংলবা ) আশাসনাং ( অপাম্ব-না থজবা ) গৃহমেধিনাং ( য়ুম পাল্লিবশিংগী অম্নচিংবহু ) মধুহা ( খোয়মুনা ) মধু ইব ( খোয়হিবু চাবগুম ) অগ্রতঃ ( মখোয়না চাঙ্গিডৈগী মমাংদা ) যতি ( সন্ন্যাসী অহুনা ) ভুংঙক্তে ( চাই )। ১৬

খোংবা কাওবা, পোক্লোইদবনি. শোকলুরবদি শামু অমোমগী মশা শোক্ল-বদা লাবনা তৌবগুম পুনখিগনি।১৩

জ্ঞান লৈবা মীনা করিগুম্বদগু মশাগী মোংফম ওইরিবা মুগীবু চেক্লিম্না থংনোই তিম্নরোইদবনি, পাঙ্গল হেনবা অতোপ্পা শামুশিংনা অশোন্নবা, শামুবু হাংপা, অহুগুম্না মহাক মাঙ্গনি ॥১৪

অপাস্বপী মথা পোল্লবশিংনা য়ানা তাঙ্গরবা অহুগুম্বা লন, মহুগু দান তৌনবা ওইররোই, অহুগা মহাক্কা চানবস্থু মত্তে, হৈশিংলবা খোয়হি লোকপনা খোয়হি লৌথিবা অহুম্না, অতোপ্পা অমনা ভোগ তৌই ॥১৫

( থোংলিবা চাক ইনশাংগী মপুদি যতি অমস্তুং ব্রহ্মচারীনি, মখোয়দা পিরম্মলনা চারবদি ( চান্দ্রায়ণং চরেৎ ইতি দান বিধানাৎ ) য়াম্না য়ানা তাল্লুরবা লননা মরম ওইহুনা য়ুম পানবদা হৈ-শিংলবা

গ্রাম্যগীতং ন শৃনুয়াদ্ যতির্বনচরঃ কচিৎ।
শিক্ষেত হরিণাদ্বদ্ধান্ মৃগয়োর্গীতমোহিতাৎ ॥১৭
নৃত্য বাদিত্র গীতানি জুষন্ গ্রাম্যানি যোষিতাম্।
আসাং ক্রীড়নকো বশ্য ঋষ্যশৃঙ্গো মৃগীসুতঃ ॥১৮
জিহ্বয়াতিপ্রমাথিন্যা জনো রসবিমোহিতঃ।
মৃত্যুমৃচ্ছত্যসদ্‌বুদ্ধির্মীনস্তু বড়িশৈর্যথা ॥১৯

---

বনচরঃ ( বনদা লৈরিবা ) যতি ( সন্ন্যাসীনা ) কচিৎ ( করি-গুম্বদগু ) গ্রাম্যগীতং ( খুল্লকী ঈশৈ [ খুলং ঈশৈ ] ) ন শৃণুয়াৎ ( তারোইদবনি ) মৃগয়ো [ লুব্ধকস্য ] ( শাদানবগী ) গীতমোহিতাৎ ( ঈশৈনা শুম্নহৎতুনা ) বদ্ধাৎ ( ফাগ্রবা ) হরিণাৎ ( শজিদগী [ ইতি ] শিক্ষেত ( মসি তমগনি ) ॥১৭

---

যোষিতাঃ ( মপুং মরৈ ফারবী নুপীশিংগী ) গ্রাম্যানি ( খুল্লকী ওইবা ) নৃত্য বাদিত্র গীতানি ( জগোইশাবা, মুংশিরবা যন্ত্রশিং থোংবা শক্লিবা ঈশৈশিংবু ) জুষন্ ( তাকবা ) মৃগীসুতঃ ( শজিগী মচা ) ঋষ্য-শৃঙ্গঃ ( ঋষ্যশৃঙ্গনা ) আসাং ( নুপীশিং অদুগী ) ক্রীডনকো ভুত্তা ( শান্নপোৎ ওইদুনা ) বশ্য ( বভুব ) ( মথা পে নখি ) ॥১৮

---

মীন ( ঙানা ) বড়িশ ( ঙাহিং তৈরবা য়োংকী তিংথংশিংনা মরম ওইদুনা ) যথা ( অদুম্না ) মৃত্যুং ঋচ্ছতি ( মথবাই মাঙতি, ) তথা ( মদুগুম্না ) অসৎবুদ্ধিঃ ( বুদ্ধি লৈতাপ্রবা ) জনঃ ( মী অদুনা ) অতিপ্রমাথিন্যা ( লাকশিনবদা হারবা ), জিহ্বয়া ( লৈয়ে না মরম ওই-দুনা ) রসবিমোহিতঃ ( অহাওবগা পামদুনা ) মৃত্যুং ( যমগী লৈবাক্তা ) গচ্ছতি ( চৎলি ॥১৯

---

অপাম্বনা থল্লবা য়ুম পাল্লিবশিংগী অম্মনা চিংবদু, থোয়মুনা থোয়হি চাথিবগুম, গৃহস্থিশিংনা চাত্রিঙৈগী মমাংদা সন্ন্যাসীশিংনা চাই ॥১৬

বনদা লৈরিবা সন্ন্যাসীনা করিগুম্বদসু খুল্লকী ঈশৈ তারোইদবনি, শাদানবগী ঈশৈনা শুম্নহৎতুনা ফাগ্রবা শজিদগী মসি তমগদবনি ॥১৭

মপুং মরৈ ফারবী নুপীশিংগী খুল্লকী ওইবা জগোই, যন্ত্রশিংগী

ইন্দ্রিয়াণি জয়ন্ত্যাশু নিরাহারা মনীষিনঃ।
বর্জ্জয়িত্বা তু রসনং তন্নিরন্নস্য বর্দ্ধতে ।২০
তাবজ্জিতেন্দ্রিয়ো ন স্যাদ্ বিজিতান্যেন্দ্রিয়ঃ পুমান্।
ন জয়েৎ রসনং যাবৎ জিতং সর্ব্বং জিতে রসে ॥২১

---

নিরাহারা ( করিমত্তা চান্নবা ) মনীষিনঃ ঈশ্বর নিংলিবশিংনা ) ইন্দ্রিয়াণি ( মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু ) আশু ( কুইদনা ) জয়ন্তি ( জয় তৌই ) রসনং ( লৈএ বুদি ) বর্জ্জয়িত্বা ( থাদোক্লগা — জয় তৌদনা ). তু ( তৌইগুম্বসুং ) নিরন্নস্য ( চরা হেল্লিবা মীহুদি ) তৎ ( লৈএং অতুগী অপাম্বহু — চানিং থকনিংবহু ) বর্দ্ধতে ( হেনগৎলবহুব ওই ) ।২০

---

রসনং ( লৈএং অসিবু ) ন জয়েৎ ( খুত্থুম চল্লিদ্রবা ) যাবৎ ( অতুকী মথৈ ওইবা ) তাবৎ ( অতুকী মথৈ ওইবা মতম অদু ফাওবা ) বিজিত অনা ইন্দ্রিয়ঃ ( লৈএ নত্তনা ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থুম চল্লিবা ) পুমান্ ( মী অদো ) জিতেন্দ্রিয়ঃ [ ইতি ] ( ইন্দ্রিয় খুত্থুম চল্লবনি হায়বহু ) ন স্যাৎ ( ওইদে ) রসে জিতে ( লৈএবু খুত্থুম চল্লবদি ) সর্ব্ব জিতং ( ইন্দ্রিয় পুম্নমক্পু খুত্থুম চল্লবনি ॥২১

---

সুংশিরবা খে স্নোক অমদি ঈশ তারুবা শজীগী মচা ঋষ্যশৃঙ্গনা ফুপীশিং অতুগী শাম্নপোৎ ওইহুনা মথোয়গী মথা পোনখি ॥১৮

তানা তাহিং ঐতেরবা য়োংকী তিংথংনা মরম ওইহুনা মথরাই মাওতি, মঙ্গুগুম্বা বুদ্ধি লৈতাদ্রবা মীনা লাকশিনবদা রায়বা লৈয়েংনা মরম ওইহুনা যনগী লৈবাক্তা চৎলি ॥১৯

করিমত্তা চাদ থক্তনা ঈশ্বর নিংলিবশিংনা মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবুদি কুইদনা লাকশিনবা খুত্থুমচনবা ঙমই, তৌইগুম্বং লৈ-এংবুদি জয় তৌথোদনা চরা হেল্লুবনা লৈএংগী অপাম্ব — অরাম খোৱাংবহু অহোইননা হেনগৎলবা ওই । ২০

লৈএংবু খুত্থুম চল্লিদ্রবা অতুকী মথৈ ওইবা মতম অদু ফাওবা, লৈএং নত্তনা মিৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থুম চল্লবসু, ইন্দ্রিয়

পিঙ্গলা নাম বেশ্যাসীৎ বিদেহনগরে পুরা।
তস্যা মে শিক্ষিতং কিঞ্চিন্নিবোধ নৃপনন্দন ॥ ২২
সা স্বৈরীণেকদা কান্তং সঙ্কেত উপনেষ্যতী।
অভূৎকালে বহির্দ্বারে বীভ্রতী রূপমুত্তমম্ ॥ ২৩
মার্গ আগচ্ছতো বীক্ষ্য পুরুষান্ পুরুষর্ষভ।
তান্ শুল্কদান্ বীত্তবতঃ কান্তান্ মেনেঽর্থকামুকা ॥২৪

হে নৃপনন্দন ( হে রাজকুমার ) পুরা ( মমাংঙৈদা ) বিদেহ নগরে ( মিথিলাদা ) পিঙ্গলা নাম ( মমিং পিঙ্গলা কৌবী ) বেশ্যা ( বেশ্যা অমা ) আসীৎ ( লৈরম্মি ) তস্যাঃ ( মহাক্কী মকমদগী ) কিঞ্চিৎ ( খরদং ) শিক্ষিতং ( খংহৌবা ) তৎ ( মহু ) মে ( ঐঙোন্দগী ) নি-বোধ ( খঙংঙো ) ॥২২

স্বৈরিণী ( মনিং তমলবী ) সা ( বেশ্যা অহুনা ) একদা ( নোংমগী মুমিত্তা ) কান্তং ( মুপী পাম্বা নিপাবু ) সঙ্কেত ( মুংঙাইনা শান্নবগী ) উপনেষ্যতী ( পুরক্নবগীদমক ) উত্তমং রূপং ( ফিজেৎ লৈজেংহুনা অথোইবা শকুম অমা ) বিভ্রতী ( পুহুনা ) কালে ( মতম চানা ) বহির্দ্বারে অভূঃ ( মপান থোরকখি ) ॥২৩

হে পুরুষর্ষভ ( নিপা অথোয়বা ) অর্থকামুকা ( পৈশাদা য়াম্না মিহৌরবা ) সা ( ঙক্নবী অহুনা ) মার্গে ( লম্বিদা ) আগচ্ছতঃ ( চৎ-থোক-চৎশিন তৌরিবা ) বিত্তবতঃ ( মরন লৈরবা ) পুরুষান্ ( নিপা-শিংবু ) বীক্ষ্য ( উরগা ) তান্ ( মখোয় অদুবু ) শুল্কদান্ ( মমন পিবা ঙম্বা ) কান্তান্ ( মুপী পাম্বশিংনি হায়না ) মেনে ( নিংথ্রে ) ॥২৩

থুদুম চল্লে হায়বা যাদে, লৈএংবু জর তৌরবতদা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু জয় তৌবা হায়বদু ওইরবনি ॥২১

হে রাজকুমার মহু, মমাঙৈদা মিথিলা কৌবা খুল অমদা মমিং পিঙ্গলা কৌবী বেশ্যা অমা লৈরম্মি, মহাক্কী মকমদগী ঐনা খরদং খংহৌবা মহু ঐঙোন্দগী তাবো ॥ ২২ ॥

আগতেষ্বপযাতেষু সা সঙ্কেতোপজীবিনী।
অপ্যন্যো বীত্তবান্ কোঽপি মামুপৈষ্যতি ভূরিদঃ ॥২৫
এবং দুরাশয়া ধ্বস্তনিদ্রা দ্বার্য্যবলম্বতী।
নির্গচ্ছন্তী প্রবিশতী নিশীথং সমপদ্যত ॥ ২৬

আগতেষু ( লাক্লিবা ) অপি ( অমসুং ) অপযাতেষু ( চংগ্রিবা ) তেষু ( মখোয়গী মফমদা ) সঙ্কেতোপজীবিনী ( ফংত্রবা লমচংনা হিংলিবী ) সা ( বেশ্যা অহুনা ) এতেভ্যঃ অপি ( মখোয় অসিদগীগু ) অন্যঃ ( অত্তোপ্পা ) ভূরিদঃ ( য়াম্না পিবা ওম্বা ) বিত্তবান্ ( মরণ লৈরা ) কঃ অপি ( কনাগুম্বা অমনা ) মাং ( ঐবু ) উপৈষ্যতি ( ফংলখিনি ) [ ইতি ] মেনে ( অসুম্না নিংখি ) ॥২৫

এবং ( অসুম্না ) দুরাশয়া ( অপেনবা লৈত্রবা অপাম্বনা ) দ্বারি অবলম্বতী ( থোংদা লৈরবী ) ধ্বস্তনিদ্রা ( মিংশেন থাংলবী ) নির্গচ্ছন্তী ( মুমদগী অমুক থোক্ ) প্রবিশতী ( মুমদা অমুক চংশিন্ অসুম্না পিজলানা ) নিশীথং ( অহিংগী তংথায় ) সমপদ্যত ( ফংথরে ) ॥২৬

মনিং তম্নবী বেশ্যা অহনা নোংমগী মুমিত্তা মুপী পান্নবা নিপা পুরুকবগীদমক নিংখিনা ফিজেৎ লৈত্তেংদুনা ফজরবা শক্তম্ অমা পুরদুনা মতম চানা মপান থোকখি ॥ ২৩

হে নিপা অথোয়বা মচু, পৈশাদ য়াম্না মিহৌরবী ওক্তবী অহুনা, লম্বিদা চংথোক চংশিন তৌরিবা মরন লৈরবা নিপাশিংবু উরগা, মথোয় অহুবু পৈশা পিগনবা মুপী পাম্বা নিপানি খনখি ॥২৪

লম্বি অহুদা লাক্লিবা অমসুং চংখিবা মখোয়গী মফমদা ফত্রবা লমচংনা হিংলিবী বেশ্যা অহুনা, মখোয় অসিদগীগু হেনবা অত্তোপ্পা য়াম্না পিবা ওম্বা মরণ লৈবা কনাগুম্বা অমনা ঐবু ফংলখিনি অসুম্না নিংখি ॥২৫

অপেনবা লৈত্রবা* অপাম্বনা মরম ওইদুনা, থোংদা লৈরবী মিংশেন খাংলবী পিজলানা মুম মনুংদগী অমুক থোক, অমুক চংশিন অসুম্না লৈবনা নোংয়াই য়ৌথরে ॥২৬

তস্যা বিত্তাশয়াশুষ্যাৎ বক্ত্রায়া দীনচেতসঃ।
নির্ব্বেদঃ পরমো জজ্ঞে চিন্তা হেতুঃ সুখাবহঃ ॥২৭
তস্যা নির্বিন্নচিত্তায়া গীতং শৃণু যথা মম।
নির্ব্বেদ আশাপাশানাং পুরুষস্য যথা হ্যসিঃ ॥২৮
নহ্যঙ্গাজাতনির্ব্বেদো দেহবন্ধং জিহাসতি।
যথা বিজ্ঞানরহিতো মনুজো মমতাং নৃপ ।২৯

বিত্তাশয়া ( লনগী বাখন্না ) দীনচেতসঃ ( মপুক্কীং বারবা ) শু-ষ্যাৎ বক্ত্রায়া ( মাইথোং লাংশিন্নবা ) তস্যা ( পিঙ্গলাগী ) সুখাবহঃ ( নুংঙাইহনবা ) চিন্তাহেতু ( লনগী বাখল অতুমক্কা মন্নম ওইবা ) পরম ( থোইদোকপা ) নির্ব্বেদঃ ( বৈরাগ্যগী বাখল অমা ) জজ্ঞে ( পোকখ্রে ) । ২৭ ॥

নির্বিন্নচিত্তায়া ( অবাবনা পোথাবা ফংখ্রবী ) তস্যা ( পিঙ্গলাগী ) গীতং ( ঈশৈ অদু ) মম ( ঐগী ইফমদগী ) যথা ( অদুমক ওইনা ) শৃনু ( তাও ) হি ( মরমদি ) পুরুষস্য ( জীব অসিগী ) নির্ব্বেদঃ (নিং-ঙমদবদগী ওইরকপা বৈরাগ্যনা — অপাম্বা লৈতবনা ) আশাপাশানং ( অপাম্বনা পুন্নবশিংগী ) যথা অপি ( কক্লবা থাংনি ) । ২৮ ॥

অঙ্গ ( হে ইচা ) হে নৃপ (হে প্রজাগী মপু নিংথৌ ) অজাতনির্ব্বেদ ( বৈরাগ্য পোক্তিবা মীনা ) দেহবন্ধং ( হকচাংবু পুন্নিবা অপাম্বু ) ন জিহাসন্তি ( থাদোকপা ঙমদে ) যথা ( অমদি ) বিজ্ঞানরহিত ( আত্মতত্ত্বু খংদবা মীনা ) মমতাং ( ঐগী হায়বা বাখল অসিবু ) ন জিহাসন্তি ( থাদোকপা ঙমদে ॥ ২৯ ॥

পৈশাগী বাখন্না পুক্কিং বারবা, মাইথোং লাংশিবা পিঙ্গলাগী নুং-ঙাইহনবা লনগী বাখল অতুমক্কা মন্নম ওইবা, থোইদোকপা বাখল অমা পোকখ্রে ॥ ২৭ ॥

পুক্কিংগী অবাবনা পোথাগ্রবী পিঙ্গলাগী ঈশৈ অদু ঐগী ইফমদগী মতুমক ওইনা তাও, মরমদি জীব অসিগী নিঙমদবদগী পোক্লকপা বৈ-রাগ্যনা থৌরাগী মশক ওইবা অপাম্বশিং অসীবু কক্লবা থাংনি ।২৮॥

পিঙ্গলোবাচ ।

অহো মে মোহবিততিং পশ্যতাবিজিতাত্মনঃ।
যা কান্তাদসতঃ কামং কাময়ে যেন বালিশা ॥৩০
সন্তং সমীপে রমণং রতিপ্রদং
বিত্তপ্রদং নিত্যমিমং বিহায়।
অকামদং দুঃখভয়াধিশোক —
মোহপ্রদং তুচ্ছমহং ভজেঽজ্ঞা ॥৩১

পিঙ্গলা উবাচ ( পিঙ্গলানা হায়খি ) অহো ( অরাবনি ) অবি- জিতাত্মন ( পুক্কিং লাক্শিন্দ্রবা ) মে ( ঐগী ) মোহবিততিং ( ওয়বা রাথক্কী কুপ্লিকসি ) পশ্যত ( য়েংঙু ) যা অহং ( অসিগুম্বা ঐসি ) বালিশা ( অপংবনী কৈগু থংদবীনি ) যেন ( অসিনা মরম ওইদুনা ) অসতঃ ( অরেপ্পা লৈত্রবা ) কান্তাৎ ( লম্পট ওইরবা নিপাদগী ) কামং ( অপাম্বা অদুবু ) কাময়ে ( পাম্বুরি ) । ৩০ ॥

অহং ( ঐসি ) অজ্ঞা ( কৈগু থংদবীনি ) সমীপে ( মনাক অসিদা ) সন্তং ( লৈরিবা ) রতিপ্রদং ( অপাম্বা পিরবা ) বিত্তপ্রদং ( লন পিরিবা ) রমণং ( চংকম ওইবা ঈশ্বরবু ) বিহায় ( হন্দোকলগা ) নিত্যম্ ( মতম চুপ্পদা ) অকামদং ( পাম্নবা অদুগু পীরবা ) দুঃখং ( অরাবা ), ভয়ং ( অকিবা ) অধিশোকং ( থম্মোয়গী সোকক ) মোহং ( ওয়বা রাথনবু ) প্রদং ( পীরিগা ) তুচ্ছং ( তুক্কচানিংঙাই ওইবা অসিবু ) অহং ভজে ( ঐনা নিঙঙুরি ) । ৩১ ॥

দুঃশীরবা হে রাজন্ ! বৈরাগ্য — সংসারগী থাদোক্লাংবা পোক্তুবা মীনা হকচাং অসীবু পুন্নিবা অশাস্ত্রবু থাদোকপা ঙমদে. অদুগুম্বা অ'ম্বতত্ব থংগ্রীবা মীনা ঐগী হায়রবা রাথক অসী থ'দোকপা ঙমদে ॥ ৯ ॥

পিঙ্গলানা হায়খি, অরাবনি পুক্কিং লাকশিন্দ্রবা ঐগী ওয়বা রাথম্বা কুপশিল্লিবশি য়েংঙু। অসিগুম্বা ঐসি। কৈগু থংদবীনি, মরম অসিনা অরেপ্পা লৈত্রবা লুপীবু পাম্নগাল্লবা নিপাদগী ঐগী অপাম্বা নিকরি ।৩০

অহো ময়াত্মা পরিতাপিতো বৃথা
  সাঙ্কেত্যবৃত্ত্যাতিবিগর্হ্যবার্ত্তয়া।
স্ত্রৈণান্নরাদ্‌ যার্থতৃষোহনুশোচ্যাৎ
  ক্রীতেন বিত্তং রতিমাত্মনেচ্ছতী ॥৩২

যদস্থিভির্নির্মিতবংশবংস্য—
  স্থূণং ত্বচা রোমনখৈঃ পিনদ্ধম্।
ক্ষরন্নবদ্বারমগারমেতৎ
  বিণ্মূত্রপূর্ণং মদুপৈতি কান্যা ॥৩৩

ক্রীতেন (ইশাবু ইশানা য়োম্বোকচবা) সঙ্কেতবৃত্ত্যা (অতোপ্পা নিপাগা লৈমিন্নবা) অতিবিগর্হ্যবার্ত্তয়া (মিন্দাগী মশক ওইবা হিংনবগী পাম্বনা মরম ওইদুনা] অর্থতৃষ: [লুক্কাৎ] লন য়ামনা পামলবা) স্ত্রৈনাৎ (উরিবা মুপী মখৈ পামলবা) নরাৎ (নিপাদগী] যে অহং [অসিগুমবা ঐসিনা] বিত্তং [লনবু] আত্মন: রতিং [ইশাগী নিপা পাম্ববুসু] ইচ্ছতী [নিংলিবী ঐসি] অহো [অবাবনি] ময়া [ঐনা] বৃথা [অরেম্বদা] আত্মা [পুক্নিং অসি] আপিত [রাহল্লে] ॥ ৩২ ॥

অস্থিভি: (শরুশিংনা) নির্মিতং (শেম-শাররবা) বংশবংশ্যস্থূণং (রাগুম্বা মতাং পান্নবা য়াংলেন শরুনা য়ুম্বি ওইবা অহুবু) ত্বচা (উনশানা) রোমনখৈ: (তু-খুজিন ময়াম্মা) পিনদ্ধং (কুপশিল্লবা) ক্ষরং নবদ্বারং (থোং মাপন অসিদা শিম্থকুনা লৈরবা) বিণ্মূত্র-পূর্ণং (অমাং অশোয়না থল্লবা) যং এতৎ (অসিগুম্বা) আগারং (মীগী হকচাং অসিবু) মৎ অন্যা (ঐঙোন্দগী তোঙানবা) কা (কনানা) উপৈতি (সেবা তৌই) ॥৩৩

ঐদি কৈক্ত থংলবীদি, ইনাক্তা লৈখিবা অপাম্বা পিনম্ববা. লন পিখিবা. চংজফম ওইবা ঈশ্বরবু হুন্দোক্লগা, মতম চুমদা পামদবা অহুত পীরবা, অবাবা, অকিবা, থমোয়গী মৈচাক; এমবা রাথন পী-রিবা তুকসানিংডায় এইবা অসিবু ঐনা লিজচ্ছি ।.৩১

বিদেহানাং পুরে হ্যস্মিন্নহমেকৈব মূঢ়ধীঃ।
যান্যমিচ্ছন্ত্যসত্যাস্মাৎ আত্মদাৎ কামমচ্যুতাৎ। ৩১
সুহৃৎ প্রেষ্ঠতমো নাথ আত্মা চায়ং শরীরিণাম্।
তং বিক্রীয়াত্মনৈবাহং রমেঽনেন রমা যথা। ৩৫

---

বিদেহানাং ( বিদেহশিংগী ) অস্মিন্ নগরে ( মিথিলা কৌবা, থুঙ্গং অসিদা ) মূঢ়ধীঃ ( অপংবা হায়বদু ) অহম্ একা এব ( ঐ ইত্তোমত্তনি ) অসতি ( লমচং ফংত্রবী ) যা অহং ( অসিগুম্বা ঐসিনা ) অস্মাৎ ( অসিগুম্বা ) অচ্যুতাৎ (ময়েং তাবা মাংবা লৈত্রবা) আত্মদাৎ ( অথোয়বা হুংত্তায়বগী মশক ওইবা, মশা অদু ফাওবা পীনবিরবা ভগবানদগী ) অন্যং ( তোঙাম্বা অমা ইচ্ছন্তী ( পামলুরি ) ।৩৪

---

চ ( অদুগা ) অয়ং ( মসে ) শরীরিণাং ( হকচাং অমা পুরীব-শিংগী ) শ্রেষ্ঠতমঃ পুম্নমক্কী অহেথা ) সুহৃৎ ( ফনবা থনবিবা চায়বনি ) নাথঃ ( জীবশিংগী মপুনী )আত্মা (আত্মানি )তম্ ( মাবু ) আত্মনা এব ( হকচাং অসিমক্কা মমন ওইনা ) বিক্রীয় ( লৈরগা ) অনেন [ সহ ] ( মহাক্কা লোইননা ) রমা যথা ( লক্ষ্মীনা তৌবা ) তথা ( মদুম্না ) অহং ( ঐনা ) রমে ( শান্নগে ) ।।৩৫

---

ইশাবু হশানা য়োম্বোকচবা, অতোপ্পা নিপাগা লৈমিন্নবা, নিন্দাগী মশক ওইবা; হিংনবগী পান্থৈনা মরম ওইদুনা লন য়াম্না পান্নবা, উরিবা সুপী মথৈ পান্নবা নিপাদগী, অসিগুম্বা ঐসিনা লনবু অমদি ইশাগী নিপা পাম্ববু ফঙ্গনি নিংলিবী ঐসি অরাবনি, ঐনা অরেম্বদা পুক্কিং অসি বাংল্লে ।। ৩২ ।।

শকশিংনা শেন্নবা, রাগুম্না মতাং পান্নবা, য়াংলেন শরুনা য়ুম্বি ওইবা, উনশাম্না, ভু থুজিন ময়াম্না কুপশিপ্পা, থোং মাপন অসিদা শিঙ্হুম্না লৈবা অমাং অশোয়বা থন্নবা মীগী হকচাং অসিবু, ঐত্তোন্দগী তোঙ নবা, কনানা সেবা তৌই ।।৩৩

বিদেহশিংগী অসিগুম্বা মিথিলা কৌবা নগর অসিদা অপংবা হায়বদু ঐ ইত্তোমতনি। লমচং ফত্রবী ঐ অসিনা অন্যাং অতা লৈত্রবা

**কিয়ৎ প্রিয়ং তে ব্যভজন্ কামা যে কামদা নরাঃ।**
**আদ্যান্তবন্তো ভার্য্যায়া দেবা বা কালবিক্রুতাঃ ॥ ৩৬ ॥**
**নূনং মে ভগবান্প্রীতো বিষ্ণুঃ কেনাপি কর্ম্মণা।**
**নির্ব্বেদোঽয়ং দুরাশায়া যৎ মে জাতঃ সুখাবহঃ ॥ ৩৭ ॥**

---

কামদাঃ ( অপাম্বশিং অসিবু থোকহল্লিবা ) কামাঃ ( রূপ রসনচিংবা, বিষয়শিং ) কালবিক্রুতাঃ ( মতমগী মথা পোল্লবা ) নরাঃ (মী) বা ( অমদি ) দেবাঃ ( লাইশিং ) যে ( মখোয়শিং অসি ) আদ্যন্তবন্তঃ ( হৌবালোম্বা নাইবা ভাক্তনি ) তে ( মখোয় অসিনা ) ভার্য্যায়া ( মুপীগী ) কিয়ৎপ্রিয়ং ( অপাম্বরু কয়ামুক ওইবা ) ব্যভজন্ থোকহনবা হায়বতু ) স কিঞ্চিৎ ( করিমত্তা ওইরোই ) ॥ ৩৬ ॥

---

মে ( ঐগী ) কেনাপি ( করিগুম্বা ) কর্ম্মনা ( পুর্ব্বজন্মদ তৌখিবা কর্ম্ম অতুনা ) নূনং ( শোয়দনা ) ভগবান্ ( পুম্নমকী মপু ) বিষ্ণুঃ ( বিষ্ণুনা ) প্রীতঃ ( পেনবিগ্রে ) যৎ ( অতুনা মরম ওইদুনা ) দুরাশাযা ( পুকচেল ফত্রবী ) মে ( ঐগী ) সুখাবহঃ ( নুঙায়ব থোকহল্লবা ) অয়ং নির্ব্বেদঃ ( বৈরাগ্য = পুম্নমকপু পাম্লক্তবা অসি ) জাতঃ ( পোক্লরবনি। ॥ ৩৭ ॥

---

নুঙায়বতগী মশক ওইবা, মশা অতু ফাওবা পীনরবা ভগবান্দগী তোঙানবা অমা পাম্বল্ঁরি '৩৪

অতুগা মসে, হকচাং অমা পুরীবা জীবশিংগী পুম্নমক্তগী হেম্না ফনবা থনবিবা চান্নবনি, জীবশিংগী মপুনি, আত্মানি, মাবু হকচাং অসিমক্তা মমন ওইদুনা লৈরগা. মহাক্তা লোইনবী লক্ষ্মীনা তৌবা অতুগুম্না ঐনা শান্নগে ॥ ৩৫ ॥

অপাম্বশিং অসিবু থোকহল্লিবা রূপ-রসনচিংবা বিষয়শিং, মতমগী মথা পোল্লবা মী অমদি লাইশিং, মখোয়শিং অসি হৌব-লোম্ব নাইবা ভাক্তনি, মখোয় অসিনা মুপীগী করি অপাম্বা থোকহনগনি ॥ ৩৬ ॥

ঐগী করিগুম্বা মপোক অমদা তৌখিবা কর্ম্ম অহনা পুম্নমককী মপু শ্রীহরিনা পেনবিগ্রে, অহনা মরম ওইদুনা পুকচেল ফত্রবী ঐগী

নৈবং কাস্ম্যাস্মদভাগ্যায়াঃ ক্লেশাঃ নির্ব্বেদহেতবঃ।
যেনানুবন্ধং নিহৃত্য পুরুষঃ শমমৃচ্ছতি ॥ ৩৮ ॥
তেনোপকৃতমাদায় শিরসা গ্রাম্যসঙ্গতাঃ।
ত্যক্ত্বা দুরাশাঃ শরণং ব্রজামি তমধীশ্বরম্ ॥ ৩৯ ॥

মা এবং (ঐদি লাইবক খিবী নত্তে) চেৎ (ওইরম্ব থোক্লবদি) ক্লেশাঃ (অরাবশিং অসিনা) নির্ব্বেদহেতবঃ (স্যু) (বৈরাগ্যগী মরম ওইরমগদ্রা) যেন (বৈরাগ্য অসিনা) অনুবন্ধং (তুংইন্ননা পুনশিল্লবা) মতু-মচানচিংবম্ ) নিহৃত্য (থাদোকপিরগা) পুরুষঃ (মুপা অহুনা) শমং (মুংগী ইন্দ্রিয়শিবু লাকশিনবা ওম্বা থোইদোকপা য়াইফববু) ঋচ্ছতি ফঙ্ডি ) ॥ ৩৮ ॥

তেন (শ্রীবিষ্ণুনা) উপকৃতং (থৌজান্দুনা পিনরবা বৈরাগ্য অসিবু) শিরসা (ইকোক থোংনা) আদায় (লৌজরগা) গ্রাম্য-সঙ্গতাং (বিষয়গী মরম ওইবা) দুরাশা (ফত্রবা রাখলশিং অসিবু) ত্যক্ত্বা (থাদোক্লগা) সধীশ্বরম্ (পুম্নমকপু ডাকপি শেনবীরীবা) তম্ (ইবুঙঙা মঙোন্দা) শরণং ব্রজামি (চংজরি) ॥ ৩৯ ॥

মুডায়বা পোকহল্লবা (বৈরাগ্য) পুম্নমকপু পান্নজবা অসি পোক্লরবনি ॥ ৩৭ ॥

ঐদি লাইবক খিবী নত্তে, করিগুম্বা ওইরবদি অরাবশিং অসিনা বৈরাগ্যগী মরম ওইরমগদ্রা? বৈরাগ্য অসিনা তুংইন্ননা পুনশিল্লবা মতু-মচানচিংববু থাদোকপিরগা মুপা অহুনা মুংগী ইন্দ্রিশিং লাকশিগ্না ওম্বা থোইদোকপা য়াইফববু ফঙ্ডি ॥ ৩৮ ॥

মরম অসিদগী শ্রীবিষ্ণুনা থৌজান্দুনা পিনরবা বৈরাগ্য অসিবু ইকোকথোংনা লৌজরগা, বিষয়গী মরু ওইবা ফংত্রবা রাখলশিং অসিবু থাদোক্লগা, পুম্নমকপু ডাকপি শেনবীগ্নিবা ইবুঙঙো মঙোন্দা চংজরি ॥ ৩৯ ॥

মসিদা থাজরবী, পেল্লবী ঐ অসনা অফংবা থরমা হিংহুনা পুম্নমককী পান্নিডায় ওইবা অসিগুম্বা আত্মজ্ঞানগা লোইননা লেপ্লা শান্নগনি ॥ ৪০ ॥

সন্তুষ্টা শ্রদ্দধত্যেতৎ যথা লাভেন জীবতি।
বিহরাম্যমুনৈবাহমাত্মনা রমনেন বৈ ॥ ৪০ ॥
সংসারকুপে পতিতং বিষয়ৈর্মুষিতেক্ষনম্।
গ্রস্তং কালাহিনাত্মানং কোহন্যস্ত্রাতুমধীশ্বরঃ ॥ ৪১ ॥
আত্মৈব হ্যাত্মনো গোপ্তা নির্ব্বিদ্যেত যদাখিলাৎ।
অপ্রমত্ত ইদং পশ্যেৎ গ্রস্তং কালাহিনা জগৎ ॥ ৪২ ॥

এতৎ ( মসিদা ) শ্রদ্দধতী ( থাজরবী ), সন্তুষ্টা ( পেল্লবী ) অহং-এব ( ঐতনা, লেপ্পমক ) যথালেভেন ( অফংবা থরনা ) জীবতি [ সতী ] ( হিংতুনা ) রমনেন ( পাম্মিন্তায় ওইবা ) অমুনা ( অসিগুম্বা ) আ-ত্মনা ( আত্ম জ্ঞানগা লোইননা ) বৈ ( লেপ্পা ) বিহরামি ( শাম্নগনি ) ॥ ৪০ ॥

---

বিষয়ৈঃ ( ষিয়শিংনা মরম ওইতুনা ) মুষিতেক্ষণ ( অফ-ফত্ত বিচার লৈত্রবা, মরম অসিনা ) সংসারকুপে ( অমম্বা সংসারদা ) পতিতং ( তারবা ) কালাহিনা ( মতমগীমশক ওইরবা লিন-না ) গ্রস্তম্ ( উমগ্রবা ) আত্মানং ( জীব অসিবু ) কঃঅন্য ( বিষ্ণু নত্তবা কনানা ) ত্রাতুম্ ( কন্বিবা ) অধীশ্বর ( ঙমগনি ) ॥ ৪১ ।

---

কালাহিনা ( মতমগী মশক লৌগ্রবা লিন-না ) গ্রস্তম্ ( উমগ্রবা ) ইদং জগৎ ( জগৎ অসিবু ) অপ্রমত্তঃ সন্ ( অমুক হোংবা লৈতনা ) পশ্যেৎ ( উরবা ) যদা ( মতম অদুদা ) অখিলাৎ [ সংসারাৎ ] ( সংসার পুম্নমক্কী ) নিবের্বদ্যেত ( বৈরাগ্য পোকনি ) তদা এব ( মতম অদুতদা ) আত্মা (বুদ্ধি অসিনা ) আত্মনঃ ( জীবগী গোপ্তা [ ভবতি ] ( ঙাকপিবা ওই ) ॥ ৪২ ॥

---

বিষয়শিংগী অপাম্বনা মিৎ তাংলবা, মরম অদুনা কুহাদ তারবা মতমগী মশক লৌরবা লিন্না উমগ্রবা জীব অসিবু শ্রীবিষ্ণু নত্তবা কনানা কনবিবা ঙমগনি ॥ ৪১ ॥

মতমগী মশক ওইরবা লিন-না উম্নবা জগৎ অসিবু অমুক হোংবা তৌদনা উরবা মতম অদুদা সংসার পুম্নমক্কী বৈরাগ্য পোকনি,

ব্রাহ্মণ উবাচ।
এবং ব্যবসিতমতির্দুরাশাং কান্ততর্ষজাম্।
ছিত্ত্বোপশমমাস্থায় শয্যামুপবিবেশ সা ॥ ৪৩॥
আশা হি পরমং দুঃখং নৈরাশ্যং পরমং সুখম্।
যথা সংছিদ্য কান্তাশাং সুখং সুষ্বাপ পিঙ্গলা ॥ ৪৪ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পরমহংস্যাং সংহিতায়াং একাদশ স্কন্ধে অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

---

ব্রাহ্মণঃ উবাচ ( দত্তাত্রেয়না হায়খি ) এবং ( অসুম্না ) ব্যবসিত-মতি ( পুক্লিং লেপ্লবী ) সা ( ওক্তবী পিঙ্গলানা ) কান্ততর্ষজাং ( নিঃ পাম্বদগী পোকপা ) দুরাশাং ( ফত্তবা রাখলশিংবু ) ছিত্বা ( ককথৎলগা ) উপশমম্ ( মুংগী ইন্দ্রিয় লাকশিন্দুনা ) আস্থায় ( লৈবগা ) শয্যাং ( ফমুংদা ) উপবিবেশ ( চংখ্রে ) ॥ ৪৩ ॥

---

আশা হি ( আশা অসিমক ) পরমং ( পুন্নমক্তগী হেনবা ) দুঃখং ( অৱাবনি হায়না ) নৈরাশং ( থল্লুদবনা ) পরমং (অথোয়বা ) সুখং ( মুঙাইবনি ) যথা ( অসুম্না লেপ্লবী ) পিঙ্গলা ( পিঙ্গলানা ) কান্তাশাং ( নিপা পাম্বা অদু ) সংছিদং ( তোকথোক্লগা ) সুখং ( মুঙায়না ) সুস্বাপ ( তুমখ্রে ) । ৪৪ ।

---

মতম অদুগদা বুদ্ধি অসিনা জীব অসিগী ভাকপি শেনবীবা ওই । ৪২

দত্তাত্রেয়না হায়খি। অসুম্না পুক্লিং লেপ্লবী পিঙ্গলানা নিপা পাম্বদগী পোকপা ফত্রবা রাখলশিং অদুবু ককথৎলগা মুংগী ইন্দ্রিয় লাক-শিন্দুনা লৈবগা ফমুং চংখ্রে ॥ ৪৩॥

কংব্রিবা লন-থুম্না মরম ওইদুনা মুংঙায়নবা থবা অসিনক পুন্নমক্তগী হেনবা অৱাবনি, কৈগু থল্লুদবনা অথোয়বা মুঙায়বনি। লেপ্লবী পিঙ্গলানা নিপা পাম্বদু তোকথোক্লগা মুঙায়না তুমখ্রে ॥ ৪৪ ।

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা মহাপুরাণগী ভইবা মনাই পরম-হংসশিংগী রাজীনা ভিল্লবা একাদশ স্কন্ধগী নিপালগুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## একাদশ স্কন্ধঃ

### নবমোঽধ্যায়

ব্রাহ্মণ উবাচ ।

পরিগ্রহো হি দুঃখায় যদ্‌যৎ প্রিয়তমং নৃণাম্ ।
অনন্তং সুখমাপ্নোতি তৎবিদ্বান্ যস্ত্বকিঞ্চনঃ ॥ ১ ॥

সামিষং কুররং জঘ্নুর্ব'লিনোঽন্যে নিরামিষাঃ ।
তদামিষং পরিত্যজ্য স সুখং সমবিন্দত ।২

---

নৃণাং ( মীওহড়ব'শিংগী ) যৎ যৎ ( অচু অচুগুস্বা ) প্রিয়তমং ( অপাস্বা ) [ তৎ তৎ ] ( মচু মচুবু ) পরিগ্রহঃ হি ( লৌবা অড়ূমক ) দুঃখায় ( রান-এগী মরম্নি তু ( তৌইগুস্বসুং ) তৎ ( মচুবু ) অকিঞ্চনঃ ( করিঙপামদবা লৌদবা ) যঃ বিদ্বান্ ( জ্ঞান লৈবা মানা ) অনন্তং সুখং ( লোম্বা নায়ত্রবা সুঙাইবরু ) আপ্নোতি ( কণ্ডি ) ।।১

---

সামিষং ( ঙা ফাচুনা পুরিবা ) কুররং ( উ'রাকপু ) বলিন ( মপাকল হেল্লবা ) নিরামিসাঃ ( ঙা ফংত্রবা ) অন্যে ( লাংজা কারু-চিংবনা ) জঘ্নুঃ ( হাংলি অরাব পি ) আমিষং ( ঙা অচুবু ) পরিত্যজ্য ( থাদোকক্লবা ) তদা ( মতম অচুদা ) সঃ ( উম্নোক অচুনা ) সুখং সমবিন্দত ( সুঙায়বা ফংখি ) ।।২

---

মীওইবশিংনা অপাম অপাস্বা মচু মচুবু লৌবা অচুমক রানবগী মরম্‌নি, তৌইগুস্বসুং মচুবু পামলুদবা লৌদবা জ্ঞান লৈবা মানা লোম্বা লৈত্রবা সুঙায়বা কণ্ডি ।।১

ন মে মানাপমানৌ স্তো ন চিন্তা গেহ পুত্রিণাম্ ।
আত্মক্রীড় আত্মরতির্বিচরামীহ বালবৎ ॥৩
দ্বাবেব চিন্তয়া মুক্তৌ পরমানন্দ আপ্লুতৌ।
যো বিমুগ্ধো জড়ো বালো যো গুণেভ্যঃ পরং গতঃ ।৪

---

মে ( ঐগী ) মানাপমানৌ ( ইকায় খুম্নবা খুম্নদবা ) ন স্তঃ ( করিস্ত লৈতে ) গেহপুত্রিণাং ( য়ুম-কৈ ইতু ইচানচিংবগী ) চিন্তা ( ৱাখলস্ত্র ন ( লৈতে ) বালবৎ ( অঙাংগুম্না ) আত্মক্রীড়: ( ইতোমতা শান্নদুনা ) আত্মরতি ( ইতোমতা নুঙাইদুনা ) ইহ ( সংসার অসিদা ) বিচরামি ( কোয়না চৎলি ) ॥৩

---

বিমুগ্ধ ( করিগুম্বা অমত্তা খংখিদ্রবা ) জড়: ( থৌরাং অমত্তা তৌ-দ্রিবা ) য: বাল: ( অঙাং অদুমা ) গুণেভ্য: ( সত্ত্বনচিংবা গুণশিংগী ) পরং ( ৱাংমদা ) গত: ( চৎপ্রবা ) য: ( সন্ন্যাসী অদুমা ) দ্বৌএব ( অনি অসিতনা ) চিন্তয়া ( অপাম পামদৃগী ৱাখল্লা ) মুক্তৌ ( থাদোক-পিদুনা ) পরমানন্দে ( অথোয়বা নুঙাইবদা ) আপ্লুতৌ ( লুপতুনা লৈ ) ।৪

---

ঙা কাদুনা পুবিবা উরোক অদুবু মপাঙ্গল হেল্লবা লাংজা কারু-চিংবা ঙা ফংদবমা অবাবা পি, ঙা অদু থাদোক্লবা মতম অদুদা উরোক অদুদা নুঙাইবা ফংখি ॥২

ঐবু ইকায় খুম্নবা খুম্নদবা মদুদা করিস্ত লৈতে য়ুম কৈ ইতু-ইচাগী ৱাখল লৈতে, অঙাংগুম্না ইতোমতা শান্নদুনা ইতোমতা নুঙাই-দুনা সংসরদা কোয়না চৎলি ॥৩

করিস্ত খংদ্রিবা, থৌরাং অমত্তা তৌদ্রিবা ( মমাগী তম্পাক্তা লৈরিবা অঙাং অদুমা, সত্ত্বনা চিংবা গুণশিংগী ৱাংমা লানপ্রবা সন্ন্যাসী, অদুমা, মখোয় অনি অসিতনা অপাম পামদৃগী ৱাখল্লা থাদোকপিদুনা অথোয়বা নুঙাইবদা, লুপতুনা লৈ ॥৪

নোংমগী মুমিত্তা করিগুম্বা থবক অমগীদমক মমা মপা ইমুং মমুং পুন্নমক চৎপ্রবা তাঙ্গাদা, লুহোংদ্রিবী কন্যা অদুনা, মহাক

কচিৎ কুমারী ত্বাত্মানং বৃণানান্ গৃহমাগতান্।
স্বয়ং তানর্হয়াম স কাপি যাতেষু বন্ধুষু ॥৫
তেষাম্ অভ্যবহারার্থং শালীন্ রহসি পর্থিব।
অবঘ্নন্ত্যাঃ প্রকোষ্ঠস্থাশ্চক্রুঃ শঙ্খাঃ স্বনং মহৎ ॥৬
সা তৎজুগুপ্সিতং মত্বা মহতী ব্রীড়িতা ততঃ।
বভঞ্জৈকৈকশঃ শঙ্খান্ দ্বৌ দ্বৌ পাণ্যোরশেষয়ৎ ।৭

---

ক্কচিৎ তু ( নোংমগী মুমিত্তা ) ক অপি ( করিগুম্বা অমগীদমক ) বন্ধুষু ( মমা মপাশিংনা ) গতেষু ( চৎথোকগ্রবদা ) কুমারী ( লুহোং-ড্রিবী কন্যা অহুনা ) আত্মানং ( মহাকপু [ মশাবু ] ) বৃণানান্ ( লুহোং-নবগীদনক ) গৃহম্ ( মাগী ময়ুমদা ) আগতান্ ( লাক্লিবা ) তান্ ( মথোয় অহুবু ) [ আতিথ্যেন ] ( অতিথি ওইনা ) স্বয়ং ( মশামক্লা ) অর্হয়ামাস ( পুজা তৌ থ ) ॥৫

---

পার্থিব ( হে মহারাজ ) তেষাং ( মথোয় অহুগী ) অভ্যবহারার্থং ( পীজ পিথক্লবগীদমক ) রহসি ( অথুপ্পা মরুম অমদা ) শালীন্ ( ফৌবু ) অবঘ্নন্ত্যাঃ ( শুরিবী মহাক্কী ) প্রকোষ্ঠস্থা ( মথুদাংদা লৈরিবা ) শঙ্খাঃ ( মোইবুং থুজিশিংনা ) মহৎস্বনং ( অ.চৌবা খোন্থোক অমা ) চক্রুঃ ( তৌখি থোকখি ) ॥৬

---

সা ( কুমারী অহুনা ) তৎ ( ফৌশুবা অহুবু ) জুগুপ্সিতং ( থীন ভাংনাখিনি হায়না ) মত্বা ( নিংহুনা ) মহতী ( য়াম্না ) ব্রীড়িতা [ অভুং ] ( ইকায়খি ) ততঃ ( অহুদগী ) শঙ্খান্ ( মোইবুং থুজিশিংহু ) একৈকশঃ ( মহুবু অমমম মথং মনাও ওইনা ) বভঞ্জ ( থুদেকপি ) পাণ্যোঃ ( খুৎ আনদা ) দ্বৌ দ্বৌ ( অনি অনি ) অশেষয়ৎ ( থমখি ) ॥৭

---

মশাবু লুহোংনবগীদমক মহাক্কী য়ুমদা লাক্লিবা মথোয় অহুবু কুমারী মশামক্লা পুজা তৌখি ॥৫

হে যদু মহারাজ, লাক্লিবা মথোয় অহুগী পীজ-পিথক্লবগীদমক অথুপ্পা মরুম অমদা ফৌ শুরিবী মহাক্কী খুদাংদা সিরিবা মোইবুং থুজিশিংনা য়াম্না মখোন থোকখি ।৬

উভয়োরপ্যভূদ্ ঘোষো হ্যবঘ্নন্ত্যাঃ স্বশঙ্খয়োঃ।
তত্রাপ্যেকং নিরভিদদ্ একস্মান্নাভবদ্ ধ্বনিঃ।৮
অন্বশিক্ষমিমং তস্যা উপদেশমরিন্দম।
লোকাননুচরন্নেতান্ লোকতত্ত্ববিবিৎসয়া।৯
বাসে বহুনাং কলহো ভবেৎবার্ত্তা দ্বয়োরপি।
এক এব চরেৎ তস্মাৎ কুমার্য্যা ইব কঙ্কণঃ।১০

অবঘ্নন্ত্যাঃ হি ( ফৌ হেক শুবদো অহুদা ) স্ব শঙ্খয়োঃ ( মহাকী মোইবুং খুজি ) উভয়োঃ অপি ( মখোয় অনি অহুগীমু ) ঘোষঃ অভূৎ ( মখোন থোকখি ) তত্র অপি ( মহুদগু অমুক ) এব নিরভিদদৎ ( অমমম থুদকখি ) একস্মাৎ ( অমত্তদগীদি ) ধ্বনিঃ ( মখোন অহু ) ন অভবৎ ( থোকখিদ্রে ) । ৮

হে অরিন্দম ( হে য়েক্তবু খুহুম চনবা ) লোকতত্ত্ববিবিৎসয়া সংসার অসিগী অশেংবা মশক খংনিংহুনা ) এতান্ লোকান্ ( লোক পুম্নমক অসিবু ) অনুচরণ্ ( কোয়না চত্থুনা ) তস্যা. ( কুমরী অসিগী ) উপদেশম্ ইমং ( পাওতাক অসিবু ) অন্বশিক্ষম্ ( ঐনা তম্মি ) ।।৯

বহুনাংবাসে ( ময়াম লৈমিন্নরদা ) কলহঃ ভবেৎ ( খৎনরকই ) দ্বয়োঃ অপি ( অনি লৈবগু ) বার্ত্তা ভবেৎ ( বারেম ভাংঙকই ) তস্মাৎ ( মরম অসিদগী ) কুমার্য্যাঃ ( কুমারীগী ) কঙ্কণঃ ইব ( খুজিগুন্না ) এক এব ( ইতোমতনক ) চরেৎ ( চৎকনি, লৈগনি ) ।।১০

কুমারী অহুনা ফৌশুবা অহবু থীন ভাংনখিনি নিংহুনা য়াম্না ইকায়খি, অহুদগী মোইবুংগী খুজিশিংহু অমমম ওইনা মথং মনাও নাইনা থুদেকখি, থুং অনিদা অনি অনি থমখি ।।৭

ফৌ হেক শুবদো অহুদা মহাকী খুদাংদা লৈরিবা মোইবুং খুজি অনি অহুগীমু মখোন থোকখি, মহুদগু অমুক অমমম ওইনা থুদেকখি, অমমমতা ভায়রবা অহুদদি মখোন থোকখিদ্রে ।।৮

মন একত্র সংযুঞ্জ্যাজ্জিতশ্বাসো জিতাসনঃ ।
বৈরাগ্যাভ্যাস যোগেন ধ্রিয়মানমতন্দ্রিতঃ ॥১১
যস্মিন্মনো লব্ধপদং যদেত্ত—
শনৈঃ শনৈর্ম্মুঞ্চতি কর্ম্মরেণূন্ ।
সত্ত্বেন বৃদ্ধেন রজস্তমশ্চ
বিধূয় নির্ব্বাণ মুপৈত্যনিন্ধনম্ ॥১২

---

অতন্দ্রিতঃ ( থবক্তা য়াম্না হৈশিংবা ) জিতাসনঃ ( লেংদনা ফম্নবা ) জিতশ্বাসঃ ( প্রান অপান থুহুম চম্নবা যোগী অহুনা ) বৈরা-গ্যাভ্যাস যোগেন ( বৈরাগ্যনা মহাক্কী ওইবা অভ্যাস যোগনা মরম ওইহুনা ) ধ্রিয়মাণং ( লেংহন্দ্রবা ) মনঃ ( পুক্লিংবু ) একত্র ( অমত্ত ওইবা ভগবানদা ) সংযুঞ্জ্যাৎ ( নিংথিনা তিনগনি ) ।১১

---

যৎ ( অভ্যাস অহুনা মরম ওইহুনা ) যস্মিন্ ( পরংব্রহ্ম ভগ-বান্দা ) লব্ধপদং ( চংজফম ফংলবা ) এতৎ মনঃ ( অসিগুম্বা পুক্লিং অসিনা ) শনৈঃ শনৈঃ ( তপ্প-তপ্পা ) কর্ম্মরেণূন্ ( কর্ম্মদা চংশিন্নরা, হৈনবম্বা অহুবু ) মুঞ্চতি ( থাদোকললক্ই ) বৃদ্ধেন ( হেনগৎলক্লবা ) সত্ত্বেন ( সত্ত্বগুণনা ) রজঃ তমঃ চ ( রজগুণ অমসুং তমগুণবু ) বিধূয়ঃ ( তকথোক শেংদোক্লগা ) অনিন্ধনং ( চাক্লিংতায় লৈত্রবা মৈগুম্না ) নির্ব্বাণম্ ( মত্তোমত মুংচথিবা অহুবু ) উপৈতি ( ওই ফংঙি ) ॥১২

---

হে য়েক্লবা খুহুম চনবা, সংসার অসিগী অশেংবা মর্ণক ফং-নিংহুনা লোক পুন্নমক কোয়না চংতুনা কুমারী অসিগী পাউজাক অসিবু ঙৈনা তম্মি ॥৯

ময়াম লৈমিন্নরগা থংনরকই, অনি লৈরগম্ব বাৱেম ভাগুভি, মরম অসিনা হুপী কুমারীগী খুজীগুম ইত্তোমত্তমক লৈগনি চংকনি ॥১০

থবক্তা য়াম্না হৈ-শিংনা লেংদম্না ফম্নবা, প্রাণ অপান অনি অসিবু থুহুম চম্নবা যোগী অহুনা, বৈরাগ্যনা মাং থাবরা অভ্যাস যোগনা লেংহন্দ্রবা পুক্লিংবু ভগবান্দা নিংথিনা থম্মগনি ॥১১

তদৈবমাত্মন্যবরুদ্ধচিত্তো
ন বেদ কিঞ্চিদ্বহিরন্তরং বা।
যথেষুকারো নৃপতিং ব্রজন্ত-
মিষৌগতাত্মা ন দদর্শ পার্শ্বে ॥১৩
একচার্য্যনিকেতঃ স্যাদপ্রমত্তো গুহাশয়ঃ
অলক্ষ্যমাণ আচারৈর্মুনিরেকোঽল্প ভাষণঃ ।১৪

---

ইষুকারঃ ( তেন শারিবা মী অহুনা ) যথা ( অহুম্না ) ইষৌ ( তেন অহুদা ) গতাত্মা ( পুক্নিং চংখিহুনা ) পার্শ্বে ( মাগী মনাক্তা ) ব্রজন্তং ( চংলিবা ) নৃপতিং ( নিংথৌ অহুবু ) ন দদর্শ ( উখিদে ) [ তথা ] ( অহুগুম্না ) এবং ( অসুম্না ) আত্মনি ( আত্মাদা ) অবরুদ্ধ-চিত্তঃ ( পুক্নিং থিংজিনখ্রবা ) তদা ( মতম অহুদা ) বহিঃ ( মপানদা ) বা ( অমদি ) অন্তরং ( মনুংদা ) কিঞ্চিৎ ( করিগুম্বা অমত্তসু ) ন বেদ ( খংখিদ্রে ) ॥১৩

---

অপ্রমত্তঃ ( পুক্নিং লাংতক্নবা লৈত্রবা ) মুনিঃ ( মুনি অহুনা ) আচারৈঃ ( চৎলি তৌরিবা অহুনা মরম ওইহুনা ) অলক্ষমানঃ ( মশক খংহল্লবা ) একচারী ( মতোমতা চৎপা ) অনিকেতঃ ( ময়ুম থমদবা লৈ-তবা ) অল্পভাষণঃ ( চাং তম্না ঙাংবা ) গুহাশয়ঃ ( মুংদা লৈবা মানা ) একঃ ( কনাগী মতেং লৌববু ) স্যাৎ ( ওইগনি ) ॥১৪

---

বৈরাগ্যনা থাদোক্তবা অভ্যাস যোগ অহুনা পরং ব্রহ্ম শ্রীভগ-বানদা চংজফম ফংলবা পুক্নিং অসিনা তপ্না তপ্না কর্ম্মগী বাসনা থাদোক্লকই, হেনগৎলক্লবা সত্ত্বগুণনা রজ অমসুং তমঃগুণবু তকথোক শেংগোক্লগা, চাক্নিংঙায় য়াওত্রবা মৈগুম্না নতোমতা হুক্তিনজখি ॥১২

তেন শারিবা মী অহুনা অহুম্না, তেন অহুদা পুক্নিং চংখিহুনা মনাক্তা চৎলিবা নিংথৌ অহুবু উখিদে, অহুগুম্না আত্মাদা পুক্নিং হাপচিনখ্রবা মতম অহুদা, মপানদা অমদি মনুংদা করিগুম্বা অমত্তসু উত্রে খংখিদ্রে ॥১৩

পুক্নিং লাকশিল্লবা মুনি অহুনা, মানা চৎলিবা তৌরিবা অহুনা

গৃহারম্ভোঽতিদুঃখায় বিফলশ্চাধ্রুবাত্মনঃ ।
সর্পঃ পরকৃতং বেশ্ম প্রবিশ্য সুখমেধতে । ১৫
একো নারায়ণো দেবঃ পূর্ব্বসৃষ্টং স্বমায়য়া ।
সংহৃত্য কালকলয়া কল্পান্ত ইদমীশ্বরঃ ॥১৬
এক এবাদ্বিতীয়োঽভূদাত্মাধারোঽখিলাশ্রয়ঃ ।
কালেনাত্মানুভাবেন সাম্যং নীতাসু শক্তিষু ।
সত্ত্বাদিষ্বাদি পুরুষঃ প্রধানপুরুষেশ্বরঃ ॥১৭

অধ্রুবাত্মনঃ ( অরেপ্পা লৈত্রবা হকচাং অসিগী ) গৃহারম্ভঃ ( য়ুম কৈ শাবসি ) বিফলঃ ( কান্নবা ফংদবনি ) চ ( অমুগা ) অতিদুঃখায় ( হেন্ন য়ানবগীদমক্কি ) সর্প ( লিননা ) পরকৃতং ( অতোপ্পনা হুংলম্বা ) বেশ্মনি ( লৈখুনদা ) প্রবিশ্য ( চংলগা ) সুখং এধতে ( হুডায়বা। অদুম কন্তভি ) ॥১৫

কল্পান্তে ( কল্প অমনা লোয়শিল্লকপা মতমদা ) দেবঃ ( প্রকাশকী মশক ওইরবা ) ঈশ্বরঃ ( পুম্নমক অসিবু য়োকপি-থাকপিরিবা না-রায়ণনা ) পূর্ব্বসৃষ্টং ( হান্নবা শেম্নরবা ) ইদং ( সংসার অসিবু ) কালকলয়া ( কালগী মশক ওইরবা ) স্বমায়য়া ( মশাগী মায়ানা ) সংহৃত্য ( লৌশিল্লগা ) এক: [ অভূৎ ] ( মতোমতা ওইখি ) ॥১৬

আত্মাধারঃ ( জীবগী লৈফম ওইরিবা ) অখিলাশয়ঃ ( পুম্নমক্কী চংফম ওইবা ) প্রধান পুরুষেশ্বর ( প্রকৃতি অমসুং জীবগী মপু ) আদিপুরুষ ( শ্রীভগবান্‌না ) আত্মানুভাবেন ( আত্ম শক্তিগী তুং-ইল্লিবা ) কালেন ( মতম্না মরম ওইদুনা ) সত্ত্বাদিষু ( সত্ত্বগুণনাচিংবনা ) শক্তিষু ( শক্তিশিংনা ) সাম্যং ( মূল প্রকৃতিদা ) নীতাসু ( তিনথ্রব-দা ) অদ্বিতীয়ং ( অনি শুদ্রবা ) একএব ( মতোমতমক ) অভূৎ ( লৈখি ) । ১৭

মরম ওইদুনা মশক থংহনদবা, মতোমতা চৎপা, য়ুম থমদবা, চাং তম্না য়া ঙাংবা, মুংদা য়েংশিনবা, মানা কনাগী মতেং লৌদবা ওইগনি ॥১৪

অরেপ্পা লৈত্রবা হকচাং অসিগীদমক য়ুম-কৈ শাবসি, কান্নবা

পরাবরাণাং পরম আস্তে কৈবল্যসংজ্ঞিতঃ।
কেবলানুভবানন্দসন্দোহো নিরুপাধিকঃ ॥১৮
কেবলাত্মানুভাবেন স্বমায়াং ত্রিগুণাত্মিকাম্।
সংক্ষোভয়ন্ সৃজত্যাদৌ তয়া সূত্রমরিন্দম ॥১৯

---

নিরুপাধিকঃ [ করিগুম্বা অমনা ওমথৈ ওইদ্রবা ] কেবলানুভবানন্দসন্দোহ ( শুদ্ধগী অনুভব অহুতনা ফংলবা আনন্দগী মপৈ ওইবা ) কৈবল্যসংজ্ঞিতঃ ( "কৈবল্য" হায়বা মাহৈ অসিনা ওইবা ) পরাবরাণাং ( মুক্তজীব, বদ্ধজীবশিংদগী ) পরম ( অথোয়বা ) [ সঃএব ] ( মহাক্তমক ) আস্তে ( লৈ ) ॥১৮

---

হে অরিন্দম ( হে য়েক্কবশিংবু লাকশিনবা ) আদৌ ( সৃষ্টি হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ) [ সঃ ] ভগবান্ অহুনা ) কেবলাত্মানুভাবেন ( শুদ্ধনগী মশাগী ভৌবা অম্বা শক্তিতনা ) ত্রিগুণাত্মিকাং ( গুন অহুমগী [ সত্ত্ব রজ তমগী ] মশক ওইবা ) স্বমায়াং ( মশাগী মায়াবু [ ঈক্ষনেন ] য়েংবনা মরম ওইহুনা ) সংক্ষোভয়ন ( নিংথিনা লেংহন্দুনা ) তয়া ( মায়া অহুনা মরম ওইহুনা ) সূত্রম্ ( মহত্তত্ত্ববু সৃজতি ( শেম্মি ) ॥ ১৯

---

ফংদবনি, হেক্নহুম বানবনি, লিলনা উচিনচিংবনা হুৎলম্লবা লৈথুবদা চংলগা মুত্তায়বা অহুমক ফওভি ॥১৫

কল্প অমনা লোয়শিল্লকপা মতমদা, ফোংদোকলিবগী মশক ওই-রবা, পুম্নমক অসিবু য়োকপি থাকপিরিব্বা নারায়ণনা, হাম্না শেমলবা সংসার অসিবু, কালগী মশক ওইরবা মহাকী মায়ানা লোশিল্লগা মত্তোমত্তা লৈথি ॥১৬

জীবগী লৈফম ওইরিবা, পুম্নমকী চংফম ওইবা, প্রকৃতি অমসুং জীবগী মপু আদি পুরুষ শ্রীভগবাননা, আত্ম শক্তিগী তুং ইল্লিবা কালনা মরম ওইহুনা; সত্ত্ব গুণনচিংবা মাগী শক্তিশিংনা মূল প্রকৃতিদা তিনথবদা ভুঅনি শুক্রবা মত্তোমত্তমক লৈথি ॥১৭

কমিগুম্বা অমনা ওমথৈ ওইদ্রবা, শুদ্ধগী অনুভব অহুতনা ফংবা

তামাহুস্ত্রিগুণব্যক্তিং সৃজন্তীং বিশ্বতো মুখম্।
যস্মিন্ প্রোতমিদং বিশ্বং যেন সংসরতে পুমান্ ॥২০
যথোর্ণনাভির্হৃদয়াদূর্ণাং সন্তত্য বক্ত্রতঃ।
তয়া বিহৃত্য ভূয়স্তাং গ্রসত্যেবং মহেশ্বরঃ ॥২১

বিশ্বতো মুখং ( ইবুঙো মাগী মাইথোংদা সংসার পুম্মক ওইবা মহাক্না ) সৃজন্তীং ( শেম্লিবী ) তাং ( মায়াবু ) ত্রিগুণব্যক্তিং ( গুণ অহুম অসিবু ফোংদোকপিনী ) আহু: (অমুম হায়নৈ) যস্মিন্ ( মাগান্দা ) ইদং বিশ্বং ( উরিবা সংসার অসি ) প্রোতং ( লেংশিনবনি শেম্বনি ) যেন ( মায়ানা মরম ওইদুনা ) পুমান্ ( পুরুষনা ) সংসরতে ( সংসারবু শেম্মী, সৃষ্টী তৌই ) ॥২০

উর্ণনাভি ( মিনা ) যথা ( তৌবগুম্না ) হৃদয়াৎ ( হৃদিদগী থোক-লক্লবা ) উর্ণাং ( লং অদুবু ) বক্ত্রতঃ ( মচিন্না ) সংতত্য ( শন্দোক্লগা ) তয়া ( অদুনা মরম ওইদুনা ) বিহৃত্য ( শান্নরগা ) ভূয়ঃ ( অমুক হন্না ) তাং ( লং অদুবু ) গ্রসতি ( উমশিল্লি—লৌশিল্লি ) এবং ( মিনা তৌ-বগুম্ ) মহেশ্বর: ( ভগবান্না সংসারবু শেম্মি, লৌশিল্লি ) ॥২১

আনন্দগী মপৈ ওইবা, কৈবল্য হায়বা বাহৈ অসিনা মিং ওইবা, মুক্ত জীব বদ্ধজীবশিংদগী অথোয়বা মহাক্মক লৈ ॥ ১৮

হে অরিন্দম, সৃষ্টী তৌব্রিদৈগী মমাংদা ভগবান্না গুণ্নগী মশাগী তৌবগুম্বা শক্তিনা, গুণ অহুমগী মশক ওইবী মশাগী মায়াবু য়েং-বনা মরম ওইদুনা নিংথিনা লেং-ওৎলগা, মায়া অদুনা মরম ওইদুনা মহৎ তত্ত্ব শেম্মি। ১৯

সংসারবু শেম্লিবী মায়া অসিবু সত্ত্ব-রজ-তম কৌবা গুণ অহুম অসিবু ফোংদোকপিনী হায়নৈ, মঙোন্দা উরিবা সংসার অসি লেং-শিল্লি, শেমজিল্লি ইবুঙো মাগী হকচাংদা সংসার পুম্মকপু ওইবা মহাক্না, মায়ানা মরম ওইদুনা সংসারবু শেম্মী ॥২০

মি কৌবা তিল অদুনা, অদুমা হৃদিদগী থোক্লক্লিবা লং অদু মচিন্না শন্দোক্লগা, মহৃদা শান্নরগা, অমুক লং অদুবু লৌশিল্লি, অসিগুম্না ভগবান্না জগৎ অসিবু শেম্মি লৌশিল্লি ॥ ২১

যত্র যত্র মনো দেহী ধারয়েৎ সকলং ধিয়া।
স্নেহাদ্দ্বেষাদ্ভয়াদ্ বাপি যাতি তত্তৎ সরূপতাম্ ।২২
কীটঃ পেশস্কৃতং ধ্যায়ন্ কুড্যাং তেন প্রবেশিতঃ।
যাতি তৎ সাত্মতাং রাজন্ পূর্ব্বরূপমসন্ত্যজন্ ।২৩
এবং গুরুভ্যা এতেভ্য এষা মে শিক্ষিতা মতি ।
স্বাত্মোপশিক্ষিতাং বুদ্ধিং শৃনু মে বদতঃ প্রভো ।২৪

দেহী ( জীবনা ) স্নেহাৎ ( মুংশিবদগী ) দ্বেষাৎ ( য়েংখিবদগী ) বা অপি ( অমদি ) ভয়াৎ ( অকিবদগী ) যত্র যত্র ( মত্থু মত্থুবু ) ধিয়া ( বুদ্ধি অসিনা মরম ওইহুনা ) মনঃ ( পুক্নি না ) সকলং ( অমত্তা ওইনা ) ধারয়েৎ ( লৌশিনখিবা ) তৎ তৎ ( মত্থু মত্থুগী ) সরূপতাং ( মশক অত্থুবু ) যাতি ( কওভি ) ॥২২

হে রাজন্, কুড্যাং ( ফক্লাংদা নপতুনা শারিবা মহুম অহুদা ) তেন-প্রবেশিতঃ মহাক্না পুশিনগ্রবা ) কীটঃ ( তিন্ অতুনা ) পেশস্কৃতং ( উচিখোয় অত্থুবু ) ধ্যায়ন্ ( নিংহুনা ) পূর্ব্বরূপং ( হান্নগী মশক অহুবু ) অসন্ত্যজন্ ( ইথা থাদোক্তনা ) তৎ সাত্মতাং ( উচিখোয় অত্থুগী মান্নবা মশকপু ) যাতি ( কওভি ) ॥২৩

হে রাজন্, এবং ( অসুম্না ) এতেভ্যঃ ( অসগুম্বা ) গুরুভ্যঃ ( গুরুশিং অসিদগী ) মে ( ঐগী ) এষা বুদ্ধি ( বুদ্ধি অসিনা ) শিক্ষিতা ( তমখ্রে ) স্বাত্মোপশিক্ষিতাং ( দেহদগী তমখিবা ) বুদ্ধিং ( বুদ্ধি অত্থুবু ) বদতঃ ( হায়রিবা ) মে ( ঐহান্দগী ) শৃনু ( তারো ) ॥২৪
অসিগুম্না ভগবাননা জগৎ অসিবু শেঙ্খি লৌশিল্লি ।২১

জীব অসিনা, মুংশিবদগী, য়েংথিবদগী অমদি অকিবদগী ওইরবসু বুদ্ধি অসিনা মরম ওইহুনা মত্থু মহুদা অমত্তা ওইনা পুক্নিং চখিবা মত্থু মত্থুগী মশক ওই ।২২

হে রাজন্, ফক্লাংদা নপতুনা শারিবা মহুম অত্থুদা পুশিনগ্রবা তিন অহুনা কিখিবদগী উচিখোয় অহুতবু নিংহুনা লৈবদগী হান্নগী মশক অহু ইথা হেক থাদোক্তনা উচিখোয় অহু ওইখি ॥২৩

দেহো গুরুর্মম বিরক্তিবিবেকহেতু—
　　বিভ্রৎ স্ম সত্ত্বনিধনং সততার্ত্ত্যুদর্কম্।
তত্ত্বান্যনেন বিমৃশামি যথা তথাপি
　　পারক্যমিত্যবসিতো বিচরাম্যসঙ্গঃ ॥২৫

বিরক্তি বিবেকহেতুঃ ( অপাম্ব অত্তুদগী হন্দোক্লক্লবা অফ-ফত্ত বিচার তৌনবগী মরম ওইরিবা ) সততার্ত্ত্যুদর্কং ( মতম খুদিংদা অৱা অনানা মহৈ ওইবিবা ) সত্ত্বনিধনং ( পোকপা শিবা অনিবু ) বিভ্রৎস্ম ( পুত্থনা লৈরিবা ) [ অয়ং দেহঃ ( হকচাং অসিনা ) মম ( ঐগী ) গুরুঃ ( গুরুনি ) তথা ( অমনা ) অনেন ( হকচাং অসিনা মরম ওই-থুনা ) তত্ত্বানি ( তত্ত্ব খিবিক অত্তুবু ) বিমৃশামি ( ঐনা বিচার তৌরি ) অপি ( অসুম্না কান্নবা হকচাং ওইথুনগুং ) পারক্যং [ অস্নং ] ( অ-তোপ্পা কুই লমছুইনা চিংবগী চানবনি হায়বনি ) অবসিতঃ ( লেপ্লগা ) অসঙ্গ [ সন্ ] ( করিগুম্বা অমত্তগা মরি লৈনদনা ) বিচরামি ( কোইনা চৎলি ) ।২৫

হে রাজন্, মথক্তা হায়খিবা অসুম্না গুরুশিং অসিদগী ঐগী বুদ্ধি অসিনা তমখে, দেহদগী তমখিবা বুদ্ধি অত্তুবু হায়রিবা ঐগী ইকমদগী তা.রা ।২৪

বৈরাগ্য পোক্লক্লবা অপাম্বা অত্তুদগী হুন্দোক্লবা, অফ ফত্ত বিচার তৌনবগী মরম ওইরিবা, মতম খুদিংদা অৱা অনানা মহৈ ( ফল ) ওই-রিব, পোকপা শিবা অসি অসিবু পুত্থনা লৈরিবা হকচাং অসিনা ঐগী গুরুনি, অমনা হকচাং অসিনা মরম ওইথুনা তত্ত্বখিবিক অত্তুবু ঐনা বিচার তৌরি, অসুম্না কান্নবা হকচাং ওইথুনগুং অতোপ্পা হুইনা চিংবগী চানবনি হায়বাস লেপ্লগা করিগুম্বা অমত্তগা মরি লৈ-নদনা কোয়না চৎলি ॥২৫

অতুম্না পামলিবনু তৌহল্লিংহুনা মতু মচা, শা-যণ, মনায় মশন, য়ুম-কৈ, মপুং ফারবা শাগৈ নাতৈনচিংবা অসিবু শন্দোক্লগা য়োক থাক্ল, হকচাং অসিনা অরাবগা লোয়ননা লন তাল্লি, উগী ধর্ম

জায়াত্মজার্থ পশুভৃত্যগৃহাপ্তবর্গান্
পুষ্ণাতি যৎ প্রিয়চিকীর্ষয়া বিতন্বন্।
স্বান্তে সকৃচ্ছ্রমবরুদ্ধধনঃ স দেহঃ
সৃষ্ট্বাস্য বীজমবসীদতি বৃক্ষ ধর্ম্মা ॥২৬

জিহ্বৈকতোঽমুমপকর্ষতি কর্হি তর্ষা
শিশ্নোঽন্যতস্ত্বগুদরং শ্রবণং কুতশ্চিৎ।
ঘ্রাণোঽন্যতশ্চপলদৃক্ ক্ব চ কর্ম্মশক্তি—
র্বহ্ব্যঃ সপত্ন্য ইব গেহপতিং লুনন্তি ।২৭

---

যৎপ্রিয়চিকীর্ষয়া ( অহুম্না পাম্লিবহ্ তৌহন্নিংদুনা ) জায়াত্মজার্থ পশুভৃত্যগৃহাপ্তবর্গানি ( পম্মী [ মুপী ] মচু-মচা, শা মণ, মনাই, য়ুম-কৈ, মপুং ফারবা ভায় শেমচিংবা অসিবু ) বিতন্বন ( শন্দোক্লগা ) পুষ্ণাতি ( য়োকখাক্লি ) সকৃচ্ছ্রম্ ( অৱাবগা লোয়ননা ) অবরুদ্ধধনঃ ( লন তাম্লবা ) সঃ দেহঃ ( হকচাং অসিনা ) বৃক্ষধর্ম্মা ( উগী ধর্ম্ম লৌরবা ) অস্য ( মহাক্কী ) স্বান্তে ( অদিদা ) বীজং ( কর্ম্মগী বীজ = মকবু ) সৃষ্ট্বা ( শেমলগা ) অবসীদতি ( দেহবু থাদোকই ) ॥২৬

---

জিহ্বা ( লয়েং অসিনা ) অমুম্ ( হকচাংবু ঐ'ন থাম্লবা পুরুষ অসিবু ) একতঃ ( [ রসং ] ( রসঃ অমগী মাইকৈদা ) অপকর্ষতি ( পুহন চৎলি ) কর্হিবা ( করিগুম্বদনা ) তর্ষা ( খোরাংবনা [ জলং প্রতি ] ঈশিংদা ) শিশ্ন ( পোক্লবা ঈন্দ্রিয়না, মুপীগা লৈবদা ) অন্যত; ( অম-রোমদা ) ত্বক্ ( উনশানা, শোক্লবদা ) উদরং ( পুকনা, চানবা পোত্তা কুতশ্চিৎ ( করিগুম্বদা ) শ্রবণম্ ( নাকোংনা, খোন্দোক মুংশিবদা ) অন্যত্ত ( অমনা ) ঘ্রাণ ( নাতোননা, মুংশিবা মনমদা ) চ ( অমসুং ) চপলদৃক ( লৈত্তাত্রবা মিৎনা; মশক্তা ) ক্ব ( করিগুম্বদগু ) কর্ম্মশক্তিঃ ( থবক্কী ইন্দ্রিয়শিংনা থবক্তা ) [ ইত্থং ] ( অসুম্ব ভোনা ) গেহ পতিং ( য়ুম্বু জীব অসিবু ) বহ্ব্যঃ সপত্ন্যঃ ইব ( মুপী য়াম্না লোয়বা নিপাগুম্না ) লুনন্তি ( কোয়চিং চিঙলি ) ॥২৭

---

লৌরবা মহাক্কী অদিদা কর্ম্মগী বীজ = মরূ অমুক পোক্লরুবা মচাক শেমলগা হকচাং অসু থাদোকখি ।২৬

সৃষ্ট্বা পুরাণী বিবিধান্যজয়াত্মশক্ত্যা
　　বৃক্ষান্ সরীসৃপপশূন্ খগদন্দশূকান্।
তৈস্তৈরতুষ্ট হৃদয়ঃ পুরুষং বিধায়
　　ব্রহ্মাবলোকধিষনং মুদমাপঃ দেবঃ ।।২৮

লব্ধ্বা সুদুর্লভমিদং বহুসম্ভবান্তে
　　মনুষ্যমর্থদমনীত্যমপীহ ধীরঃ।
তূর্ণং যতেত ন পতেদনুমৃত্যু যাবৎ
　　নিঃশ্রেয়সায় বিষয়ঃ খলু সর্ব্বতঃ স্যাৎ ।।২৯

---

দেবঃ ( শ্রীভগবান্‌না ) অজয়াত্মশক্ত্যা ( অতোপ্প অমনা লাক-শিনবা ওমত্রবা মায়ানা মরম ওইরদুনা ) বিবিধঃ ( মখল মখলগী মহৌশাগী ওইবা থিবিক অসিবু ) সৃষ্ট্বা ( শেমলগা ) বৃক্ষান্ ( উশিংবু ) সরীসৃপ পশূন্ খগ দন্দশূকান্ ( মবুক্ল শিত্তূনা চৎপশিং, শাশিং, উচেক, হিংচাবশিংবু ) সৃষ্ট্বা ( শেমলগা ) তৈঃ তৈঃ ( শেমলুরীবশিং অদুনা মরম ওইদুনা ) অতুষ্টহৃদয়ঃ সন্ ( পুক্নিংদা অপেনবা পোক-ত্রদুনা ) ব্রহ্মাবলোকধিষনং ( ব্রহ্মাবু উব-ঙবা বুদ্ধি শক্তিনা তিনবা ) পুরুষং ( পুরুষ অসিবু ) বিধায় ( শেমলগা ) মুদম্ আপ ( নুঙাইখি ) ।। ২৮

---

ধীরঃ ( বুদ্ধি লৈরবা মীনা ) ইহ ( সংসার অসিদা ) বহুসম্ভবান্তে ( মপোক কয়া পোক্লূরবগী তুংদা ) ইদং ( মীওইবগী হকচাংসি ) অনিত্যং অপি ( লেপ্তবা পুন্সি শাংদবা ওইদুনশু ) অর্থদম্ ( কান্নবা পীরবা ) সুদুর্লভং ( য়াম্ন য়ানা ফংলরবা ) মানুষ্যং ( মীওইবগী মপোক অসিবু ) লব্ধ্বা ( ফংলগা ) তূর্ণং ( য়ান্নপুনা ) খলু ( লেপ্পমক ) বিষয় ( ইন্দ্রিয়চিংবগী বিষয় অসিনা ) অনু ( তুংইন্না ) নিঃশ্রেয়সায় ( অ-থোয়বা মঙ্গল মোক্ষগীদমক্তা ) সর্ব্বতঃ স্যাৎ ( পুম্নমক্কী ওইবা ) [ যথা ] ( অদুম্না ) যাবৎ মৃত্যুঃ ( শিবফাওবা ) যতেত ( হোৎনগনি ন পতেৎ ( অমুক হন্না লৈথা ফারোইদোবা ওইবা ) [ তথা ] ( মদুম্না ভোগনি ) ।।২৯

এবং সঞ্জাতবৈরাগ্যো বিজ্ঞানালোক আত্মনি।
বিচরামি মহীমেতাং মুক্তসঙ্গোঽনহংকৃতিঃ ॥৩০

এবং ( অসুম তৌনা গুরুশিংদগী তম্লকবা অসিনা, মরম ওইদুনা ) সংজাত বৈরাগ্যঃ ( নিংথিনা বৈরাগ্য পোক্লবা ঐনা ) বিজ্ঞানালোকে ( নিংথিরবা [ অথোয়বা ] জ্ঞাননা ভাস্থোক্লবা ) আত্মনি ( আত্মস্বরূপতা [ স্থিত ] লৈদুনা ) অনহংকৃতঃ ( ঐ হায়বা বাখলসি তৌদনা ) বৈ ( শেপ্পা = শোয়দনা ) মুক্তসঙ্গ ( অপাম্বা থাদোক্লুনা ) এতাং ( অসিগুম্বী ) মহীং ( পৃথিবী অসিবু ) বিচরামি ( কোইনা চৎলি ) ॥৩০

হকচাংবু ঐনি থল্লিবা জীব অসিবু, লৈয়েংনা মহাওদা, থৌরাংবনা ঈশিংদা, শিথনা হুপীদা, উনশানা শোক্লবদা, পুক্না চাকতা, নাকোংনা খোস্থোক্তা, নাতোনমা মনমদা, লৈতাদবা মিংনা মশক্তা, খোং-থুংনচিংবনা থবক্তা, মতৌ অসুম্না জীব অসিবু হুপী য়াম্না লোখা নিপাদৌনা অমদ-অমদা কোয়চিং চিঙ্ভি ॥২৭

শ্রীভগবানমা অত্তোপ্পা অমনা শাকশিনবা ভমত্রবা মহাক্কী মায়ানা মরম ওইদুনা মথল মথলগী ওইবা হকচাংশিং অসি শেমলগা, উময়াম, মবুক্না শিংতুনা চৎপা, শা ময়াম, উচেকশিং শেংলুরগা অপেনবা পোক্তুনা, ব্রহ্মবু উবগম্বা বুদ্ধি শক্তিনা তিনবা পুরুষ অসিবু শেমলগা নুংঙাইয়বা ফংখি ॥২৮

বুদ্ধি লৈরবা মীনা সংসার অসিদা, মপোক কয়া পোকলুরবগী তুংদা, মীওইবগী হকচাংসি লেপ্পবা পুনশি শাংদবা ওইদুনতুং কাম্বা পীরবা যাম্বানা ফলরবা মীওইবগী মপোক অসিবু ফংলগা যাম্বথুনা লেপ্পমক ইন্দ্রিয়নচিংবগী বিষয় অসিনা তুংইন্না অথোয়বা মঙ্গল মোক্ষগীদমক্তা পুম্নমক্কী ওইনা অহুম্না শিবক্তাগুবা হোৌখনগনি, অমুক হন্না লৈথা তারমোইদৌবা ওইবা মহুম্না তৌগনি ॥২৯

গুরুশিং অসিদগী তম্লকবা অসিনা মরম ওইদুনা নিংথিনা বৈরাগ্য পোক্লবা ঐনা; নিংথিবা অথোয়বা জ্ঞাননা ভাস্থোক্লবা আত্মস্বরূপতা

ন হ্যেকস্মাদ্ গুরোর্জ্ঞানং সুস্থিরং স্যাৎ সুপুষ্কলম্।
ব্রহ্মৈতদদ্বিতীয়ং বৈ গীয়তে বহুধর্ষিভিঃ ॥৩১

শ্রীভগবানুবাচ।

ইত্যুক্ত্বা স যদুং বিপ্রস্তমামন্ত্র্য গভীরধীঃ।
বন্দিতোঽভ্যর্থিতো রাজ্ঞা যযৌ প্রীতো যথা গতম্ ॥৩২
অবধূতবচঃ শ্রুত্বা পূর্ব্বেষাং নঃ স পূর্ব্বজঃ।
সর্ব্বসঙ্গবিনির্মুক্তঃ সমচিত্তো বভূব হ ॥৩৩

---

একস্মাৎ গুরোঃ ( গুরু অমদগী ) সুপুষ্কলং ( নিংথিনা মপুং-ফাবা ) সুস্থিরং ( নিংথিনা লৈতারবা ) জ্ঞানং ( জ্ঞানবু ) ন স্যাৎ ( ওইদে হি ( মতুগী মরমদি ) অদ্বিতীয়ং ( অনিশুদবা ) এতৎব্রহ্ম ( ব্রহ্ম অসিবু ) ঋষিভিঃ ( ঋষিশিংনা ) বৈ ( লেপ্পা ) বহুধা ( সগুণ-রূপতা অমদি নির্গুণদা ) গীয়তে ( শক্লি শোল্লি ) ॥৩১

---

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীভগবাননা হায়খি ) গভীরধীঃ ( শুক মপুং ফারবা বুদ্ধিনা তিল্লবা মহাক্কী ওইবা ) স বিপ্রঃ ( ব্রাহ্মণ অদুনা ) ইদম্ উক্ত্বা ( অস্থুম্না হায়রগা ) আমন্ত্র্য ( ইকায় খুম্নবা ) রাজ্ঞা ( যদুনা ) বন্দিতঃ ( খুরুম্লবা ) অভ্যর্থিতঃ সন্ ( পূজা তৌরদুনা ) যথা আগতং ( মনিৎতম্না লাকপা ) তথা যযৌ ( অদুম্না চৎখ্রে ) ॥৩২

---

নঃ ( ঐখোয়গী ) পুর্ব্বেষাং মথক্তা ওইখিবা নিংথৌশিংগী ) পুর্ব্বজঃ ( অহানব নিংথৌ ) সঃ ( যদুনা ) অবধূত বচঃ ( মশাগী থুদম অমনা অরেপ্পা থংদ্রবা ব্রাহ্মণগী বাদুবু ) শ্রুত্বা ( তারগা ) সর্ব্বসঙ্গবিনির্মুক্তঃ ( অপাম্বা পুম্নমক মপুং ফানা অথাকপা লৈতনা থাদোক্লগা ) সমচিত্তঃ ( পুম্নমক্তা মাম্নবা বাণল [ দ্বন্দাতীয় ] বভুব ( ওইখি ) ॥ ৩৩

---

লৈদুনা. ঐ হায়বা বাখল তৌদনা লেপ্পা অপাম্বা থাদোক্লুনা পৃথিবী অসিদা কোয়না চৎলি ॥৩০

গুরু অমত্তদগী নিংথিনা মপুং ফাবা অমদি নিংথিনা লৈতারবা জ্ঞান ফংব ঙমদে, মতুগী মরমদি অনিশুদ্রবা ব্রহ্ম অসিবু ঋষিশিংনা সগুণ ওইনা নির্গুণ ওইনসু শক্লি শোল্লি ॥

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং একাদশস্কন্ধে নবমোঽধ্যায় ॥৯

শ্রীভগবাননা হায়খি, গুরুবা মপুং ফরবা বুদ্ধিনা মহাক্তী ওইবা ব্রাহ্মণ অদুনা অসুম্না হায়রগা ইকায় খুম্নবা রাজা যদুনা খুরুম্নবা পুজা তৌরবা, মনিংতম্না লাকপা অদুগুম্না চংখ্রে ॥ ৩২

ঐথোয়গী থক্তা হাম্না ওইথবা নিংথৌশিংগী অহানবা নিংথৌ যদুনা মশাগী খুদম অমনা মরম ওইহনা অরেম্না থংজবা ব্রাহ্মণ দত্তাত্রেয়গী বাহ্ তারগা, অপাম্বা পুমনমক মপুং ফানা, থাকহোবা তৌদনা থাদোক্লগা অবা-অনানচিংবগী বাংম লানখি ॥৩৩

মথাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরানদা পরম হংস শ্রীব্যাসদেবনা লেংখিবা একাদশ স্কন্ধদা মাপন ( ৯ ) শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# লেখক্কী ফোংথ্রবা অমদি ফোংগদৌরিবা লাইরিক থরা ॥

ফোংথ্রবা :—

১। "তাইবং লোনচং" মমল লুপা ( ১০‌্ ) তরা।

লাহুং নাবেং, মুপা মুপী অফ-ফত্ত, লুহোং কৈহোংবা মশক তাকপা।

২। "গরুড় পুরাণ ( অহানবা শরুক ) মমল লুপা ( ১৫‌্ ) তরামঙা।

৩। "গরুড পুরাণ" ( অনিশুবা শরুক ) „ „ ( ১৫‌্ ) তরামঙা।

৪। "ষোডশোপচার পুজা পদ্ধতি" „ „ ( ১০ ) তরা।

ইষ্টসেবা ( লাংচরিবা লাইগী সেবা তৌনবা অমদি অশেং অমাং নিত্যাচার, মন্ত্রামচিংবা তাকপা )।

৫। "পুজা পদ্ধাত"

মৈতৈলোন্দা খুৎলোন শারোন নিংথিনা তাক্লবা। লুপা ( ৩০‌্ )

থুম্বা।

৬। "শ্রীমদ্ভাগবতম্" একাদশ স্কন্ধঃ।

মৈতৈলোন্দা অনুবাদ, অন্বয়, মুল কোম্লবা। লুপা ( ২৫‌্ ) কুনমঙা

## ফোংগদৌরিবা

৭। "সন্ধ্যা অমসুং তর্পন পদ্ধতি" অতেনবা অশাংবা অমসুং মৈতৈরোন অসিনচিংবা।

৮। "মৈতৈ থৌনি অমসুং পুজা" ঈপা ঈপু মৈতৈনা তৌরম্বা থৌনিরোল অমসুং পুজা।

৯। "গর্গ সংহিতা" মৈতৈরোন্দা অন্বয় অনুবাদ মুল কোম্লবা।